ꯁꯨꯃꯥꯡ ꯂꯤꯂꯥ

# শুমাং লীলা

ভোল্যুম বান

পিছ য়েকরগী আর্টিষ্টশিংনা

শান্নখিবা

লাংবাল থক্না ২০০৩

গী মিন নর



থাংজম বীরচন্দ্র



**SHUMANG LEELA**
**Vol. One (Four Plays)**
**by Thangjam Birchand**

**শুমাং লীলা** (ভোল্যুম বান)
**অইবা, থাংজম বীরচান্দ**

অফোঙবা : লময়ানবা পাব্লিসর্স
কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা : ফেব্রুবারী ২০০৭

কপি মশীং : ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল : লুপা ৯৫/-



মখুম ডিজাইন
অমদি নম্ফম : জে বি প্রিন্টর্স, বি টি রোদ, ইম্ফাল।

ফংফম : ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং
অমদি ইরৈবাক পাউ-চেগী ওফিস।



নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# শুমাং লীলা

ঐখোয়গী সাহিত্য লৈকোলসে
বারেং, শৈরেং, লমকোয় বারী, ড্রামা
মীরমগী সাহিত্য (ট্রান্সলেসন) গী
লৈরাংনা ফুগায়না শাথলি
সাহিত্য একাদেমি এবার্ড লৌনরুরি
শুমাং লীলা লৈরাংদি শাৎঙমদরি
ইরৈবাক্কী সাহিত্য লৈকোলদা
শুমাং লীলা চারা খুদোঙ্গরি
সাহিত্যকারশিংনা ঈশিং চাইবিয়ু
শুমাং লীলাবুসু হিংহনবিয়ু।

Fiction is the story
Characters imaginary
Accidental, if any co-incidency

# ৱামাং য়ানবা

থাংজম বীরচান্দ মণিপুরী শুমাং লীলা ইবশিংগী মনুংদা নৌনা শক্তাকনিংঙাই ওইদ্রবা অমনি। হন্দক লময়ানবা পাব্লিসর্সনা মহাক্কী অনৌবা শুমাং লীলা মরি পুন্না খোমজিন্দুনা, শুমাং লীলা ভোল্যুম ৱান হায়বা মিংথোল অসিদা পুথোরক্লিবসি মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা খুদোল অমনি। লীলা মরি অসিমক মহাক্না মণিপুরগী হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা ৱাথোক লাম্থোক, মূরুবা ময়াম অসিদা মীয়াম্না কৈদৌরকপা য়াই অমদি কমদৌরগদি ৱাখৈনবা ঙম্বা য়াবগে হায়বগী মতাংদা মহাক্না শাগৎচবা মাঙলানশিংনি হায়বা তারে। হায়রিবশিং অসি য়ানিংবা য়ানিংদবা হায়বসিনা অপাবা মীয়ামগী মতনি। অদুবু লীলাশিং অসিনা অপাবশিংদা ৱাখল খন্নবগী লংলা-লংজিন অমদি শোয়দনা পুথোক্কনি হায়না খল্লি।

অহানবা লীলা তাবুংনুংগী থম্বাল হায়বসি মণিপুরদা থোকখিবা পুৱারীগী ৱারী অমদা শাইদাংলগা ইবনি। ৱারী অসিনা পুৱারী অদুদা কয়া য়াম্না নকশিন্নলা চৎলিবগে হায়বদুদগীদি, মপুং ওইনা লীলা অসিনা পীনিংলিবা পাউজেল অসিনা মরু ওই হায়নিংই। লৈবাক অমা হায়বসি মপি-মপা শকপা নিংথৌ নৎত্রগা লৈঙাক মপু হায়বা অমদি লৈগনি। মহাক অদুনা শক্তি লান্না শিজিন্নদুনা লৈবাক খুন্নাইগী চৎনবী য়োৎচৈ কারন লানবা থবক তৌরকপা, মীয়ামগী হক খোঙনেৎনরক্লবদি, মদুদা মীয়ামগী খাঙবা ঙম্বগী পনখৈ অদুফাওবদি খাঙলমগনি। করিগুম্বা মদুগী পনখৈদু লাল্লক্লবদি অদুগুম্বা লৈঙাক অদুগী মায়োক্তা মীয়াম্না লাল হৌরক্কনি। মসি হায়নবা হোৎনবদা মহাক্না শান্তিদাসকী শরৈদা হুমস্রবা গরিবনিৱাজগী ৱারী শিংবুল অসি শিজিন্নবনি। অইবনা মসিবু মণিপুরগী অহানবা সিভিল ৱারনি হায়রি।

অনিশুবা লীলা ইমানা ঐখোয়বু কৌরে হায়বসিমক হৌজিক্কী মণিপুরগী ফোং ফোং শারিবা ৱারু-নুংলুদা ৱাহং হংবনি। মণিপুর কায়বা য়াদে, মণিপুরীশিংদা শান্তি ফংহনগনি হায়বা সরকারগী লানমী অমদি লনাই লুপ কয়া থোরক্লি। মসিগী মথক্তা মরি-মখোং খণ্ডবা মীশি-মীনা কয়া অমা থোক্লি। মীয়াম্না অমদি সরকারনসু মসি আইননা য়াদবা লুপ নৎত্রগা লমহেন তুহেনবশিংদুত্তনা

পাঙথোকপা ওইরীনি হায়না চিংনবা পোল্লে। অদুবু কাউন্টর ইন্সর্জেন্সিগী লালোং চত্থরিবা লমদমনিনা মীহাৎ ব্বাথোকশিং অসি দাইত্ব লৈরবা ষ্টেট অমদি সেন্ট্রেল সেক্যুরিটিশিংনা থোকহনলম্বদি ওইথোকপা য়াদবরা হায়বা ব্বাফমসি থম্বনি। নাগা কুকি অনিগী কনফ্লিক অসিদা মহাক্লা ব্বাখৈননবা লম্বী অমা পুথোক্লি।

অহুমশুবা লীলা শারং নোংশা হায়বসিদনা লৈবাক অসিদা লালহৌবা অমদি সরকারগা মুক্করিবসি নোংমৈতনা ব্বাখৈনবা ঙমলোই পোলিটিকেল্লি সোলুসন পুরক্কদবনি হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইবনি। অদুবু মসিদা মপুং ওইনা নুপীশিংনা চোংথোক্নুনা লানয়ায়দা লেপ্পগা শান্তাইননবা লম্বী থোনবা ঙম্বা য়াই হায়বা মঙলাননি মহাক্লা শাগৎলিবসি। মীয়াম্না শারং ওইনা লৈরিবনিনা ব্বাথোক অসি শারং মনুংশিদা ব্বারী ব্বাতাইনরগতা ব্বাখৈনবা ঙমগনি হায়বদু থল্লি।

মবিশুবা লীলা কৃষ্ণ খান হায়বসিদা মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। লাইনিং ধর্ম্মনা মীগা মীগগী মরক্তা খেন্ননা উহল্লিবসি মীননি। শম্না হায়রবদা স্বর্গ হায়বসি লাইনিং খুদিংগী তোঙান-তোঙাননা লৈরোই, অমত্তনি। হিংলিঙৈদা অশেংবা মীরমচৎ অমা ঙাক্লা চৎনবা লম্বী তাক্লিবা ধর্ম্মনা মী অমগা অমগা খেন্নহনবা য়ারোই। মীদি মীনি, চপ মান্নে হায়বদু উৎপনি। মসিদা মুসলিম চনু অমবু ব্রহ্মণদা ওংহন্দুনা মী মখল মখলগী থম্মোয় খুদুম চনবদু শিংনবা অমগা লোয়ননা ফোংদোক্লি।

থাংজম বীরচান্দগী লীলা মরিসিদা ঐখোয়না নৈনবা য়ারিবসি, নুপীনা লৌরিবা থৌদাংশিংসিনি। লীলা পুন্নমক্তা মপুং ওইবা চরিত্রসি নুপীনা ওইরি। অহানবগী লীলাদা থম্বাল (গোমতি), অনিশুবদা মনি লৈমা, অহুমসুবদা রাধা অমদি মরিশুবদা ফরিদাজলান হায়রিবশিং অসিনি। লীলাশিং অসিনা লমদমসিগী নুপী খুন্নাইদা অইবনা অশা তৌরিবসিমক সাহিত্য নৈনবশিংনা চোই-চাং ওন্দুনা নৈননিংঙাই ওইগনি খল্লি। লীলাশিং অসিগী মচৎ য়েংলুরগা ইন্টর্নেস্যনেল বুমেন ইয়ার মরি লৈননা পুথোরকপা মাল্লি।

তাং ০৩/০২/২০০৭

ইম্ফাল

লাই ইমো

# শুমাং লীলাগী শন্নপ্পা পূন্সি ৱারী

মীহৌরোলদগী তাইবঙ কুম্মে কয়া শান্নরকই। পাম্ছোইবীনা শিনলৈমা, নোংথাং লৈমাগী শক্তম লাংলগা ফিমু শেৎ, খ্বাংচেৎ মচি লাংলগা, নমদা শম পোরগা খুৎতা য়োৎপাক পায়দুনা মালেম লৈশেম্বগী কুম্মে উৎখি। শক্রোন কয়া হোংদুনা তাইবং মীবু হরাওহনখি। অকি-তুজুং পোকহনখি। নোংমাইচীংগী চীংমায়দুদা শাখিবা জগোয় খুত্থেক, থাখিবা তাইবং মীওইবগী হিংনবগী মনা মশীং, শেৎ-না ইন্নবগী লশিং নাইরগা শাখিবা ফি অমদি নোংপোক নিংথৌ অপানবনা হাও শারগা নোংথাং লৈমগী পুন্সিদা নুংশি নুংওনগী লীলা শান্নখিবগী ৱারী — লীশাং শিৎনা উমং লাইগী লাইবুংশিংদা লাই হরাওবগী কুমওন থৌরম পাঙথোক্কুনা মীয়াম্বু নিংশিংহল্লি। মসিনা লাইবুংগী কুম্মেনি। শুমাং লীলাগী য়েলহৌঙেগী ৱারী ওইগনি।

তাইবঙ মীওইবগা লাইগা শন্নরক্কুবা মতমদা শুমাং কুম্মেদি চন্দ্রকৃতি মহারাজগী হাক্তক ১৮৬৭ তগী শুমাং লীলা শান্নবা হৌখি। দুর্গা ঈরাৎ পুজা তৌরে। দুর্গা পুজা (দেবী পুজা) দা নিংথৌনা লীলা শান্নহনখি। মতম অদুদা শান্নখিবা লীলাবু যাত্রাৱালী কৌরম্মী। যাত্রা কৌবগী মরমদি যাত্রা হায়বদি লাইতিনগী নুমিৎপু খঙনরম্বদগীনি। খুদমদি বড় যাত্রা, রথ যাত্রা, ক্বাক যাত্রা ...। লৈখিদ্রবা ওঝা তখেল্লম্বম নবকুমারনা মহাক্কী লীলা কাংবুবু সরকারনা শকখঙবীনবা রেজিষ্টর বোদি ওইনবা হোৎনরমই। লৈখিদ্রবা রূপমহলগী ওঝা মৈত্রম বীরগী পাউতাক তুংইন্না শুমাং লীলা হায়রবদি রেজিষ্টার তৌবদা য়েৎলক্কনি অদুনা ইষ্টর্ন যাত্রা এসোসিয়েসন হায়না থোল্লগা ১৯৬৩ দা রেজিষ্টার তৌখি। মসিগী মতুংদদি লীলা কাংবু কয়া মথং মথং রেজিষ্টার বোদি ওইরে।

শুমাং লীলাগী অহৌবদি ফাগী লীলানি। লময়ানবা কলাকারশিংদি নম্বোল ফোইজিংদগী অবুজাম্বা, চঙাংগৈ ঘড়িদগী খরিবম লাইশুবা, হৈনিং মরু, লাইথংবা, পাঙম্বা চেংবা, মুতুম ইবোতোন, ঙাথেম পোদোন, খোঙহামপাত্তগী চাউয়াইমা, খুরাই য়াইমা, চরাংপাৎতগী লৌরেম্বম ইবোচা, কমেং য়ুমজাও ... অসিনচিংবনি। মতম অদুগী লীলাদি ৱারী য়াউদে, স্ক্রিপ্ত লৈতে, ডিরেক্তর

লৈতে। কলাকারশিংগী হৈনবী ডাইলোক অমদি এক্তিংনা ভাবকপু পুক্রি তিংনা নোকহনবনি। খুদম ওইনা লৈনা না লেকপা, মবুক কংথোকপদো বোল অকাম্বী মানবা, শিৎচিল্লগনা চরি তৎপা। কুম ১৯২৯-৩০ ফাওবদি চেংবা ফাগিগী মতম্নি। অদুদগীদি য়াইস্কুল গম্ভিনীগী পাবুং য়ুম্লেম্বম শুলাপশিংগী কাংবুগী কাবুল লীলা, ফদিবী লীলা মথংদা হরিশ্চন্দ্র লীলা, সাবিত্রি সৈত্যাবানদগীদি মোইরাং পর্ব্বনা শমথখ্রে। চন্দ্রজিনি লীলাদা ডি এস পি ওইরম্বা জাদুমনি নুপী শাদুনা কুমখি। অরিবা মোইরাং পর্ব্বনা কোংপালগী ক্ষেত্রী কাহ্নাইনা লুচিংই। অনৌবা (কৈশামপাৎ মোইরাং পর্ব্ব) লীলানা ফুরাইলাৎপম নিলকৃষ্ণগী কাংবুনি। নোংবান শাবদা ফাওখিবনা লোইতাম য়াইমানি। থোক লীলাদা খুতামচা (লাইরেংবম গৌরচন্দ্র), হয়িং (খুরাই কুঞ্জো) মনাও ইবুংঙো (তখেল্লম্বম নবকুমার) থোরক্লে। সৈত্য চরিৎ (থাউমৈ মখোঙ লীলা) দা লফোই য়োনবা শাবা (নেপ্রম গৌরো), হনুবী শাবা (গন্ধার সিং) মীয়াম্না উবা ফংলে। নহারুপকী নিঙোম্বম তোম্বিনা লুচিংবা কাংবুগী টিকেন্দ্রজিৎ লীলা উৎলে। ১৯৪২ দা জাপান লান লাকপদগী শুমাং লীলাসু কাংজাই খুঞ্জাইখ্রে। অফাওবা কোমেদিয়ান কয়াসু মাঙখ্রে। স্ক্রিপ্ত লৈতনা শুমাং লীলা শান্নবগী তাঙ্কক মতাং অস্বাইদা থুপচিনখ্রে।

১৯৫০ গী মতুংদগীদি অইবা শুমাং লীলা স্ক্রিপ্ত লাক্লে কংলা ফম্বালদা থম্বাল, নুরা শান্থলেম্বী, বি এ মপা লম্বোইবা থোরক্লে। শুমাং লীলাগী রাইটর জিসি তোংব্রা, মাইবম রামচরন, এনজি ইবোহল, ডাঃ রাজেন তোইজাম্বা, অথোকপম তোমচৌ, চনা লুখোয়নচিংবা থোরক্লে। ১৯৮০ গী মতুংদগীদি ডাইলোক্কী শুমাং লীলা ঈশৈ লীলা ওম্ভোক্লুরক্লে। ঈশৈ লীলা ওল্লকপদগীদি ষ্টেজগী ওঝাশিং শুমাং লীলাগী ডিরেক্তর ওইরকখি। নেসনেল ফোক শুমাং লীলাগী মহাও মাঙখ্রে। ইন্টরনেসনেল ষ্টেজ প্লে ওম্ভোকখিবনা মণিপুরগী শুমাং লীলা মমি শাম্বগুম উরক্লে। ইন্দিয়াগী সাহিত্য একাদেমিনসু মণিপুরগী শুমাং লীলা উবা ফংদবদগী কাউখ্রে। মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমি অমসুং মণিপুর ষ্টেট শুমাং লীলা কাউন্সিলনা মণিপুরগী ট্রেদিসনেল প্লে শুমাং লীলাবু য়োকখৎপা ফৈ।

অইবা

# মনুংগী লমায়শিংদা

১। বামাং য়ানবা — v
২। শুমাং লীলাগী শম্নপ্পা পূন্সি বারী — vii

৩। তাবুনুংগী থম্বাল — ১
(মণিপুরগী অহানবা সিবিল বার)

৪। ইমানা ঐখোয়বু কৌরে — ৬৯
(ইঠনিক বার)

৫। শারঙ নোংশা — ১১৫
(নুপী খুনাই অমসুং য়াওল্লোই)

৬। কৃষ্ণ খান — ১৭৫
(নেস্যানেল ইন্টিগ্রেসন)

# তাবুনুংগী থম্বাল

## (মনিপুরগী অহানবা সিবিল বার)

### সিন -১

অমম্বা থেঙলবা অহিং, হুই খোংই। শগোল থৌজিল্লকপগী মখোল।

মফম ঃ ইরোম চাউবগী য়ুম

চাউবা ঃ (মনুংদগী) থম্বাল! নোংয়াই চবুক লোল্লবা মতম অসিদা হুইনা অশুক য়াম্না খোঙলিবসি করিগীনো? শগোল থৌজিল্লকপগী মখোলসু তাই। কনা লাকপা ওইরিগবা?

থম্বাল ঃ করিগীনো হৌগৎপিরিববো? অয়ো নাহে তমদুনা তৌরাং ফক্তা য়াতাদুনা লৈবিরিবসি নুমিৎ শিংবুম যাম্লক্লবনি। ননাইনুবী য়েংজরুগে। পোখাবিয়ু। (থোঙ হাংদোকই)

- অহিং তাংলৌ অথেংবসিদা কনা কনানো?

নিংথৌ ঃ থম্বাল। ঐহাক্কী সনায়াথং শগোল পাউ চেনখ্রবমক্তদা লৈবাক অসিগী চহি ১৮ দগী ৩০ শুবা ফাওবগী লৈশাবী মৌ অমত্তা চিখদনা কাংজৈবুংদা চোন্না তিল্লবদা নহাক লাক্তবা করিগীনো? লৈবাক্কী নিংথৌগী সনা য়াথং থওইদবা নত্তরা?

থম্বাল ঃ ইনিংথৌ ইবুঙো। তোল্লবা ননাই থম্বাল ঐহাক্ত্বীনা ইনিংথৌবু থওই উশিত্তবা ঈতিক লৈজদে। ননাইগী খোইজিখাদা তাইবঙ হৈন্ন মীতমখিবনা ইবুধৌ পাখংবগী শউম ফংবা তৌহৈদবনা কাংজৈবুংদা লাকচদবনি। য়োল্লবদা ঙাকপিনি। লাল্লবদা কনবিনিদো ইনিংথৌ।

ফম্নাইবা ঃ থম্বাল। ইনিংথৌনা নহাকপু লৌনবা সনা খোঙলেংলক্লি। মিংদা নত্তে থম্বাল। নংদি লাইবক্তা থম্বাল শাৎলবনি। সনা কোনুংদা কারসি। ইনিংথৌগী মাঙদা লেম্না চৎলসি।

থম্বাল ঃ (চাউবা থোরকপা) করিগীনো পাঙ্গল অদুক শোল্লিঙৈদা মপান্দা থোকপিরকইববো? ইমুংদা চংলসি পোখাবিররো।

নিংথৌ ঃ থম্বাল। ইমুংদা অমুক চংখ্রগনু। ঐ নংবু লৌবা লাকইবনি চৎলসি।

চাউবা ঃ ও ইনিংথৌসু লেঙবিরক্লি। মতম চানা খোঙদোইবিরক্লবদি ননাই ইরোম চাউবনা থৌগল্লোন খংনা ব্যবহার তৌজগদবনি। নোংয়াই চবুক লোল্লবা মতমদা হুরানবা চংলকপদি য়ুম্বু চাউবা লৈ হায়বা কাউবিবোইনা।

নিংথৌ ঃ চাউবা! মিনাই মচাসিদে। মরাহে য়াৱা চোমইদা।

চাউবা ঃ ইনিংথৌ। অঙম অথৌ পুন্নমকসু তাবিয়ু। ঐহাক্কী থম্বালবু ফারগা পুগদবা মীদি চাউবা ঐহাক হিংলিঙৈদা মরু ঈহুন তমদ্রি। নথরায় মাঙনিংদ্রবদি খুদক অসিদা মফম অসি থাদোক্কুনা চৎখ্রো।

ফন্নাইবাঃ চাউবা! নহাক অয়ো নাহেদুনা য়াতাদুনা লৈরিবনি। নহাক্কী নুপীবু ইনিংথৌনা লৈমাশিংদা চলহনগে, মহারাণী ফমথোল হাপ্পিগে হায়বনি।

চাউবা ঃ অঙম্বা! রাহে কারল চল্লে। য়ুন্নাক শাগে হোংলবী মৌগী শিংদা চল্লবী চনুরাবু মিতা-খমদাবদগী লৈবাক্কী মপি মপা ওইরিবা নিংথৌনা ঙম্মী হায়দুনা তালোয় শিংদা চনগনি তেমশিংবদি মপুরোইবা ঐহাকপু শিংনবনি। নিপা ওইবা কনাসু মহাক্কী হকপান্নবী মনাইনুপীবু লম্লানবদা খুদোংচাবা খবা লৌনবগীদমক লাম্থোরকপদি মৈতৈ মচাগী লোনচৎ নত্তে। মৈতৈদি শিংনরকপদা মায়রোং য়াখিবা ঙাক্তনি।

নিংথৌ ঃ চাউবা! নহাক্না ঙাং-শক্লিবদু কনাদনো খংদ্রে। নহাকপু হাৎপা তুপ্পা ঙম্বা লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। থম্বাল! নশানা নখোঙনা থোংনা ঐগী মাঙ থাদুনা সনা কোনুংদা চৎলসি।

চাউবা ঃ ঐহাক্কী থম্বালবু ঐঙোন্দগী মুনগদবা কনাগী মতিক লৈ। থম্বাল! ঐগী থাঙ!

নিংথৌ ঃ অঙম্বশা! করি য়েংদুনা লৈরী? চাউবগী মথরায় লৌদ্রিব্রা?

(থাঙ য়ান্নবা)

অঙম্বা ঃ ইয়া? অনাবা মহাক্সু কয়াদা থৌনা ফরিবা? হৈ হৈ সিফাইশা! চাউবদু শরিৎ-শরাৎ থাঙ-তা হৈবনি চেকশিল্লু।

নিংথৌ ঃ থাঙলোন হৈদুনা কৈদৌনি? সিফাইশা শয়োম শারগা য়াম্সিল্লু। ঐহাক্না মতুংদগী তাসিনা থিনগে। কমদৌই?

চাউবা ঃ আ ... (তানা থিগ্লে) হুরান লান্নাদা থৌনা উৎপা নিংথৌ। চাউবা ইতিক খঙহনগে।

(খোংলোই ময়ান্না থাংনা য়ানবা, থিনবা, ফুবা)

থম্বাল ঃ শাবী ইবুংঙো নুংশিবা। নিংথৌ মনাই অঙম্বশা ইপুরোইবগী য়াইবী থৱায়দদি কনবিয়ু। ইবুংঙো করি মতৌনো। ঈখেংলক্তগী হৌগৎলো। ননাইনুবী থম্বাল লৈজরি।

নিংথৌ ঃ সিফাইশা! থম্বালনা মপুরোইবা চাউবা কোল্লিবদু কোঞ্জসনু। ঐহাক্কী তাপাক্লা থুম্না লেংখ্রবা চাউবদু অমুক হৌগৎলক্লরোই। মিকুপ খরদং পুকমেন পাউমেন্নরসনু। নখোয় থাপ্না হন্দোকউ।

থম্বাল ঃ ইবুংঙো ... ইবুংঙোগী শমু হকচাংদগী চেম্থরিবা ঈখেঙসি ননাইনুবীনা করম্না য়েংলসিগে? ইবুংঙো... (কপই)

চাউবা ঃ থম্বাল! কপ্লগনু .. ঐগী মতম লোইরে... কপ্পগী মতম নত্তরে, নাকোংদু ঐগী চিনবান নকশিল্লকউ।

থম্বাল ঃ ইবুংঙো..

চাউবা ঃ থম্বাল! ঐহাক্কী থৱায়, শক্তি পুম্নমক নহাক্কী খোয়জিখাগী নৱাদুদা শিন্নরম্লবনিকো। নহাক্লা মহাকপু তাইবং মিকপ থোকহল্লকউ। ঐ চৎলগে থম্বাল। মৈতৈ নুপীগী খারবা লিংজেলনা নহাক্কী থৌনা ওইরগা মীতম্বান, নিংথৌ অসিদা নহাক্কী তোংশাদু শিন্নখ্রো। মদুগী মমলনা ঐখোয়গী ইচাবু শমু শারেপ ফাহল্লকউকো। ইরোম চাউবা নপুরোইবা ঐহাক্কী য়াথং অসি নহাক্লা পাঙথোরক্কনি হায়না অমুক্তা ৱাশকউ। থম্বাল! নহাক্কী ৱাশক্কু তারগা ঐহাক পোত্থারগে। অমুক্তা ৱাশকউ।

থম্বাল ঃ ইবুংঙোনা তাকপিরিবা যাৱা পুম্নমক ননাইনুবীনা পাঙথোকচবা ঙম্নবগী শক্তি পিনবিয়ু। ননাইনুবীনা ৱাশকচরি। ইবুংঙোগী নুংশি খুদোল ননাইনুবীনা তাইবঙ মিকপ থোকহনগনি। শমু শারেপ ফাহনগনি। ঙসি কৌবা নোংলেন্দগী-ইরোম শাগৈগী মৌ থম্বালসু শিরবনি। ইবংঙোগী নুংশি হৈনা তুং ইঞ্জরগনি। ইবুংঙো... ননাইনুবীগী পাঙ্গল শক্তি পিনবিরমউ।

চাউবা ঃ ঐ পেল্লে থম্বাল। ঐগী থৱায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক নঙোন্দা শিন্নরম্লবনিকো থম্বাল ঐ চৎলগে ...

থম্বাল ঃ ইবুংঙো...

নিংথৌ ঃ অঙম্বশা ! ঐখোয় খোঙশাল্লসিদনা

ময়াম ঃ সনারেম্বী থোরক্লো... লাই খুবাক খুবিগে... নহুম পোন্দেন শাবিগে... সনারেম্বী থোরক্লো... (ঈশৈ)

নিংথৌ ঃ থম্বাল ! সনা কোনুংদা চৎলসি

থম্বাল ঃ ইবুংঙো... (কপই) ননাইনুবী ৰাশক ঙাকপা চৎচরে..

(ময়াম থোকখ্রে, শগোল থৌখ্রে। চাউবগী ময়াম্বা অমুবা চংলকই)

অমুবা ঃ ইয়াম্বগী ইবুংঙো চাউবা ! লৈবাক নিংথৌগী শামী-লান্মীগী মায়োক্তা নয়াম্বগী পাঙ্গল মমি শামখিবনি। নয়াম্ববু ৰারৌগনুকো চাউবা। ইয়াম্বনা কৌবসি অমুক্তদি খুন্নকউগবা চাউবা।

চাউবা ঃ তাদা ! ঐগী থৰায় মিরেল ননাওনুবী থম্বালদা শিন্নজরম্লবনি। ননাওনুবীবু মাগী ৰাশক ঙাকচবা ঙম্নবা তাদনা ঙাকপি শেনবীরকউকো। ননাওগী আয়ুগী মতম লোইরে। তাদা ! ইচানা শামু শারেপ ফাদুনা চায়নবুংদা খোঙদাবা ঙমদ্রিবা ফাওবা পুন্সিবিয়ুকো।

অমুবা ঃ চাউবা ! ইয়াম্বগী ইবুংঙো -

(অমুবনা চাউবা থাংজিনখি)

## সিন - ২

(সুট শেৎপা অমগা ময়েক নাইবা শেৎপী অমগা থোরকই )

নিপা ঃ অফসপাগী লান অসি সিভিল বার ওইরকপা য়াই। তাবুনুংগী বারীনা হায়বনি। গরিবনিবাজ মহারাজ (১৭০৯-১৭৪৮) গী সনা হাক্তক্কী বারীনি। গরিবনিবাজ নিংথৌ চরাইরোংবগী কোকহল লাইহল ওইনা ১৬৯০ গী পোইনু থাদা পোকই। মমানা উচিবাগী সাপম নিঙোল নুংথিনচাইবিনি। ১৭০৯ থবানগী ২৩ নি পানবদা নিংথৌ ওই। মহাক্না নিংথৌ ওইবা মতমদা ম্যানমাররোমদা নিংথি তুরেলগী নোংপোক তোর্বান ফাওবা মনিপুরগী লম ওইরমই। বাংখৈদা লৈরিবা নিংথেম পুখ্রি অসি মহাক্কী হাক্তক্তা তৌরম্বনি। ম্যানমারগী কুংমুদো পেগোদা লাইশঙগী থোঙনজাওদা থাংফম লৈবিবসি গরিবনিবাজনা অবাগী মথক্তা লান্দাবা ১৭৩৮ দা হক্লম্বনি। গরিবনিবাজনা বর্ম্মাগী অবা নিংথৌগী মথক্তা লান্দাখিবসি লম লৌশিনবগী নত্তে। মহাক্কী মচেদু অবা নিংথৌদা মপা চরাইরোংবনা দিপ্লোমেটিক রিলেসনগী থাজরমই। অবাগী মহারাণী ওইরবী মচেবু অবা নিংথৌনা তাথি তাওইনা তৌবিবদগী শাউদুনা লান্দাখিবনি। ১৭১৭ গী মেরা থাদা গোপালদাস কৌবা বেঙ্গলগী গুরু অমদা দিখা লৌরগা মহাক বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎখি। চৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্ত অমা ওইরম্মী। মহাক্না চৈতন্য মহাপ্রভুবু নিংজখিবসি বিষ্ণুগী শায়োন শ্রীকৃষ্ণনা ওল্লকপা চৈতন্যানি হায়বসিদগীনি। ১৭২৮ দা শিলেটতগী সান্তদাস কৌবা পণ্ডিট অমা মনিপুরদা থুংলরে। গরিবনিবাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপগী মৈতৈনা লাইবক্তা শিরি হাপ্পা গোপিচন্দন থিনবা হৌরক্লে। শান্তদাসনা গরিবনিবাজদা রমান্দি ধর্ম্ম চৎনবা প্রচার তৌবা হৌরক্লে।

নুপী ঃ চৈতন্য মহাপ্রভুসি শ্রীকৃষ্ণগী শায়োন্নি। বৈষ্ণব ধর্ম্ম ফজখ্রবা ধর্ম্মনি। অদুবু যুগ অসিদদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি শকহেনবী নুপীগুম্বনি, থোৎমল্লি। শা-লানগী মতমনি। লঙ্কাগী রাবনবু জয় তৌখিবা শ্রীরামচন্দ্রগুম্বা নিংথৌ ওইয়ু হায়দুনা শান্তিদাসনা থেম্বদগী গরিবনিবাজ ১৭৩৭ দা শান্তিদাসনা গুরু ওইরগা রমান্দি ধর্ম্ম চৎখি। বাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈরিবা

রামজি প্রভুগী মন্দির অমদি হনুমান ঠাকুরগী মন্দির অসি গরিবনিৱাজনা শারম্বনি। মহাভারত অমসুং রমায়নগী ৱারী লীলা ওঝাশিং থোরকপা হৌরে। বেঙ্গলগী শান্তিপুরদগী গোতিময়ুম, উত্তর প্রদেশগী কন্য কুবজাদগী অনৌবম অমসুং হঞ্জবম, বেঙ্গলগী সোনারদ্বিপতগী হিদংময়ুম খুন্দাররে। মীরমদগী লাকপা, নিংথৌনা চংজফম পিখিবা ব্রাহ্মনশিংগী নুপী নিংথৌনা থিবিবদা থৌনা ফনা চোংথোরকপগী নুপীশিংবু থৌরানি কৌথি হায়নরি। মৈতৈগী ঈদা ময়াংগী ঈ য়াঙ্গিনবা হেঙ্গৎলকখি।

নিপা ঃ লৈবাক্কী মপি মপা ওইরিবা নিংথৌনা মহাক্কী অনিংবা অপাম্বগী মতুং ইন্না থবক চত্থরকপদা প্রজাগী থম্মোয় শোকপা ৱারী কয়া লোযনবকই। মীচম প্রজাগী ৱাকৎ থওইবিদনা নিংথৌনা শক্তি উৎলকপা মতমদা, পোক্লকপদা মনিং-মখা তম্না পোক্লকপা মীওইবনা মখোয়গী হিংবগী হক তাক্লকপদা সিবিল ৱার থোরকই। ফ্রেন্স রিভোলুসন, অমেরিকান বাব ওফ ইন্দিপেন্দেন্স, বোলসেভিক রিভোলুসন মথং মথং থোরকখ্রে। অসিগুম্বা ৱাথোক লাম্থোক মনিপুরদসু গরিবনিৱাজ নিংথৌগী হাক্তক, ঙসিদগী চহি ৩০০ লোমগী মমাংদা থোকখ্রে। মতম অদুদা মনিপুরগী নিংথৌ অমদি প্রজাগী ওইরম্বা যাবা ৱাখল্লোন্দা তাবুনুংগী থম্বালগী লীলা মতেক অমা খ্বাই মীয়ামদা নোল্লক্না লাম্থোকচরি। খন্থবিনবগীদমক পাবিরসি

- তাবুনুংগী থম্বাল।

## সিন - ৩

(সনা কোনুংদনি। ফম্বা চনখিবদগী শান্তিদাস গোষাই হিপ্পা চল্লক্রে। গরিবনিৱাজ রমান্দি ধর্ম্ম লৌখ্রে। মাইচৌ খোঙনাংথাবা অমসু মোইরাং ললহানবা অনিবু কৌরগা মনিপুরগী প্রজা পুম্বা রমান্দি ধর্ম্ম চৎহন্নবা পুয়াদা ইহনগদৌরি। মাইচৌ ললহানবা নিংথৌ সনামাংদা থুংলরে। সেনবুং য়ৈ। নিংথৌ থোরকপদা ললহানবা খুরুমই।)

ললহানবাঃ ইনিংথৌ ইবুংঙো। লাইনিংথৌ তাইবঙ শোরারেন নমু পোংহনবা-ও। নুমিৎকুম মশোঙ চাউ, থাবাগুম মঙাল নাই। পোইরৈ সনা পুংময়োন্দা ঙানবিবিবা নিংথৌরেল অথোইবা-ও। (খুরুমই) করম্বা সনায়াথং তাকপিগদবা।

গরিবনিৱাজ ঃ ইপু খোঙনাংথাবসু কৌজবনি। হকচাং ঙমদবনা মরম ওইদুনা লাকপা ঙম্লরোই হায়না তাকপিরক্রে। ইপুবু কৌখৎচবদি নিংথৌ ঐহাক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী মিংখৈরেন শোনবগা লোয়ননা রমান্দি ধর্ম্ম লৌরেদো। মীতৈ সনালৈবাক্কী মীতৈ খুদিংমক রমান্দি ধর্ম্ম চৎহন্নবা পুয়াদা ইশিনবিয়ু হায়বগী কৌজবনি।

ললহানবাঃ ইনিংথৌ ইবুংঙো। পোইরৈ সনা লৈবাক্লা খুঞ্জাই লৈচাই কল্লক য়েক্ল হাকথি-শোয়নাইনা মাঙলক্কদবা। মপা মচা তুংলমচৎতা নুংশিনরকওইদবা। মীয়ান মচা লম্বোইবা শান্তিদাস গোষাই গুরুনা কনবা ঙম্লগদ্রা হায়না মাংজৌননা অমুক্তদি হংবিহৌবনা শাফরোইদ্রা।

গরি ঃ তুংলমচৎকী ৱাদি ইপু। প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী থৌজালনা পোইরৈ সনা লৈবাকসে হুয়েল লাল্লোং ঙাক। তাংজ নৌহৌনা পুক্সি চরৈ কুই। পোইরৈ খুঞ্জাও লৈচাওরগদবনি। হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা ইপুনা লমজিংলগা ঐগী মাইচৌশিং অমাইবা অমাইবী মীতৈ পুম্নমক রমান্দি ধর্ম্ম লৌহল্লসি। প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী মিংখৈরেল শোল্লসিনে ইপু।

লল ঃ ইনিংথৌও! ইথক থোংবা অখং-অহৈ মাইচৌ ময়াম অমদি লৈবাক্কী অঙম অথৌ অতৈদা সনা য়াথং তাউথবিয়ু। ননাই নপুবুদি ঙাকপিয়ো।

গরি : লৈবাক অসিদসু ইপু। প্রভু শ্রীরামচন্দ্রদগী হেন্না মতিক ময়াই লৈবা লাই করম্বা লৈরিবগে। লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক রাম নাম শোনবিয়ু।

লল : হায়হৈদে নিংথেম হায়হৈদে। পারম পুরমচৎকী তাইবং লাই ওইখ্রবশিংনা তাইবঙ শক্তম লৌনা ঙাম্থোইরিবা, পোইরৈ ইরম্লেনসিগী য়ুমথোং খুদিংদা চীংঙু খুবম য়া, লাইনিং লমচৎ কায়দনা শোন্নরিবা মিংখৈরেন অথোইবা। নবুধৌ সনা শিদবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো চীংঙু তাইবঙ খায়বা লৈরিনে নিংথেম।

গরি : ইপু। ইপুধৌ সনাদি খাগেম্বগী মচাবু খুফম য়াদুনা পঙ্থৌ তুবি চরাইরোংবা সনা হাক্তক্তা মালেম লৈরুম তাউ। খোইরুনা মীতম লাক। শেন অহিংবনা হৈরগা লাৎলম্বনি হায়বদাইনে ইপু।

লল : মান্নি ইনিংথৌ! নবুধৌ সনাগী মিংখৈরেন মতিক অকম্বা থাবা লোইগদবা নত্তে।

(নিংথৌগা মাইচৌগা বারী চথরিঙৈদা গেরুবা মচুগী ফিজোল শেৎপা গুরু শান্তিদাস গোষাই মনাই শিষ্য অনি ভগবানদাস নরাযন্দাসকা চংলকই। মখোয় অহুন্না "রাম রাম রাম রাম রাম" শোনবদু তাবদা -)

গরি : (খুরমই) গুরুদেব।

শান্তিদাস : মঙ্গল হো। মনিপুরেশ্বর রাজা মঙ্গল হো।

(নিংথৌনা মঙোন্দা খুরম্মগা মাইচৌ ললহানবনা লেপ্তুনা মঙোন্দা মমিৎ কুপ্তবা মখৈ য়েংদুনা লৈবদু উবদা শান্তদাশ শাউনিংই। মহারাজদা হংই।)

শান্তিদাস : গুরু ব্যবহার খংদবসি কনানো?

গরি : গুরুজী। ইপু খোঙনাংথাবগী খোঙলোই অথোইবা মিংনাইরবা মাইচৌনি।

শান্তি : ও ... মীতৈ পণ্ডিট। প্রনাম। নাম্না করি কৌবা?

গরি : গুরুদেব। ইপুগী মিংদি মোইরাং ললহানবা।

শান্তি : মীতৈ পণ্ডিট। নহাক্কী দেশসিদা খ্বায়দগী অহেনবা দেবতা কনানো?

ললহানবা : হুঁ ... মনিপুর? হে মীরৈবাক্কী মীয়ান লম্বোইবা। নংনা ঐহাকপু নং হায়না কৌরবনিনা নহাকপুসু ঐনা নং কৌরগেকো।

শান্তি : খঙনিংবগী হংবনি। শাউগনু।

লল : করিগী শাউগনি? খংদবা মীবু খংনবা তাকপিবা মাইচৌ ঐখোয়গী থৌদাংনি। নেত্রা শেন্দ্রাগনু মীয়ান লম্বোইবা। পোইরৈ মৈতৈ সনা লৈবাক্কী অথোইবা অমত্তা ঙাইবা লাইদি মালেম অসি লৈশেম্বিরকপা শিদবা মপু লাইনিংথৌ চিংঙু তাইবঙ খায়বা ইবুধৌ সনামহিনি।

শান্তি : অহানবা দেবতা? দশ অবতারদা সনামহিগী মমিং য়াওরমদবা করিগীনো মীতৈ পণ্ডিত?

লল : দশ অবতার হায়বদি?

শান্তি : হুঁ ! অনাদি পুরুষ। দশ অবতার হায়বদি মিন অবতার, কৃষ্ণ অবতার, শুকুর অবতার, নরহরি অবতার, বামন অবতার, ভৃগু অবতার, শ্রীরাম অবতার, হলধর অবতার, বুদ্ধ অবতার, কলি অবতার। কদায় নংগী লাইগী অবতার?

লল : হা ... (ফাক ফাক নোকশিল্লি) মীনা লাই ওনবা য়ারোই। খাংঙুথক্তা লাই ওনবা মীনা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা নুংশাংনা লৈবা য়ারোই।

শান্তি : হা! মীতৈ পণ্ডিত! মীতৈগী লাইনা পৃথিবীগী অহানবা লাই ওইবা ওইথোক্তে।

লল : মদুদি পৃথিবী মালেম মশক খংদবা খাংঙুথক্কী পণ্ডিটনা হায়বনি। মৈতৈ ঐখোয়গী লাইনিংদি য়াম্না বাংই। তাইবং পানবগী মপূবু ফংনবা লাইনিংনি। মালেম তাইবংপান অসি শেমদ্রিঙৈদা করিসু লৈরমদে। তরং ওইরমই। তিংকাকোক ওইরমই। মতম অদুদা মহাক্তদি লৈ। মাদি অতিংকোক্লে। মহাক্তি চোইনৌ সনা মহীরেন ওইদুনা এলহৌঙৈদগী হুজিক ফাওবদা লেংলি পাল্লিবা হিংলিবা পুন্নমক্তা লৈয়ে। লাইশিংগী লাই ওইবা লাইনিংথৌনে।

শান্তি : ছি ছি ছি .. মীতৈ পণ্ডিত চোইরোল লোম্লে। উদবা খংদবগী বা ঙাংলে। মনিপুরেশ্বর মহারাজদি চন্দ্র বংসনি। মনিপুরদা পানখিবা আর্জ্জুনগী মচা বাব্রুবাহনগী ধরা সন্তান্নবু অসুক চাউখৎতনা লৈরম্বা। রাম রাম! চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা মনিপুর জঙ্গল ওইরে। চাউখৎপগী মঙাল য়ৌরমদ্রে। হা... ? মীতৈদি ব্রাহ্মনদা প্রনাম তৌগনি খুরুমগনি হায়বা ফাওবা খংলমদ্রে মুর্খ ...।

লল ঃ করি মীয়ান গুরু। নশাগী কান্নবা ফংনবা ইনিংথৌদা নপচৌ। নহাক্না মৈতৈবু উশিৎতবদি নতিক নত্তে।

শান্তি ঃ অচুম্বা হায়বিবদা শাওবা মীদি অপঙবনি।

লল ঃ মীয়ান পণ্ডিট! পঙলিবদি নহাক্নিনে।

শান্তি ঃ করম্না?

লল ঃ মালেম অসিগী মপু অমখক্তনি। এলহৌঙেদগী ব্রাহ্মণ লৈরক্কব্রা? ঐনা হায়বদি নোংপোক্তগী নুমিৎ থোকই। নহাক্না নোংচুপ্তগী নুমিৎ থোকই হায়রি। কনানা চুমই? অপংবসি নহাক্না ঐহাক্না? নহাক্না ইনিংথৌবু চন্দ্রবংসনি। বাব্রুবাহনগী মশুনি হায়রিবদু মৈতৈসি ময়াংগী চারোল শুরোন্নি হায়নিংবা নৎত্রা? কয়াদা চাউখ্রবা নমথাক্লো। লৈবাক অসিগী করম্বা মফমদা বাব্রুবাহনগী কোনুং শারমই হায়বা ঙস্ত্রা? নচিন নরৈ হেনগনু মীয়ান লম্বোইবা। খংদনা অহৈ শাগনু শাশিন্নবা পণ্ডিত।

শান্তি ঃ অর্জ্জুনগী ধারা সন্তান্নি হায়বিবদা হরাওবা ঙমদে? বাব্রুবাহন্না মফম অসিদা পাল্লম্বগী বারী লীবিগে তাজৌ। আর্জ্জুনগী শগোলবু বাব্রুবাহন্না ফারগা পুল্লগা থম্বা মফম খংব্রা, শগোলবন্দ। মপা মচা লাম্থেংনখিবা মফমনি লাংজিং। অর্জ্জুনগী মকোক শোইখিবা মফমনি পাৎশোই। মপা মকোক ইহান হান্না উবা মফমদুনি উরিপোক। লৈবাক অসিদা বাব্রুবাহন্না মপাগী মশক খঙখি হায়বগীদমক মহাকপু পাখংবা কৌখিবনি। নখোয মীতৈনা ইথৌ পাখংবা হায়রিবদু বাব্রুবাহন্নিনে খংলব্রা মূর্খ?

লল ঃ শিদবা শিদবা। মতমগী খোঙজেল অঙকপনি। তম্বা কনানা থিংবা ঙমগনি। মৈদিংঙু লাইনিংথৌও! মতম খোংলোই তুংইন্না ময়াং কাক খোংলরে। ময়াং পাউ পুরক্লে। লিৎফম লৈররোই। চেৎনা য়ানগদবা মঙায়রে। ননাইগী সনা থৌগলগী মতম তেল্লক্লে। ইরানয়াইদা হনখিনবা সনা য়াথং পিনবিরসি।

শান্তি ঃ চেনগনু পণ্ডিট। চেল্লগা কান্নরোই। ঙসিমক ঐঙোন্দা দিক্ষা লৌরগা শ্রীরামচন্দ্রগী অমৃত নাম শোল্লো মূর্খ। মীতৈ পুম্নমক রমান্দি ধর্ম্মা লৌহনগদবনি। নহাক অশিংবা চাউখৎপা মী ওইনিংদব্রা?

লল ঃ শান্তিদাস গোষাই! থৌগল্লোন কায়নরক্লনি। নঙোন্দগী হেনবা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী গুরু মমাংঙৈদা লমদম অসিদা ধর্ম্ম শন্দোকপা লাক্লম্লবনি। মায়থিরগা হনখ্রবনি।

শান্তি ঃ তর্ক কাল্লদে। নখোয় মীতৈবু চাউখৎনবা লম্বী তাকপিবা লাকইবা ঐহাকসি নংগী গুরুনি খল্লু।

লল ঃ চাউখৎপা? মীগী ফিদম লৌরগা চাউখৎপনি খনবদি মিনাই ওইবা নত্তনা করিনো? ইশাগী অমদি ঈরৈবাকচাগী য়াইফনবগীদমক ঐগী ঈরল্লেনগী লিচৎ খংনা ইপা ইপুগী খোঙ্গুল লীবতনা জাতি অমগী চাউখৎপা ওইগদবনি। মালেম লৈনা লুম্বরা পালেম ইমানা মরুমই। কোরৌ নোংনা বাংবরা পষ্টৌ ইপানা মবাংই। পালেম পষ্টৌ পোক্রুফম লমদমনা মহেল্লে। খক কাউগনু শান্তিদাস গোষাই।

শান্তি ঃ রাম রাম। মহারাজগী মমাংদা রাজপুরোহিত ঐহাক্লা হায়বা ইন্দরে। নিংথৌগী গুরুদা পাউতাক পিরে। নহাক রাজ বিদ্রোহি ওইরে। মীতৈ পণ্ডিট নহাক বায়েল চৈরাক ফংবা তারে।

লল ঃ বারী শারিবসি নংগা ঐগনি গোষাই। ইনিংথৌগী বা পক্লক্লনু। নং ধৰ্ম্মগী আৰ্থ হান্না খংখো। অচুম্বা, নুংশিবা, ঐ অহম অসিনা ধৰ্ম্ম ওইবনি। ধৰ্ম্ম পুন্নমক্তগী ঐখোয়গী ধৰ্ম্মনা নখোয়গী ঈশ্বরগা খ্বাইদগী নক্লবনি খংজৌ।

শান্তি ঃ নরৈবাক্কী লমশিং মমিং করম্না থোনখিবগে হায়বসু খংদবা মীতৈ পণ্ডিট! নহাক কুচু মুই অদুনা ইকায়বা খংদে।

লল ঃ বা ঙাংবদা কা হেল্লে। য়ুমদাংবনা কৈনারে। ঐখোয়গী মীহৌরোন লমিৎলোন নখোয়না খংগদবা নত্তে। নং ময়াং ৱাক ওল্লে। মৈতৈদি ময়াং ৱাক্লা খোংবা তানিংদে। শাউনিংই অদুবু হাৎপিদে। চাক লুখাক থারগা পিজৈ। নহাক কনানো হায়বদু ঐদি খংই। নশানা নশাগী নশক খংজৌ গোসাই।

শান্তি ঃ লাইরিক হৈতবা, অইবা লাইরিক অমা ফাওবা থমদবা মীনা, বেদ পুরান নৈনরগা লাকইবা পণ্ডিট ঐঙোন্দা চিন অমা পাল্লি হায়দুনা বা ঙাংলিবসি নোক্লিংদ্রা গোবিন্দাস হা...।

লল ঃ ঐখোয়গী পুয়া লৈ। মৈতৈগী পুয়াদি নহাক্লা পাবা থোক্রোই। আৰ্থসু খঙলোই।

শান্তি ঃ নখোয়গী পুয়াদি অপঙবা মীগী চোইরোলনি। জ্ঞান লৈবা ঐখোয়দদি বারেম্নি। অদুনবু ঐহাক্লা কংলা উত্রাদা মৈ থাদোকখিবদুনি।

লল ঃ হাই মীয়ান মচা! নচিন নরৈ হেনগনু। পুয়া মৈ থারুবদগী নশাদা লাইথুং পক্কুনা শিগদৌরবদা মাইচৌ চিংঙু লৌরেম খোংনাংথাবদা হায়জবদগী

নথবায় কনবিখিবদু কাউরব্রা? পুরকশৌবী নিংশিংউ। কাউজন থীনা কাউবা জিবদি হৌদোংনি।

শান্তি : ঐবু হৌদোংনি হায়রে মহারাজ।

নিংথৌ : ইপু! অশাউ খাম্বী ফাথবিয়ু। পুয়াগী বারী লিবিয়ু। মৈতে ঐখোয়না লমগী মমিং থোনখিবগে নশুদা তাকপিয়ু।

শান্তি : মানা করি খঙগনি। মমিং উইশিল্লগা বাখল খল্লে। মীতৈদি মকোক য়াউদে।

লল : হুম, শিদবা ... (স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা অশাউববু ফাথরগা) ইনিংথৌ। মাইচৌ বাচুম ইবশিংনা থম্বিরম্বা পুয়াগী বারেংবু সনা খুয়া খাদা হঙ্গৎচবা ঙসি হয়েংসিদা লোইবা খম্বা নত্তেদো।

নিংথৌ : উরিপোক করম্না থোনখিবগে ইপু?

লল : লাইংথৌ ঈশিংচাইবনা লাইরেম্বী ৭ কা থবান থা খুদিংগী ঈশিং চাইবী উরি তোংবী শাম্নে। মফম অদুবু উরি পোকফমনি হায়দুনা উরিপোক কৌনখি।

নিংথৌ : তাকয়েন্দি ইপু?

লল : লুবাং গুরুগী কবোকুংদা হাথবা মচা, মমানা শিরে খনববু, মচানা মমাবু মাদুনা শেন্দুনা লৈরম্বদগী শেনবা মাবা কৌবা মচানা চাউরক্লবদা মপাগী খোঙ্গুল লীরক্লুনা লুবাং গুরুগী লাইনিংফমবু তাক্লা য়েংখিবা মফমবু তাকয়েন হায়নখি।

নিংথৌ : লাংজিংদি?

লল : লুবাং চনু তাউরেম লৌথিবীনা পামেল শিংজা লাংবা চৎপদা খাম্বী মৈ হৌরক্লমই। লাম্মেনা কৌরেন কৈফা শাফবগী ময়ুম তুম্না চাক্লে। শাফবনা লৌথিবীদা তাইনদুনা ফাবিরে। ঈংলবা অহিংদা লাংঙচৈনা মৈ হৌরগা লৌথিবীনা অহিং লেনখিবা চীং অদুবু লাংচীং হায়না খংনখি।

নিংথৌ : শগোলবন্দ থোনখিবগী বারীসু লৈব্রা ইপু?

লল : করিগী লৈতগনি নিংথেম। নবুধৌ পাখংবগী হাক্তক্তা নবুধৌগী মশা পানবা শগোল শমতোন অয়াংবা চেনখিবদা নবুধৌ সনানা তান্নবদা মাঙখ্রে। শামতোন অয়াংবনা মাঙখিবা মফমদু শগোলমাং কৌখি। শগোলদু কোইথি থিরগা নোংচুপ হারম পাংবদা লৈরম্বদগী নবুধৌনা

*শগোলদু হোইদুনা পুরক্লগা তোংখিবা মফমদুনি শগোলতোংবা। লম্বীদা* ম্বারদুনা নবুধৌনা শামতোল অয়াংবু উথুম পাম্বীদা পুন্সিন্দুনা থম্লগা পোখাখি। মফম অদুবু শগোলবন্দ (শগোলপুন) কৌখিয়ে।

শান্তি ঃ ত্রেতা যুগতা আর্জ্জুনগী অয়াংবা শগোলবু পুনখিবা মফমদুবু অয়াংপল্লি কৌই।

লল ঃ নত্তে। ম্বাতাংলক্কনু গোসাই। অয়াংপল্লিদি লাইনিংথৌ অয়াংবা স্না হাক্তক্তা থোনবা পল্লিনি। অয়াং নিংথৌগী মিংদা অয়াংপল্লি থোনবনি। অয়াংপল্লিদা নিংথৌনা শগোল তোংদুনা চৎনদে।

শান্তি ঃ সর্ব্বনাস! তাবা য়াদবা, ওইদবা ম্বা পরেং ঙাংদুনা মহারাজগী মতম মাঙহল্লে। ভাগবান দাস! নরায়ন দাস! রমায়ন পাঠ তৌবগী মতম ওইরে। থৌরাং লাঙও। ঙসিদগী রমান্দি ধর্ম্ম লৌদবা মী দণ্ডি পিগনি। পাউ থারসি মহারাজ।

নিংথৌ ঃ ফগনি গুরুদেব। তারিব্রা? খ্বাইরাকপা অনং ফিহাইরোই! (অনং ফিহাইরোই ফম্নাইবা চংলকই। মহারাজদা মকোক লৈবাক শোক্লা খুরুমই।)

ফিহাইরোই ঃ সনা য়াথং তাউথবিয়ু ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ ঙসি ইনুং ঙানবদা মৈত্রবাক্কী নুপা নুপী প্রজা অমত্তা চিংখদনা রমান্দি ধর্ম্ম লৌনবা সনা কোনুংদা কারক্কদবনি। ঐহাক্কা পামজনা চৎলবা ধর্ম্ম অসি লৌদবা মীদি শাগে তুম্না নিংথৌ চৈরাক ফংগনি। য়ুমথোং য়েনা পাউজেল্লু, চৎলু।

ফিহাইরোই ঃ সনা য়াথং ফিগাও শানা য়াজরি। (খুরুম্লগা চৎখি)

লল ঃ (মপি ঈরা চেল্লগা) ইনিংথৌ! সনা খুৎমক্লা নোংচুপ থোঙ হাংবিরেদনা। মৈত্রবাক্তা খাম্বী মৈ হৌবিরেদনা। লাইনিংথৌ! লমগী ষণনা মচি শাং, লৈবাক থক-খা ওন, পারি-পুরি মাঙখিনবা নোংশাগী লিংজেল চেনবিগনুনে ইনিংথৌ। লৈবাক্কী মীয়ামগী মহুৎ শিন নদাইরেম্না সনা খুয়া খাদা পুনেমজরিয়ে নিংথেম।

শান্তি ঃ রাজ দণ্ডি ফংনিংবরা মৈতৈ পণ্ডিট?

নিংথৌ ঃ নিংথৌগী য়াথংদি লৈবাক প্রজানা ইনগদবনি। কাউরবোইনা ইপু?

লল ঃ হনুবা হনু লুকথুংদা লুকথেক্লবদি লিনগাম লাইথুং লাইথুংয়ে। য়ুমদাংবনা কৈনাইরবদি খরে লেম্লে ওইগনি। নিংথেমগী কোরৌও! নহাক নবা

ওইরি। পেম্মা য়েলহৌ ফৰী! তুংগী পোলোই য়েংনসিকো? ননাই মপু খোঙদোইরে। (শাউনা চৎখ্রে) হুঁ শিদবা মপু।

নিংথৌ ঃ ইপু! ইশানা দণ্ডি কোকথোংনরগা চৎপিখিনুদা।

শান্তি ঃ চৎখ্রে। চৎখিসনু। মহাক রাজ দণ্ডি কিদরে। লমহেনবসি করি দণ্ডি পিবিগনি মহারাজ?

নিংথৌ ঃ নিংথৌ ঐহাক্কী য়াথং থওইদবা প্রজাদি দণ্ডি শোয়দনা ফংগনি। ঐহাক লৈবাকসিগী নিংথৌনি গুরুদেব।

শান্তি ঃ থৈনা হো মণিপুরেশ্বর মহারাজ। মরাল লঙজবা মীবু ঙাকপিরবদি লৈবাক প্রজানা উশিৎলক্লোই। মীয়াম্না তুংদা লম হেল্লক্তনবা মতিক চানা ৱারক্কদবনি। মৈতৈ মাইচৌ মোইরাংমচা রাজদণ্ডি ফংলনি। নুঙায়বে। ভাগবন্দাস! নরায়ন দাস!

মনাই ২ না ঃ অজ্ঞ্যা, গুরুদেব!

শান্তি ঃ রমায়ন পাঠ তৌরসি। থৌরাং লোইরব্রা?

মনাই ২ না ঃ লোইজরে অজ্ঞ্যা।

শান্তি ঃ শ্রীরাম লক্ষন পূর্বজং। রঘুবরঙ্গ সিতা পতিং সুন্দরং। কাফুৎস্থ্যং করুনা ময়ং। গুননিধং প্রিয়ং ধর্ম্মীকম। রাজন্দ্রং সঘ্য সন্ধং দশরতনয়ং শাম্লং শান্ত মুর্ত্তিম। বন্দে লোকভিরামং....।

(শান্তিদাসনা শ্লোক থীরগা রমায়ন পাগে তৌরিঙৈদা নোংলৈ নুংশিৎ হৌরক্লে। অখাক অরাউ লোয়নরকই। খঙহৌদনা ব্রজ তারক্তুনা শান্তিদাসগী মমাংদা হাংদোক্লিবা রমায়ন্দু মৈ চাক্লে। শান্তদাস, ভগবানদাস, নরায়ন্দাস পাখৎতুনা চেন্নখ্রে।)

ভাগো ভাগো। রাম রাম। ভাগো।

(লৈরম্বা মী মখৈ চেন্নখ্রে। নিংথৌসু গুরুদেববু তান্নখ্রে। সনা কোনুংদা লৈরিবা মী অমত্তা চেক মোক লাউখিদ্রে। নোংলৈ নুংশিৎকী শউম, অখাক অরাউগী অকিবা মখোলনা পুম্নিন নিনখ্রে।)

## সিন - ৪

(স্না কোনুংদা ব্রজ তাবদগী শান্তিদাসকী রমায়ন মৈ চাকখ্রে হায়বগী পাউ তাবদগী ফম্নাইবা অনং ফিহাইরোই ৰাখল খল্লগা লম্বীদা চৎলি। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি।)

অনং : লোইশঙ কাবা ঐখোয়দি মপুনা চান্নবা মখোয়না হায়বা ইনবা। মখোয়না তৌ হায়বা থবক তৌবা, নিংথৌনা হায়বদা হোয় হায়বা। নিংথৌগী গুরুদু ঐহাক্কীসু গুরু ওইবা। অদু ওইরবদি ঐহাক ফমথোল কাগনি। ঐহাক্কী, ঐগী নুপীগী খুদোংচাবা ফংনবগীদমক ঐহাক ময়াং খন্দবা য়াদে। জয় প্রভু রামচন্দ্রজীগী জয়।

(মফি মরোল মফম মবাং খঙদবা মখৈ শান্তিদাস পাখৎনা চেল্লকই।)

শান্তিদাস : ভাগো ভাগো! ঐগী খোঙলোয় ভগবান্দাস নরায়নদাস শিরে। মী শিরে। ব্রজা তারে। রমায়ন মৈ চাক্রে। ঐ কদায়দা চেনগনি? ভাগো...।

(মকোক ঙাওরদুনা ফমথরকই। অনং ফিহাইরোইনা চংশিল্লগা)

অনং : গুরুজি।

শান্তি : কনানো? নং মৈতৈরা? নমিং করি কৌরে?

অনং : অনং ফিহাইরোই।

শান্তি : ই... লাইগী মমিংনি ... ই... (কিবনা নিক্লমই)

অনং : ঐহাক গোপালদাসনি গুরুজি। ঐহাক মীনি। কোনুংগী ফম্নাইবনি।

শান্তি : নংদি করিগী রমান্দি ধর্ম্ম লৌদে?

অনং : ননাই ঐহাক ইনিংথৌগা হিয়াংগৈ থাগী পুর্নিমা নুমিৎতা রমান্দি ধর্ম্ম দিক্ষা লৌজরে। ঐহাক্কী ইমিং গোপালদাস ওল্লবনি। গুরুদেবা।

শান্তি : রাম রাম। গোপালদাস!

(শান্তিদাস মমিৎ পাঙথোক্লগা য়েংখৎলকই)

গোপালদাস। চাউখৎপগী মিং ওইরে। নখোয় মৈতৈদি মুর্খনী। মিং থোনবসু হৈতে। মীতৈ লৈবাক্তা অচৌবা লাইরিক হৈবা মী ওইনিংলবদি মীতৈগী মিং কৌগনু। দাস, মুখর্জি, সেন, বাসু, শর্ম্মা, রোই কৌ। কোনুংদা মী কয়া শিরে?

অনং : কোনুংদা মী কনাসু শিদে। ঐহাক কোনুংদগী লাকইবনি। গুরু মচাশিংসু শিদে।

শান্তি : প্রভু রামচন্দ্রনা কনবিরে। গোপালদাস! নখোয়গী লৈবাকসিদি মৈগী লৈবাক ওইরে। কোনুংদা রমায়ন পাঠ তৌবদা ব্রজা তারে। রমায়ন মৈ চাক্লে। ব্রজ নৎত্রবদি করম্না মৈ হৌবা?

অনং : গুরুদেব। মৈতৈগী লাই লাইনিংথৌ অমা লৈ। অদুনা মোইবাং ললহানবনা রমান্দি ধর্ম্ম লৌ হায়বা য়াদবনি। লাই অসিবু কিদবা মৈতৈ লৈতে।

শান্তি : করম্বা দেবতা? করি মমিং কৌরে?

অনং : শল্লোং নিংথৌ অশুপ্পা সনামহি।

শান্তি : সনামহি?

অনং : মোইরাং ললহানবনা মৈতৈশিংদা হায়। রাম নিংবা তারবদি চিংঙুবু থওইদবা, খোইয়ুমগী য়েক্লবা ওইগনি। সনামহিদি মী ৱাহনবা, ঙাওহনবা, হাৎপা গুমই। অদুনা লাইংথৌ অসিগী মমিং সনামহি অপোইবা কৌই। গুরুদেব।

শান্তি : হা... অন্ধ বিশ্বাস! অনাদি পুরুষ।

অনং : থাজবিদবা তৌবিনু গুরুদেব। ৱাফম অসি মী তাগ্রবদি ঐহাক হিংগদবা লৈত্রবনি।

শান্তি : কিগনু। ব্রাহ্মন ঐখোয়গী তেজ নহাক খঙদ্রে। ঐখোয়না যৈজ্ঞ্য তৌবদা লাই পুন্নমক কিদুনা চেনগদবনি। নখোয় মৈতৈনা সনামহি পুজা করম্না তৌই, গোপালদাস।

অনং : মৈতৈ ঐখোয়গী ইমুংদা অৱা অনা লৈরবদি অমাইবা অমাইবীনা হৈকৎ লৈকৎলগা য়ুরাংলগা থৌনিবা তৌই।

শান্তি ঃ লাইবু য়ুনা পুজা তৌবা! ঈ কৎপা! শি... শি... শি... দেবতাসু অসুর মীসু অসুর। য়ু থকপা শা চাবগী লৈবাক! রাম রাম।

অনং ঃ লাইদা য়ু ঈ কৎপা নত্তে গুরুদেব, মাইবীনা য়েংধৌনা উতোং শারগা য়ামগা ঈশিংগা থিৎলগা সনামহিবু ঈরাৎপবু য়ুরাংবা কৌই গুরুদেব।

শান্তি ঃ উম। বেদ পুরানগা মরি লৈনবা বানি। লাইগী লৈবাক বাব্রুবাহন্না পাল্লম্বা চুমই। গোপালদাস! নখোয়গী সনামহিগী মূর্ত্তি লৈব্রা? কদাইদা লৈ?

অনং ঃ (মী অতৈ লৈবরা কোইয়েং য়েংলগা) সনা কোনুংদা লুপা অহিংবনা শাবা মূর্ত্তি অমা লৈরিবদু লাইংথৌ সনামহিগী কোলুনী।

শান্তি ঃ মীতৈ পূন্নমক বমান্দি ধর্ম্ম চৎলু হায়বা য়াদ্রিবসি সনামহিগী কোলু অসি লৈবননিকো? শোয়দ্রবরা গোপালদাস?

অনং ঃ মীঙোন্দা হায়দোকপিগনু। ঐ থব্বায় মাঙগনি। রমান্দি ধর্ম্ম লৌরবা মৈতৈ খুদিংমক অয়ুক নুংথিলদা রাম নাম শোল্লি। অদুগা নুমিদাংদদি শিদবা মপু শোল্লি। হায়জরিবসি সনা কোনুংদসু মহারাণীশিংনা তৌরি।

শান্তি ঃ মহারাণীসু সনামহি নিংবা? মৈতৈগী অরোনবা লুচিংবা কনানো?

অনং ঃ (মী য়েংলগা, লোন্না) মাইচৌ মোইরাং ললহানবা।

শান্তি ঃ গোপালদাস। কোনুংদা চৎসি। মণিপুরেশ্বর মহারাজদা ঐহাক্না হুকুম তৌগনি। মোইরাং ললহানবা, সনামহি কোলু মণিপুরদা থম্বা য়ারোই।

(শান্তিদাসকা অনং ফিহাইরোইগা কোনুংদা চৎখ্রে।)

## সিন - ৫

(ইরোম চাউবগী নুপী থম্বাল ফম্বাল তোংহনখ্রে। মহারাণী অমা ওইরে। মমিং গোমটি থোনখ্রে। থম্বালনা মহাক মশানা নিংথৌগী নুপী ওইবা য়ারে অদুবু নাউয়োম্মুংগী অঙাং য়াদুনা তাইবঙ মিকপ থোকপা ফাওবদংদি তোঙাম্না লৈজগে হায়বদগী গরিবনিবাজনা য়াদুনা য়ুম অমা তোঙাম্না শারগা থমই। মৈনিং কুম্লবগী মতুংদি থম্বাল সনা কোনুংদা নিংথৌগা লৈমিন্নরে। মহারাণীশিংগী মরক্তা থম্বালগা খ্বাইদগী চান্নবা তিন্ন-তোৎনবসি মহারাণী অহল লাম্বুবীনি। সনা কোনুংদা মহারাণী অনি লাম্বুবী অমদি থম্বাল বারী শারি।)

লাম্বুবী ঃ ইনিংথৌগী থৌগল ফংলিবী, ইনিংথৌগী থবায় ওইরবী গোমতি চংলকউ। ইনাওনা চৎথোক্তনা কোয়থোরকপবু ইনাওগী করি অবাৎ অপা লৈবগে?

থম্বাল ঃ য়োইবু য়োইহেনবী ইচে মহারাণীগী নাক্তা ননাউ গোমতিনা লাকচবদি অতৈ মরমগী নত্তেদো। ঙসি গুরুদেবনা রমায়ন পাঠ তৌরিঙৈদা অখাক অরাউগী মৈবুল সনা কোনুং অসিদা অতিয়াদগী পায়থরক্লগা রমায়ন মৈবাইখ্রে হায়নরিবসিবু অচুম্বরা ইচে মহারাণী?

লাম্বুবী ঃ ইনাও নহাকসু সনা কোনুং অসিদা লৈরিবনি। নহাকসু খঙফম থোকই।

থম্বাল ঃ সনা কোনুং অসিদা লৈরবসু ননাওদি অতোপ্পা শঙ্গাইনুংদা লৈবনা অশেংবদু খংজহৌদরে। বারী তাজগে ইচে।

লাম্বুবী ঃ ইনিংথৌগী করম্বা অকনবা সনা য়াথং লৈবনা কংলা ফম্বাল তোংখ্রবী ইনাও থম্বালনা মনিল মহা নাইদনা লোত্তুনা লৈবা ওইরিগবা। ইনিংথৌগী অপাম্বা মতুংইন্না রাম নাম শোল্লসি। রামান্দি ধর্ম্ম লৌরসিনে গোমতি।

থম্বাল ঃ নুপী ওইবী ঐখোয়গীবু করম্বা ধর্ম্ম, করম্বা তোখায়বা মচু লৈরিবগেনে ইচে? মপু মাগী নোংদমখোল বায়থুংলুবা ইপুরোইবনা চৎপা ধর্ম্ম ঐখোয়গী ধর্ম্মনি। ওইরম্বা মচু, চারম্বা চিঙ্গাক ঐখোয়গীসু ওইরগদবা নত্তরনে ইচে?

লাম্বুবী ঃ নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি মদু নত্তনা করি ওইনি? মদুনা নুংগী বানিদো। ঐগী ঐগী অপাম্মু মীমাং থোক্লা উৎলগা ইপুরোইববু পেলহনবা হায়বসিবু নুপী ওইবী ঐখোয়গী থৌদাং নত্তবরনে গোমতি?

থম্বাল ঃ মদুগীসু মতম লাকখিনি ইচে। রমায়ন্দুবু তশেংনা মৈবায়ব্রবরনে ইচে?

লাম্বুবী ঃ মৈত্রবাক্কী খোয়ুমদি মৈতে মাইচৌনা শেন্নগদবা ওইরমাল্লেনে ইনাও।

থম্বাল ঃ মৈতে ঐখোয় ঈ, ঐখোয়গী লাই লৈবা লাইরৈবাক কাউফদেকো ইচে ইবেম্মা। ইনিংথৌ খোঙদোইরক্লে। ননাও য়ৌব্রগে ইচে।

(ফিরুক খুম্নগা থোকখ্রে। গরিবনিবাজ নিংথৌ চংলকই। লাম্বুবীনা তরাম্না মপুরোইববু ওকই।)

গরিবনিবাজ ঃ মহারাণী লাম্বুবী! ঙসিদি ঐহাক্কী শমু হকচাং অসি হায়ফম খংদনা চোকথরে। ঐহাক ঙহাক মিকুপ পোথাগে। মী-পোং চংহল্লক্কনু। ঐ ঙহাক পোথাগে। রাম রাম, রাম রাম...।

(ফমুংদা নিংথৌ হিপখরে। লাম্বুবীনা সেবা চংই। হুমাই হুমই। গরিবনিবাজ তুমথখ্রে। লাম্বুবীনা মখোঙ নোইরি। সনামহিনা লাওরকই। লাইবাও পিরে। লাম্বুবীদি উদে, তাদে।)

সনামহি ঃ হাই হাই নোংসাগী লিংজেল চেনবা। নমা শদুং লৌচাউবীনা পোকপা। নহাক্লা পারি-পুরি মাঙহনগদৌরে। নশাগী লাইনিং লাইশোন হন্দোক্লা নোংচুপ লাই নিংলিবদো ইতিক খঙহনগে। চোইনৌ সনা থাংলেন ইখূৎশুনা য়েন্দেম থরাক শোয়বশুম নশাদু মতুপ মতুপ ককথৎলগা মালেমদা থাধগে ইতিক্লি। থাংলেন খূৎশু পায়য়ু। চাইনা পুংদা লাউ। হয়েন লাম্বেংনসি। হাই নিংথৌ। মৈতৈগী ঈমাং! নথবায় মাঙনিংদ্রবদি পূক্লিং অতিংবনা য়াবা অচুম্বা হায়দুনা ঐগী ফাংখোংদা চংজরো লাউ হে।

গরিবনিবাজ ঃ (মিৎকপ খঙথোক থোকই) মচোংপাক নাইদবা তম্বা কনানো? নিংথৌ ঐঙোন্দা নোকক্রেম হাগ্রেম্নবা লমহেনবা কনানো? তখেল্লা, অবারা, মোইরাংলা, মৈতৈরা? গুরু শান্তিদাসগী চরনামিত্রনা হকচাং শেংদোক্লগা শ্রীরামচন্দ্র প্রভুগী নামবু তত্তনা শোঞ্জবনা ইশাদা অকি তুজুং পোক্লবা গরিবনিবাজনি। ঐগী তয়ুম অচানবা ইদাইরেম খোংলোয় কনাসু লোয়নরোই। নাইতোম লাম্বিংনসি খঙগনি লৈরমউ। জয় শ্রীরামচন্দ্র প্রভুগী জয় -

(ফমুংদগী কুমথবদা লুখমদা কনাগুম্বা মী অমা লাক্কুনা ইম্বুরকপগুম উপথুননা তুরে। মহাক্লা পায়বা থাঙশাং পায়থোকখি। হৌগৎলকপদা ঈ ওরে।)

লাম্বুবী ঃ লাইনিংথৌ ইবুংঙো। করি মতৌনা? কদায়দগী ঈনো ইনিংথৌ?

নিংথৌ ঃ অরাম চনু লাম্বুবী! লানলাওখোলগা লোয়ননা ঐঙোন্দা হুয়েল লাম্বেংনসি হায়না হৌজিক তম্বা নিপা অমনা লাউরম্বদু কনানো?

লাম্বুবী ঃ সনা শঙ্গাইনুংসিদা সনা নাক্তা থৌগল ফংজরিবী ননাইনুপীদি করিমত্তা তাজহৌদে ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ নহাক করিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তাহৌদে?

লাম্বুবী ঃ তাজদে।

নিংথৌ ঃ তম্বা নিপা অমা ফাওবা চংলমদে?

লাম্বুবী ঃ চংলক্তে। ননাইনুপী ইতোমতনি সনা নাক্তা লৈজবা।

নিংথৌ ঃ উম। নুংথিলদা মংগ্রেম হাগ্রেম্নরবা। অদুবু ঈ অসিনা কনাগী? কদাইদগী ঈ?

(শান্তিদাস গোষাইনা মপান্দগী হায়রকই)

শান্তি ঃ রামা রাম। রামা রাম। মণিপুরেশ্বর মহারাজ মঙ্গল হো...

নিংথৌ ঃ লেঙশিনবীরকসি শুরুদেব।

সান্তি ঃ পৃথি থক্তা তারিবা ঈ অসি করিগীনো মহারাজ? রাম রাম...

নিংথৌ ঃ ননাইদি বুধি মল্লে। ঙসিগী থৌদোক অসি অঙকপনি শুরুদেব। ননাইনা ঙহাক্তা পোত্থারিঙৈদা মঙওই-হাওই কনানো অমনা অথি বাহৈ কয়া ঙাংদুনা ঐঙোন্দা লানশিংনরৈ। ননাইনা মিপাই থবাইবগা লোয়না লুখুমদা থম্বা থাঙলেন পায়রগা ফমুংদগী কুমথবদা, খোঙদা অপনবসু অমত্তা লৈতনা খোঙ অনিমক ফাজিনখি। তুংলোমদগী লুশমদা মপাঙ্গল কল্লবা মী অমা খঙইন ইল্লকই। লৈমায়দা উপ্রাক্সা তুরিঙৈদা কদায়দগীনো খঙদে ঈখেং হৈথরকই। মঙগ্রেম হাগ্রেম্নবরা হায়বসু ঈ অসি মিথয়েং তাবিয়ু শুরুদেব।

শান্তি ঃ রামা রাম। ননাই মণিপুরগী প্রজাসি লম য়াম্না হেল্লে। রাজদণ্ডি কিদরে। অহিংদসু নত্তনা নুংথিলদা মহারাজদা লক্করে। প্রভু রামচন্দ্রগী নাম শোনবিয়ু। লমহেনবা মী ফারগা অকনবা রাজদণ্ডি পিরসি মহারাজ।

নিংথৌ ঃ মদুদি শোয়দ্রবনি শুরুদেব। হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা লৈ। কদায়দা লিত্তুনা চেনগনি?

শান্তি ঃ মঙ্গল হো মহারাজ।

নিংথৌ ঃ কনা লৈ? ঈ অসি শেংদোক্লোরাউ।

শান্তি ঃ ঙহাক্তা ঙাইবিখো মহারাজ। য়াম্না লুবা ৱাফম ওইরে। ব্রজ তাহন্দুনা ঐহাকপু হাৎকদবগী হোৎনরে। রাম নাম শোনবদগী হিংহৌরে। মথংদা মহারাজবু হাৎকদবগী থৌরাং তৌরে। বুধি মুন্না তৌরো মহারাজ। মরূ অসি মুখৎত্রবদি ঐখোয় হিংবদা ৱারনি।

নিংথৌ ঃ করম্বা মরূ? চিংনবিরিবদু লৎনদনা তাকপিয়ু গুরুদেব।

শান্তি ঃ মহারাজ রমান্দি ধর্ম্ম চৎলে। মণিপুরগী প্রজা পুন্নমক রমান্দি ধর্ম্ম লৌগদবনি হায়বসি মহারাজগী অপাম্বনি।

নিংথৌ ঃ অচুম্বনি গুরুদেব।

শান্তি ঃ অচুম্বা ওইদ্রে।

নিংথৌ ঃ করম্না গুরুদেব?

শান্তি ঃ মহারাজনা প্রজা পুন্নমক রমান্দি ধর্ম্ম লৌগদবনি হায়না হুকুম তৌখ্রে। কোনুংগী পণ্ডিত মোইবাং লালহাবনা মণিপুবগী প্রজাদা মণিপুরগী খ্বাইদগী লুবা লাইদি নবুধৌ সনামহিনি হায়না প্রচার তৌরি। ঐগী পরুবা ভগবান্দাস, নরায়নদাসতসু মহাক্না স্নামহি অপোইবা থাজিন্দুনা ঙাওহনগনি হায়দুনা ধমকি তৌরে। মীবু হাৎপা ঙম্বা লাই ফত্তবদি মোইরাং ললহানবা মতোমতগী ওইদুনা থম্লে।

নিংথৌ ঃ করি ৱানো গুরুদেব। লাইবু ইপু ললহানবা মতোমতগী ওইবা য়াব্রা?

শান্তি ঃ মসিদি ঐহাক্কী আক্রসন শক্তিনা হায়বনি। মসিগী প্রমান্দি মহারাজনা হেন্না খঙফম থোকই।

নিংথৌ ঃ চুমই গুরুদেব। লম লমগী লাই লৈ। লাৎনরি। মণিপুরগীসু লাই লৈ। অদুবু ইপু ললহানবগা রাম নাম শোনবগা মরিদি করম্না?

শান্তি ঃ মোইরাং ললহানবগী মরাল? মাগী মরাল হায়রগে তারো। মহাক্না মীতৈশিং অয়ুক নুংথিলদা রাম নাম শোনহল্লগা নুমিদাংদা সনামহিবু খুরুমহল্লি। মসি প্রজাগীদা নত্তে। সনা কোনুং মনুংদসু মহারণীশিংনা তৌরি।

নিংথৌ ঃ ৱাফম অসি শোয়দ্রেকো গুরুদেব?

শান্তি ঃ গুরু শান্তদাসতি ধর্ম্ম অবতারনি। পুন্সিদা ওইদবা বা ঙাংদে।

নিংথৌ ঃ (শাউরে) মহারাণী লাম্বুবী! গোমতি!!

লাম্বুবী ঃ সনায়াথং তাকপিসি।

নিংথৌ ঃ লৈমরেন লাম্বুবী! নহাক্তি রমান্দি ধর্ম্ম দিক্ষা লৌরবীনি। দাসিনী হায়বা নাম ফংলবীনি। হায়য়ু, অয়ুক নুংথিলদা প্রভুজি রামচন্দ্রগী নাম শোল্লগা নুমিদাংদা ঐগী সনাকোনুং মনুং অসিদা লাইনিংথৌ সনামহি ইরাৎ পুজা তৌই হায়বসি অচুম্বরা? নৱা শেংউ।

লাম্বুবী ঃ ননাইনুবীনা করম্না চিঙ্গোয়রসিগে ইনিংথৌ। মৈত্রবাকসিগী করম্বা মৈতে চানা লাইংথৌ মহিরেলবু মীরায়বা ঙমগনি লৈবাক মপুরেল?

নিংথৌ ঃ রাম রাম! গুরুজীগী বাক্য অচুম্বা ওইরবা।

শান্তি ঃ ঐদি অচুম্বদা হায়বনি। লৈবাক্কী প্রজাদি নিংথৌগী ইনাই ঙাক্লি। মখোযগী ফনবা ঐখোয়না শিনবিগদবনি। ননাই শিংনা হান্না লাৎলম্বা স্নামহি দেবতাগী মূর্ত্তি কোনুংদা থম্বসিনা প্রজানা ধর্ম্ম অথোইবা রমান্দি লৌবা কিরে। অরিববু লাৎকদ্রা অনৌববু নিংগদ্রা অপঙবা প্রজাশিং ভাব তাবা ঙমদ্রে।

নিংথৌ ঃ অদুদি করি পাঙথোকপা তারবগে গুরুদেব?

শান্তি ঃ অরিবা মল্লবা মূর্ত্তি পুন্নমক মাঙহনখ্রো মহারাজ। মীতে মূর্খশিংনা লাৎলম্বা থাইনগী মূর্ত্তি মখৈ থুগায়রগা লৈনুংদা ফুমজিনখ্রসি। রাজগুরু ঐহাক্কী য়াথং পাঙথোকপদা নুমিৎ কয়ানি চংগনি মহারাজ?

নিংথৌ ঃ গুরুজীগী য়াথং ঈশ্বরগী য়াথংনি। ননাইনা ফিগাও শানা য়াজরে। রাণী লাম্বুবী! নহাকসু তারেদনা গুরুগী য়াথং অসে?

লাম্বুবী ঃ ননাইনুবীসু তাজরে। অদুবু গুরুজীগী য়াথং অসি পাঙথোকপদা লাইনিংথৌদা ফিজি ফিনানা হুম্বদি থোক্রোইকো ইনিংথৌ?

শান্তি ঃ তারেদনা মণিপুরেশ্বর মহারাজ? মীতৈগী লাইনা দেবতা পুন্নমক্তগী অথোইবনি হায়রিবসে। খুঙ্গংগী নুপী অপঙবীশিংদি করি খল্লমগনি? মীতৈ মাইচৌ হৈবোং মনুংগী তুমিৎকুম্বা মোইরাং ললহানবানা নহাক্কী প্রজা পুন্নমকপু সনামহি অপোইবা থাজিন্দুনা ঙাওহনগনি হায়না কিহল্লবনি। মসিদি প্রজা ললহাবনা লৈবাক্কী নিংথৌবু উশিত্তবনি।

শীংনবনি। প্রজানা লৈবাক অমগী নিংথৌগী মায়োক্তা ব্রা ঙাংবদা নিংথৌদুনা কিবদগী করিসু থবক পায়খৎপা ঙমদে হায়বসিদি ছি ছি ছি ইকায়নিংঙায়নি। গুরু শান্তদাসকী মাঙদা লেপইবসিবু মণিপুরেশ্বর মহারাজা গরিবনিৱাজ নত্তব্রনে?

নিংথৌ ঃ চিন্তা থাদোকপিয়ু গুরুদেব। পোইরৈ স্নালৈবাক অসিদা গরিবনিৱাজ ঐহাক্লা নিংথৌ ওইনা পাল্লি।

শান্তি ঃ অদুদি অফবা থবক পাঙথোকপদা করিগী পন্থরি? অফবা কর্ম্মদি খুদক্তা পাঙথোক্কদবনি। সনামহি কোলু য়েখায়বগী পাউ মুর্খ প্রজাশিংনা তাথ্রবদি লৈবাক ঈরাঙ হৌরক্লোইদ্রা?

নিংথৌ ঃ প্রভু রামচন্দ্রগী মিংখৈরেল অথোইবা অসিবু থিংবা, ঐহাক্কী অনিংবদা অপনবা পিবা কনাগীসু মতিক লৈতে। কনা লৈ? অনং ফিহাইরোই।

অনং ফিহাইরোই ঃ (চংলক্লগা খুরুমই) সনা য়াথং?

নিংথৌ ঃ হাউবম অকোং অহল্লুপ লাকপদা হায়রু, তম্বা মীকোক ১০ য়াঙ্গোই শাগোল তোংলগা ইবুধৌশিংনা লাৎলম্বা লাইসনা কোলু য়েখায়রগা ঈশিংদা থাধখো। লমলেন ৱাঙ্গোই মকাইফমদা শারিবা ফুরা লাইশঙ থুগায়রুচো। কনাগুম্বনা অপনবা পিরবা খুদক্তা য়াইবী মথৱায় লৌগদবনি। তারব্রা? খঙলেকো? অসিনসু লোইদ্রি, মৈতৈ লৈবাক্কী লাইমখৈ খোম্লগা পুল্লপ মফম অমদা ফুমজিনখো। চৎলো ঐগী য়াথংসি খুদক্তা পাঙথোক্কদবনি।

অনংফিহাইরোই ঃ ননাই সনা য়াথং পাঙথোকচরুরগে (খুরুমই)

কনা লৈ? মৈতৈ পাঙ্গনবা শমু মীকোক ১০ চোংথোরকউ। শাপোৎ লানপোৎ শেৎচিল্লু। শগোলশঙদগী শগোল কারু ১০ পুথোরকউ। ইনিংথৌগী অয়াঙবা সনা য়াথং পন্থবা য়াবা নত্তে। ঐখোয়গী থবক্তা অপনবা পিবা মী য়াইবী মথৱায় লৌ। ইনিংথৌগী য়াথংনি, লাইসনাগী কোলু থাংদোকউ। শগোলদা পুন্সিল্লু। ঐগী শগোল পুরকউ। অকা মচাশা! ৱাঙ্গোই লমদম পাঙলসে (চৎখি শগোল ময়াম থৌগ্রে)।

লাম্বী ঃ লাইনিংথৌ ইবুংঙো! পঙলবী ননাইনুবীনা সনা খুয়া খাদা চংজরি। সনা পুক্লিং অমুক্তা ফাথবিয়ু। ননাইশিংবু খাম্বিয়ু।

নিংথৌ ঃ ঐহাক্কী অনিংবদা অপনবা পিবা মীগী দণ্ডি নহাক তারবা নৎত্রা?

লাম্বুবী ঃ চিংঙু তাইবঙ শেম্বা, নমু শং-শং লোন্দিন্নবা মাঙবা নাইদবা লাইনিংথৌবু সনা পুক্নিংদা করিগীদমক নিংশিংবিদবগে?

নিংথৌ ঃ লৈমনা নিংথৌদা তাকপিবগী ৱারা?

লাম্বুবী ঃ নচ্চদে। নিংশিংজবনি। তাইবঙ খায়বা চিংঙু লাইগী সনাকোলু য়ৈখায়বা লৈবাক প্রজাগী অৱাবা ওইহৌরগনিনে ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ চৎখ্রো চৎলু। নশক য়েঙনিংদে।

লাম্বুবী ঃ (নিংথৌগী মখোঙ কোল্লগা) ননাইনুবীনা লংজখিবা ঈরাল পূম্বা ঙাকপিয়ু। ননাই অনং ফিহাইরোইবু অমুক্তদি খাম্বীয়ুনে ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ লমহেনবী! চৎখ্রো চৎলো (খোঙপাক্লা কাউবা)

লাম্বুবী ঃ লৈবাক প্রজা কাংখোং চাইবা তারেদকো?

(কপ্না কপ্না তপ্না হৌগৎলগা লাম্বুবী ইমুংলোমদা চৎলি।)

নিংথৌ ঃ অরাম্বী! কদায়দনো চংলিবদা? নহাক সনাকোনুংদা চংবা য়াররোই। নিংথৌ ঐহাক্লা হায়খিবা ননানা তাহৌরবা নত্তরা? কনাগুম্বা ঐহাক্কী অনিংবদা অপনবা পিরবদি খুদক্তা য়াইবী মথৱায় লৌবা। মসি নিংথৌ ঐগী শোয়ফদ্রবা য়াথংনি। নহাকপু নুপীজানি খন্দুনা য়েংবিববনি। ঙসিদগী, খুদক অসিমক্তদা নপাম লমদম পাঙখ্রো। চৎখ্রো চৎলো।

লাম্বুবী ঃ ইনিংথৌ। ( খুরম্নম্নগা কপ্না কপ্না থোকখ্রে।)

শান্তি ঃ রাম রাম। মহারাজ গরিবনিৱাজ ধর্ম্মরাজনি। রাম রাম সৈত্যবাদি ওইবা লাইপোক্নি। মহারাজ বিশ্রাম ওইবিহৌরো। ঐ চৎলে।

নিংথৌ ঃ গুরুদেব। ননাই অনংফিহাইরোইগী পাউদং তাবিরগা....।

শান্তি ঃ ও....! অচুম্বা পাউদি তাখিবা ফৈ। রাম রাম।

নিংথৌ ঃ গুরুদে। আসন্দা লেঙসিনবিসি।

শান্তি ঃ রামা রাম। প্রভু রামচন্দ্রগী রামনাম শোনবিয়ু মহারাজ।

(মমিৎ উশিল্লগা নিংথৌ অমসুং শান্তদাস রামনাম শোল্লি। খোঞ্জেল অমা নোংলৈ নুংশিৎকা ইরোইননা লাউরকই। নিংথৌ খঙপ্রেক খংই। কোইয়েং য়েংই। শান্তদাস খোঞ্জেলদু তাদে। মমিৎ উইশিল্লগা মালা চৎলগা রাম নাম শোল্লি।)

খোঞ্জেল ঃ ললহানবা! .... ললহানবা! ইদাইরেম মোইরাং ললহানবা। নং খওজৌ। তারিব্রা ইদাইরেম ললহানবা? চিংঙু ঐগী কোলু য়েখায়রগা ফুরা লাইশঙ মাঙহন্নবা থৌরাংলে হাই। নবুংঙো ঐহাক্তি মালেম লৈশেম্বা য়াইবিরেন্দি শিদবনে। ঐবু মাঙনবা শিল্লবসু ঐদি মাঙলোই। মদোম লীরৌ চন অনা লাইকুম্না কংলৈ য়ুমথোং খুদিং মীশি মীনা তোয়রনি। পোইরৈ বাথোক ওইরনিদো। ইদাইরেম ললহানবা। ঐহাক্না কৌবসি তাদবরা? মাইচৌ ওইবা নহাক্কী নথৌ নঙম পাঙথোকপা বাংলেন ওইরে...।

(মোইরাং ললহানবা পাখৎনা চেক্সিল্লকই)

নিংথৌ ঃ ইপু ললহানবা নত্তব্রা?

লল ঃ লাইরেন মৈদুংঙু লাইনিংথৌ ও! ননাই পাইমা শিল্লেলোম্বনা চরৈ ঙক্তা য়েৎ, ইয়া নাপী চিক কোংয়াং বানা তাবগুম সনা খুয়া খাদা পুনেমজরিয়ে ইনিংথৌ (বারৌনা খুরুমই)। চিরোল মীরোল চোইশা লাং থাকখিবনা হানখ্রেদো। মীনম চাহৈদবা খোয়ুম লাইবা তাউথখ্রেদো।

নিংথৌ ঃ ইপু!

লল ঃ ইনিংথৌ ইশাদা। ইচা ইশুদা। লাইথুং লাইগাম য়েল্লক্লনি। অয়ো নাহে তমগদৌরে। মীয়ান গুরু শাগোন্নবিরগা প্রজা মীয়াম্বু কনবিয়ু ইনিংথৌ।

শান্তি ঃ কনানো? ও! মীতৈ পণ্ডিত। প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী কৃপাদগী নশানা নরাল লৌজবা লাক্লেদনা। মাইচৌ তুমিৎ নহাক্না সনামহি অপোয়বা থাজিন্দুনা মীবু অবাবা পিবগী রাজদণ্ডি ফংবা তারেদো।

নিংথৌ ঃ ইপু! ইপুনা করি হায়গদৌরি?

লল ঃ ঐহাক্তি লাইবাউগী পাউখোল্লোইনি। ইনিংথৌগী বাখলনি।

শান্তি ঃ খঙদবা শারনু মীতৈ পাণ্ডিত। নংনদি মুর্খনিনা কনাসু খঙলোই উরোই খল্লি। নহাক্না লাই শাদুনা লাউরে। মীবু হাৎকনি তুপকনি হায়জিল্লগা কিহল্লে। প্রভু রামচন্দ্রনা কনবিবদগী নহাক্কী শক্তি ময়ায় চল্লে।

লল ঃ শিদবা শিদবা। হুঁ শিদবা মপু।

শান্তি ঃ ঙকশিন্নগনু মীতৈ পণ্ডিত। ব্রাহ্মন, বৈশ্নব, ক্ষেত্রিয়া, ইন্দ্র বর্ন মরিগী মনুংদা অথোইবা ব্রহ্মনগী শক্তিনা নহাক্না শান্নরিবা চলাক পুন্নমক ঐনা খঙলে।

লল : হা... নোক্তবা ঙমদে ইনিংথৌ। ননাইবু ঙাকপিয়ু। নহাকপু ব্রাহ্মণনে শান্তদাস গোষাই? হা.... মীতৈবু খুদুম চনবা লাকইবা হে মীয়ানচা। নহাক্তি ব্রাহ্মন নত্তে। হিংচাবনি। মীহিং চাবা শা।

শান্তি : মহারাজগী গুরুবু নিংথৌগী মাঙমক্তদা শা হায়বা ঙল্লবা। নিংথৌগী অপাম্বগী মায়োক্তা বা ঙাংবা মী অসিদি মরালনা মপোৎ ফারবনি। মহাক রাজবিদ্রোহিনি। মহাকপু রাজদণ্ড পিরসি। মহারাজ! হুকুম তৌবিরো।

লল : দণ্ড? লম্লানবা নহাক্লা হায়বা ইন্দবা মীবু দণ্ড পিহনবা! হা.... অদুবু করি কৌবা? রাজদণ্ড! হা....।

(অনং ফিহারোইগী কাংবু শগোল থৌজিল্লকই। নিংথৌদা পাউদম্লবা খুরমই)

নিংথৌ : অনং ফিহাইরোই। কমদৌরে? নবা নপাউ তানিংবনা গুরুজী ঙায়রি।

অনং : মৈদিংঙু লাইনিংথৌ - ও। ননাইশিংনা চীংঙুগী কোলু য়েখায়রে।

শান্তি : জয় শ্রীরাম প্রভুজীগী জয়।

নিংথৌ : মখা হায়য়ু।

অনং : ফুরা লাইশঙ উফুল ওলহনখ্রে। চীংঙুগী হকচাং মচেৎশিংদুনা লম্লেন মদাইমা লিন্দুপাৎকী পুখ্রি লাইজ ইয়োকোমদা থাধখ্রে ইনিংথৌ।

লল : ননাইবু ঙাকপিয়ুকো শিদবা মপু।

নিংথৌ : লাই অতৈদি ?

অনং : লাই অতৈদি খোম্লগা মোংবা হনবা মহাবলী উমংগী হৈবোং শিদবগী মখোঙদা ফুমজিনখ্রে ইনিংথৌ।

শান্তি : জয় শ্রীরামচন্দ্রগী জয়। মীতৈগী অরিবা দেবতাবু মাঙহনবা ঙম্বা থৌনা ফরবা মণিপুরেশ্বর মহারাজ মঙ্গল ওইয়ু। নুংঙাইরে। সনামহি কোলু য়েখায়রগা মাঙহনখিবগী পাউ তারবনিনা ঐহাক মতম খরদং শ্রীহট্টজিলাদা য়ৌরুখিগে। মীতৈ মাইচৌ জাদুগর অসিনা সনামহি অপোইবা থাজিল্লক্তুনা মৈ চাকহনখ্রবা রমায়ন অনৌবা অমা লৌরুখিগে। অদুগা মহারাজ! মীতৈ মাইচৌ হৈবোং মনুংগী তুমিৎ অসিবু ঙাকপিয়ু। অপঙবা মূর্খনি। ঙসিমক রমান্দি ধর্ম্ম লৌহল্লসি। নিংথৌগী গুরু ঐহাক্কী খোংবী মচুম থকহল্লগা মহাক্কী দণ্ড কোকপিরসি। হাই মীতৈ মাইচৌ। ঐহাক্কী চরনামিত্র থকউ। নহাক্কী দণ্ড কোকপিরগদবনি।

লল ঃ দণ্ডি? দণ্ডি হায়বদি করি দণ্ডি?

শান্তি ঃ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা পিবা দণ্ডি।

নিংথৌ ঃ নিংথৌ ঐহাক্কী মায়োক্তা লৈবা মীগী দণ্ডিদি নখোঙ নখুৎ ককথৎপা। চীংনুংহুৎতা ইম্বুরগা হাৎপা। নৎত্রগা নঙক্তা থৌরীনা পুল্লগা উজাউদা য়ানখৎলগা হাৎপা।

লল ঃ মোইরাং ললহানবা ঐহাকপো? বায়েল বিচার চত্থদনা দণ্ডি পিগদৌরিবা? ঐহাক্কী দণ্ডি য়াবা ঈরালদু খঙজনিংইদা ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ গুরুজীগী বাকৎ অসিনা। রমায়ন মৈ চাকহনবা। ঐহাকপু হাৎকদবগী থৌরাংখিবা। মৈতৈশিংনা ঐগী রমান্দি ধর্ম্ম চৎলগা নুমিদাংদা সনামহি খুরুমহনবা অদুগী মথক্তা নিংথৌরেল ইপা ইপু সনা হাক্তক্তদগী মোইরাংনা মৈতৈবু নুংশিরক্তে। তখেলদা মৈতৈনা মোইরাংবু লোই থারগা মোইরাং মৈতৈগী লোইরম ওইহল্লি হায়দুনা মৈতৈ নিংথৌবু থেম্বাং কয়ারক্তা লমন খুমগদবগী লুমদুনা লৈরকই। খুবাকনুংদগী নিং তমগে হোৎনবদা মায় পাক্তবদগী ইপুনা সনামহি অপোইবা থাজিল্লক্রগা ঐহাকপু হাৎকদগী হোৎনবগী দণ্ডিদি ইপুবু খুদক্তা য়াইবী থবায় লৌফম থোক্লবনি।

লল ঃ শিদবা শিদবা। হৌখিবা পুম্বা চুমখি। ওইরক্লিবসু চুমগনি। লাকদবসু করিগী লানগনি? শোয়ফদবা পুয়ানে। লেঙফদবা লাইবানে।

শান্তি ঃ শিরমদাইগী চোইরোল লোনবা হৌরে। হা....।

লল ঃ হাই ইনিংথৌগী য়াংলৈ তাউবা হুই! মপুনা চাল্লগা লৈতোন লেকচবা শাই। মীনম বাপৈনা ময়ায় কারক্তুনা হুই অঙাওবা ওল্লে। মপু চিক্রে। মপু চিকপা হুই অঙাওবা কদায়দা লিৎতুনা চেনগনি?

শান্তি ঃ ব্রাহ্মন ঐহাকপু হুই? রাজপুরোহিৎ ঐহাকপু হুই হায়রে মহারাজ।

নিংথৌ ঃ ঙাংহৌরগে হায়হৌরগে হায়বগী মতাগুম ইপু! নিংথৌ ঐহাক শোক্লা হায়রেনা ইপু। নিংথৌ ঐনা হায়বা ইন্দুনা প্রভু রামচন্দ্রগী নাম শোল্লগেরা?

লল ঃ পোন্দা য়োকপা চেক্লাগুম নম হাদুনা ঐনা রাম রাম শোল্লগবু মৈতৈ লৈবাক্কী প্রজানা য়ারগদরা ইনিংথৌ?

নিংথৌ ঃ লৈবাক্কী বা থমখো? ইপুগী পাউখুম পামই।

লাল : ইনিংথৌগী য়াথংদি কোয়ৌ থক্তা কাফদে, মালেম লৈদসু তাফদে। ইনিংথৌগী সনা য়াথং ঙাক্লা লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক মাঙ থানা য়াইবী থবায় থারগদবা মোইরাংচাদি ললহানবনি ইনিংথৌ।

শান্তি : জ্ঞান লৈবা মীতৈ পণ্ডিতনি। হো - অদুম্না হায়গদবনি। হৌজিক্তি রাম নাম শোল্লগে য়ারবনিনা ঐহাক নুঙায়রে। প্রভু রামচন্দ্রজীগী থৌজালনি।

লল : হন্না হন্না রাম নাম শোল্লু তাকপিবদি লংজ ঈরাল হেনগৎহনগে সনা পুক্লিংনা লেপ্লিরেদনা -

নিংথৌ : তুমিন লৈয়ু। নরৈদু খৎলনু। নংগী পাউতাক লৌগদবা নিংথৌ গরিবনিবাজ নত্তে। মোইরাং মচাদা মৈতৈ নিংথৌনা থেমজগদবা নত্তে। কনা লৈ? অনং ফিহাইরোই।

অনং : সনা য়াথং....।

নিংথৌ :পাউজেল পুংজাও থিল্লু। লৈবাক মীয়াম কৌখৎলু। কংলা পুংময়োন হৈবোং পাম্বিদা মোইরাং ললহানবা মণ্ডক্তা থৌরীনা পুল্লগা য়ান্দুনা হাৎলু। নিংথৌনা হায়বা ইন্দবা মীগী দণ্ডি। মীয়াম হুপ্না য়েংহল্লু।

লল : চিংঙু তাইবং খায়বা লায়িংথৌ! মতমদু য়ৌরে। মমং মখূৎনা লামজবনি। ননাইবু ঙাকপিয়ুকো শিদবা মপু।

নিংথৌ : অনং ফিহাইরোই! করিগী তপথরি। চৎলু, মোইরাং ললহানবসি শঙলিংবদা শিন্নখো। মথবায় লান্দ্রিবা ফাওবা উতোন্দা য়ানগদবনি। ঈশিং মরিক অমা ফাওবা পিথকপা য়াদে।

অনং : সনা য়াংথং.... (খুরম্লগা ললহানবগা থোকখ্রে)

লল : য়াইফরে। য়াইফরে। শিদবা মপুনা য়াইফরে।

শান্তি : নুঙাইরে। নুঙাইরে। প্রভু শ্রীরামচন্দ্রনা জয় ওইরে। মঙ্গল হো মহারাজ।

নিংথৌ : জয় গুরুজী (খুরমই)

শান্তি : রাম রাম.... (চৎখ্রে)

নিংথৌ : নিংথৌনা হায়বা ইন্দবা প্রজাদি অহকপা দণ্ডি পিগদবনি। মসি লৈবাক্কী নিংথৌগী থৌদাংনি। (চংখ্রে)

## সিন - ৬

শান্তিদাসকী য়ুম। নুমিদাং

(বেঙ্গলিনা ঙসি খনবা ৱাখলসি ইন্দিয়ানা হয়েং খনবনি। ৱাহৈ অসি বেঙ্গলিনা চাওথোক্লা ঙাংজবা ৱাহৈনি। শান্তিদাস গোষাইনা ৱাফম অসি চুম্নবা হোৎনখি। মৈতৈশিংগী থম্মোয়নুংদা করি খল্লি। তুংদা করম্বা পোরম কাংলকপা য়াই হায়বসি শান্তিদাস খন্দবা নত্তে। রমায়ন মৈ চাকখিবগী ৱাফমদা অনৌবা রমায়ন লৌরুনবা মরৈবাক্তা চেল্লগা অনৌবা ৱাখল্লোন থিবা চৎকদৌরি। মরমদমদা চৎকদবগী মপোৎ মচৈ য়োমশিনবা লোইরবগী মতুংদা মনাই ভগবান্দাসতা শান্তিদাসনা পাউতাক পীরম্মী)

শান্তিদাস ঃ ভগবান্দাস!

ভগবান্দাস ঃ গুরুদেব!

শান্তিদাস ঃ নহাক করিমসু কিনু। ঐহাক্না মৈতৈগী মপাঙ্গল শুন্নবনি। মাঙহল্লবনি। মখোয়গী লুচিংবা মাইচৌ মোইরাং ললহানবা ফারেদনা। হাৎপগী চৈরাক পীরবনি। করিশু চিন্তা তৌগনু। নহাক কোনুংদা লেঙদনা লৈরমউ। মহারাজদি ঐখোয়গী মীনি। ঐহাকপু য়াম্না কিবনি। অদুনা নহাকপু নিংথৌনা ঙাক শেনগনি। ভগবান্দাস।

ভগবান্দাস ঃ গুরুদেব!

শান্তিদাস ঃ নহাক্না কাওরোইদবদি মৈতৈ হায়বা জাতি অসি হৈবোং মনুংগী তুমিৎকুম্বনি। অপংবা, অনাদি পুরুষনি। মতোমতা চাওজনিংবা কাংবুনি। মশা মশাতগী খনবদা মীগী ৱাখল খন্থবা ঙমদবা কাংলুপ্নি। বাহু বোচন ফজৌ। নারদ শারগা মখোয় মশেন অমগা অমগা খৎননবা শিল্লমউ। মনিপুরগী তম্পাক্তা মৈতৈ লৈ। অকোয়বদা চীংমী লৈ। নহাক হাওনুবী অমা লৌরগা চীংমী মরুপ শারগা মৈতৈবু য়েরুবা ওইহন্নবা হোৎনরকউ। মনিপুরদা চীংমীগা মৈতৈগা নুংশিনহন্দ্রবদি মপান লমদগী লাকপা ঐখোয়না চাওবা শোয়দ্রবনি। নহাক ভাব তারোকো ভগবান্দাস?

ভগবান্দাস ঃ গুরুদেব! মৈতৈ হায়বা কাংবুসি মীচং খোম্বা হৈতবা জিবনি। মখোয়সি শা মখল অমনি। শাদি বাইদ্রবসু, চাদ্রবসু মখোঙনা নেৎপদা মী হাৎপা ঙমই। ঐহাকপু ইতোমতা থম্বীরমগনু। রমায়ন অনৌবা লৌবদু ননাই চৎচগে গুরুদেব!

শান্তিদাস ঃ ভগবান্দাস! রমায়ন লৌরুবনা মরু ওইবা মরম নত্তে। ঐহাক্না চৎকদৌরিবসিগী অতোপ্পা মরম লৈ। মৈতৈ খঙহনবা য়াদে। নহাক্না খঙবগী মথৌসু তাদে। ওনেক কাজ অছে। পোরে বুজবো। তম্মীগা চীংমীগা নুংশিনহনবা য়াদে। মৈতৈদা হায়য়ু চীংমীদি অমাংবা চাওখত্তবা কাংবুনি। মৈতৈদি অশেংবা চাওখৎপা হিন্দুনি। মখোয়গা তিন্নবা য়াদে হায়বগী প্রচার তৌরম্মু। ঐহাক কুইরক্লরোই। তারবরা অমি তারা তারি আইবো। রামনাম শোল্লগা লৈরম্মু। রাম ! রাম! . . .(চৎখরে)

ভগবানন্দাস ঃ রাম! রাম!

## সিন - ৭

লম্মাং। নুংথিল।

(মাইচৌ মোইরাং ললহানববু কৈশুমশঙদগী পুথোরক্লগা হৈবোং পাম্বীদা মঙক্তা থৌরী পুল্লগা হাৎকদবা নুমিৎনি। পুংজাও থিন্দুনা লৈবাক মীয়াম খঙনবা পাউজেল চেল্লমই। পুংজাও থিল্লগা সনা কোনুংগী মী অমনা লাউ লাউদুনা থোরকই)

- তাউ তাউ পোইরৈ সনা লৈবাক্কী মীয়াম। ইনিংথৌগী য়াথংনে। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী মপুরেন ইনিংথৌগী সনা য়াথংনা লৈবাক প্রজাবু কৌখৎলি। লৈবাক নিংথৌগী য়েক্লবা ওইরবা, নিংথৌগী য়াথং ইন্দবা, মৈতৈগী মাঙনবা শিনবা, নিংথৌ শেম্বা, ঠাকুর বামোন হাৎকে হোৎনরম্বা, মরালনা মপোৎ ফারবা মোইরাং ললহানববু কংলাগী হৈবোং পাম্বীদা মঙক্তা থৌরী পুল্লগা য়ান্দুনা হাৎকদৌরি। মীয়াম্না কুম্মৈ য়েংলগদবনি। অবাবা, পুক্নিং নুংঙাইতবা লৈফদে। মহাক্না তৌজবনা মানা ফংজবনে। নিংথৌগী য়াথং হিক্তোকফদে। অসিগুম্বা রাজদণ্ডি অসি নাকোকথক্তা তারক্তনবগীদমক ঙসিমক প্রজা পুন্নমক রমান্দি ধর্ম্ম, লাইনিং লাইশোন লৌবিরো। তাদবা তাহৌরো। খঙদবা খঙহৌরো । (থোকখরে, অনং ফিহাইরোই চংলকই)

অনং ফিহাইরোই ঃ কংলাদা প্রজা মীয়াম চোন্না তিল্লে। মোইরাং ললহানবা পুশিল্লকউ। মহাক হাৎপগী মতম ওইরে।

(মখুৎ তুংবুনলবা ললহানবা মঙক্তা থৌরী থুরগা ফিমু শেৎপা কাংবুনা পুশিল্লকই। নুমিৎ শিংবুম কয়ানি পিজ পিথক্লক্তবা ললহানবা ফিভম শোক্লে)

অনং ফিহাইরোই ঃ ইনিংথৌ সনা য়াথং ইন্দবনা মোইরাং ললহানবা শিবা তারেদো। মসিগুম্বা রাজ দণ্ডি অসি ফংদনবা মৈতৈ খুদিংমক রমান্দি ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন খুদক্তা লৌরসে। ঐহাক্না প্রভু শ্রীরামচন্দ্রজিগী হায়না লাওরকপদা মীয়াম্না জয় হায়না খুম্বীয়ু। রাম রাম হায়রকপদা রাম রাম হায়না শোনবিগদবনি। প্রভু শ্রীরামচন্দ্রজিগী . . .

ললহানবা ঃ ইরৈবাকচা পুন্নমক! নিংথৌ শেনবা অনং ফিহাইরোইগী য়াবা বাচানবিগনু। ইনিংথৌগী য়াথং নৎত্রবসু পোইরৈ সনা লৈবাক্কী মীপুম খুদিংমক নোংমদি শোয়দনা শিরগদবা তাইবং মীওইবা ঐখোয়নে। চেন্দুনা হিংলোইয়ে। মীপুম খুদিংমনা পূক্লিংদা কাউবিরোইদবদি - মালেম লৈমনা লুম্বরা? পলেম ইমানা মরুম্মে। কোরৌ নোংনা বাংবরা? পন্থৌ ইপানা মবাংই। পলেম পন্থৌ পোক্লিবী পোক্লফম লমদম্না মহেল্লে। ঙসি ললহানবা ঐহাক্না মৈতৈ মীয়ামগী মাঙদা শিবা ফংবসিনা মীগী মীতৌ তমদুনা মীখা পোন্দুনা হিংগদবগী শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ। লৈবাক মচাশা! শান্তিদাসতি অরায়বনি। লুরিবদি ঐখোয়নি। মহাক্তি মহাক্কী নুমিৎ চায়রকপদা মরমদমদা হনখিগনি। ঐখোয়দি কংলৈপাক অসিদা পোকপনি, চাউবনি। ইরমদম অসিদা মোংফম ওইগদবনি। ঙাকপিহৈবা মীয়াম্না মীয়ানচাবু ঙাকপিয়ো। ঐহাক্কী অরোইবা মতম অসিদা তাইবং মপুগী শিদবা মিংখৈরেনবু কাউবিরনু। শিদবা মপুনা য়াইফরে হায়না অমুক্তা মীয়াম্না হৌনা লাউবিয়ু।

অনং ফিহাইরোই ঃ শিরমদাইদা পেং চোইরবা ললহানবা। মপুগী য়াথং ইন্দবগী করি থোক্রে? ঐখোয় অঙাওবগী চোইরোল তাদুনা লৈবা য়াদ্রে। নহাক হাৎপগী মতম ওইরে। মীহাৎপুংগী থোঙশঙবা! ললহানববু হৈবোং মথক্তা য়ানখৎলো।

(নোংলৈ নুংশিৎকা ইরোইননা অরাপ্পদগী খোংনাংথাবনা লাউরকই)

খোংনাংথাবা ঃ ঙাইখো -

অনং ফিহাইরোই ঃ কনানো? অরাপ্পদা মশেক মঙালগা ইরোইননা খোঙকাপ কমজাও ছন্না লাকইবসি। মাইচৌ ইপু লৌরেমবম খোংনাংথাবা নত্তবরনে?

খোংনাংথাবা ঃ (য়ৌশিল্লকই) ললহানবগী মঙক্তা পুল্লিবা থৌরী অসি লৌথোকউ।

অনং ফিহাইরোই ঃ নিংথৌগী অনিংবদা অয়েৎপা পিবগী শিবগী রাজ দণ্ড ফংবিনিংব্রা ইপু?

খোংনাংথাবা ঃ নিংথৌ শেনবা মিনাই অঙম্বা! মপুনা চান্নবা চৎপা হুই! মীয়ানগী খোঙজুম খোইহিনি খন্দুনা থকপা অনংফিহাইরোই। ননিংথৌদা হঙ্গৎলুচো। হায়রু, লৌরেম খোংনাংথাবা হিংলি। মোইরাং ললহানবা

হাৎপা য়ারোই। বায়েনশঙদা মরাল শীরগা মীগী বাকৎ তাদনা নিংথৌনা য়াথং থোকপা অচুম্বা বায়েন নত্তে। লৈবাক্কী বায়েল পথাপ্পু শীংনবনি। ললহানবা হাৎনবগী নিংথৌগী য়াথংদু ঐনা শিংনরি। লোইশঙ মচা! পুল্লিবা থৌরীদু লৌথোকউ।

অনং ফিহাইরোই ঃ ইনিংথৌগী সনা য়াথংগী বাংমদা ঐহাক্না বা হঙ্গৎপগী ইতিক লৈতে। করি য়েংলি শঙলিংবা। থৌরী পুনখৎলো। ললহানবগী মথায় তৎত্রিবা ফাওবা য়ান্দুনা থমউ।

খোংনাংথাবা ঃ ইয়া! অনং ফিহাইরোই! চৎলুনে ননিংথৌদা হায়রু। খোংনাংথাবগী য়াথংনি। মোইরাং ললহানবা হাৎপা য়ারোই।

অনং ফিহাইরোই ঃ নিংথৌগী য়াথংদি খুদক্তা পাংথোক্কদবনি।

খোংনাংথাবা ঃ হৌজিক ফাওবা চৎত্রি? খোংনাংথাবনা হায়রবা ফাওবা চৎত্রি? হুঁ শিদবা মপু। (অখাক অরাওগা লোয়ননা নোংলৈ নুংশিৎ শিৎলক্লে। অখাক অরাও তারক্লে। ব্রজ তাবগী মখোল তাবদা অনং ফিহাইরোই কিদুনা চেনখরে। মোইরাং ললহানবনা হুং শিদবা মপুগী মিংখৈরোল শোল্লগা মঙোন্দা পুল্লিবা থৌরীদু লৌথোক্লগা হায়রকই)

ললহানবা ঃ চিংঙু-ও (খোংনাংথাবগী মখোঙদা খুরুমই)

খোংনাংথাবা ঃ তিল্লিবা মৈতৈচা পুন্নমক। মোইরাং ললহানববু হাৎকদৌরিবসি কুম্মৈবা? মাইচৌ ললহানববু হাৎকে তেমশিংলিবসি ঐখোয় খ্বাই পুন্নমকপু হাৎনবা থৌবাং নত্তববা? নিংথৌনা মৈতৈগী লাইনিং লাইশোন পামদ্রে হায়দুনা লাইসনাগী কোলু য়ৈখায়রগা, মাইচৌ ললহানবা হাত্তোকখ্রগা মৈতৈ পুন্নমক শিরগদ্রা? নোংমদি উৎ ওনখ্রগা মালেমদা তিনখ্রগদবা হকচাং অসি নিংথৌনা মাঙহনখ্রগা শিবা নাইদবা য়াইবিরেনবু নিংথৌনা হাৎপা ঙম্লা? শিহনবা য়াব্রা? মাইচৌ ললহানবা!

ললহানবা ঃ চিংঙুও!

খোংনাংথাবা ঃ হৌগৎলু। নাখোঙনা নদোম লেপউ, মৈতৈদি মীঙোন্দা ঙারগা লেপ্পা, মীরমগী থৌজালনা হিংবা হৈতবনি। মদু হৌনদবা লিচৎনি। ঙসিদি মৈতৈ ঐখোয় মালেমদা হিংখিগদ্রা হায়বগী চাংয়েং নুমিৎনি। মৈতৈ ঈ অশেংবা ঈ অমাংবগা মায়োক্নবা তারেদো। কুম্মৈ য়েংলিবা মীয়ামগী মরক্তগী মৈতৈ ঈ অশেংবমখৈ চোংথোরকউ। ঐখোয় ইশাদা

নত্তনা তুংগী চারোন শুরোন্না মপা মমা মশক খঙদবা মীগী মতৌ তম, মীনাই ওইনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিবনা হেন্না ফত্তরা? নঙগী নঙগী চারোন শুরোন কন্নিংবা মী মখৈ ইতুং ইল্লকউ। (ললহানববু কোল্লগা)

পারি পুরিবু, ইপা ইপুগী লাইনিং লাইশোনবু ইরমদম অসি কোল্লিবা খোইয়ুম লাইয়াম্বু মীরাইবা ঈমাং নখোয়না চৎলু। নিংথৌদা হায়রু। মতিক লৈরবদি মাইচৌ মোইরাং ললহানববু খোংনাংথাবা ইখূত্তগী ফারুরাও হায়রু। খোংনাংথাবনা ললহানবা পুরগা চৎখ্রে হায়না তমজরুচো। হা, মীগী মতৌ তমখাক। হঙোই মরিল শুৎ- শাৎ -।

(ললহানববু কোল্লগা খোংনাংথাবা চৎখরে)

## সিন - ৮

(থম্বাল মচানুপা অমা পোক্লে। মমিং মোরাম্বা থোল্লে। গরিবনিৱাজ নিংথৌনা লুনা চান্না তৌবিনবা থম্বালনা হোৎনখ্রে। প্রজানা নুংশিবা মহারাণী ওইনবসু মতৈহন অমুবগী পাউতাক লৌরগা রাজনিতি শান্নরে। চহি কুমজা হৌজিনখিবগা ইরোইননা মোরাম্বা শামু শারেপ ফারক্লে। মপল অমুবনা থাঙ-তা শরিৎ শরাৎনচিংবা মৈতৈগী শা-লানগী মহৈ অমত্তা চিখদনা লোন্না তম্বিখ্রে। চাউরক্লবনিনা স্নাহল মোরাম্বগী নাকোংদা মহাক্তি নিংথৌগী ঈ নত্তে, ইরোম মচানি হায়না মীনা চিবোন চিবোন ঙাংনবা নাকোংদা তারে। অপোকপা মপা চাউববু হাৎলগা মমাবু নমদুনা মহারাণী হাপখিবনি হায়বসু খঙলে। নোংমগী থেঙলবা অহিংদা মমা মচা মায়োক্লনা ৱাফংনরমই।)

থম্বাল ঃ ইমাগী ইবুংঙো মোরাম্বা! থেঙলবা অহিং তাংলৌ অসিদা খূৎশু থাঙ পায়দুনা কদায়দা চৎকে তেমশিংলিবা?

মোরাম্বা ঃ অথেঙবা অহিংদা মল্লবা অতিয়াদা থাজনা মঙাল পিবশুম, কুমজা কয়া চমম্লনা লেঞ্জরক্লবা নচাগী পুন্সিদা থম্মোয়নুংদগী মৈবুলগী মৈরীনা ঙাল্লক্লে।

থম্বাল ঃ করম্বা মৈ?

মোরাম্বা ঃ লমন খুম্বা।

থম্বাল ঃ কনাদা, কনাগী?

মোরাম্বা ঃ লাইনিংথৌদা, ইপা হাৎপগী।

থম্বাল ঃ ৱাখল অদুদি নহাক্না নাৱা ওইবগী অঙাওবা মচিংনি।

মোরাম্বা ঃ নিংথৌবু শিহৈদবরনে ইমা?

থম্বাল ঃ নিংথৌসু মীওইবনি অদুবু নহাক্না নিংথৌদা খূৎ থাবদি নতিক ওইদ্রি।

মোরাম্বা ঃ অতৈ করি মরম লৈবগেনে ইমা। পামহৈবা গরিবনিৱাজ ইপা হাৎপা মীহাৎপনি।

থম্বাল ঃ নহাক্না কনা ওইদুনা ইনিংথৌগী মরাল পুথোক্তুনা বারক চৈরাক পীগদৌরিবা? অতোপ্পা মরম অমনা হৌজিমক্তি ইনিংথৌ নমা ঐহাক্কী ইপুরোইবা ওইরি।

মোরাম্বা ঃ ও..... হে নুপী ওইবী! নুপীসি নিপাগী লৈতেং ওইনবগীদমক মশাগী মশক মশানা কাউরবকো। মবুকথোক্কী মচাগী মপাবু অতোপ্পা নিপা অমগী মশুংলাংগীদমক নিংশিংদবা ঙম্লবকো। ও.... শোল্লিদা হে নুপী ওইবী!

থম্বাল ঃ শোনবা নত্তে। শোনশোন ইন্নবনি। মতমগী নোংলৈনা নিপাগী শরৈনা থৎপদা বারগদবা উরীগী পাম্বক নুপী ওইবীগী মপোক মালেম লৈমানি।

মোরাম্বা ঃ তাইবঙপানগী অরূম্বা পোৎলুম কয়ানা নম্বরকপদা মালেম লৈমাসু করিগুম্বা মতমদা চেখায়রকই।

থম্বাল ঃ মদুনা মপুম অমদগী মচেৎ অমা চেখায়রকপদা উবা ফংবনি। উফুল তানা কায়খ্রবা নমা ঐহাক্কী থম্মোয়বু নহাক্না করম্না উবা ফংগনি? ইমাগী ইবুংঙো মোরাম্বা ! নহাক্কী থম্মোয় লকানুংদা ওমচাক্লরিবা নপাবুংগী বাখল অদুদি মীনা তম্বা বারীদগী হৌরকপা মৈনি। নহাক্তি নপাবুংগী চেংলৌ শক্তম উহৌদে। নমা ঐহাক্তি ইমাঙমক্তদা আয়ো নাহে তমদুনা ফমশেন্নরিবা ইপুরোইববু ইমুংদগী চিংথোক্লগা তিমেন তা অতুম্বনা থুম্না থিনখিবনি। নপাবুংগী ঈখেঙনা তুরেল ওইনা চেনখি। ও.... লাকচথীনা লাকচখিদা। তোল্ল তারবা লায়রবগী মীচং মালেমি. .। কদায়দা লৈবগে? নপাবুংনা অরোয়বা য়াহিপ তাল্লমদাইদা তৎলমদাইগী স্বরগী খোঞ্জেলনা পিরম্বা য়াথং ঙাক্লবগীদমক ইমানা চরা নামতা চাদুনা নহাকপু তাইবংদা মিৎকপ থোকহল্লগা শমু শারেপ ফাবা ঙাইদুনা হিংলক্লিবনি। ঐহাক্না গোমতি মহারাণী ওইবসু নপাবুংগী য়াথংনি।

মোরাম্বা ঃ ইমানা ইশানা য়ানা গরিবনিবাজগী তালোই ওইবা নত্তে?

থম্বাল ঃ ইনিংথৌনা নমদুনা ঐহাকপু লৌবা নত্তে। ঐহাক ইশানা য়ানা ইশাবু লাম্ভোকপনি।

মোরাম্বা ঃ মরমদি?

থম্বাল ঃ মরম? নমানা হৌজিক্তা হায়খ্রেনা। অথৌবা খুজিল, ময়া পানবা মীনুংশি অমত্তা পোক্তবা শাগী লমচৎ চৎপা মীগা খুলাই পায়দবা পাঙ্গলসু

শোল্লবী ঐহাক্না মায়রোং য়াবদি অপঙবা উৎপনি। থৌনা ফবা শারগা থবায় মাঙলোইদ্রা? শিঙমদনা শিখিবা মীওইবা খরগী থবায়না তম্নলাই ওন্দুনা নারক মোংশোংদা অহিংবা মীবু কিহনবগী পাউ ইচা তারমগনি। অশিবা মীনা অহিংবা মীদা লমন খুম্বা নহাক তাখ্রব্রা? মোরাম্বা! পোকঙমদনা পোক্লবা মীওই মপোকপু শিনবগীদমক থৌনা উৎপদি ইমাগী অপাম্বা নত্তে।

মোরাম্বা ঃ হাৎলবদি শিদ্রেদনা। ঐহাক হিংনবগীদমক য়েক্লবা হাৎকদবা নৎত্রা ইমা?

থম্বাল ঃ অদুগী মফম মতম লৈ।

মোরাম্বা ঃ মতমদু ওইরে। মতাং ৱাৎলিব্রনে ইমা? লাইংথৌ সনামহিগী কোলু য়েখায়খ্রে। মৈতে মাইচৌ অথোইবা ইপু ললহানবা অঙাং ওলহনবগী য়াথং তাউথখ্রে। মৈতৈগী লাই মখৈ মহাবলিগী মোংবা হনবা হিদেন্দা লৈরোন চনখ্রে। য়াম্বুং শ্যামজাই ঙাওনা ফৈনা অয়ো নাহে তল্লিবা লায়েংবা ঙমদ্রে। লৈবাক মরা তপ্তরে। মফম মতম চাদ্রিব্রনে ইমা?

থম্বাল ঃ লৈবাক নিংথৌগী মায়োক্তা মীচন্না লানহৌবা, শীঙনবা, তরাইবা থবক ওইরোই ইমাগী ইবুংঙো। নহারোলগী ঙাইঙমদবা, ইকম্বীনা ঈরল ফোয়দৎপা অশিংবা, ৱাখল লৈবা মীগী থবক নত্তে।

মোরাম্বা ঃ ঈংথবা! তপথবা! ৱাখল খল্লিঙেদা ইমাগী হকচাংদগী তোংশা মখৈ কদায়দা চৎখরে? শরু পোলাং ওল্লে। কয়া কুইনা নচাবু ইমাগী থাজমানবী মায়থোংগী মায়হিং য়েংদুনা লৈখোগে ইমা?

(ঙশাই মখৈ মমা মচাগী ৱারী তারম্বা অমুবা চংলকই)

থম্বাল ঃ ইতৈহল .... (ফিরুক খুম্বা)

অমুবা ঃ ঙসি নোংলেন ফাওবদি ঙাইবা ঙল্লগা হয়েং ফাওবদৎ ঙাইবদা নুমিৎ থাসি মাঙখ্রগদবা নত্তে নিপা মচা। মীওইবা ঐখোয়দি মানা মানা তৌখিবা থবক অদুগী মহৈ চাগদবনি। নুমিৎ শিংবুম য়ামশিল্লক্তরে। মপাল শাখ্রে। মহৈ য়াল্লে। মহৈ পাল্লে। কুইররোই মুল্লগা মশা মদোম কেনখ্রগদবনি। ঙাইবগী ঙাইবা মতমদু ফাওবদংদি ঙাইরসি নিপামচা।

মোরাম্বা ঃ ইপনধৌ! নোংয়াই ঈচিক হুনখ্রবা ৱাংলেন অসিদা ইপনধৌনা মফম অসিদা করি করম্বা অরুবা থবক? মীনা উখি খঙখ্রগা....?

অমুবা : বা নম্মু। নিংথৌগী মনা ফক্লাংদা থেৎপনি। অদুবু করিসু নিংশা থিনিংঙাই ওইদে। মরৈবাক্কীদমক লৈবাক মীয়াম লানগী থৌরাংদা লৈরবনি। খূৎলাই পায়দনা শোক্লগদবা লাললনি। মীদি লৈরে। হৌজিক বাৎলিবা হায়ববু কনানা লৈবাক মীয়ামগী লমজিং পুরেল ওইগনি?

থম্বাল : ইমাগী ইবুংঙো মোরাম্বা! নহাক শমু শারেপ ফারে। নপনথৌগী তেংবাংবা মতম ওইরে।

অমুবা : নিপামচা! ইপনগী খঙজবা মৈতৈগী লেঙফদ্রবা লন- মুক্লা, কাংজৈ, থাং-তা, শাহিং চাবা কৈবু চীংগী শোঙলবা উমং মকোন্দা করম্না মীওইবনা লাকচ-খুদুম চনগদগে হায়বগী মরমদা শাজেন কয়া অখাকপা থমহৌদনা পিরবনি। মথং অসিদি ইশাগী ওইজবনা তুংদা থম, লৈবাক মীয়ামগীদমক থবায়বু পাম্মুদবা। ইশানা ইশাবু ঈরৈবাক্কীদমক কখোকপা হায়বদু তন্নশিনেকো নিপামচা।

মোরাম্বা : ইপনথৌ ! মোরাম্বা ঐহাক্তি নাবানি। ঐনা করি ঙমগনি? ইপনথৌগী তুং ইঙ্গগে। পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাক্কীদমক য়াইবী থবায় থাবদি লেপ্না স্বর্গ কাবনি।

অমুবা : অহল ওইরক্লবা হায়বসি য়েনিং কংলবা উপালনি। ঐখোয়গী করম্বা অনৌবা পাঙ্গল লৈরি? নহাক্লা নহারোলনি। ইরৈবাক কনবা নখোয় নহারোলদা শিন্নফম থোক্লবনি। ঐহাক হৌজিক মাইচৌ খোংনাংথাবগী নাক্তগী লাকইবনি। নখোয়গীদমক চিংঙু খোংনাংথাবা হিংলি। হিংখিগনি। নখোয়বু ঙাইহৌরি।

মোরাম্বা : ঐহাকপু করি থৌদা পাংথোকচৌগে হায়বদু তাকপিয়ু ইপনথৌ।

অমুবা : থাঙনা, পাঙ্গলনা, নিংথৌ খুবম লৌথোকপা অরায়বা থবক নত্তে মোরাম্বা। মৈতৈ মাইচৌনা পাউতাক পিরকই। নৌনা লাকপা নোংচুপ লমগী মীয়ানচানা ময়ায়দা লৈরিঙে, মৈতৈগী ঈ অশেংবা মাইচৌশিংনা চিদাইদা থৈদ্রিঙৈ চৈরক অসিদা বায়েল লোয়শঙ মরি তোপ, গারোৎ, ফুর্জু, চৈরাপ নখুৎ চন্নবা হোৎনহৌরসি মোরাম্বা।

মোরাম্বা : মদুবু করম্না ওইথোক্কগদগে? ঐহাক্লা কনা ওইদনা?

অমুবা : (খুবাক অহম্নক খুবদা ফম্নাইবা মরি চংলকই) তোপ, গারোৎ, ফুর্জু, চৈরাপ মরিগী ফম্নাইবা মরিমকপু তাংলৌ লৈনা থেংলবা অহিং অসিদা

মমা শিজ মহারাণী গোমতিনা কৌবগী মরমদি মরম্নাইগী নত্তেদো। লৈবাক প্রজাগী অফ-ফত্তা ৱাতান্নসি হায়বগী কৌবনি। মহারাণী গোমতিনা ফম্নাইবশিংদগী তাবা পাম্লি, ময়াং গুরু শান্তদাসনা মৈতে পুম্বা নমদুনা রমান্দি ধর্ম্ম চৎহন্নবা হোৎনবা। মহাক্কী খোঙবী মচুম থকউ হায়বদা য়াদবা মীবু অমদি মী অদুগী শাগৈ-নাতে তুম্নবা অৱা চৈরাক পিবা। ইবুধৌ সনামহিগী কোলু য়েখায়দুনা মাংহনখিবা। মাইচৌ মোইরাং ললহানববু মঙক্তা থৌরীনা পুল্লগা হাৎনবগী সনা য়াথং তাওথখিবা। লোইশঙ পুরেন মরিগী অয়াবা লৌখিব্রা?

মরি ঃ লৌখিদে। নিঙশিংবা ফাওবা নিঙশিংবিখিদে।

অমুবা ঃ অদুদি লোইশঙ লিংবগী করি কান্নরি?

মরি ঃ লোইশঙ লৈতবগা মান্নরে।

অমুবা ঃ অদুদি প্রজা ঐখোয় শিরব্রা? হিংলিব্রা?

মরি ঃ ঐখোয় অশিবগা পান্নক ওইরে।

অমুবা ঃ ঐখোয় হিংনবগীদমক ময়াংগী খোঙবী মচুম থক্লসি। রাম নাম শোল্লসি।

মরি ঃ মদুদি ঐখোয় ঙম্লোয়। ঐখোয়গী হকচাংদা মৈতৈগী ঈ চেল্লিবা মখৈ ইপা ইপুগী ইনাৎ থাদোকপা ঙম্লোই। মীগী মীখা পোনগদবগী শরুক থৱায় থাবনা ফৈ।

অমুবা ঃ অদু ওইরবদি লোইশঙ পুরেনশিং তাবিরো। লৈমরেল লাম্থবি লাই সনাগী কোলু য়েখায়বা খামজরুবগীদমক মপাম লমদম য়ৌখরে। মজাইবুংঙো শ্যামজাই ঙাওনা ফৈনা নাবদগী লায়েংবা ঙমদদুনা শঙ্গাইনুংদা পুন্দুনা থমখ্রে। মচাগী ৱাখলদা নিংথৌ ঙাওচৎনরে। অদুনা হৌজিক সনা কোনুংগী থৌরম থৌরাং মহারাণী গোমতিনা পুরেদো। মজাইবুংঙো মোরাম্বনা নিংথৌগী ঙমথং ওইনা থৌদাং কয়া পুরি। অদুনা মোরাম্ববু মৈতে ঐখোয়গী লুচিং পুরেল ওইনা হাপ্লসি। লোইশঙ মপুরেল মরিনা য়ানিংদবা লৈব্রা?

মরি ঃ মজাইবুংঙো সনাহল মোরাম্বনা ঐখোয়গী লুচিং পুরেন ওইবদি ঐখোয়গী মতম কয়াদগী পামজরবনি। মজা ইবুংঙোনা মৈতে ঐখোয়বু ময়াংগী মীনাই ওইবদগী কনবিবা ওইসনু। পুনেমজরি (ফম্নাইবা মরিনা খুরুমই)।

মোরাম্বা ঃ লোইশঙ পুরেনশিংনা ঐহাকপু মৈতৈ মচা অমা ওইনা শিল্লম শিল্পা পিবিবগীদমক খ্বাই পুন্নমকপু থাগৎচরি। লৈবাক প্রজাগী থৌদা ইকোক থক্তা পুজগনি। অদুন্নদি ওইরগা ঐহাকপু মজাইবুংঙোগী মিঙ্গৌ শিজিন্নবিগনু। ঐহাক্তি তোল্লবা মোরাম্বনি। ঐহাকপু মোরাম্বদমক কৌবিয়ু।

অমুবা ঃ ঐহাক্কীদি ঈনি। সনাহল মোরাম্বসি ঐহাক্কী ইচানি। ঙসি হায়বা নোংলেন অসিদগী মোরাম্ববু মৈতৈগী লুচিং পুরেল হাপ্লসি হায়বা ৱাফম অসিদা য়াবিনিংদবা লোইশঙ মপুরেন কনা য়াওবগে? চিংনবা লৈতনা পাউদম্বীয়ু।

মরি ঃ ঐখোয় মরিমক য়াজরে।

অমুবা ঃ অদুদি ঙসি হায়বা নোংলেন অসিদগী মৈত্রবাক্কী ৱায়েল পথাপ, থৌদা পোরম পুন্নমক মোরাম্বগী য়াথং নৎত্রবদি।

মরি ঃ ঐখোয় থবক পায়খৎলরোই।

অমুবা ঃ নিংথৌগী সনা য়াথং

মরি ঃ অমুক নৌহৌননা খন্নগনি।

অমুবা ঃ মোরাম্বগী য়াথং।

মরি ঃ খুদক্তা পাঙথোক্কনি। (থম্বাল হিক্লা হিক্লা কপই)

অমুবা ঃ অদুদি, লোইশঙ পুরেন মরিমক। অহিং তাংলৌ অসি থেংজিনলক্লে। চরোই তেতু খোংলক্লনি। ঐখোয় ইরানয়াইদা হন্নরসি।

মরি ঃ লাইবক চাউবী লৈমরেম্বী গোমতি। ননাই ঐখোয় ইরানয়াইদা পাংজরগে। চিরোল চোইশা লাংথাকপা তম্বা কনা খংগ্রগা মৈতৈ ঐখোয় য়াইফবা ওইদবা য়াই। ননাই ঐখোয় য়ৌজরগে। পোত্থাবিহৌরসি লৈমরেনবী। (খুরম্মী, হৌগৎলগা) মৈতৈ মচাগী লমচিং পুরেন শামা পাঙ্গল য়োকপিহৌরো। ননাই লোইশঙ মচা ঐখোয় ইরানয়াই পাংজরগে।

মোরাম্বা ঃ মৈতৈ ইপা ইপল ফন্নাইবা পুন্নমক। য়ৌবিরসি ইরানয়াইদা (থোক্লখরে)

থম্বাল ঃ (কপ্লগা) ইমাগী ইবুংঙো মোরাম্বা। নহাকপু নহানমখৈ ইমানা ফিজিনুংদা চেৎনা য়োমদুনা থমজরকপা ঙসিদি চরৈ কিশি থোক্লগে। হে চিংঙু

তাইবং শেম্বা নমু শং-শং লোন্দিন্নবা মাংহৈদবা লায়নিংথৌ। ইমা ইচাবু কুবিয়ুকো।

মোরাম্বা ঃ পলেম ইমা অপোকপী। নচাগী তম্বা নিপা ওইবগী থৌদা পাংথোক্নবা ঝাংলেন লাক্রে। নচাগী পাঙ্গল পিনবিরো। (খুরুখুদক কুপ্লগা খুরুমই)।

থম্বাল ঃ ইমাগী ইবুংঙো মোরাম্বা। থবায় মিরেল অসিনা নপাবুংগী ওইরগা খোইজিখাগী ঈ মতৃমদগী নহাকপু তাইবংদা মিকপ থোকহন্দুনা শমু শারেপ ফাবা ফাওবা ঙাইবদা নমা ঐহাক্কী হকচাং পোলাং ইনিংথৌদা কত্তুনা হিংলক্রবী নমানি। পাপ চেন্নবী নমা ঐহাক্না ইচাদা করম্না বর পিরসিগে, মোরাম্বা? নহাকপু ইধৌ সনামহিনা লেপ্নমক থৌজানবিবা ওইবসনু। অদুগা ইমাগী ইবুংঙো। লৈবাক্কী নিংথৌদা নহাকমক্না খূৎতদি থাকনুকো, ইমাগী ইবুংঙো। (কপ্লগা চেপ্পিনখি)।

অমুবা ঃ ষণবীনা শাগোন্নবা ষম্নাও পাম্বা কৈজাওনা শরাক তম্বা ঙমদবনি। নিপামচা। মরালনা মপোৎ ফারবা মহাক্তি দোষনা দোশি ওইদুনা মদোম চাকচগদবনি। পাখংবগী শায়োন ইনিংথৌদা মীচম নহাক্না খূৎ থাবগী শক্তি লৈবোই। লাইনিংথৌ নোংশাবা কংলা শানা শোয়দনা ঝারক্কনি। চিংনবা পুম্বা তুংওইনখ্রো। হয়েং ইনুং ঙানবদা খোংনাংথাবগী মগাইদা চৎলগা থৌনিরুসি। ইপল য়ৌরে। (চৎখরে)

মোবাম্বা ঃ পলেম ইমাগী ফনেক ফিয়োম্নুংদা চাওজরক্রবা নশুবু খুজেং পাম্লোইননা লমজিংবিয়ু। নশুবু চেৎনা থাগোন্নবিয়ুকো হে শিদবা মপু । (চংখরে)

## সিন - ৯

### কোনুং। নুংথিল

ভগবান্দাস ঃ গুরুজি! ননাই ঐখোয় মৈত্রবাক্তা লৈবা গুমদ্রে। মৈতৈ নিংথৌগী মণ্ডাল হান্নগুম লংদরে। মৈতৈ ফুরুপ শেমখরে। ময়াংনা চাওবা য়াদ্রে। লম্লানবনি হায়রে। চীংমীনশু ঐখোয়গী ইতেং পাংবিদ্রে। মৈতৈগা মীচং ওইখ্রে।

শান্তিদাস ঃ করিগী, করম্না? তুমি কি কোরিসে? নহাক করি তৌদুনা লৈ? হাবোল মৈতৈগী জোনোম অসিগী মরি থদংকদবনি। হাওনা হাও। মৈতৈনা মৈতৈ। তোখায় তোখায় তাহনগদবনি। নৎত্রবদি মনিপুর শক্তি লৈবা লৈবাক ওইখিগনি। বুজিস? ভগবান্দাস। নহাক অশেংবা ব্রাহ্মন নত্তে। অদুনা নহাক বুধিমান ওইদ্রে। অনকপদা মী লৈব্রা? য়েংউ।

ভগবানদাস ঃ (য়েংলগা) কনাসু লৈতে গুরুদেব।

শান্তিদাস ঃ ভগবান্দাস। ঐখোয় বাংলাদেশতগী লাক্লগা মৈতৈবু নমথবা, খুদুম চনবা য়াগনি। ঐহাক্না শক্রোন হোংলগা ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপদি ধর্ম্মগী মিংদা মী শিবদা নুমিৎ তরানি হেন্না অহাওবা চিঞ্জাক পিজদ্রগা মখোয়গী মপাঙ্গল শোনহনবা, নবদ্বিপ বৃন্দাবন মখোয়গী তির্থনি হায়জিল্লগা চৎহন্দুনা লাইরহনবনি খঙলব্রা? মথংদা মনিপুর অসিগী লম্মিৎ-তুমিৎ খঙলগা মদু নোকসাদু বৃটিশতা পিরগা লান্দাহনগদবনি। বৃটিশনা লোই চল্লবা মতুংদা ঐখোয়না ফম্নাইবা অচৌবা ওইগদবনিনে। ভগবান্দাস।

ভগবান্দাস ঃ গুরুজি। মৈতৈ নিংথৌ গুরুজিগী চর্নমিত্র খোঙবী মচুম পিথক্লে। মৈতৈনা মকোক লৈবাক তানা ঐখোয়দা খুরুম্লে। ঐখোয় ইরৈবাক বাঙ্গলাদেসতা নুংঙাইনা পোত্থারুরসি গুরুদেব।

শান্তিদাস ঃ ঐখোয়গী বাঙ্গলাদেস কদাইদা লৈ? মৈতৈ মুর্খশিংগী মরল চাদুনা ঐখোয় মফম অসিদা খুন্দারগদবনি। লমদম অসিগী নুপী ফজবী ঐখোয়গীদমক নিংথৌবু পিহনগনি। ঐখোয় লম অসিগী অশিংবা লাইরিক হৈবা প্রজা ওইরগদবনি ভগবান্দাস। বঙ্গদেশ নিংঙশিংলুরনু। বহাদুন শাহনা নিংথৌ ওইহৌরে। পাঙলগী থাঙশাংবু বেঙ্গলিনা মুনবা ঙমগদরা? বাঙ্গালি পুম্বা মুসলমান ওলহৌরে। ঈ খৌরাংলবা মুসলমান

লাম্মীনা হাৎপগা মনিপুরগী অহাওবা রাজভুগ চাবগা করম্বনা হেন্না পামই ভগবান্দাস?

ভগবান্দাস ঃ রাজভুগ চাবনা হেন্না পামই গুরুদেব।

শান্তিদাস ঃ সুনো! ছইবু দোলাই তোংহল্লবসু অমাং-অশোই উবদা চোংথখিগনি। লমদম অসিগী মীদি অফবা থবক তৌবা, চাউখৎপা পামদে। ফত্তবা থবক্তা থবায় য়াওবনি। ঐখোয়গী ইজ্জৎ ঙাক্লবা মী হাত্তবা য়াদ্রে।

ভগবান্দাস ঃ মী হাৎপা? কনা? মী হাৎপদি পাপ পুরোইদরা গুরুদেব?

শান্তিদাস ঃ ঐখোয়না মী হাৎকদবা নত্তে। নিংথৌদা ইনশিল্লগা হাৎহনগদবনি। প্রথমদা, মোইরাং ললহানবা হাত্তবা য়াদবনি।

ভগবান্দাস ঃ রাম রাম।

শান্তিদাস ঃ যুবরাজ শ্যামজাইবু ঙাওহনবা মহাক্লা সনামহি অপোইবা থাজিনবা, ঐগী কোক মথক্তা ব্রজ তাহনবা মানা যাদু তৌবনি। শ্যামজাইগী অনাবা ফনবা ঐহাক্লা বিষ্ণু মন্ত্র শোনবা মোইরাং ললহানবনা চংহন্দবনি। ঐগী মন্ত্র ওঁ গরুদেবায়ো নমোঃ ওঁ ক্লিং ক্লিং রাম রাম, শ্রী অসহুকার শক্তি ক্লিং, রাম রাম রি রি রী ওঁ স্বহা ওঁ স্বহা। অরেম্বদা তাহনবা। মোইরাং ললহানবা হাত্তবা য়াদে। (ধ্যান তৌখি)

নিংথৌ ঃ (চংলকই, খুরুমই) গুরুদেব।

শান্তিদাস ঃ মঙ্গল হো মনিপুরেশ্বর মহারাজ। লাউ চংলকউ। ঐনা ধ্যান তৌরিবসি ইচা সনাহল শ্যামজাইগী অনাবা ফনবনি। যুবরাজগী লায়নাসি মীগী খুৎশেম যাদুনি। ঐহাক্লা ধ্যান তৌবদা উরে। মোইরাং ললহানবনা সনামহি অপোইবা থাজিল্লগা ঙাওহনবনি। নিংথৌবু ৱাহনবনি। মৈতৈ মাইচৌ ললহানবা হাত্রবদি নিংথৌগী দষা কোক্লরোই। শ্যামজাইগী অনাবা ফররোই।

নিংথৌ ঃ কনা লৈ?

(অনং ফিহাইরোই চংলকই। খুরুমই)

নিংথৌ ঃ চৎলু ইপু মোইরাং ললহানবা ফংনবা থিরু। হায়জ নোঙ্গরগা সনা কোনুংদা পুরকউ। কোনুং হেক য়ৌবগা তম্বা কনা খংহন উহন্দনা ফারগা কৈশুমশঙদা থমগদবনি। শঙলিংবদা শিন্নরগা য়াইবী থবায় লৌরগা মী খঙদনবা লৈন্নুংদা লৈরোন চনগদবনি। মনিল মহা নাইবা য়াদে।

শান্তদাসঃ খুদক্তা সনা য়াথং পাংথোকউরো গোপালদাস।

(অখাক অরাও নোংলৈ নুংশিৎলক্তা নুপী খোঞ্জেলদা লাইবাও লাউথরকই)

- তাও তাও মৈতে নিংথৌ পামহৈবা। মীয়ান গুরু শান্তদাস গোষাই। মৈতে মাইচৌ হাৎলগা নখোয়গী কান্নবা করি ফংলোই। হাৎপসু নতিক নত্তে। পোইরৈ সনা লৈবাক্কী পারি পুরি খোয়ুম মতিক অহকপা চিংঙু মতিক চাওববু করিগী খংদবগে? সনা কোলু য়ৈখায়বগী কোনুংদা শাক্লিনা পীরিবা, লৈবাক হা হাকার লাউরিবা লাইনিংথৌ শকপাম্বোং অমুক নৌনা ঈরাৎচরগা ফাম্খোংদা চংজৌহে। হে তাইবং চাওদবা। নখোয় মঙায়রে খন্না ঙকচাও থেক্লিবদু লুশম লুজাও তেক্কদৌরেহে। নবেম্মা ঐহাক্না লাইবাউ চেল্লম্বনি হে তাইবং ইনুংয়াই চাওদবা -ও

(মখোয় মশেন অঙকপা অমদি অকিবগা লোয়ননা য়েংনরিঙৈদা মহারাণী লাম্বুবী পাখৎনা চেল্পিল্লকই। মহারাজদা খুরুম্লগা পাউদম্লে)

লাম্বুবী ঃ ইনিংথৌ ইবুংঙো। ইচা শ্যামজাইগী মমিৎ কবা খল্লম্বদু ফখরে। ইচাগী অনাবা শামাই লৈখরে।

নিংথৌ ঃ করি হায়বা লাম্বুবী? মতৌ করম্না?

লাম্বুবী ঃ ইপু মোইরাং ললহানবা খোঙদোইরক্রম্মী।

নিংথৌ ঃ মখা ৱারীদি?

লাম্বুবী ঃ ইপুনা হায়রমই। মদোম শিবসু শিঙমদে। ৱানা পুন্সি লেম্লে। মপুক্লিং য়াম্না নুংশিরে। মশু শ্যামজাইগী য়াইবীদি কল্লম্মগে খন্না লাক্লবনি। চুফুদা লাইজা ঈশিং পুরকই। ইচাগী হকচাংদা চাইবিরগা শোনবীরম্মী। হুঁ সিদবা মপু-ও। তুরেল ঈনে, লাইচা ঈনে, মংচা ঈনে, শরোই ঈনে, পাম্বা ঈনে, নারন ঈনে, চেংলৈ লুৱাং ঈনে-লাইচা ঈরম তরেৎ তিল্লবনে। হুঁ য়েং -। ইচাদু পোখাহৌরে ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ ইপু ললহানবদি?

লাম্বুবী ঃ খোঙদোইখ্রে।

সান্তিদাস ঃ চৎখ্রে? কদাইদা? করিগী থাদোকখি?

লাম্বুবী ঃ মৈতেগী ঈ নত্তবা মীগী মীৎয়েং ৱাংমদা। ইপু ললহানববু তম্বা কনানসু ফারগা পুরকপা নত্তে। মশা মথন্তা লাকচবনি গুরুদেব। মরোমদোম হুনখি।

শান্তিদাস ঃ চৎখিবা কয়াম কুইরে। গোপালদাস। তাম্নরুচো। নিংথৌ সনা য়াথং।

লাম্বুবী ঃ মৈতৈ মাইচৌনা লোৎকে খন্না লোৎখ্রবদি মীচন্না উবা ফংলোই গুরুদেব।

নিংথৌ ঃ ইপুনা অতৈদি করি য়াবা তাকপিরমই লাম্বুবী?

লাম্বুবী ঃ চিংঙু সনা কোলুবু খোইরন্না মিতম লাক মালেম লৈরুম তাউনা অমুক হন্না হৈরগা ঈরাৎচৌ-ও। পূক্লিং অতিংবনা ফাম্খোংদা চংজরবদি লৈবাক্নী য়াইফবা ওইগনি। তাকপিরমই।

শান্তিদাস ঃ (নিংথৌনা চিন্তা তৌখিবদু উবদা) করিগী চিন্তা তৌরে মহারাজ? দেবতা পুন্নমক শ্রী বিষ্ণু ভগবানগী শায়োন ঙাক্তনি। সনামহিগী কোলু অমুক শাগৎলসি। অমুক হন্না নিরুপন তৌরসি। মৈতৈগী অঙ্গ-ভঙ্গ ওইখ্রবা মুর্ত্তিদু ঐহাক্না শ্রীবিষ্ণু ওইনা লাৎলসি। নুমিৎ তরেৎনি মহাযজ্ঞ তৌগনি। ঐহাক্না হোমজোব তৌরিঙৈদা মহারাজনা রাম নাম শোল্লগা অগ্নি দেবদা লৈ কৎকদবনি। শ্রীবিষ্ণুগী মুর্ত্তি নিরুপন তৌবা নুমিৎ অদুদা মৈতৈ পুন্নমক রমান্দি ধর্ম্ম চৎহনগদবনি। থবায় বাগনু মহারাজ, মহারাণী। নখোয়গী গুরু শান্তদাস লৈরি।

নিংথৌ ঃ ফগনি গুরুদেব। অনং ফিহাইরোই! লাইসনাগী কোলু মচেৎ খুল্লুচো। গুরুদেব। ইচা শ্যামজাইগী চেংলৌ য়েংলুনবা . . .।

শান্তদাসঃ রাম রাম . . . .। শ্রী রামচন্দ্রগী মীংখৈ শোনশি।

ময়াম ঃ রাম রাম . . . . (থোকখরে)

## সিন - ১০

(তাংলৌ লৈনা থেঙলবা অহিংনি। নোংমাইজীংগী চিঙোলদা চিংঙু খোংনাংথাবগা মাইচৌ মোইরাং ললহানবগা চিক্লা ৱা তান্নরি। শাফী লানফী শেৎলবা মোরাম্বগা মপল অমুবগনা মাইচৌগী পাউতাক লৌবা মখোয়গী খোঙ্গুল লীরকই। অমম্বা অহিং অদুদা লমখলনা মপা মচাগী লম্বী খনখ্রে। লম্মাংনরে।)

মোরাম্বা ঃ ইপনধৌ! লম্বী লম্মাংনরে। অমম্বা অহিং অসিদা শুক্লবা উমংদা কদায়দনো ঐখোয়না চিংঙুগী য়াইকাবুং য়ৌনা চৎকদবা?

অমুবা ঃ মোরাম্বা! পুক্লিং হনগনু। চিংঙুদি ঐখোয়না থিবদা ফংগদবা নত্তে। ইপ্পু লৌরেম খোঙনাংথাবদি পুন্নমক খঙবী উবিবনি। চিংঙুবু চেৎনা থাগোন্নৌ। শোয়দনা থৌজানবীরক্কনি। ঙাইখো। শউম অমা তারিবসি করিনো? পাকথৌ।

(চিংঙু খোঙনাংথাবগা মোইরাং ললহানবগা তুংথ মাঙথা থোরকই।)

খোংনাংথাবা ঃ তম্বা কনা কনানো? মোরাম্বা! নপনধৌগা লাকইব্রা? লাউ, তুং ইল্লকউ। ললহানবা! ৱারী মখা চখরকউ। (খুরন্নগা থাপ্লপ মতুং ইন্নবা)

ললহানবা ঃ ননাইগী পুয়া নুঙ্গোন, পাখংবা নাউয়োক্লা গুরুখোংদা, শিংখল লায়োম, য়াংবী মীরেননা লাঙ্গোল কুল্লোক্কী তেরা অঙৌবা মখোঙদা, শাকোক মীরেননচিংবা লায়েকনা মার্জিং শাকোকচীংদা লোৎচখ্রে।

খোংনাংথাবা ঃ সে, সে। তাউরোনাই নাউয়োমসে-চিংখৈরোমদা থনম্মু। আ-হিংবদা ৱাগদৌরেদো। ঐগী মতম লোইরে ললহানবা! ঐহাক থুপখ্রগে। চিংথ্রাউ পামেলনা কংলাদগী মাঙখ্রবদি ঐহাক লাক্লে খঙনশিকো।

ললহানবা ঃ হে লাইবু ওইবা মাইচৌ ও! লাকয়েন লমদাই অমা অনিদং য়েংবিরমখো।

খোংনাং ঃ হুঁ হে। মাইচৌ ললহানবা! মরম উরবা নহাক্লি। সেনবী মুকাকলৈ মরুনা থাবদি হৌরে। লিক্লাই মরুনা থাবদি মহৌদে। মসি খঙনা ঙমদাইয়ো। শলাই পুন্নমক্তা অনৌবা মীয়ান মরুনা মপান মরা তানা চোংলে। অরিবা

চারা মুশি মুশি হৌরনি। ঈচেল অসিগী ঈথক ঈপোন্না শলাই তরেৎকী হৌরকফম মরুখোংবু থুমদৌরে। নং ঐনা কদৌনি?

লল : তাকপিগনো নোংদম ঙম্বা চিংঙু - ও। শলাই পুন্নমক মউ মশা মরোং চুম্বা ঙমদ্রিবঁগে, মতুং ঈসু তাকহনবিগনো।

খোংনাংঃ নোংচুপ থোঙ হাংখ্রে। মীচাক্লা ইচিঞ্জাক ওই; মীপোৎনা ইপোৎ ওইরনি। চিঞ্জাক তিন্নদবগা চারৌ মৌরৌনরনি। ময়াই লেপ্পা অঙম্বা শম্বন ওইবনা মনা-মশিং চারনি। থক্লা খাদা, খানা থক্তা কারনি। অরূবনা মতাইদা অনৈবনা ময়ায়দা চেল্লনি। শা-ঙাগী শাজৎ মতৌনা চাউখৎপা শারনি। অতোনবনা মপু শাখ্রে। হৈতনা অহৈ শাদুনা ঝায়েনবদা লৈবাক অসে ঝাদৌরেদো।

লল : অদুদি চিংঙু - ও..... ঐহাকসু থৌগল ফংনা থুপচরগে।

খোংনাংঃ নত্তে ললহানবা। মদু য়াদ্রি। মীরোনসিগী খঙদনা অহৈ শাবা, হৈতনা হৈঙম লুচিংবা, ময়ায়দা মদুনা মশাগী ওইজনাম থিবদা লনগাই লম্বী ওইবশিংগা থানদনা শাগোন্নবকখো।

লল : ইরৈবাক্কী থৌদা পাঙথোকচবা ঙম্নবা লৈবাক্কী য়াইফনবগী থৌরম চিংঙুনা য়াৎপিরমউ। পুনেমজরি ননাইনা (খুরুমই)

অমুবা, মোরাম্বা ঃ হে চিংঙু মাইচৌ - ও! ননাই ঐখোয়গী লমজিং পুরেল ওইবিয়ু। মৈতৈ ঈ অশেংববু তাকহনবিগনো। খুয়া খাদা নদাইরেমশিংনা পুনেমজবি (খুরম্মগা লৈবা)

খোংনাংঃ হুঁ শিদবা মপু। কে কেক্র মোইরাং কেক্রা। নচা নম্বা শঙাই নম্বা। লুবাক মখুম নাইদে। তমং খুৎশা মরোল থোক্তে। ইতাখোই খোইনৌখোই। কৈথেলগী মকুনা কু কু কু খোংলনি। সনা য়োপী চকুপ মানবী চকুপ চকাই সৌবা। মতমদো য়াম্না তেনবগী নাওইনে।

(ললহানবগী মকোক্তা মখুৎ থম্লগা)

ললহানবা। ইনাওগী শব্দক মীরোল অসিমদি লায়বু লায়রি। মাগুম্বনা ইনাওবু লাকচবা ঙম্মোই। নিংথৌ অসিগী মশু হাক্তক্তগীদি মী ঈগী পিক্রবা ঈচেল থিংবিনববু লৈরোই। থিংবসু কনা ঙম্ফরোইয়ে। নোংচুপ থোংঙাবা নিংথৌনা অনৌবা মওংতনা নাওইনা ইরম লাইরম ফাৎলনি। নিংথৌ মশাসু ইরম্লেন্দগী চৎখিদুনা মীরমলেন্দা তিনখিনি। তাংজ মবায়

লুক্লা, লৈতাই নুংদাই ঙম্লবা লম্বী থিদুনা মোংবা কায়দা শেংনা লৈবনা মীরাক মীথুম য়াবা চাউদা অরিবা মপোৎ খঙনবা, মাঙখিবা মরল ফংনবা কোয়না পুয়া লায়েক থিরকখিনি। মতমগী তুংইন্না মপাল শারগা মহৈ মরোং চুন্না লেন্নবগী মওং ওইনা অরিবনা নৌনা খুম্ভোক্কুনা খুন্দারকসনো। লম্বী ৰারীনদি কান্নরোই। মাইচৌ তরেৎ চুংশিন্নরগা মাইচৌ থেংগ্রাবু পামেল উকু উপাক্তা খোর্জে থাঙন্না ইদুনা থম্বিরম্মগেকো। মা মাগুম্বনা মপাম্ভোগী লায়েক খরা মাঙহনবা শানা মৈ থারগা থম্মোয় লকানুংদা লেঙদনা লৈবা অশেংবা লায়েকপু মাঙনবা ঙম্রা? ইচা অচা চা... (চৎখ্রে, মাঙখিবা)

লল ঃ শিদবা মপুনা কুবিরে। ইরম্লেন য়াইফসনো। (চৎখি)

অমুবা ঃ মোরাম্বা! হৌগৎলু। মিকপ থোক্লো। ইনুং ঙাল্লক্লে।

মোরাম্বা ঃ হুঁ শিদবা মপুরেল! তাইবঙ লংদাই ৰাংমদা লেঙইবা মৈতে মাইচৌ- ও! নশুগী য়াবা খোঞ্জেল তাবিখো। নুমিৎ শিংবুম খরনিগী তুংদা তত্তনা তুং ইঞ্জরক্লনি। নশুবু ঙাইবিরমখো।

- হে পোইরৈ সনা লৈবাক্কী নিংথৌ পামহৈবা! গরিবনিৱাজ! মোরাম্বা ঐগী মপাম্ভোংগী হকচাং কুয়োম অসে নহাক্কী ওইরবসু থবায় য়াইবিরেনদি চিংঙুগীনি। সনা কোনুং থাদোক্লা নথবায়গী চেংজেল পুদুনা হৈঙাং লমদম মদাইমা পাংনা লানচেনখ্রো!

- মীয়ান গুরু শান্তিদাস! সনাহল মোরাম্বনা খোঙ্গুল লীরগা শাগোল য়াংবীথক্তা খুৎশু থাঙলেন খুদুম চেৎনা পায়দুনা চীং, পাৎ, খোঙ, অউপ্পা উনা লোংনা হাইদোক্লা নহাকপু থিবা লাক্লে! (চৎখ্রে)

অমুবা ঃ চোংথোরক্লো। মৈতৈচা পুম্নমক। মৈতৈগী ঈগী ঈচেল মীরমদা তিনখিগদৌরে। য়েক শলাই ঙম্নমক রমান্দি ধর্ম্মনা য়োৎখিগদৌরে। বামোন নুপী থিবিবা থৌরম পরেংদা থৌনা ফনা চোংথোরকপদগী মৈতৈনুপী ঠৌরানিশিংবু খামহৌসে। মৈতৈচা মীরমলেন্দা তিনখিবা তারে। সনাগী শেম্পাক্তা লমহুই মকোল শাররে। মৈহুম পায়দুনা তাল্লসে। চোংথোরক্লো। ইরৈবাক কম্নবা মৈতৈগী ঈ ইমাদা কৎলসে। ইয়াম্বগী ইবুংঙো চাউবা! ইয়াম্বগী শাম্মু পাঙ্গলনদি হল্লকপনা ইচা মোরাম্বগী মাঙ থাদুনা য়েক্লবা লম্বা পাবদা তেংবাংবা ঙমদ্রে। ইয়াম্ববু ৰারৌগনুকো চাউবা! মোরাম্বা! লাইরক্কনু। নপম্থৌ লৈরি। নপম্থৌ লাক্লে। (থোকখ্রে)

## সিন - ১১

(কোনুংদা নিংথৌগা শান্তিদাসগা অনং ফিহাইরোইনা ৱাঙ্গোইদগী লাইসনাগী কোলুগী মচেৎ মকায় খুনবা থাখিবদু ঙাইরি।)

নিংথৌ ঃ ননাই অনংফিহাইরোই গোপালদাস হল্লকপা ফাওবদংদি বিশ্রাম ওইবিখো গুরুদেব।

শান্তিদাস ঃ উম। সনামহি কোলুগী অঙ্গ-ভঙ্গদু ঐসু য়েংলগা চৎপনা ফবে। রামা রাম।

(অনং ফিহাইরোই শগোল কন্না থৌরকই। ময়োম অমা পুরগা চংলকই। নিংথৌদা খুরুমই।)

নিংথৌ ঃ কোলুগী অকায়বা মচেৎ মখৈ পুরক্কব্রা অনং ফিহাইরোই?

অনং ঃ পুজরক্রে ইনিংথৌ। (ময়োম অদু নিংথৌদা লানবা। নিংথৌনা ময়োমগী কিশি থোক্লগা মুন্না য়েংই।)

নিংথৌ ঃ য়াইবীরেন শিদবা মপু - ও ! ননাইনা সনা হকচাং শোকচগে। কুবিয়ুকো লাইংথৌ। হি ঃ করিনো? চিংঙু সনা হকচাংগী য়েৎথংবা পাম্বোমদি কদায়? সিগী মরক্তদি য়াউদেনা।

অনং ঃ ইনিংথৌ। ননাই ঐখোয়না লাইজা ইরোম্নুংদা ঙম্বমখৈ থিজরে। ফংবা ঙমদ্রদুনা, ৱাৎলে খঙনা ....

নিংথৌ ঃ ৱাৎপা য়ারোই। মীয়াম চঙদুনা লাইজা ইয়োক্নোম কংনা ঈশিংলগা থিরু। করিগী ফংলোই? পানখিবা নিংথৌরেল সনা হাক্তক্তা পাঙথোক্লম্বা মরম অমত্তা ৱাৎপা য়ারোই। মিনমহৈদবা অমমম অঙান অনিগী চিংঙু মতিক হকপা খোয়ুম লাইনে। ফননবা শিনবদা ফত্তনবা মরম ওইদুনা পোইরে সনা লৈবাক অসি ইহাকথক্তা মাঙবা তারব্রা? (কপই, মহারাণী লাম্বুবী চংলকই। ফিগাওদা লাইসনাগী য়েৎকী পাম্বোম য়োল্লগা পুরকই।)

নিংথৌ ঃ লাম্বুবী। নপামদা খোঙদাহনগ্রবী নহাক্না সনা কোনুং অসিদা করি নতিক লৈদুনা খোঙ থাংজিল্লকই?

লাম্বুবী ঃ ননাই নুবীনা পুনেমজরি। ননাইনা লাকচবদি সনা কোনুংদা লৈজগে হায়জবা লাকপা নচদে। লাইংথৌ সনাগী কোলু নৌহৌননা ইরাৎ থৌনি পাংথোক্কদৌরি তাজবদগী খুদোল অমতং তমজবা লাকপনি। সনা মিৎয়েং অমুক্তা তাবিসি। (ফিগাও হাইদোকই)

নিংথৌ ঃ (মুন্না য়েংলগা) হি ঃ মসিদি .... চিংঙুগী য়েৎথংবা পাম্বোম? লাম্বুবী! নংদি মসি মতৌ করম্না ....?

লাম্বুবী ঃ ইনিংথৌ ইবুংঙো। চিংঙুগী সনা কোলু য়ৈখাইহনবীবা নোংলেন অদুদা লম্লেন মদাইমা নাগ তুরেল খোঙবান্দা লৈবী অরাম নিংঙোল থোইনু অহোংবীনা ফি শারিঙৈদা শিম্নাই ফিথক্তা চিংঙুগী শয়েং পাম্বো পাইথরকখি। অঙকপা মতৌ অদুদা মিপাইরবী ইনাও থোইনু অহোঙবীনা চরৈ ফি অহনবা অমনা য়োমশিল্লগা ননাই ঐনা ইপামদা লৈজরিঙৈদা য়েংহল্লে। চিংঙুগী অরুবা খুদম্নি খঞ্জদুনা ননাইনা তাবুনুংদা চেৎনা লাৎচরকপনি ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ লাম্বুবী! নহাক্তি চিংঙু য়াইবিরেল শিদবা মপুদা পুক্লিং তিংনা থৌনিবনা নিংথৌ ঐগী লনকুবিনবা নখোঙনা থোঙনা লাকইবোরেকো।

শান্তিদাস ঃ রাম রাম, রাম....। মহারাজ! হৌজিক্তি সনামহি কোলুগী অঙ্গ উরবনিনা ঐগী বিষ্ণু ভগবানগী মূর্ত্তি শাগৎহনবিরো। ঐহাক নিরপোন তৌনবা অঙ্গগী পোৎলম থৌরাং লাংউরগে। রাম রাম....। নুঙাইরে। বিষ্ণু লেঙশিল্লগদবনিনা সনা কোনুংসি ঙাল্লনি। রাম রাম.... (চৎখ্রে)

নিংথৌ ঃ গুরুদেব (খুরমহৌই) মহারাণী লাম্বুবী! কোরৌ নুমিৎ অরুবা থাবান অশেঙবা য়েংদুনা সনা কোলু হৈনবা ইদাইরেম হাওবিজম থৌরি নোংচু অহোংববু কৌখৎহল্লুচো। অনংফিহাইরোই! নহাক্না থুরনি।

অনং ঃ ননাই কৌজরুগে ইনিংথৌ

(চৎখ্রে। নুংশিৎ শিৎলকই। লাইবাও চেল্লকই)

লাইবাউ ঃ হে তাইবঙ চাউদবা-ও! ঐগী চেংলৌ শকপানথোংবু অমুক হন্না লিংখৎপদি পলেম পাইখু লাম্বুবীগী চেংলৌ শক্তম মিতমজৌ। নবুংঙো ঐদি লম্লেন ৱাঙ্গোই মকাইফমদসু লৈবিরোই। সনা কোনুংদসু লৈনিংদে। লম্লেন হয়িংখোঙবানবগী অৱাংথংবা উফোং য়ুম্ফমদা শাউ। মফমদুদা লৈদুনা পোইরৈ সনা লৈবাক ঙাকে।

(অখাক অরাউখোলদু নেমথখিবদা গরিবনিৱাজ মশা খংশোন শোম্বুখি। য়াম্না ৱানা তপ্না চংখি)

লাম্বুবী ঃ ইনিংথৌ ইবুংঙো! সনা হকচাং কমদৌবিরবগে?

নিংথৌ ঃ করিসু তৌদে। কোকসি খরা ঙাওবগুম তৌই। য়ানি, ঐ ইরোমদোম চৎকে।

## সিন - ১২

### থম্বালগী শঙ্গাই, অহিং

(খুঙ্গং খুঙ্গংদা মীতিন পাঙথোক্লগা বা তান্নরক্লে। মৈতৈচা ঈ শাগৎনরক্লে। লৈবাক হৌবা ঈরাঙগী ইরাং লাংবা লোইরে। মোরাম্বনা লমচিং পুরেল ওইবদা ঝারেপ্পরে। লোইজিং লোয়না থুংনা মীয়াম উন্নবা চৎপদা মোরাম্বা পোখাবগী মতম ফংলক্তরে। চারম-থক্রম খঙলক্তরে। অহিংদা মোরাম্বা ময়ুমদা হল্লকই। মমা থম্বালনা ঙাইদুনা লৈরমই।)

থম্বাল ঃ ইমাগী ইবুংঙো! ইচা হল্লক্লেদনা। ঙরাং অয়ুকসু চাক নবুক থন্না চাখিদে। নুমিদাংসু চাদ্রে। ইচা চাক লাম্লম্লনি। ইমা চাক থাংদোকপিরুরগে। ইচাগী শামু পাঙ্গল ময়েং তাহনবা য়াদেকো (চংখি। চাক পুথোরকই) সে সে, ইমা চাক ইনবিগে। (ইনবীবা)

মোরাম্বা ঃ (চখোম ২/৩ চারবগী মতুংদা) য়ারে ইমা (ঈশিং থকই) ইমা! ঐ অঙাং নৎত্রে। পাখং ফারবনি। নুমিৎ মঙানি চরা হেনবদা নচা মোরাম্বগী শয়েং পাম্বোম হিকথরোইনে ইমা।

থম্বাল ঃ মীয়ামগী মিৎয়েংদদি নহাক পাখং শারেপ ফারম্লগনি। ইমাগী মিৎতদি নহাকসি ঙরাংগী নবা ওইরিনে। ইমাগী মোরাম্বা! সে - চখোম অসিমতগা চাশিনখো। ঙহাকসু লৈতানা ফম্লগা ইমাগী মমাঙদা নবুক থন্না চাকসি চাখো কদৌগে।

মোরাম্বা ঃ থবক পুন্নমক ইহিং হিংলি। ইমা, থিহ্বরবদি মোংবা পাইথোকখিগনি। মৈতৈ ঐখোয়সি চাক্তা মিতারিঙৈদা ইথৌ ইঙম শান্দেনে ইমা। নাচাবু চাকয়াম চাবা মীদি ওইহনবিগনু।

থম্বাল ঃ চাকয়াম চাবগী বা নত্তে। নপাঙ্গল হাপ্পিবনি। থবক তৌবদা তহা তাহগনু। অশোক অপন নংগনিকো নিপামচা। ঝাখল চংখোন্না খল্লু। সে ঈশিং খরগা থকচিল্লু (ইনলিবা অদুগা ফিজিনা তৈথোকপিরগা মপি ঈরা চেল্লগা মচাবু য়েংই)

অমুবা ঃ (চংলকই) মোরাম্বা!

(থাপ্লপ লেপই। থম্বাল হন্দোক্লগা ফিরুপ খুমই)

মোরাম্বা ঃ তাকপিয়ু ইপনধৌ।

অমুবা ঃ শাফা লানঙম পুংফমদা পিনৌবী নুপীগী মনাক্তা খক লৈফদে। পাঙ্গল থৌনা মমি শামথরকপনি। অসিগুম্বা তাংফমদদি নহাক্কী অপোকপী পলেমদি পোইরৈ সনা লৈবাক্লি। কাউরব্রা? পলেম পষ্টৌ পোক্লিবী পোক্লফম লমদম সনা ....

মোরাম্বা ঃ মহেল্লে! নচা কাউজদে ইপনধৌ। তাকপিয়ু মীয়ান গুরু কয়া ঐখোয়গী খুৎ চল্লবগে?

অমুবা ঃ অনকপদা মারী-হল্লিঙৈদা খরদি তোংজৈ মরিন লিৎনা লল্লেন জিরি পাংখ্রেদনা।

মোরাম্বা ঃ মীয়ান গুরু শান্তদাসতি ইপনধৌ?

অমুবা ঃ কৈখু মায়কৈ পাংলুবা তম্বা নিপা অমনা ৰারীগী লীখুল মরিক চুম্না হঙ্গৎলোরাউ। কনানো অমা হেক্তা চংলকউনে।

নিপা ঃ (ফিমু শেৎপা কোয়েৎ খদাংচেৎ লাকপা) ঐবু লোইবা লৈমাবা। লৈবাক শেনবী মহারানীগী খুয়া খাদা পুনেমজরি। হৌখিবা অহিংদা ননাই ঐখোয় তম্বা নিপা ৫০ কৈখু খুল মাইকৈ পাংজরুই। য়ুমথোং খুদিং হৌদোক্লা নিপানা পরেং অমা লেং, নুপীনা তোঙাম্না লেপহন, মীশক মীমায় য়েংজবদা মীয়ানচা কনা থেংনদ্রে অঙম্বা।

মোরাম্বা ঃ শান্তদাস কৈখু খুল্লোমদা চেনখি হায়বা পাউ অদুদি?

অমুবা ঃ অশাওবা ফাধখো মোরাম্বা। ইপনধৌনা খঙই। মরৌ চাউবা শান্তদাস গোষাইনি। থেংহৌ কয়ারক চিংঙু খোংনাংথাবগা মায়োক্লখ্রবা মীয়ান গুরুনি। লৈরল্লবসু নাথৈদুনা চৎখিরমগনি। ৰাগী মখা তাবদি নপনধৌনা নাইতোম চিক্লা খঞ্জরগেনেকো।

মোরাম্বা ঃ খঙজরনি ইপনধৌ। অনং ফিহাইরোদি ইয়াম্বা?

নিপা ঃ ইনিংথৌদি অৱাং মাইকৈ পাংখ্রে। হৈঙাং ফাওবদি য়ৌখ্রে। অনং ফিহাইরোইদি লোইনখিবগী পাউদি লৈতে লমজিং পুরেন।

অমুবা ঃ অনং ফিহাইরোই থিবা ফংলরোই নিপামচা। অনং ফিহাইরোগী হকচাং কুয়োম ঐখোয়গী ওইহৌরে। রমান্দি ধর্ম্ম চৎখিবদগী নাম ফংখ্রবা

গোপালদাসতি স্বর্গগী লম্বীদা চৎখ্রেদনা। খোঙলোইদা করি পাউজেল পিগদবা মখা চত্থবিরো লমজিং পুরেল। অঙম্বসি য়াথং ঙাইজরি।

মোরাম্বা ঃ ইয়াম্বখোয়। য়োৎশি শারিঙৈদা য়েহৌসি। ইরৈবাক ইরৈচাগী থৌদাংনি। হুমাংমন খনফরোই। অৱা-অনা নিংশিংফরোই। নুমিৎ শিংবুম খরনিদংদি চারম ইরম খঙদবা তারেদো।

নিপা ঃ করি করম পাংথোকচৌগে তাকপিয়ু। মীয়ানগী মিনাই ওইগদবগী শরুক মৈতৈ ঐখোয় থৱায় য়াইবিরেন কচ্চরবনি।

মোরাম্বা ঃ অদুদি ইয়াম্বশিং পুন্নমক মায়কৈ মরিদা শমজি খায়না মীয়ান গুরুবু শাদানবীরো। খোঙয়ায় থিন্থুরবদি অশাওবা লোয়নবগা লোয়ননা অপুম্বী শোয়রেল অহিংবা মী ওইখিনি।

নিপা ঃ খঙজরনি লমজিং পুরেল, লোইবী চীংখোঙ চীংয়া মায়কৈ মরি শম্বল খাজরগে য়ৌজরগে অঙম্বা।

মোবাম্বা ঃ খোঙলেংবিরক্লো অঙম্বা (থোকখি) ইপনধৌ কৈরেন-কৈজাও শান্তিদাস মৈতৈ ঐখোয়গী লাংনা ফবা ঙম্লরোইদ্রা?

অমুবা ঃ করিগী ঙম্লোয় শাফম লানফমদা মাবু ঙমগনি নিংঙু। মালেমদা খোঙফম চেৎনা লেপ্পা তায়। লাইৱা শিজিন্নবা হায়বসি অশোনবা মীগী খুৎলায়নি। লাউ ইধৌ সনামহি খুরমউসি।

মোরাম্বা ঃ ইপঙ্গৌ, ইধৌগী নাক্তা নশুবু পুবিরো ইধৌগী খুয়া খাদা নচা অমুক্তা পুনেমজগে (চৎমিন্নখি)

থম্বাল ঃ হে! চিংঙু লাই ইংগৌ নশু মোরাম্ববু চেৎনা থাগোন্নবিয়ুকো। ইনিংথৌ! ননাই গোমতিবু নতুং ইন্দে ৱারৌবিনু। ঙসি নোংলেন্দগী চল্লগে... ননাইদি ইরোম ওংবী থম্বাল। (চঙখি)

## সিন - ১৩

### কবুই খুলনি, সন্ধ্যা য়াচংবা

(মফি-মরোল য়োম্লগা ভগবান্দাস লান চেনগদবগী থোরকই)

ভগবানদাস ঃ ইস! রাম রাম কবুই খুল অসি য়ৌরকপদা শ্বর হেক হোল্লিদা। হাওবী! অসি ভগবান্দাস। ঐগী হাওনুবী। নংবু ঐনা কৌবসি তাদব্রা?

কবুই নুপী ঃ (থোরকই) করিনো? থেংলেমখৈ লাক্লগা করিগী হৌনা কৌব্রা? নহাক্না ঐহাকপু লুহোংলগা লৌবসু নত্তবা। করিগী মী তানবা কৌব্রা? নুমিদাংগী চাক থোংবা নংনবা চেংগা এঙ্গাংগা পুরক্কনি হায়রম্বা নত্তরা? খুলগী কজিং করাই খুরুম্বগী যণ থোংবা লৈবনে। চাক চারুরো।

ভগবন্দাস ঃ মৈতৈ তাগনিনে হাওবী। বামোন ঐনা যণ থোংবা চাবা, মৈতৈনা খঙখ্রবদি ঐগী চরনামিত্র থকপা, হোকেনাই। বুজিস? ছুনো নহাক্কী ফি লৌথোক্লো।

কবুই নুপী ঃ চাক চারো হায়পিরগা ঐগী ফি লৌথোকউ হায়বসিবু করি নিপানোনে? যণশা থোংবা লৈবনি চাক চারুরো। য়ুঙৌনা খরুংদা য়াউবনি। য়ুখাদি খুলনা লৌখ্রে, মাখে।

ভগবান্দাস ঃ নত্তে সুন্দরী! চাক চাবগী সোমোই ওইদ্রে। নংগী ফি লৌথোকউরো, চৎলসি।

কবুই নুপী ঃ কদাইদা?

ভগবান্দাস ঃ অরে তারা তারি তৌরোনে। মৈতৈ লান হৌরে। নিংথৌ কোনুংদগী চেনখ্রে। ঐখোয়গী দেশতা চেল্লসি। নৎত্রবদি ঐখোয় মোরিবো, মৈতৈনা কাতিবো। এখোন কি কোরিবো? ঐখোয় অনি কদোমদা চেল্লগা হিংগনি?

কবুই নুপী ঃ করিনো ঠাকুর মচানা হায়বসে? মৈতৈ ঙাওরে হায়বা? অচু স্বরনে? (মপাল্লোমদা য়েংবদা মৈরা পরেং খুল তম্না লাকপা উরকই) অলাই! মৈ পরেং অসিদি করিনো? ঐগী নিপা! মৈ ময়াম লাক্রে -

ভগবান্দাস ঃ রাম রাম . . .। ভাগো। ঐ কদোমদা চেনগনি?

মোরাম্বা ঃ (অরাপ্পদগী খোঞ্জেল) মৈতৈ ইচিন ইনাওশা! মায়কৈ চায়য়ু। মিৎ-না শিংবিয়ু। লমছই নাহোকখিবা য়াদে। ইনুং ঙাল্লিঙৌদা থবক পাংথোকসে।

ভগবান্দাস ঃ হাওবি! ঐগী থবায় কল্লু। রাম রাম - (মক্লাক নিক্লবা ভগবান্দাস হাওবিগী তুংদা লোৎলি) ভাগো। জয় প্রভুজি শ্রী রামচন্দ্রগী জয় . . .।

শান্তিদাস ঃ (চেক্সিনলকই) ভগবান্দাস! ভগবান্দাস! মিৎ উইশিল্লগা থাঙ চংদব্রা?

ভগবান্দাস ঃ গুরুদেব। ননাইবু কনবিয়ু গুরুদেব (শান্তদাসকী মখোঙ কোল্লগা কপই)।

শান্তদাস ঃ ভগবান্দাস! হৌজিক কপকদবা সোমোই নত্তে। থবায় খুবাক্তা হাপ্লগা নুংশিৎকী মমাং থানা চেনগদবনি। হৌগৎলু। নোং ঙান্দ্রিবৈঙদা তোংজে মরিন লানখ্রো। জিরি তুরেল য়ৌরবদি নহাক হিংগনি। নৎত্রবদি ঐখোয়গী খোঙ্গুল মুৎলনি। জাউ-ভাগো।

ভগবান্দাস ঃ গুরুজি! হাওবি। চৎলসি - (হাওবিগী মখুৎ পায়রগা চিংই)।

কবুই নুপী ঃ কদায়দনো? এঃ তন্নিদা। মরোলসু খংদবা লমদা, নংগী নয়ুমসু খংদনা ঐ ঙম্লোই।

শান্তদাস ঃ ভগবান্দাস! হাওবি থনমউ। নুপীদি পুক্সিদাপোৎলুন্নি। ইশা ফাওবা চেনবা বারগদবা বোজাই পোরগা চেনগেরা। নখাই হিংনবা চেনখ্রো। ভাগো।

ভগবান্দাস ঃ মাদি কনাগা লৈহৌগনি গুরুদেব?

শান্তিদাস ঃ নুপীদি লতানি, উরিনি। মনাক্তা লৈবা উপালদা য়েৎকনি। এখোন সোমোই নাই। ভাগো!

ভগবান্দাস ঃ জি গুরুদেব। হাওবি, নহাক্কী মিং লৌরগা মৈতৈশিংনা মখোয়গী নুপীবু ননাই হাওনুবী কৌহৌরসনু। হাওনুবি . . . (কপই)

শান্তিদাস ঃ ভগবান্দাস নহাক শিবা পাল্লব্রা? ভাগো. . .!

ভগবান্দাস ঃ জয় হনুমানজিকী জয় - (খুৎনা বিদাই পিখি)

কবুই নুপী ঃ গুরুদেব -

শান্তিদাস ঃ উম গুরুজি।

কবুই নুপী ঃ গুরুজি।

শান্তিদাস ঃ অচ্ছা। কয়াদা নুংশিরে। ভগবান্দাস অমুক লাক্লরোই। নহাক্কী অপাম্বা করিনো হায়য়ু।

কবুই নুপী ঃ ঐদিকো . . .

শান্তিদাস ঃ নত্তে, নহাক্না ঐঙোন্দা বা হায়বদা ননাই ঐ হায়গদবনি।

কবুই নুপী ঃ ননাই ঐদিকো - মীয়ানগী নুপীনি হায়দুনা খুলগী মীনসু শাওরে। খুলগী পাখংনসু লৌবিররোই।

শান্তিদাস ঃ চিন্তা তৌগনু সুন্দরি। অমার শঙ্গে চৎলো। ঐগা চৎলসি -

কবুই নুপী ঃ কদাইদা ?

শান্তিদাস ঃ নোংমাইচীংদা

কবুই নুপী ঃ করিগী, করি তৌবা ?

শান্তিদাস ঃ নহাক ঐগী বাণী ওইরো। ঐগী নুপী ওইববদি নং মৈতৈশিংনা ইমা থৌরানি হায়না খুরুমগনি। গুরুগী নুপী ওইরবদি মৈতৈশিংগী মমা ওইরগদবনি। নিংথৌনসু নংবু ব্যবহার তৌগনি। ঐগী নুপী ওইবদি হাওবী! নহাক মহারাণী অমগুম চাউরগদবনি।

কবুই নুপী ঃ ননাই ঐদি লৈশাসু নত্তে। গুরু মচাগী নুপী ওইরবনে গুরুদেব।

শান্তিদাস ঃ করিসু অকায়বা লৈতে। মৈতৈ লৈবাক্তদি অচৌবনা মচাগী নুপী লৌবা চৎনরে। মহারাজ ফাওবা মীগী নুপী লৌই। নখোয়গী অকনবা পুরেম্বা হায়বদুসু নিংথৌগী নুপী মবুক কংবী লৌরে। নহাকশু হাওবিশিংগী মরক্তা হিরা মণী-মুক্তা ওল্লগদবনি। ঐগী নুপী ওইবদি নহাকসু কোনুংগী লৈমা শিজ ওইরগদবনি। নং ঐগী নুপী ওইরসি হাওবি।

কবুই নুপী ঃ হায়বিগনু গুরুদেব। গুরু মচানা হায়বদি নহাক্তি কোনুংদা নংগী নুপী মহারাণী লৈ হায়কো ?

শান্তিদাস ঃ সর্ব্বনাস! গুরু মচাগী বা কাউখ্রো। ভুল জাউ। রাজকন্য, মহারাণী। ছিঃ ছিঃ ছিঃ। অমত্তা পামদে। নহাক্না পূম্নমক্তগী মশক ফজবা হেল্লি। (কোনগে তৌবা)।

কবুই নুপী ঃ (হন্দোকখি) গুরুদেব নহাক্তি পাখংসু নত্তে। হনুনি। নকোইনা শাংলিবা । কিজে, তুক্কচৈ - ।

(শান্তিদাস মখুত্তা মন্ত্র শোল্লগা হাওবিগী মখূৎ পায়বদা হাওবি লেকথরকই। শান্তদাসনা চিংলগা পুখ্রে)

## সিন - ১৪

মফম ঃ চীংনুং । মতম ঃ অয়ুক

(মীয়ান মচানা মৈতৈ নুপীদা থৌরানি মীংথোল পীরগা য়ুন্নাক শাগে হোংবা হৌখরে। মসিনা চিন্দম ইঙ্খ্রাংনি। ইঙ্খ্রাং অসিগী মুকাকলৈ মরক্না মৈত্রবাক শিনবা থুঙলে। তুংগী মীরোলদদি মীরানচানা হিংচাবগী মায়খুম উপ্লগা মৈতৈ নুপীদা শারাক তম্লরনি। চীংঙু লৌরেম খোংনাংথাবনা চখ্বরক্লগদবা অসি উবদগী মায়চৌ মোইরাং ললহানববু কৌরগা কুম্মৈ অমা উৎখি। খোংনাংথাবগা ললহানবগা ফিঙৌ ঙাক্তা শেৎলগা থোরকই। খোংনাংথাবনা নুপী মচা অমা মখুৎ চিংলগা পুথোরকই। ললহানবনা হিংচাবগী মায়খুম উপলগা হিংচাবগী কুম্মৈ চখ্বরকই।

(খোংনাংথাবা মমায় লৈথোকখ্রে, ললহানবা হৌগৎলকই। মহাকসু খোংনাংথাবগী মতুংইন্না ইন্না)

ললহানবা ঃ কাক কাক ... ?

খোংনাংথাবা ঃ করি পাউনো ?

ললহানবা ঃ ময়াং পাউনে। ইচা খোমদোন মৈরৌবী লৈব্রা ?

খোংনাংথাবা ঃ লৈতে।

ললহানবা ঃ য়েৎলোম চৎকে

খোংনাংথাবা ঃ চৎফদে।

ললহানবা ঃ ওইরোমদা চৎকে ?

খোংনাংথাবা ঃ চৎফদে।

ললহানবা ঃ থক্তা লানগে ?

খোংনাংথাবা ঃ লানফদে।

ললহানবা ঃ খাদা লিৎকে ?

খোংনাংথাবা ঃ লিৎফদে।

ললহানবা ঃ তুংদগীদু কনানো ?

খোংনাংথাবা ঃ ইচা খোমদোনবীনে।

ললহানবা ঃ য়া . . . . (খোমদোনবীবু ফাগদবগী কোইতান তাম্নে)

খোংনাংথাবা ঃ হা খোমদোন মৈরৌবী! চেৎনা য়াল্লো!

(নুপীমচাদু চেম্থোকখ্রে। খোংনাংথাবগা ললহানবগা শ্বর হোন্দোকই। ললহানবগী মমায়দগী হিংচাবগী মায়খুমদু লৌথোক্লগা খোংনাংথাবদা খুরুমই)।

ললহানবা ঃ চিংঙু -ও

খোংনাংথাবা ঃ ললহানবা। মীরৈবাকচাগী নাওশুম ঈশৈনা মৈতৈ মচাবু তম্বি তাকপিগদবা পলেম পন্থৌনা শাংথ তুমখুল তানখ্রবদা, নখোয়গী শান্ন শৈশক্লা য়াকাইহন্দুনা খোমলেন মিৎকপ থোক্লবা হৌদোকউ। অদুম্না তুংগী মীরোলগী অঙাং নাবানসু তুমখ্রবা মৈতৈশিংবু শৈশক অসিনা য়াকাইহন্দুনা মিকপ থোকহল্লুকো। মৈতৈনা তাইবঙ মিকপ থোরকপা নহাক ঙাইরকখোকো। হুঁ সিদবা মপু।

( মখোয় অনি তুংথ-মাংথ চৎখ্রে)

## সিন - ১৫

মফম ঃ নোংমাইচীং । মতম ঃ অয়ুক অঙনবা

(নিংথৌ খনবা ফম্নাইবশিং ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা কুম্নখিবদগী সনা কোনুংদা কানরকখিদরে। লবুক লম্নাং চীংখোঙ চীংয়াদা খুন্দিম্নরে। লোইশঙ মপুরেনশিংনা নিংথৌগী য়াথং তুংওইনরক্লে। সনা কোনুং খুন্তাক লাম্পিবগা মান্নরে। সনামহিগী কোলুদি হয়িং খোঙবান্দা লাইশঙ শারগা পুজা তৌরি। কোনুংগী লাইদি ওইদরে। খাগেম্বগী হাক্তক্তা (১৫৯৭-১৬৫২) কংলাগী অপোং ইম্খোলদা লাইশঙ শারগা সনামহি ইরাৎ পুজা হৌরকই। পামহৈবগী মতমদা (১৭০৯-১৭৪৮) রমান্দি ধর্ম্ম চৎপদগী কংলাদগী সনামহিগী শক্তমদু (১৭২১)কী ইঙেনগী নোংমা পানবদা বাঙ্গোইদা থৈদোকখি।১৭২৬ কী ইঙেলগী কুননি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা সনামহিগী কোলুগী শক্তমদু থুগাইহনখি। ১৭৩১গী থবানগী নোংমা পানবদা হয়িং খোংবান উফোং য়ুম্ফমদা সনামহিগী মুর্ত্তি নৌহৌননা শেমগৎলগা ইরাৎপা হৌখি। ফার্ষ্ট এম আর গী কম্পাউন্দদা লৈরিবা লাইশঙ অসি ১৮৯১দা কুল্লচন্দ্র মহারাজনা শারগা কৎলম্বনি। বৃটিশনা সনামহিবু অরুবা লাইনি হায়না খল্লি। ১৯০৬ তা মেজর জেনরেল সেক্সপিয়ার (ষ্টেট সুপরিন্টেন্ট) না লৌ পরি মরি সনামহিদা কৎলম্মী।

মহারাণী গোমতি (থম্বাল) গী মচানুপা মোরাম্বনা লমজিং পুরেন ওইরগা হৌরকপা প্রজাগী ইহৌদা মীয়ানচাশিং জিরি অমসুং কছারদা লাঞ্জেম্নখ্রে। পামহৈবা গরিবনিবাজ মহারাজগী গুরু শান্তিদাস অমসুং মহাক্কী পরুবা ভগবান্দাস অমদি নরায়ন্দাসপু অতম্ননা থিরক্লে। শান্তিদাস কোনুং মনুংদা লোৎফম লৈরক্তবদগী কোয়চেন চেল্লগা লোৎপা হৌরক্লে। মৈতৈগী খুল্লক্তগী কবুই খুল্লক্তা থিরবগী মতুংদা চীংখোং চীংয়াদা মোরাম্বগী কাংবু য়ৌশিল্লক্লে।)

মোরাম্বা ঃ (অরাপ্পদগী) মৈতৈ ইয়াম্বশিং! ইরিল তুরেলগী নোংপোক য়ারল পাৎকা শম্নবা নোংমাইচীং চীংখোঙ য়ৌরে। ইনুং শোয়বা ভান্ত্রিঙৈদা মায়কৈ মরি কোয়শিনবিয়ু। মফম অসিদা ফংবা তম্বা নিপা অমত্তা ফাওবা নম্থোকহনখিবা য়াদে।

(লোকখাদা লোত্তুনা লৈরম্বী হাওবীবু মখুদাং পায়রগা চিংথোরকই)

লোৎকদবগী হোৎনরম্বসু শাই। যণবীনা যন্নাও লোৎপদা পাম্বা কৈনা থিবা ফংদবদি তাইবং মপুগী থৌদানি। মীয়ান গুরুনা পোইরৈ সনা লৈবাক অসিদা লোৎলম্বা নুপীদি মৈতৈদা শিন্নরম্বনি। নহাক্কী চেনফম লৈত্রবনি। নবা নপাউ শেংউ। মীয়ান্দা নয়ুম পানবদা করি তোংজবা লৈ?

হাওবী ঃ লাইবক্তা তম্বনি ইবুং!

মোরাম্বা ঃ নত্তে। তাইবং মপুগী নোংদমখোল ওইবা য়ারোই। তুমদুনা লৈবা নোংশাগী খয়াত্তা শজি অমোন্না খক চেনিঙ্গন্দে। মীযানচাগী চারা শন্দোরুবা হোৎনরিবা করিগীনো? মুকাকলৈ পাম্বীনা পোইরৈ সনা লৈবাক্কী লিক্লাই পাম্বী মখৈ হাৎখিদৌরবনি। হায়য়ু, নহাক্কী গুরু কদাযদা লোৎলি।

হাওবী ঃ ঐবু হাৎপিগনো ইবুং। গুরুজিনা ঐহাকপু তুমহল্লন্নগা মাংখিবনি। ঐনকো তুমদ্রিঙৈদা গুরুজিনা লোক্তাক কদোমদা লৈ হংবনি। ঐনা চীংথক্তা কারগা লোক্তাক মাইকৈ তাকপিবনি। ঐবু হাৎপিগনু ইবুং।

মোরাম্বা ঃ অদুগা নহাক্না লোকখাদা লোৎলম্লিবনা করিগীনো?

হাওবী ঃ করম্না ঐহাক লোক মনুংদা লৈরম্বকো? ঐখোয় কবুইদি অচুম্বদা ঙাংবনি। ঐবু হাৎপিগনু, মৈতৈ ইবুং!

(মোরাম্বগী মখোঙ কোল্লি)

মোরাম্বা ঃ ইয়াম্বশিং। লোক্তাক খোংবান পাংলসে। লমলেন লমাংদোং লমদমদা খোঙশাল্লশে। য়াঙ্গোই খুরুপ থাবিরো। তোংজে মরিল থিংলসে।

হাওবী ঃ মৈতৈ ইবুং (কোনবা) ঐ ইতোমতা লৈহৌবা ঙম্লোই।

মোরাম্বা ঃ ইচল হাওবী! হৌগৎলু। কবুই চনুরালক্তা নহাক্তি অরংবা তম্ফানি। নহাক লৈমশিংদা চল্লবনি। ইচলনা বানা লৈরম্লিবা চীং অসিবু অবাচীং, লৈমচীং হায়না কৌরসনু। বাংলেন তানফম চাদ্রে। নবুং য়ৌরে। য়াইবী মরাং কায়না পানবিহৌরো।

ইয়াম্বশিং! খোঙশাল্লশে। (শগোল তোংলগা কন্না থৌখরে)

হাওবী ঃ মৈতৈ ইবুং - (তান্নখি)

# সিন - ১৬

মফম ঃ তোংজৈ মরিল । মতম ঃ নুমিদাংবাই

(শান্তিদাস গোষাই মথবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা থৌবাল ময়াং ইম্ফাল ফাওরগা চেনখিদুনা ইনুং শোরা ঙানবদা লমাংদোং লমদম য়ৌখরে। লাই মতোন চীংজাও মতোল লোম্বদদি কোরৌহনবা বাতোন লানখরে। অরাম খৌরাংবনা মখোঙ থাংবা থোক্তরবদা শান্তদাস তোংজৈ মরিলগী লম্বী য়েংলক্লে। মহাক্কী কমন্দলু খুজাইদু থাঙ্গৎলগা থরুবা হোৎনবদা ঈশিং য়াওরমদরে। লাই মতোন চীংদোন্দা পোখারগা তম্পাক লমদমবু চিংনা য়েংলম্মী)।

শান্তিদাস ঃ তম্পাক লমদম লৈহৌরো। লোক্তাক মিংশেন ঙালহৌরো। লোকুংদা ইষ্টরল্লবী হাওবী মিৎকপ থোক্লনু। খোঙ্গুল মুখৎ মুখৎনা চেল্লকপদা শ্বর অসি তৎখিদৌরে। বাম রাম . তুম্লিংবনসু শিগদৌরে। ঙহাক্তং পোত্থাখিগে। প্রভু রামচন্দ্রনা রাবোন্না ওনবা শজি ফাবা চৎখিবদা জানকি সিতানা লক্ষ্মনবু মতুং ইন্নবা চৎনবা য়াথং পিবদা জানকী সিতাবু ঙাকথোক্লবা রেখা তরেৎ চিংলম্বদু চিংলগে। (লম্বীদা লয়ি চিংই) লক্ষ্মোনরেক্ষা তরেৎ চিংলবনি। মৈতৈ মুর্খ মফম অসিদগী হেন্না চংলকপা য়াররোই। ইস -লোক্কী ঈশিং অসিদি লূখ্রেদা। (লোক্কী ঈশিংদু য়াম্না খৌরাংনা খুজোক খুজোক থকই) শ্বর হোনবা নুংঙাইরে। চীংলোন মাপল অসি লানবদা নুমিৎ কয়ানি চংখিনি ? ঐহাকপু বঙ্গদেশ য়ৌবা ঙম্নরোইদ্রা ?

(পোত্থাবদগী শান্তিদাসতু চীংদা ঙারগা তুমথখ্রে। মোরাম্বগী খোঙবু য়াঙ্গোই শগোল তোংদুনা শান্তিদাসকী খোঙ্গুল লিরকপদা লাইমতোন চীংদোন তম্লক্লে। তোংজৈ মরিনগী লম্বী তারকপদা মাংজিন থাবা লাম্মী অমনা লাউরকই)

লাম্মী ঃ লমজিং পুরেন। লম্বী থিংখরে। চংশিনবা য়াদ্রে। মাংগী লম্বী মমখরে। (মোরাম্বনা চংশিনলুবদা মৈরিনা থৎলি)

মোরাম্বা ঃ হাইস-য়াদেনা। (অমুক্তসু চংকদবগী হোৎনৈ, ঙমদে) হুঁ চিংঙু লৌরেম খোংনাংথাবা। নশু মোরাম্ববু নথানুংদা চেৎনা থাদোম্নবিয়ু। হুঁ শিদবা

মপুনা য়াইফরে। (থাঙলোনগা লোয়ননা রেক্কাদু লাম্থোকখ্রগা শান্তিদাসকী মমাংদা চপ লেপ্পী)

শান্তিদাস ঃ কোন? কনানো -? (কোইয়েং য়েংই, উবা ফংদে) মীগী শক্তমদি তাই য়েংবদা কনাসু উদে। নহাক কনানো?

মোরাম্বা ঃ গোষাই । মুন্না য়েংদুনসু ঐহাক্কা মিৎচানবা ফংলোই। মোরাম্বা ঐহাক্তি ইমাগী নাওয়োমনুংদা লৈবনি। নহাক্কা উবা ফংলোই। নহাক্কা কৈরেন কৈজাও ওল্লবসু, পাম্বা কৈবু মকোন্দগী কৌথোক্লগা ফাবা ঙম্বা মৈতৈ মচানি। নহাক্কা উচেক ওল্লগা পাইগে খল্লবসু ঐহাক্তি খেলৈ নোংনাং তেনহৈবগী চাদা নাওদানি। ঐখোয়গী তেন্দোংদগী নাম্থোকপা ওইথোক্তে। গোষাই! চিংঙু খোংনাংথাবা নিংশিংউ। চিংঙুনা হিয়াং হিরেন য়োৎপা নহাক উরবা নত্তরা?

শান্তিদাস ঃ দেখিছে, উরে -

মোরাম্বা ঃ নহাক্কা নিংথৌগী মমাংদা হঙ্গাম মরু হন্দোক্লগা খুনবা উহনবদা, চীংঙুনা করি উৎলি?

শান্তিদাস ঃ চিংঙুনা হৌদোং ওল্লগা ঐবু হাৎকদবগী তাম্লে। ঐ থবায় হিংনবা চেল্লি।

মোরাম্বা ঃ মহাবলি মোংবা হনবা হিদেন্দদি কমদৌথি?

শান্তিদাস ঃ ঐহাক্কা ইম্ফাল তরেলদা খোইরি লিনশাং পুথোক্তুনা চাম্লিভৈদা চিংঙুনা ঈশিংদা লৈতুম থাদরকই। ঐহাক শিবা তারবদা হায়জে।

মোরাম্বা ঃ লোক্তাক্তা হি ইশম চাইবদা থাংনা য়ানখিবরা?

শান্তিদাস ঃ লোক্তাক্তা নিংথৌগা উতোংচাক চাবা চৎলি। পাৎ ময়ায়দা হিনা ইশং চারক্লে। অদুদগী হিদু লুপথখি। ঐনা হিদা থাংনা য়ানবদা ঈ থোরকই। হি অদু থক থক নিক্লগা লুপকদৌরবদা মাইচৌনা ঈ থোকপা মফমদু মখুৎনা নানবদা ঈদু খকখি।

মোরাম্বা ঃ কংলা মৈনা চাকপদি কনানা মুথৎখি?

শান্তিদাস ঃ কংলা মৈনা তুম্না চাক্লবদা নিংথৌনা চিংঙু খোংনাংথাবা কৌহনবনি। চিংঙুনা হৈ মৈ! নহাক্তি মিৎনা উনা চাকফদে। মৈ মুৎলো। হায়না শোনবদগী মৈদু মুৎখি।

মোরাম্বা ঃ মৈতৈ পুয়া মৈ থাবদদি?

শান্তিদাস ঃ ইশা পুম্বা মৈনা চাকপগুম্না শারে। খাংবা ঙমদদুনা পুরুক শৌবিদা ঈরুজবা চৎলে। সনামচু মানবা মচি য়েৎ সনা য়োম্বা, ওইথংবা মচিনা লুপা য়োম্বা পাখংবা লৈরমই। চিংঙুদা ঐহাক্না হায়জবদগী তাকপিরে। মাইচৌ লৌরেম খোংনাংথাবনা থারকপনি। ঈশিং মনুংদা লুপথবিগ্রো। নতেফমদা তেরো। নহনফমদা হগ্লো। হায়না প্রনাম তৌবদগী ঐ হিংবনি।

মোরাম্বা ঃ শান্তিদাস গোষাই। নহাক্কী থবায় চিংঙুনা কয়ারক কনবিখ্রে। নহাক্কী মতম লোইরে। নহাক্না খল্লি। লমদম অসিগী প্রজাদি চীংনা ইকোই কোয়শিনবনিনা চাওখত্তবনি, মুর্খনি। যজ্ঞেম্নহানা শল্লুপ পরেং হোইদুনা পুবগুম্না নহাক্না পুনিংবা মাইকৈদা পুনবা হোৎনখি। নহাক্তি ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা নত্তে। মনিপুরগী লম্মিৎ তুমিৎ খংদোক্লগা মদুগী নোকশাদু য়েক্লবদা পিরগা ঐখোয়বু মায়থিরবা লাম্মী ওইহন্নবা লাকপনি। য়েক্লবগী মতেং লৌরগা নখোয়না ইরমদমসিগী ফম্নাইবা ওইগে থৌরাংবা নত্তরা?

শান্তিদাস ঃ রাম রাম . . .

মোবাম্বা ঃ নহাক্না শোম্নিংবা হরিনাম শোল্লো। কদাই নহাক্কী কমন্দলু খুজাইদু ঐঙোন্দা পিরকউ। (লৌবা)

শান্তিদাস ঃ রাম রাম রাম রাম . . . .

মোরাম্বা ঃ কংলৈপাক অসিবু মাঙনবা শীনবা লম্লানবা, ময়ুম লমদমদা কদৌনুংদা হিংনা হনখিদ্রি। মমা লৈবাকপু হুলানবা ইরৈবাক মচাশু মশাদি লায়রদনা মচা মশুসু নুঙাই য়াইফবা মপুল্সি নুংশাংদবনি। শান্তিদাস গোষাই - রাম নাম শোল্লো। হুঁ শিদবা মপুনা য়াইফরে।

(খুজাইনা থোম্লগা শান্তিদাস হাৎলে)

- মৈতৈ ইয়াম্বশিং! অশিবা মশাসি খুজাইরোক অসিদা লৈরোল চল্লু। নুংপাক্না ননশিন্দুনা থনমউ। লাইরেম মনাইশা! সনা কোনুং পাংলসে। ইনিংথৌ পামহৈবগী থৌগল তৌরুরসে।

(মোরাম্বা থোকখরে। খোঙমী লাম্মীনা শান্তিদাসকী অশিবা হকচাং পুথোকখি)

লাম্মী ঃ তোংজৈ মরিলগী লম্বীদা নুঙ দলানগী নাক্তা চেল্লিবা তুরেল অসিগী মমিং খুজাইরোক হায়না খঙনরসে।

## সিন - ১৭

মফম ঃ হৈঙাংদা । মতম ঃ অহিং

(মকোক মরু ফারবা পামহৈবা থোরকই)

নিংথৌ ঃ মহারাণী লাম্বুবী! মহারাণী কনা লৈ? ইপাগী ইবুংঙো শ্যামজাই? ইনাই ইশন কনা লৈবগে? তম্বা কনা লৈ? মী অমত্তদি থোরকউদনা -

( তা পায়রগা মোরাম্বা চংলকই। নিংথৌদা খানা য়েংলগা লেপই)

নিংথৌ ঃ নহাক কনানো? কনানো নহাক? ঐহাক্কী মিৎ অসি মশেন-মরাং উবে। নহাক্কী নশক খঙবা ঙমদ্রে। চৎলু ঐহাক্কী ইচাশিং রাণীশিং কৌকচো। চৎত্রিবা? ইয়া কয়াদা থৌগল্লোন ব্যবহার খঙদ্রিবা। মকোক লৈবাক তানা খুরুমদে। হি ঃ. . . মসিদি মী নত্তেনা . . . মসিদি কংলা শা নত্তরনে?

মোরাম্বা ঃ ঐহাক মহারাণী গোমতিনা ইনিংথৌদা তিমেন তানা থৌগল তৌকনবা থরকপা ইরোম চাউবগী মচানুপা মোরাম্বনি।

নিংথৌ ঃ হাইস মসিদি নমু তাইবং মী নত্তেনা। ইথৌ খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা হৈরাং কোঙজা থরোই কুমগী কালেন থাদা কংলা উত্রা শঙমাংদা হোংখিবা ঐবু লোইবা লৈমাবা লায়িংথৌ নোংসাবা নত্ত রনে? খুদুং অনি কুম্বুবগা মাঙগী খোঙ অনিনা চপ তিংনা লৈবা, ময়া লাউনা কাথোকপা, লৱাই লুতোন্দা অনি লোঙবা মচী অমখক্তং পানবা, নোংশাগী শক্তম লৌবা অঙৌবা কংলা শাদুনি। করম্না মফম অসিদা লৈরম্লিবা?

মোরাম্বা ঃ ঐহাক্না পলেম ইমাগী খোয়জী খাগী মণি ওইরিঙৌদা অপাম-কল্লক মিহৌ লাংদা ঐবু পোকপা পম্থৌবু ঈমু ফিরাক খায়খিবা নহাক্নি। নিংশিংউ . . .

নিংথৌ ঃ করি। করি হায়বা কংলাসা? ঐবু . . . ঐবু . . . নোংশাবা চৈরাক পিবা লাকইবা? নত্তে, নত্তে - ঐহাক্তি অচুম্বা চৎপা নিংথৌনি। ঐদি অরানবা চৎখিদে। শমজোক অৱা নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী অমা পিযু

হায়না নিরকপদা ঐহাক্লা মৈতৈ রাজকুমারী থিল্লক্কনি নিংথি তুরেল মপান্দা ওক্লমউ হায়না পাউ থাখি। উশম কৈরুংববু রাজ কন্যাগী ফিজোল শেৎহল্লগা নিংথি তুরেল খোঙবান্দা অবা নিংথৌদা উহল্লগা অবা নিংথৌবু মায়থিবা পিখিবা মৈতৈ নিংথৌদু ঐহাক্কি। অবাগী খুল হুম্ফুমরি ঐনা জয় তৌখিবনি। অবাগী চেকপল কাউঙুদো পেগোদা থুগায়খিবা ঐহাক্কী পাম্বোম পাঙলনি। মেয়োদাদা ঐগী কোনুং শারগা য়ুআওজো কৌবা অবামচা অমবু নিংথৌ হাপ্লগা অবা লৈবাক ঙাকহনখিবা মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিবাজদু ঐহাক্কি। ঐনা অবাবু ঙমই হায়বা খঙনবা কাওঙুদো লাইশঙগী থোঙবাদা থাঙফম হকখিবা - কংলাশা নহাক খঙদে উদে হায়দুনা চেনবা য়ারোই। খৃ ১৭৩৪ দা তখেলগী নিংথৌ ছত্রজিৎ নরায়নবু মায়খিবা পীখিবা মৈতৈ নিংথৌ তখেলঙম্বা হায়বা  মৈতৈ নিংথৌ অদুসু ঐহাক্কি।

চীংমী তম্মীগী অপুনবা হরাও কুম্মৈ পোৎলাম্নবা মেরা হৌ চোংবা পামহৈবা ঐহাক্লা হৌদোকখিবনি। রামজি প্রভু, মহাবলিদা হনুমান ঠাকুরগী মন্দির শাবা ঐনি। নিংথেম পুখ্রি ঐহাক্লা তৌবনি।

ঐদি লৈবাক প্রজাগী অপাম্বদা তৌবা নিংথৌনি। গরিবনিবাজ ঐহাক্তি য়ুম্লোন্নবা লৈবাক্তা মৈতৈ নিংথৌগী মিংচৎ উরোং খিল্লিবা নিংথৌনি। ঐহাকপু চৈরাক পিফম থোক্তে। ঐদি মনা-মথুম ফংফম থোকই।

মোরাম্বা ঃ ওক্লে তোক্লো। নহাক্লা থবক কয়া পাংথোকখি। মদুদি নশাখক্তগীনি। নরোমদোম মিংচৎ তানবনি। লৈবাক প্রজাগী য়াইফা-নুংঙাইনবদি নহাক করিসু তৌখিদে। ঐহাক্কী পম্বৌ ইরোম চাউবগী মশাদগী চেম্থখিবা ঈনা তুরেল ওইনা চেনখিবা অহিং অদুদা পলেম ইমা থম্বালগী মীকপ মীরাউখোল নহাক্লা তাখিদে। ঐহাক্লসু নঙগী বাকৎ তাফম থোক্তে।

নিংথৌ ঃ নত্তে - নত্তে ঃ ঐবু নোংশাবা চৈরাক পিবিগনু। কংলাশা -।

(কিদুনা চেনখরে)

মোরাম্বা ঃ লৈচিল পোমাই হাংদোক্লুনা মিৎয়েং শাংখৈবিরকও পম্বৌ অপোকপা। নচা মোরাম্বনা পম্বৌগী লমন শিংজরগে। হুঁ শিদবা মপু। লায়িংথৌ সনামহিনা য়াইফরে।

(লাউরগা মোরাম্বনা পামহৈবা নিংথৌ গরিবনিৱাজবু তান্নরগা তানা থিন্দুনা লুরবা তুরেল খোংবান্দা ঈমু ফিরাক খায়খি। সনাহল মোরাম্বগী থৌগল্লোই ওইনা অহল ওইরবা মপল অমুবনা মোরাম্ববু করিদা খুদোংথিবা নংগদগে শেন্নদুনা মতুং ইন্নরম্মী। মোরাম্বনা পামহৈবা হাৎপদু উবদা -)

অমুবা ঃ হা . . . হা . . . পেন্নে। ঐহাক্কী নিংবা থুংলে। ইনাওনুপা চাউবগী ৱাশক ঙাক্লে। ইয়াম্বগী ইবুংঙো চাউবা। নোংমদোন পোমাই হাংদোক্নুনা অমুক্তং য়েংথরকউ। ইনাউনুপী থম্বালগী খোইজিখাদা পুখিবা নহাক্কী থৱায় মিরেল অদু শামু শারেপ ফারে। মখূৎশু তিমেন তানা ইনাওবু হাৎপা মীতম্বান পামহৈববু হাৎলে। মপাগী লমন শিংলে। থম্বালনা মহাক্কী ৱাশক ঙাক্লে। নমিৎ পেন্না য়েংথরকউ। ইয়াম্বগী ইবুংঙো চাউবা। নচানুপাবু নথানুংদা কোল্লুরাও। ইনাওনা নয়াম্বা ঐঙোন্দা শিন্নরম্বা থৌদাং পাংথোক্লে। ঐহাক নুংঙাইরে। ঐ খুয়া তুশিৎনা শিবা য়ারে।

(নিংথৌ শিবগী পাউ লৈবাক পুংজাও থিনখরে। তুফক তুফাই চল্লম্বা হিংবগী মহাও খণ্ডজরক্লবা মীওইবগী হক ফংজরক্লবা প্রজা হরাও মথোই কারমই। মখোয়গী লমজিং পুরেল ওইখিবা সনাহল মোরাম্ববু পোইরৈ সনা লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্পবা ৱারেপ লৌখরে।)

- সনা কোনুংগী ফম্বাল
- হাঙবা য়াদে।
- লানজং পুরেল মোরাম্বনা
- নিংথৌ ওইগদবনি।
- পোইরৈ সনা লৈবাক
- প্রজা ঐখোয়গীনি।
- ঐখোয়গী নিংথৌ
- সনাহল মোরাম্বা।।

(লৈবাক প্রজাগী ৱারেপ মতুং ইন্না মীয়াম্না মোরাম্ববু সনা কোনুংদা পুরগা লাক্লে)

অমুবা ঃ মোরাম্বা। প্রজাগী খোল্লাওদি তাইবং শেম্বা মপুগী খোল্লাওনি। লাউ-চংলকউ। সিংহাসন অসিদা লাইবক অহন্নক কৎলু। লৈবাক প্রজাগী অনিংবা অপাম্বা থুংহনগদবনি। সনা ফম্বাল অসি ইবুধৌ পাখংবগী শাদোংফম্নি। খুরুম্নগা থৌনিয়ু। নহাক ঙসি হায়বা নোংলেন্দগী প্রজাগী মপি মপা ওইরগদবনি।

(মোরাম্বনা সিংহাসন্দা লাইবক কৎপা হৌরকপদা মমা থম্বালনা অরোইবা খোঞ্জেলদা লাউরগা চেল্সিনলকই)

থম্বাল ঃ ঙাইখো -। ঙাইখো ইমাগী ইবুংঙো ঙাইখো - (মতৈহন অমুবা লৈরম্বদু উরুবদা ফিরুক খুমই) ইতৈহন! ইপা ইবুং শক্রুবা লোইশঙ মপুরেল। তিনবিরিবা লৈবাক প্রজা পুন্নমক। তোল্লবী থম্বালনা খুরুমদুনা হায়জরি। ঙসি নোংলেন নোংজাদগী ঐহাক্কী অশেংবা ইমিং ইরোম ওংবী থম্বাল হায়না মীয়াম্না কৌবিবদু তাজবা ফংহনবিয়ু। লৈমরেম্বী! লৈমরেম্বী গোমতি! হায়বা মিঙ্গৌদু ঐহাক্না কিনা তুক্কচৈ। ইপুরোইবগী য়াথং ঙাকচবনা ইচা মোরাম্বসি মীয়াম মাঙদা তাইবং মী অমা ওইনা লেপইবনি।

- মোরাম্বা! নহাক্না ইমাগী খোল্লাং লমন শিংলবনি। ইমানা নহাক্কী লমনদুম তোল্লবনি। সনা ফম্বাল অসিদি ইবুধৌ পাখংবগী মচা মশুগী কাইদোংফমনি। নযাম্বুং সনাশিংগী ওইহৌরসনু। ঈমাংনা খুৎলিংলবা লমদম অসি ইমা ইচাগী লৈফম নত্তে। লৈররোইসি। অবাং নোংচুপ হারমদা ঙাম্ভোইরিবা কৌব্রু চীংগী নাপোমদা ইমা ইচাগী পুন্সি মতোন লোম্নুরসি।

মোরাম্বা ঃ পলেম ইমা অপোকপী। নচাশু সনা কোনুং পামজদে। ইপনধৌগী মশাইগোন্দা ইরোম শাগৈলক্তা ইমা ইচা হিংলুরসিনে ইমা।

থম্বাল ঃ ইমাগী ইবুংঙো। ইচাগী য়াবা তাবদা ইমাবু করি ওইরসিগেনে? নুপামচা? নমা ঐহাক্তি শাগৈ শম্বল বাংমা লাল্লুরবীনি। ইরোম শাগৈগী মৌ অমুক হন্না ওইবা য়াদরে। ইমা ইচা কৌব্রু চীং পাংলসিনে মোরাম্বা।

(থম্বালনা মোরাম্ববু মখূৎ পায়দুনা চিংদুনা পুখরে। মীয়াম্না খামই। খুরুমদুনা হায়জে। থম্বালগী ফিরেপ হোংহনবা ঙমখিদে। মোরাম্বসু মমাগী তুং ইনখরে। অমুবনা থম্বালবু ইরোম শাগৈনা ইরোমগী মৌ ওইনা লৌশিল্লগে হায়না বাশকই। থম্বালনা য়াবা কৌবা লৈখিদরে। অমুবনা মীয়ামগী পুক্লিং ফাথরকই)

অমুবা ঃ খাম্বা য়াররোই। থিংবিরুরনু। মমা মচাগী নিংবা থুংজশ্রসনু। মমা মচাগী পুন্সি লোমখিবা কৌব্রু চীংগী নাপোম্বু তুংগী মীরোলনা সনাহল লোকচাও, লৈমখোং কৌনহৌরসনু।

(থম্বাল মোরাম্বা চৎখরে। প্রজানা মনিপুরদা লৈহৌরে। মতাং অসিদা তাবুনুংগী থম্বাল লোইরে)

# ইমানা ঐখোয়বু কৌরে

## (১)

চীংখোঙদা। অয়ুক অমা।

শংবান্নবা অতিয়াগী ফিজোলনা লৈতেংবী ইঙালে লৈশেম জগোই শারগা থোরকই। হরাও তয়াম্না নাগা দাঙ্গ শাই। ঈশৈ শকই। পাইসো, হরাওনা য়েংজৈ। পাইসোনা লেপ্পগা য়েংলম্বা উরকপদা ইঙালৈদু ইকায়জবনা খুবাংনা মমায় খুমই।

পাইসো : ইঙালে। মীবমদগী ঐহাক্না খানা হল্লকপদা নহাক্না হরাও হরাও চেম্বোরক্লগা তরাম্না কৌরকপগী মঙলান্দা লাকপনি। ঐহাক উরগা নমায় খুমজিল্লিবদি নপুকচেল হোংলম্লব্রা ইঙালৈ? ঐবু য়েংনিংদ্রব্রা ? ঐহাকপু কৌনিংদ্রবরা ইঙালৈ?

ইঙালৈ : খা ঙাংবা য়াম্না হৈরক্লেনা। ঐদি নহাকপু মিৎনা য়েংদ্রবসু উদুনতা লৈবনি। নুমিৎ খুদিং ইনাক্তা কৌদুনতা লৈবনি। নহাক লৈত্রবদি ঐহাক্তি লৈকংলা ওনগনি। পাইসো, নহাক ঐবু থাদোক্লুনা চৎখিনুকো।

পাইসোঃ মদুগীদমক থবায় খাগনু ইঙালৈ। ঐহাক্না চৎখিবা তারবদি নহাকপু শোয়দনা পুদুনা চৎকনি।

ইঙালৈ : ঐহাক ইমা থাদোক্লগদি চৎলোই।

পাইসো : ইমাসি মৈতৈনিনে ইঙালৈ।

ইঙালৈ : অদুগুম্বা খা ঙাংগনুনে। ইশাগী শাগৈ জাৎ মচা ঐখোয়না থিবা হৌনদবনি। পাইসো! নহাক অতোপ্পা লমবু পাম্বরা, ঐখোয়গী ইমাদগী মীগী মমাকুনা হেন্না নুংশিব্রা ?

পাইসো : মদু করিগী হংবনো ইঙালৈ? ঐখোয় অনি নুংশিনবগী লম্বীদা কনানসু অকায়বা পীবা ঙম্লোয়। নহাক্তি ঐহাক্কী থবায়নিনে ইঙালৈ।

**ইঙালৈ :** নহাক ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীদে।

**পাইসো :** নুংশিবা! লভ। আই লব য়ু- (ঈশৈ)

মতম্নরা খঙদে ইঙালৈ। অঙাং ওইরিঙৈদদি পুন্নমক নুংশি। চাওরক্লগদি ঐ ইশা অমদি ঐগী মী অমসুং ঐগী লমবুনা হেন্না নুংশিরে। ঐহাক্কী পাউখুমসি চুমদব্রা ইঙালৈ?

**ইঙালৈ :** য়াম্না চুমই। ঐহাকসু নুংশি।

**পাইসো :** অদুদি। নুংশিরিঙৈ চৎলসি। ঐহাক মীরমদগী লাকপদগী য়ুমদা চংলুদরি।

**ইঙালৈ :** ফরে চৎলো। নুংশিবা য়ুমদা পোখারুরো। ঐনা ইঙ্গাং থিরুগে। নুংশিনরিঙৈদা চৎনরসি।

**পাইসো :** দেন আই সি য়ু এগেন! বাই - (হরাওনা চৎখরে)

**ইঙালৈ :** (মখূৎ হাইরগা) নুংতিগী উন্নসিগো পাইসো, মাই লভ। (নাগা দান্স নত্তবা, কুকি গ্রূপকী দান্স ঈশৈ, কুকি পাখং পাউলিন লাক্লগা ঈশৈ দান্সতা শরুক য়ারে। নোকমিন্নৈ।)

**ইঙালৈ :** কয়াম কুইরে লাকপা।

**পাউলিন :** ঙহাক কুইরে। ঙসিদি থবায় নুংঙায়না লৈরমইকো। নহাক মতম চুপ্পদা নুংঙায়দুনতা লৈয়ুকো ইঙালৈ।

**ইঙালৈ :** নহাক্কী ব্লেসিংদগী নুংঙায়বা য়াইফবা ওইজগে, পাউলিন! নহাক ঐহাকপু থাদোক্লগা চৎলগে খনব্রা?

**পাউলিন :** খনদে।

**ইঙালৈ :** খনবা মাল্লেদা। নং নয়ুমদা লৈতবা কুইরে।

**পাউলিন :** অদুদি কিবদগী খুল্লাল্লুবনিদা।

**ইঙালৈ :** করিগী, কনাবু কিবা ?

**পাউলিন :** পাইসোগী কাংবুনা ঐখোয়বু নুংশিদে। ঐখোয়গী য়ুম মৈ থারে। ঐগী কাংবু হাৎলে। ঐখোয়বু চৎলু হায়দুনা তাল্লে।

**ইঙালৈ :** নখোয়নসু মখোয়গী য়ুম মৈ থারে। মী হাৎলে। মখোয়সু নখোয়না খৎনরগা ঐহাক থবায় বাই। ইমানা কপই। পাউলিন। নহাক্কীদমক ঐহাক লেঙদনা লৈরি। নহাক চৎখিনুকো।

পাউলিন ঃ চৎলরোই। চৎলগা ঐহাক কদায়দা লৈরুগনি।, ঐহাক নংগী ননাক্তা লৈগেকো। ইঙালে! নহাক ঐবু তশেংনা নুংশিব্রা?

ইঙালে ঃ নুংশিয়ে।

পাউলিন ঃ পাইসোগা ঐহাক্কসি কনানা হেন্না নুংশি?

ইঙালে ঃ নহাকসু নুংশি, পাইসোসু নুংশি। পাইসোদি ঐহাক্কা হৌমিন্নরকপনি। নহাক্না-ঐহাক্না মপুং ফারক্লবা মতমদা শকখণ্ডবনি। লৈমিন্নরবদি হৌদোংগা হুইগা ফাওবা নুংশিনদ্রনে? (নোকই)

পাউলিন! নহাক্কী কেসন অদু পাইসোগা নহাক্কা কনানা হেন্না নুংশি হায়বা নত্তরা? থাইনা, অচুম্বা চৎনবা মতমদদি খুম্বদা বাবা কেসন ওইরমগনি। হৌজিক্তি ভেরি ইজি। মবমদি হৌজিক্তি খ্বায়দগী নুংশিবা ইমা ইপাদু খাংঙুথক্কী মীগা হেক লুহোংবগী মতুংদদি। পোকপিরকপা, চাওনবা য়োকপিরকপা ইমা ইপাদু মেরিএজগী মতুংদদি দোন্ট কেয়ার। ঐগী নুপীনা বান ইন ওল নি। ইমা ইপা মবা লৌদে হায়রে। চুম্বরা ?

পাউলিন ঃ চুমই। খুদিংদা অহল ওইরবা মমা মপাবু মখোযগী ফুবা দলান্দা লৈহন্নিংদবা, অহাওবা পিজনিংদবা মচা মমৌ যান্না লৈবে। নহাকসু খণ্ডবোইরে ইঙালে?

ইঙালে ঃ চুন্নবদি অং ওইরিঙৈদগী নুংশিনরকপা পাইসোগা ঙরাংদা খণ্ডনবা নহাক্কা অনিসি কনানা হেন্না নুংশিফম থোক্লে।

পাউলিন ঃ ঐহাক্না ?

ইঙালে ঃ এবসুলুটলি করেক্ত। অদুনা পাইসোদগী নহাক্না হেন্না নুংশি।

পাউলিন ঃ প্রোমিজ।

ইঙালে ঃ প্রোমিজ। পাইসোগী এতেক্টতা নহাক কিরুনু। ঐহাক লৈ। ঐহাক্না নহাকপু ইথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা থমগনিনে পাউলিন।

পাউলিন ঃ থেঙ্ক য়ু, মাই দিয়ার ইঙালে। অদুদি চৎলসি খুৎশন্ননা (হেন্দ সেক)

ইঙালে ঃ (মখুৎ শম্ভোক্লগা) ঙসি ফাওবদি ঐহাকসি নহাক্তগী ওইদ্রিবনিনা ঐখোয় অনি শাগোন্ননা চৎমিন্নবা মীয়ামসিগী মাংদা ঐহাক ইকায়জে। স্বিট ড্রিম ! বাই - (শলাম তৌবা)

পাউলিন ঃ লৈখোক্তা শাৎপী লৈরাং ঐতগীনি খল্লুবে ইঙালে। নহাক ঐগীদমক্তা লেপ্পীয়ুকো বাই (চৎখি)।

**ইঙালৈ ঃ** ঐহাকসে নহাক্কীনি। তুংদসু খোঙফম লেংদনা লেপ্তুনা লৈগনি। বাই।

ঐহাকপু নুংশিবদগী ইফমদা লাকপা মী খুদিংমকময়াং পাঙল নেপালি গুইসনু। ঐদি পুম্নমকপু নুংশি। ঐগী ইংখোলদা চেল্লিবা লোক্কী ঈশিং পিথক্কনি, ইংখোলদা হৌরিবা ইঙ্গাং পিজগনি। মখোয়গী নুঙায় য়াইফনবা কজিং-করায়দা থৌনিবিগনি অদুবু

(মনুংদগী মৈতৈ পাখং পেলেনা কৌরকই।)

**পেলে ঃ** ইঙালৈ। ইঙালৈ।।

**ইঙালৈ ঃ** (তাদা। শাওরকই) অদুবু। ঐহাক্কী ইংখোলদগী উ য়াম্থৎলগা শেন তাল্লিবা নখোয়। ঐগী উগী মাশুন লৌরগা ইনাক খুল্লিবা ফোরেষ্টকী কাংবু। ঐহাক্কী জঙ্গল মৈ থাবা কাংবু (পেলে চংলকই, ঙক্না য়েংই) - নখোয়বুদি ঐহাক্না নুংশিবা ঙম্মোয় কদৌনুংদসু ঙাকপিরোই। ঙাকপিবা ঙম্লোই।

(তান্দোব জগোই শারকই। ভৈরবীগী শক্তম লৌরক্লে। পেলে কিবা পোক্লকই। পাকথরগা লোম্না য়েংই। ইঙালৈনা জগোই শানা শানা লাউরকই।)

-খঙগনিদনা নখোয়। ইচাক ইরল মাঙহনবা। হিংচা যাইতম্বা নখোয। ঈশিং খুযা অমফাও পিথক্লরোই য়েংউকো। ঈশিং ফংদবগী ৱারিঙৈ। ঈচাও থোকহনগে শরিশো। নয়ুম নকৈ তেকহনগে। লৌ ইখোল মাঙহনগে। ঐবু কপহনবগী লমন অশি খয়াৎতা লংশিনগে। খাঙউদো তাইবং অপংবা। ঐসি নখোয লানপুঙলা। নখোয়গী মোংফম্না। নখোয়বু চংজফম পিরুবা। শা উচেক মাঙখরে।

(হিরোইননা জগোই তমথরকই। মকোক ঙাওরক্লে। ৱাম্থরক্লে।)

**পেলে ঃ** ইস! করি মতৌনো? ইঙালৈ .... ইঙালৈ..... কৈদৌরে? (কোনবা- ইঙালৈ। করিনো নহাক্না ওইরম্লিবা ফিভমসিবো? ইঙালৈ। জ্ঞান তারৱ্রা? সে-মিৎ পাংথোকও। ঐহাক লাক্লে।

**ইঙালৈ ঃ** নহাক লাক্লব্রা ? পেলে! ঐহাক য়াম্না ৱারে।

**পেলে ঃ** করিগীনো নহাক্না অদুক শাওরিদুবো? নহাক্তি পুকচেল তপ্পী, অশংবা ফিজোলনা লৈতেংবী, ঋতু তরুক্কী লৈতেং, লৈরাং ওইনা নোক্কুনতা লৈগদবা নহাক্না ভৈরবীগী শক্তম লৌরবদি তাইবং মী ঐখোয় করম্না হিংগনি। ইঙালৈ! শান্তি। নহাক কোক ঙাওবা ফরব্রা ?

**ইঙালৈ ঃ** ঐহাক করিসু তৌদ্রে। নহাক ঐহাকপু নুংশিদ্রব্রা ? লোইবী চনুরা ওইবী ঐহাকপু কাউরগে হায়না খল্লব্রা ?

**পেলে ঃ** ইঙালৈ। নহাক্কী বাখলদু তায়োম্নরে। নহাক্কা ঐহাক্কা কায়নবা হায়বসি নুমিৎ থা থবানমিচাক্কা অতিয়াদগী মাঙখিদ্রিবা মখৈ ওইথোক্তবনি। নহাক্কা ঐহাকপু নিঙশিংবা মিৎকুপসিদা ঐহাক ননাক্তা লেপ্পরিবসিনি। নপাউ শেংউ ইঙালৈ। ঐঙোন্দা করি হায়নিংবা লৈ। ঐহাকপু কৌবগী মরম করিনো ?

**ইঙালৈ ঃ** ঐহাক য়াম্না বারে। ঈংনা চিক্কা লৈজরম্বী ঐহাক্কী বাখল কঙাওনরে। পল্লেপফম খঙদরে। পাইসোনা ঐহাকসি মহাক্তগী ওইরগনি হায়রে। পাউলিম্না মহাক্কীনি হায়রি। ঐহাক্কী থবায় হকচাংদি নহাক্কীনি। ঐহাক করম্না হিংগনি।

**পেলে ঃ** নুংশিবা ময়ামগী শরুক য়েনখিবদা নহাক্কীনি হায়বা অমত্তা লৈহৌদরে। মদুগীদমক নহাক কোক ঙাওরে অসি নত্তরা ইঙালৈ। নহাক্তা খোঙফম লেংগনু। করিগী মচেৎ মচেৎ য়েন্নগদৌরিবনো ? পুন্নমক নহাক্কী ওইগদবনি। পাইসো, পাউলিন অমদি পেলে ঐহাক ইশামক, মীওইবা ঙাক্তনি। ঐখোয় মশেল খৎনরগা হাত্তোক্নরগা তোংজবা করি লৈ ? মাঙ তাকহৌগদবসি মীরমচা নত্তে। ঐখোয়দনি। কুইররোই লাক্লগনি নোংমদো। ঐখোয় পুন্নমক মমা অমত্তগী মচানি খঙগদবা। ইঙালৈ ! নুঙনাংবা বাখল থাদোক্লো। মহৌশাগুম অরৈবা পোৎ য়েন্নদুনা চামিন্নরগা হরাও তয়াম্না লৈরসি।

**ইঙালৈ ঃ** নহাক্কী অদুগুম্বা বাহে তাবদা ঐগী অবাবা ফরে। মসিগীদমক্তনি ঐহাক্কা নহাকপু খৌরাংনা ঙাইরম্লিবা। ইমাগা বারী শাদবা কুইরে। ইমাগী নাক্তা চৎসে।

**পেলে ঃ** চৎলসি লাকও (মখুৎ পায়রগা চৎলি) ঙাইখো মীখোল অসি তাখো (নোংমৈ কাপ্পবগী, মৈ চাকপগী, নুপা নুপী তেংথা নাওইবগী মখোল) শান্তি পুরক্লবগীদমক লাল দবকার ওই। লাল তৌরবদি মৈহৌ লাংপোক, মীশি-মীনা মহৌশানি। খোঞ্জেল অসি তাবদা মীপাইক্লগনু ইঙালৈ। খোঞ্জেল অসি শান্তিগী পাউজেলনি হায়না খন্দোকউ। লৈবাক অসি শান্তি ওইগদবা কুইদ্রবনি।

**ইঙালৈ ঃ** শিখ্রবা মীদি শান্তি ওইখরেকো পেলে।

**পেলে ঃ** পোক্লবদি নোংমা শিবা শোয়দ্রবনি। (চৎখরে)

## (২)

(নেতাগী ফিজোলনি, অনোক উপ্পা, দিল্লিরাজ মোবাইল ফোন অমা পায়রগা থোরকই। ইংলিস খবর অমসু পায়রকই। ফোনদা বা ঙাংনবা লোইরগা খবর পাবা। মচানুপী দেলি ছারি শেৎপি, বেনী লোনবীনি, থোরকই)

দেলি : পাবুং! ঐহাক্কীদমক পাবুংনা লৈবী হায়বা লমদুবু মসিরো? মসিদি য়ান্না ফজেনা। লমদম অসি তশেংনমক *ব্যুটিফুল ফ্লবারস ওন দি লোফটি হিল* নি হেক হায়নিংই। স্বিজরলেন্দ ওফ দি ইষ্ট কৌনিংইবো ঐদি।

রাজ : কৌবদা করিসু কায়দে। লম অসে *লেন্দ ওফ দাইমন্দ,* মনিগী লমনি। অদুনবু ইপানা নমদনা লৌরিবনি। লম অসি থাজদনা ফজবনি।

দেলি : থাজদনা ফজেকো দেদি। ফজবদা নত্তনা নুংশিবা পোকই।

রাজ : ইপাগী ইবেম্মা দেলি। ইপা বা হায়গে তাও। লমসিবু নুংশিয়ু। লম অসিগী মীবুদি নুংশিরুগনু। মরম খঙব্রা ? লম অসিগী মীনা লম অসি ঐখোয়গী পুল্লিগী ওইবা য়ানিংদবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঐহাক্কী খুদুমদগী নাল্লোকখ্রগদবনি। অদুনা ঐহাক্কী ওইরিঙেদা লম অসিগী মণি পুন্নমক লুট তৌরগা মশক্তা ওইরবকান্দ থাদোক্রমগদবনি। ভাব তারেকো ইপাগী ইবেম্মা ?

দেলি : বৃটিশনা ভারত থাদোক্রগা চৎখিবদসু ইন্দিয়াসি মকু ঙাক্তা ওইহৌব্রা দেদি?

রাজ : য়েস। ইন্দিয়াগী মমল য়ান্নবা মণি কোহিনুরদা নত্তনা টাজ মহলদগী অশঙবা, অঙাংবা মচু মচুগী মণি মখৈ লৌথোক্রগা বৃটিশনা পুখি।

দেলি : সনা, লুপা, মণি, খোল্লগা পুখ্রবসু টাজ মহল, হিমালয়, কাশ্মীর, গঙ্গা-জমুনাদি পুখিদেকো দেদি।

রাজ : প্রকৃতিগী ফজববু লমকোয়বা মীনা পুখিবা য়াব্রনে, ইবেম্মা নহাকসি শিংগদবা ৱাৎলি।

(চন্দ্রমোহন (সি এম) গা মহাক্কী সনানা তেকথমখৈ শিবী মহাক্কী নুপী ইনাকখুনবীগা লাকই।)

দেলি : পাবুং! নিপা অমগা নুপী অমগা লাকএ।

রাজ : কনা কনানো ? ও নিপা অসিগী মমিং চন্দ্রমোহন কৌবনি। ঐহাক্কী চমচানি। লম অসিগী নেতা লুচিংবা সেক্রেটরিনি। ঐহাক্কী পোলিসি পোগ্রাম পাঙথোক্লিবা সি এম নি, মঙোন্দা পাবুং কৌশিল্লু, মহাক্কী নুপী অসিদনা ইমা হেক্তা কৌশিল্লু। লমদম অসিগী অহলশিংসি ইমা পাবুংবু কৌরবদি থবক শিজিন্নবা য়াবনি। অন্দবষ্টেন্দ বেবি?

দেলি : য়েস দেদি।

সি এম : নমস্তে রাজ সাহেব।

ইনাকখুনবী : গুদ মোর্নিং সাহেব।

রাজ : নমস্তে পাবুং। গুদ মোর্নিং ইমা।

ইনাকখুনবী : ইবেম্মাসিবু ।

বাজ : ঐহাক্কী অমত্তা ঙাইজবী ইচানুপী দিল্লি।

ইনাকখুনবী : ইবেম্মা নহাক্তি পাবুংগা লম য়েংবা লাকইবরা ?

রাজ : লমসু কোয়বকপা, কোলোনিগী শাসন্দা মপাগী মতেং পাংবা লাকইবনি।

ইনাকখুনবী : লম অসিগী শাসনদি লায়থ্রপোৎনি ইবেম্মা। নপাবুং অসিগী অশম্বা মমিং সি এম নি। সি এম নবু হায়রবদি লোইরে কনা অমত্তনা নো হায়বা ঙমপোৎ নত্তে। নমা ঐহাক্লা নপাবুং সি এমগী এদভাইজরনি। ঐহাক্লা শিরিবা সনাসি উরেদনা। চহি অমগী মনুংদা য়ুম মথোল মঙা শাবা লোইরে। বস, জিব, ফোরেইন কার লৈরে। ইচাগী অপাম্বদা ইমানা পীগনি। ইমা লৈরি।

দেলি : থেঙ্ক য়ু ইমা।

রাজ : ঐহাক মফম অসিদা কুইনা লৈথবা য়াদে। সি এম সাহেব! ঙহাক কাংদনা পৈশা নিবা লাকপসি অতোপ্পা লমগী নম্মান্নবনা সি এমবু ইকায়বা খঙদবা ভিক্ষারি ওইনা উখিরোইদরা ?

সি এম : ঐখোযগীদি শেম্ভোক লৈজদবনিনা মচিৎ মচিৎ পীবকপদুনদি ইকোন কোন্নদে।

ইনাকখুনবী : রাজ সাহেব। মীওইবা হায়বসি শেল পামইনে। শেল পীরগনা হরাওবা। পীদ্রগনা শাওবা। করি হায়গে? ইনাকখুনবী ঐহাক্তি অচুম্বদা হায়জগনি। পোৎ-চৈগী মমলনা স্বর্গ য়ৌথ্রবনিনা খুৎশুমন তলব হেনগৎতবা য়াদে। লমসি সি এম না শাসন তৌবদা নিং-খা তম্বা য়ানবগীদমক মীচঙ খোঙদবা য়াদেদো।

মীচঙ খোম্বা হায়বসিমক্তবু লুপা খাউজাও খাউজাও পীবা তাবনি। মচা মশু মরিমতা তলব চাবা থবক হাপ্পিবা তাবনি। মদুগা লোয়ননা মপাগা ঐহাক্কগী মরি মতা ১০০/২০০ সু থবক হাপহৌদবা, প্রমোসন পীহৌদবা য়াব্রনে রাজ সাহেব ? ঐহাক্তি অচুম্বদা হায়জবনি। ঐহাক্কা হায়রিবসিবু খেৎফম লৈব্রনে মাইপাবুং ?

দেলি : (মপানা বা ঙাংগে তৌবদু খাল্লগা) পোৎ-চৈগী মমল হেনগৎপা থিংনবা ৫০০ দা নত্তে ৬০০ পীরক্কনি। চাওখৎ থৌরাংগী এগ্রিকলচর, হোর্টিকলচর, ইলেক্ট্রিসিটি, ডাম, লম্বী থোংগী ক্রোর ৮০০ অমগা পীরক্কনি। নহারোলগী ইরাংনা, লো এন্দ ওর্দর ফত্তবনা পৈশা পুম্বা মাঙখ্রে হায়না রিপোর্ট অমা তৌরকউ। বট, ঐহাক্কী .....

সি এম : সি এম গী চাদ ৫০ ককচগে।

ইনাকখুনবী : ঐহাক্কীদি সার ?

রাজ : নহাক্কীদি চাদ ২০

ইনাকখুনবী : থেঙ্ক য়ু সার। লো এন্দ ওর্দর ফৎচিল্লক্তরে হায়বা উৎননবা মীয়ামগী লুচিংবা লিদর খরা হাৎহঞ্জরগেকো সার।

রাজ : রাইট। কেরিওন।

দেলি : (খুবাক খুবা) ৱেল দন। দেমোক্রেসি চৎপা লমদদি পিপলস হায়বা ৱাহৈগী আর্থ, ঐহাক হায়না হনগদবনি। দেমোক্রেসি ইস দি গভর্নমেন্ট ওফ দি পিপলস ফোর দি পিপলস বাই দি পিপল- দেমোক্রেসি হায়বসি ঐহাক্কীদমক ঐহাক্কা শেম্বা সরকার অদুগী মমিং দেমোক্রেসিনি, মাম্নিকো ইমাবেম্মা!

ইনাকখুনবী : মানি মানি অদুমক্নি। ইচাদি ভাব তাইদকো। নুংশিখ্রেদা।

রাজ : ঙাইখো ঙাইখো। ৱারী লোইশিল্লসি। আ-দা লাক্লিসি মনিলৈমা নত্তরা ?

সি এম : মাননি অদু ঐখোয় ...... ইনাকখুনবী চৎসি।

রাজ : অদোমদা থোকখ্রনু। মনিংথোঙলোমদা ........।

(মখোয় অনি থোকখরে)।

দেলি : মনিলৈমা হায়ববু কনানো দেদি?

রাজ : লম অসিগী মপুনি। মহাক্কা ইপাগা ৱারী খরা শাগে। নহাক্কা ইমুংদা চংখ্রো।

দেলি : ঐহাকসু ৱারী তানিংই।

রাজ : ঐখোয়না শান্নবা ৱারীদমক তাউ। য়াম্না শিংবী নুপীনি। মরক্তা ৱা ঙাংলক্নু। ঐখোয়গী পোলিসি প্রোগ্রাম মহাক খঙহনবা য়াদে। ভাব তারেকো বেবি।

দেলি : ওকে দেদ। অদো-ঐহাক্লদি মঙোন্দা করি হায়না কৌগনি দেদি?

রাজ : ইমা কৌ। মৈতৈ নুপীদি ইমা কৌবসি য়াম্না পামজবনি। মনি লৈমা! চংলকউ।

দেলি : ইমা! চংবীরকউ। চৌক্রিন্দা ফম্বীয়ু। ইবেমম্না-রাজ-ইচানুপীনি। মমিংনা দেলি

লৈমা : মহাজনগী ইচানুপী! রাজধানী নিঙোল মিংগা চুনৈ। শারী শেৎপা পকচৈ। মহাজন। সি এমবু য়ৌরক্লমদ্রিবরা ? ইরমদা ইপা ইচা লাকপদি অৱাৎ অপা করি ?

রাজ : নহাক্কী লমসিদসু ৱাৎতবা করি লৈগনি?

লৈমা : ৱাৎতনবা হোৎনরিবনিনা করিবুদি লৈগনি? হংফম থোকপগী হংলিবা হায়বদুনি। ইবেম্মা! লমদম অসিগী ঈশিং নুংশিৎ শেংবনি। চাবা থকপা হাউবনি। প্রকৃতিগী খুৎশেম মী অমসুং দৃশ্য ফজবনি। অদুবু মপাল লমগী হৱা-নুংশিৎনা কাহৎখিবনা অহানবা উবদদি লমদমসিগী অশেংবা শক্তমদি উবা ফংলোয়। মফম অসিদা মতম শাংনা লৈরবদি নয়ুমদা চৎনিংলোই। লম অসিগী নুপীগী ফিজোল শেৎনিংলক্কনি।

দেলি : য়েংবা হায়বদুনি ইমা।

লৈমা : য়েংউ। য়েংগদবনি। য়েংলগা খঙলক্কনি। লম অসিগী মনা মশিংগী এঙ্গাং মথেল লুকোয়, জগোই, সংস্কৃতিসু খংঙজিনখিবা কান্নগনি।

দেলি : ফনি ইমা-

লৈমা : মহাজননা লাকপবু ঐহাক্না করি খন্নসিগে?

রাজ : খন্নগদবা হায়ববু নহাক্না হেন্না খঙলিবনি। হান্নগী শেন্দোই শেলেপতি লায়রদনা ঐঙোন্দগী পুশিনখিবা শেনফম্না হিমালোয় চীংদোন্দগী হেন্না ৱাংখরে। কমদৌসি হায়বা?

লৈমা : মীগী শেল তোনবা হায়বসি কনাসু পাম্নম্লোয়। তঙাইফদবগী পুনরিবনি। লায়রবা মীদা লিকখ্রবা মহাজনশিংনা করিমত্তা চিংনবা লৈতনা খুৎচাও থাদুনা শেল পীশিনবগী মরম অমসু লৈরম্বা য়াই। নৎত্রনে ইবেম্মা দেলি।

ৰাজ : করিনোনে লৈমা নহাক্না হায়রিবদুবো? নহাক্কী লম অসিদবু করি পোৎ পুথোক্লিবগে? চেং ফংই ঐহাক্না সুপর ফাইন্দ, মেডিয়ম, পালমল, পঞ্জাবতগী পীরি, পাটনা শিল্লোংদগী অলু। অচাথাউ, ঘী, হৱায় তিলহৌ, শেৎনবা ফিরোল টেক্সটাইল মিলদগী, য়ুম শানবা জিন্ধা, য়োৎপী, হৱাগাড়ী, মোটোর সাইকল, পেত্রোল, কেরোসিন, সাইকল, সাইকলগী পার্ট, নত্তেনে, নখোয়গী লম অসিদবু মৈখেৎ শারব্রাও, য়েতুম অমা ফাওবা পুথোক্তি। শম করুবা হাজাম, দোবি কুলী ফাওবা বিহারদগী কৌশিল্লিবা নৎত্রনে? শন্না হায়রবদা লমদমসিগী প্রজানা হিংলিবসি ঐহাক্কী তেঙবাং শেন্ননি হায়বসি য়ানিংদবরনে লৈমা?

লৈমা : ইচাশিংগী লিদর নেতা মহাশোয়শিংগা মাজনগা চহি ৫০ হেন্না মরুপ ওইবদগী ফিভম অসি ওইখিবনি। ঐহাক য়াবা তাবনি। ইংশোক ১৮৯১ ফাওবা ঐখোয়গী চিঙ্গাক অৱা, তখেল অমদি অহোম লৈবাক্তগী নিরগা হিংলমদে। অংরেজনা ১৮৯১ দগী ১৯৪৭ ফাওবা দোখোল তৌখ্রবা লমদম অসিগী চিঙ্গাক ইংলেন্দগী পুরক্লগা পীরজমই হায়বগী ৱাফম ইতিহাসতা-ইচাইবেম্মা নহাক বি এ পাস তৌরব্রা?

দেলি : ঐহাক মাষ্টর লোইরগা এল এল বি পাস তৌজরে ইমা ।

লৈমা : অদুদি নহাক এম এল এ এল বি নি। ইতিহাসতা কবো, ত্রিপুরা, অসান্না অমদি বৃটিশনা ঐখোয়গী চিঙ্গাক হুল্লমই হায়বা থেংনব্রনে? ১৯৩৯ দা লমদমসিগী চেং মপাল্লমদা পুথোকখিবা য়াবোই হায়দুনা বৃটিশকী মায়োক্তা নুপীলাল তৌখি হায়বদি থেংনরম্বা য়াই। ১৯৪৯ দগী মহাজনগা মরুপ ওইরকপদগী ঐহাক লনশোৎপী ওইরিবনা হায়বসিদি মহাজন য়াবিনিংদবরা?

ৰাজ : ৱাফমদুদি ঐহাক য়ানিংদে। মরমদি ঐহাক্কী লমদম অসি শেমগৎ শাগৎনবগীদমক চহি খুদিংগী পৈশা পরি।

লৈমা : ঐহাক্কী লমদম হায়বদি? ঐহাক্কী লম অসি মহাজনদা মমল লৌরগা য়োনখিবা অমদি বনধোপ থমখিবা লৈতে। মহাজনগী ৱাখল অদুদগীনি ইচা ইশুশিংগা মহাজনগা নুংশিনবগী মন্নি তৎনরিবসে। চাইনা, ভিয়েটনামগী নিপাশিংদা বৃটিশনা কানি পিজরগা লম লৌশিনখিবগুম মহাজন্না ঐখোয়গী গুরু শাবা নেতাশিংদা লুপানা য়াই থারগা মীওই খরবুনা ফুবা-দলান শাগৎহনবা, প্রজা খরবুনা ময়ুম ইংখোল য়োল্লগা হিংহনবা, ইচাশিং মশেল খৎনহল্লগা হাত্তোক্লহনবা, লমদম অসিদা লো এন্দ ওর্দর লৈতনবা শীল্লগা চাওখৎ খোঙথাং পুমলেপ লেপহনবা, ইন্দষ্ট্রি অমা ফাওবা লিংখৎত্রিবা পুন্নমক অসি

মহাজনগী খুজিল থৌরাং ঙাক্তনি হায়না ঐহাক্না হায়বা তারবদি চুমদে, শেমজিন শাজিনবা অরানবা ৱাফন্নি হায়রোয়দ্রা ?

রাজ ঃ মদুদি মশানা তারবা ৱাফন্নি। য়ুম্ফম য়াওদবা ৱাদি ৱারেন্নি।

লৈমা ঃ অদুবু। নুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংদবনি। নৎত্রনে ইবেম্মা? ঐখোয়গী ৱারী অমা লৈ।

দেলি ঃ করি ৱারী অমা?

লৈমা ঃ হুরানবা ফাবগী। মী ময়ামগী মরক্তা হুরানবা অমা য়াওবা। নিংথৌনা হুরানবদু মশক্তি খঙদবা। অদুদা, নিংথৌনা "হুরানবা! নকোক্তা নাপী পক্লে" হায়বদা হুরানবদুনা মকোক নাল্লি হায়বা ৱাফম লৈ হা ...

(নোকই। দেলিসু নোকই)

রাজ ঃ অদুবুদি লনশোৎপীগী পাউখুম ৱাৎপা হৌনদেকো বেবি ? হা .... (নোকই) বেবি? মহাক্না খঙগদবনি ১৯৪৯ দা লম অসে ঐঙোন্দা শিন্নবগী, পীবগী শাক্তিগী মমাংদা ইনবা দলিন লৈ। কোপি অমা নঙোন্দা পীগে, পাউ।

লৈমা ঃ পাবুংনা হায়রিবা দলিন অসে শেল দিদ ওইরম্মোই। মাজর এগ্রিমেন্ট ওইবমগনি। বৃটিশনা লম অসি থাদোক্রম্লগা চৎখিবা মতমদা লম অসি করম্বা মখলগী ষ্টেটস ওইহৌবগে হায়বদু হান্না পাউ। অদুগা মাজর এগ্রিমেন্ট পাউ। অদুগা মতৌ করম্না মফম কদাইদা, শাক্তি কনাগী মমাংদা দলিন অদু সোই তৌনখিবগে হায়বদুসু খঙননবা হোৎনৌ। লো পাস তৌরবী ইচানি। অমুক্তং পাবদা ভাব হেক্তা তাগনি। ইমানা হায়গদবদি দেলি। লমদম অসে নহাক্কী পাবুংগী লোইলম নত্তে। লম মচা মচা লৈবসি য়েক্লবনা লান্দারকপা থিংবা ৱায়। খুদম অলেকজেন্দরনা লান্দারকপদা পুরু নিংথৌনা তাখিবা দযা, টিপু সুলতান্না মায়থিখিবা ইচানা হেন্না খঙলিবনি। ঐখোয় লৈবাক মচা মশেন পুন্না চৎমিন্নরগা তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফাই। ইংলিসতনা *হ্বাৎ বি ষ্টেন, দিবাইট বি ফোল।* হায়বা ৱাখল্লোন অসিদা ঐখোয় অমত্তা ওইনা মতেং পাংনবনি। তেঙবাং পীনব্বু মীখা পোনবা ওইনা খনবা, পৈশা পুবনি শেন্দোয় পীয়ু হায়বদি ঐখোয় শ্বাইদদি চৎনদে। ফরে অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু পুকচেল চাওরবা মহাজনগী শেলগী তেঙবাংগীদমক থাগৎচরি অমসুং লায়রবা মরুপকী শিংবা ঙমদ্রবা শেনফম কোকপিরগা অনৌবা কারবার পায়খৎনবা অনৌবা শেনফম শোয়দনা পীবিগনি হায়বগী থাজবা থমজরি।

রাজ : করি হায়বা? শেন্দোনসি কোক্লরবা? অদুগা নৌনা অমুক শেনফম থাদরকউ অসিরা?

দেলি : ইমানা হায়খিবদু মদু ওইরমাল্লে দেদি।

রাজ : মসিবু ঐহাক য়াফম থোকপরনে?

দেলি : য়ানিংবা অমদি য়ানিংদবা হায়বদুনা দেদিগী ৱাখলনি। মহাজন অমা ওইনা শেল পীথরুরবদি মাঙখিবা শেনফমদু হৃঞ্জিন্নবা রি-ফাইনান্স তৌফমদি থোকই।

রাজ : লোক্তাক পাৎতা থুম বোরা অমা থাদবগা মান্নরবা, মপুক্লিংদা ঐহাক্কী পৈশা হাৎলগে খল্লবা মীদা শেল অমুক পীশিনবদি গধাদনা তৌগদবনি। ঐহাক্তি গধা নত্তে।

লৈমা : মহাজনদি কয়াদগী গধা ওইগদগে? লমহুইনি।

দেলি : আঙ্গুর পাম্বীগী মখোঙদা অঙ্গুব মুল্লগা কেল্লকপা ঙাইবা লমহুই।

রাজ : বেবি। চুপ। ইপাগী শেল হাৎপা য়ারোই।

দেলি : হাৎখিবা তারবদি করিগুম্বা। কমদৌবা? লৌ ইংখোল নমদুনা লৌগনি, নত্তরা? ৱাখলদুদি য়োংনা য়ুবী মপুম কোনবদি ওইরোইকো দেদি?

রাজ : নুংঙাইখিদ্রেদা দেলি। নপাগী মীচং চংউনে অপংবী।

লৈমা : এ এ নপা নচা খৎনবীগনু। খন্নবীয়ু। চাওখৎত্রিবা ইরমদম অসি চাওখৎননবা থৌরাংগী, পৈশা খরদি থাদবিনবা ৱা তান্নবীয়ু।

রাজ : অদুদি এম ও ইউ অমা সোই তৌবা তায়।

লৈম : মদুদি মশানা তাবনি।

রাজ : ফরে অদুদি এক্সন প্লানদু ড্রাফ্‌ট তৌরগা সি এমদা পীরক্লগে। মদুদা সোই তৌবিরকউ।

লৈমা : খন্ন-নৈনবগী য়াওদনা অইবা চেদা সোই তৌবদি .... (মঙক হাইবা)

রাজ : বেবি। নমাগী অপাম্বদু নোট অমুক্তা তৌশিলহৌ। ইপা টেলিফোন অমুক্তং তৌরুগে। লৈমা! নমা নচা কুপ্পা তান্নরমউ।

দেলি : এক্সন প্লানগী মতাংদা ইমাগী অপাম্বা কন্দিসনশিং করি করি মতাংদা ওইরবনো?

লৈমা ঃ মসিগী মতাংসিদি কুপ্পা খন্নবগী দরকার ওইগনি।

(ইঙালে শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা ফিংনা চংলকই।)

ইঙালে! কনা কেদৌরে? করিগীনো নহাক্কা অদুক পাখৎনা চেল্লকইবনো ?

ইঙালে ঃ ইমা! শেল পুবগী দলিন সোই তৌখ্রবরা ?

লৈমা ঃ করিগীনো?

ইঙালে ঃ মবোলদু করি করি হাযনা ইনবগে? দলিনদু সোই তৌরমদাইদা কুপ্পা পাহৌবরা ? বাহৈশিংগী মরক্তা অতোপ্পা বাহৈ কোন্না হাপচিনফম য়াওরম্বা য়াই হায়য়ে।

লৈমা ঃ কনানা?

ইঙালে ঃ তামো পেলেনা!

দেলি ঃ ইমা মহাকপু?

লৈমা ঃ ইচানুপীনি। মমিংনা ইঙাল্লে।

দেলি ঃ ইমানা হেক পোকপা?

লৈমা ঃ উমঃ চীংগী নিঙোল ইচানুপীনি।

দেলি ঃ ও লমসিদদি চীং তম অনি খায়কো!

লৈমা ঃ কদায়দগী চীং তম অনি খায়দোক্কদগেনে। লম অসিদা চীংসু লৈ তম্পাকসু লৈ।

দেলি ঃ ও-তম্পাকসু চীংসু অনিমক পুন্না লৈবগী বানিনে। অদুগা পেলে হায়বনা কনা?

লৈমা ঃ মহাক্কা, ঐহাক্কা হেক পোকচবা ইচানিপানি।

দেলি ঃ ও ও। বাবী চত্থবিয়ু ইমা।

লৈমা ঃ ইঙালে। ইচানা লাকপা খজিক্তং থেংখিদা। নহাক্কা খঙলিবদুনি নমাদি মী য়াম্না থাজগল্লি। মীনা ইবা দলিনসু ইমাদি পাসু পাহৌদে। সোই তৌথোকখ্রেদো।

ইঙালে ঃ ইমা নহাকসি ওম্থোকপা নুপীনিদকো নহাক্কা মীনুংশি লৈনবসিদা, নহাক লায়রবি ওইবিবনিদকো।

লৈমা ঃ নমা ঐহাকসে মীনুংশি চাওবী নত্তে। পুকফবি অপংবীনি। অদুনবু ইমানা মীগী মীনাই ওইদুনা মতোঙ মখৈ লম্লানবনা চাখ্রগা ইমানা শরু পোলাং ওইরিবনিনে ইমাগী ইবেম্মা ইঙাল্লে।

দেলি ঃ (লৈমাগী ড্রামাটিক এক্তিং অদু উবদা নোকথোরকই) হা ... ইমাগী দাইলোক অসি আর্থ খঙলব্রা ইঙালে? লোইবী চনুরা ওইবী ইতা ইঙালে। ইমানা ঙসি

করিগুম্বা দলিন অমত্তা সোই তৌখিবা লৈতে। সোই তৌনবা এক্সন প্লানগী কন্দিসনসু ইবদি লায়রদনা ড্রাফট ফাওবা তৌদরি। শোরি শোরি। ঐহাক্কী খ্বায়দগী চাওবা অশোয়বা অমা লৈরে। ইয়ুম অশেংবনা রাজধানি দিল্লি ওইজরবসু ঙসি ৰাইথুংলরিবা বঙ্গলো অসি ইয়ুম ওইরে। য়ুমদা লাকপা অতিথী ইমা অমদি ইতা ইঙালৈগী চা গ্লাস অমা ফাওবা সেবা তৌদ্রিবা ঐহাকসে কয়াদা হৌনা লমচৎ খণ্ডদ্রিবনো? ঐহাক্কী অশোয়বা অসিগীদমক ঐহাকপু ঙাকপিয়ু। চা ফানখিসি। ইমুংদা লেংশিল্লসি।

লৈমা ঃ ইমাখোয়দি পেরুক মহিগা ঙমু লুকংগনা চাওরকপনিনা চা-চিনি হৈনজবা জাৎ নত্তেদা।

দেলি ঃ অদু ওইরবসু ষণগী শঙ্গোমগা লফোইগদি য়াইদনা।

ইঙালৈ ঃ হোয়। অদুবুদি লোক্কী ঈশিং খুয়া অমনসু য়াইদা।

দেলি ঃ ইমা। ইমুংদা ঙহাক পোথারুখিসি। চারা, শঙ্গোমলা, ঈশিংলা খজিক্তং সেবা তৌজখিগে। ঐহাকপু নচানুপীমক্লি-খন্ন নুংশিবীয়ুকো ইমা।

ইঙালৈ ঃ ঐঙোন্দা ইতা কৌরবনিনা ঐহাকসু ইতা কৌরগেকো ইতা। ইমাগী মচানুপীদি ঐহাক লৈরবনিনা। মমৌ ওইনা নুংশিবীয়ু হায়য়ো ইতা।

দেলি ঃ ইমাগী মমৌনুপীদি ইতানা হেন্না পকচরোইদরনে ইমা?

ইঙালৈ ঃ হায়। হায়হৈদে। হঙ হঙ হায়য়ো ইতা। ইমাগী মচানুপা অহুম পাইসো, পাওলিন অমসুং পেলে ঐহাক্কীদি শাগৈ ঙাক্তনে, ইবুং ঙাক্তা। ঐখোয় লম অসি শাগৈ লৌনবদি য়েক থোক্লে। ফত্তে হায়। মৌদি ইতানা ওইগদবনি।

লৈমা ঃ ফরে ফরে। মৌসু ইচানুপীনি। ইচানুপীনা মীগী ওইখিনি। মীচানুপীনা ইমৌ ওইনা ইচানুপী ওইরনি। অনিমক ঐহাক্তি চপ মান্নন নুংশি। অদুবু নখোয় অনিগী মিঙ্গৌদি ইতাদি ওইররোই। কভি সৌটলি কভি সহেলি। মৌগা নিঙোলগা নুংশিনরক্লিবসে ইমা খারে। (চংমিন্নখরে)

## (৩)

(নোংমৈ কাপ্পগী মখোল। মৈ চাকপা। মীকপ মীরাউখোল। পাউলিন নোংমৈ অমা পায়রগা চেম্ব্রোরকই। মহাক্কী খুল মৈ থাখরে। মী শিরে)

পাউলিন ঃ ঙরাংদা জাতি পুম্নমক্কী অহন্নোনশিংগী মীতিংদা লমদম অসিদা জাতি কাংলুপ মশেন হাৎন-শুনবা, খৎন-চৈনবসি তোক্করসি। মহৌশাগুম নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরসি হায়দুনা সোই তৌনখ্রে। অদুগা ঙসিনা ঐখোয়গী কুকিগী খুল নাগানা মৈ থারে, মী হাৎলে। ঐখোয়দি পোক্লকপদগী লাম্মী ওইনা পোক্লরবনি। হে হে। মখোয়না ঐখোয়দগী করি হেল্লি। আই এ এস/আই পি এস ঐখোয়না মশিং হেল্লি। নখোয়না আন্দর গ্রাউন্দদা সিফাইগী মশিং হেল্লম্বা য়াই। ইন্দিযান আর্মিদদি ঐখোয়না মশিং হেল্লি। নখোয়না ঐখোয়দা নুংঙাইতবগী মরম বা ওইনা ঙাংবগী মহুত্তা, নোংমৈ গুলিনা ঙাংলক্রবনিনা ঐখোয়সু নোংমৈ গুলিনা পাউখুম পিবনি। ইচিল ইনাও পুম্নমক্না চেল্লগা শিগদবগী শক্তক কাপখায়নরগা শিরসে। নাগাগী খুল এটেক তৌরক্রসি লাকও।

(থোকখরে- নোংলৈ নুংশিৎ, মৈ চাকপা, নোংমৈগী মখোল, অঙাং নুপীশিংগী মীকপ মীরাউখোল মরক্তা-)

পাইসো ঃ (পাখৎনা থোবকই) লবুক্তা লৈরিবা খুলগী মীয়াম পুম্নমক। য়ুম অমা অনিদা চাকপা নত্তে। খুল তুম্নবা কুকিনা মৈ থারম্নবনি। মৈ কনবা ঙম্নরোই। চাকচত্রসনু নয়ুম-নকৈ, নফি-নরোল। মায়কৈ অসোমদা চেল্লক্রো। খুল্লোমদা চেনখ্রিবা কাংবুদু খামউ। তুবেলদু লাম্ব্রোক্লগা মাযকৈ অসোমদা চেল্লক-ও। হনুবা, হনুবী, অঙাং,অনাবা-পোরগা পুরকও।

*(ওতোমেটিক নোংমৈ কাপ্পগী মখোল)*

য়ুম তুম্নবা মৈ থাবদা নত্তনা অঙাং নুপী ফাওবা হাৎলবা! হে কুকি। নখোয়সু মীওইবনিকো? খৃষ্টাননিকো? - লাক্রে। পৃথিবীসি মাঙহন তাকহন্নবা সৈতান। কুইররোই দিস বার্ল্ড বিল কম টু এন ইন। ঐখোয়গী মীরোল অসি তুম্না শিখ্রগা, থাইনগী মীনুংশি খঙবা মীওইদু লাকদবা মতমদু কয়াম বাৎলিবগে? হে ঈশ্বর! মরাল লৈতবা মীওইববু হাৎপদা হরাওবা কাংবুসি স্বর্গদা নুঙাইনা থম্বীয়ুকো (প্রার্থনা)

(মনুংদগী লাউরকই- "Victory to Nagas! Ramthar! Simthar! Moses! খুৎলাই পায়রকও। কুকি হাৎলসি। ময়ুম মকৈ মৈ থারুরসি। (অকি অখং নোংলৈ নুংশিৎ মীকপ মীরাওখোলগী ম্যুজিককী মরক্তা ভিক্তোরি টু .... থারুরসে।" মদু তাবদা-)

পাইসো ঃ নত্তে! ঙাইখো-। নখোয়না চৎকদৌরিবদু কদায়দনো। কুকি হাৎলুগদবা নত্তরা?

(ময়াম মনুংদগী)- মান্নি।

ময়াম ঃ কুকিনা নাগা হাৎলে। নাগাগী য়ুম কৈ মৈ থারে। লমন শিংবা তাবনি। নৎত্রবদি কুকিনা নাগাবু পাংদবনি হায়খ্রনি। নাগাদি পোকপদগী ইন্দিপেন্দেন্ট ওইনা পোক্লকপনি। বি আর নোট ইন্দিয়ানা/বি আর নাগাজ।

পাইসো ঃ রামথার! সিমথার! মোসেস! মীৎকুপ অমত্তং অশাওবদু ফাথখো। অশাওবা অমদি লমন খুন্নিংবগী খোঞ্জেলনা নখোয়গী য়েক্লবনি খল্লে। য়েক্লবদা লমন করম্না খুগদগে হায়বদু অমুক্ত খন্নখিসি। থৌনা ফবা শাদুনা য়েক্লবগী কেম্পতা চংলূরবদি অপংবা উৎপনি। ঐখোয়গী পোক্লফম লমদম অসি ইন্দিয়াগী ষ্টেট ওইরি। ঐখোয় ইন্দিয়ান নত্তে হায়দুনা পাউবদা কনানা তাবিগনি। নাগাদা নত্তে, জাতি খুদিংমক পোক্লকপদা কনাগীসু মীনাই ওইনা পোক্লকপা নত্তে। জাতি অতৈদি ইন্দিপেন্দেন্ট ওইদবরা? চহি লিশিং অমগী মমাংদা মীওইবনা জঙ্গলদা মফি শেত্তনা অফংবা শা-ঙা-নাপী চাবা। থুম চাবা ফংদবা। মৈ মশক উদবা। শা মরক ঙা মরক। মতম খরা হিংলগা শিবা। ইন্দি‌ন্নেদন্ট ওইবা। অকনবনা অশোনববু হাত্তোক্লগা চাবা। মদুগী ইন্দিপেন্দেন্ট ওইবা নাগা অদু নৎত্রা মখোয়না পান্নিবা ইন্দিপেন্দেন্ট নাগা হায়বা জাৎ অদো ?

ময়াম ঃ মদুগী ৰাখল অদুদি-

পাইসো ঃ ঙাইখো! ঐগী ৰা লোইদ্রি। চর্চ, বিল্ডিং, ইলেক্ট্রিক, টেলিফোন, টি ভি, রেদিও, সুইট, টাই গাড়ী পুন্নমক মৈ থাখরো। মাঙহনখ্রো। থাইনগী নাগা হিলস শাগৎলো। চীংনুংদা নখোয় নাগা ঙাক্তা লৈরুরো। অদুগা, কৈ নোংশা শামু লমশা তাননবা লাউরুরো ইন্দিপেন্দেন্ট নাগা। ইন্দিপেন্দেন্ট নাগা। নাগা খক্তা খুন্দাবা লৈবাক নাগালিম শেমউরো। এ। অপংবগী থবক্কি। খৎনবা কনবা ঐখোয় নাগা-কুকি তোঙান লৈগনি। লমদি অদুম লেংদনা লৈহৌগদবনে। মী ঐখোয়দি নোংমা চৎখিগদবনে। লৈবাক্তি কৈদৌনুংদসু কদায়দা চৎলোই। অবানা লান্দারকপদা মৈতে মখৈ কছারদা চেনখি। মনিপুরদদি অদুম

লৈহৌবনে। জপান্দ এতোম বোম থাদবদা মীদনি শিবা। নাগাসাকিদি শিদে, চেনসু চেন্দবনি। শিবদা পুবা য়ারোইদবা লমগীদমক খৎনবা ফত্তে। নখোয়বু *pahom* গী *How much land does a man need* হায়বদু তল্লক্তবরা ? নুপীগীদমক পৈশাগীদমক লমগীদমক মী হাৎপা ফত্তে। অমুক্তা খন্নখিসি, লাকখো।

(ভাংনা ভাংনা চংখি। ষ্টেন গন পায়বা কুকি অমা চেঙ্খোরকই। মনঙ্গন্দা য়াল্লকপা হেবরসেক অদুদগী তাংখুলগী ফিজোল পুখোরকই। ষ্টেন গনদু মতেক মতেক শিদোক্লগা হাপই। শেৎলিবা কুকি ফিজোলদু লৌথোকই। নহারোল ওইরমই। নাগা-কুকিগী ফিরোলদু হেবরসেক মনুংদা হাপচিনখি। মী অসি মৈতৈ নত্তবা জাতি অমনি।

মী ঃ ময়ামদু পুশিল্লকউ-।

(মমিৎ খুমশিনবা পাইজমা কুরতা শেৎপা ময়াং অমা পুশিল্লকই।)

কম্মান্দো ঃ মুরলি মহাজন! ঐখোয় নহারোলগী চিঠি ফংলব্রা ?

মুরলি ঃ লুপা লাক্ষ মণ্ডা পীয়ু হায়বা লেটর ফংই। ঐহাক্কী প্রোবিসন ষ্টোর অসিদি লমদমসিগী প্রজাগী দুকান্নি। ইমুংগী চংদবা য়াদবা পোৎচৈ কম্পেনিগী মমলদা য়োনবনি। ঐহাক্কী টাটা অনি অসি ঐহাক্কী পৈশানা লৈবা নত্তে। গুৱাহাটিদগী মাল চিংবগী ভারা তিংদনবা গুৱাহাটিগী মহাজন্না গেরেন্টর ওইরগা লৈবনি। বেঙ্কতগী বিজিনেস লোন লৌবনি, শিংবা লোইদরি। ঐহাক্তি শেন্দোং য়াম্না য়াওনা লৌবা দুকান্দার নত্তে। ঐদি লম অসিগী প্রজা, ভোট্টর ওইরবনি। নহারোলগী লাক্ষ মণ্ডা পীনবা ঐগী উপাই লৈতরে। নহান লাক্ষ অনি পীব্রবনি। মণ্ডা শুনবা পৈশা থিবা বারে। লুপা লাক্ষ অমা খক হাপ্লগে। অহন্না য়াবিরো। ঐবু নুংশিবীয়ু। ঐহাক্কী থবায় কনবিয়ু।

কম্মান্দো ঃ অমদুদি য়াওরক্রব্রা ?

মুরলি ঃ য়াওরক্রে।

কম্মান্দো ঃ কদায়। (লৌরকগী মতুংদা, সিফাইদা) মহাক্লা নখোয়গী নশক খংলমগদ্রা ?

সিফোই ঃ খংলম্বা য়াই। অদুগা করম্বা নহারোলনো, করি পার্টিনো য়াম্না হংই।

কম্মান্দো ঃ ময়াং অপংবা লৈবা হৌনদে। ঐহাকসু কম্মান্দো অপংবা নত্তে। হা ... (মুরলিবু মাগী রিভোলবরনা কাপ্পুনা হাৎলি।)

- গাড়ীদা হাপচিল্লু ! (পুথোকখি)

- খৃষ্টানগী ফাদরদু করি হায়রি? (মমিৎ খুম্বা ফাদর পুশিল্লকই)

**সিফোই** ঃ ফাদর! ঐখোয় নহরোলগী কম্মান্দর মাংদা লৈরে। হায়নিংবদু হায়রো।

**ফাদর** ঃ গোদ ব্লেস য়ু, মায় সন। যীশুনা নখোয়বু থৌজানবিবা ওইসনু। ঐখোয়দি লম লৌবা, পৈশা তানবা লাকপা নত্তে। খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা, লমসিগী প্রজা লাইরিক হৈনবা তম্বীবা লাকপনি। লালহৌবা কাংবু খুদিংদা লুপা লাক্ষ তরা, তরা পীনবা ঐখোয়গী ইনকম লৈতে। ঐহাক্কী অহানবা লাক্ষ মঙা পীখ্রবনি। বি কাইন্দ টু হ্যমেন বিয়িং। ঐহাকপু নুংশিবীয়ু। ঐহাকপুদি হাৎকনু মাই সন।

**কম্মান্দো** ঃ হাৎলোই! লুপা লাক্ষ অহুমগা পীখো।

**ফাদর** ঃ পীনিংঙাই লৈতরে। লৈরবসু পীররোই। মীনুংশি খঙদবা মীদান দান তৌররোই। মীওইবনা সৈতানদগী থৌজাল নিবা হৌনদে। (কম্মান্দো শাওবনা মমিৎ ঈ কারক্লে) ফস্তবা মীশিংগী পাপ প্রভু যীশুনা কোকপিবা ওইসনু (কাপ্লগা হাৎলি) ও! গোদ! ফোর গিপ হিম (শিরে)

**কম্মান্দো** ঃ গাড়ীদা হাপচিল্লু। মুরলিদু লাঙ্গোলদা। ফাদরনা ঙারিয়ান্দা। (পুথোকখ্রে)- দাস।

**দাস** ঃ (মনুংদগী) সার

**কম্মান্দো** ঃ নহাক অমুক্তা লাকখো। দাস চংলকই, (হেবরসেক্তু পীবা, কি অমগা পী) খাও অসিগা লুপা অদুগা (লুপাসু পীবা) আইরল চেষ্টতা। নখোয়গী সিয়র হোরেল নুমিদাং। তেক কিয়ার, গো-

(থোকখি, গাড়ী অমা থৌখ্রে।)

সহর ময়োন্দা লম লৈরে। বিল্ডিং শাগৎপা লোইরে। মারুটি, জিপসি লৈরে। নুপীগী সনা শাবা লোইরে। ইচানুপীগী কাইনেটিক হোন্দ লৌরে। ইচানিপা এম বি বি এস তম্লবা মিনিষ্টরদগী কোটা লৈরে। করি ৰাৎলি। উম হন্দক্কী শেনফমসিনা বজারদা দুকান অমা লৈহৌদবা য়াদে। তংখায় অমনা নম্বর ফোর কারবার তৌবা তায়।

(থোকখি, গাড়ী থৌখরে।)

## (৪)

### লৈমগী য়ুম, অয়ুক, লৈপাক নিংবগী ঈশৈ

নুপী ঃ অলাব

নুপা ঃ তাইবং শক্রোন

ময়াম ঃ য়ামই য়ামই।

নুপী ঃ মালেমদা জাতি /য়ামই য়ামই মশিং থিঙমদে

নুপা ঃ তাইবং শেম্বা মপু /অমত্তনি। অমখক্তনি

মালেম্বু নাওকোনবী প্রকৃতি/অমতনি অমতনি, অমখক্তনি

নুমিৎকী মৈশানা/মীচং মীখাই নাইদ্রগা

থাজগী থাবলনা /থম্মোয়বু ইঙহল্লিবা

শিৎলিবা নুংশিৎনা/শ্বর হোনবা লেপহন্দবা

লোক্তাক তুরেলগী ঈশিংনা /খৌরাংবা কোকহল্লিবা

মালেম ইমানা /তাইবংগী অরূম্বা খাংলিবা

মালেমগী পোৎলুম পুরিবা সে

নং, ঐ, মা খঙদে হায়গেরা

হায়রো অদুদি- নুমিৎসি হিন্দুগীনি

থাজ অসিনা ইস্লামগীনি/নুংশিৎনা খৃষ্টিয়ান

ঈশিংনা মাইনোরিটিগী/নুমিৎ, থা, নুংশিৎ, ঈশিং, মালেম

নখোয় মশেন অমমম লৌনরোদনা

ওম্মোয়, ওম্মোয়/নখোয় মশেনদি কনানা কনাগীনা

- খংদে খংদে/অদুদি ঐখোয পুম্নমক অমত্তনি অমত্তনি।।

(ফনেক অমোৎপা, খুদৈ সংেক অমা ইল্লি, মখুৎতা খুদৈ মচা অমা পায়- লৈমা থোবকই। ইল্লকপা ফিনা খ্বাংচেৎ শেৎলি, পায়রকপা ফিদুনা কোকশেৎ,

ফনেক্তু, খরা তাখৎলগা লবুক্তা লৌ লিংবা কুমথখরে। লৌ লিংবা। পেংবা ঈশিংপা। লোং খোনবা। ইন চিংবা ঙা তুঙ্গোলদা হাপচিল্লি। শীং খায়বা। চিংহি লুজবা। ঈরুজবা। ঈশিং শোক্লগা কারকই।)

ইঙালৈ ঃ লাইবক্তা শিন্দুর, শম বেনি। শারী শেৎপা হৈতরি। শারিদু নেত্তনা চৎপদা। ছারি শেন্নবদা শারি মতোন্দুনা লৈবাক্তা তাখি। শারিদু শেন্নবদা হুমাং কাংই।

দেলি ঃ ফনেক শেৎপদা মখোঙ থাংবা য়াদবা, ফনেক শেন্নরিঙৈদা নফি লৈবাক্তা তাখি। ফিদু ইনবদা হৈত্তবদগী ৱাবা ফিজোলদু শেন্নরগা চৎনবা হোৎনবদা হুমাং কাংই।

(ইঙালৈ অমদি দেলিনা হুমাং তাবা মখৈ হোৎনবদু য়েংবদা লৈমাদু নোক্লিংবা খাংবা ঙামদবদগী নোকথোরকই। মখোয় অনিসু য়েংনরগা খুদোম্বীনা থিন্নরগা নোকথোরকই।

দেলি ঃ ময়াঙ নুপী খাস মাল্লে।

ইঙালৈ ঃ মৈতৈ নুপী তশেংনা মাল্লিকো

দেলি ঃ ইমা! দেলি অসিবু মৈতৈ নুপীরো

লৈমা ঃ নখোয় অনিমক অমত্তা নত্তে। কাল্লা ৱাহোংগী মতুং থেৎচিনবনি।

দেলি ঃ কাক্তি কনা?

ইঙালৈ ঃ ঐহাক্তি ৱাহোংনিকো ইমা?

লৈমা ঃ (ঈশৈ) ৱাকোলও ৱাকোল-ও চীংদা তাবা

তমদা তাগে/তমদা তাবা
হো য়া য়া য়া
হোয় য়ায়া য়ায়া য়া...
ৱাকোলও
হো চীংগীদি ঈঙালৈ- য়া য়া য়া

(জগোয়দগী খুবাক খুজিনবদা ইঙালৈ শাওরে। ছারিদু লৌথোক্লগা দেলিদা পীরকপা)

ইঙালৈ ঃ সে নহাক্কী শারি ফিজেৎসি লৌজহৌরো।

দেলি ঃ (লৌরগা লৈমাদা পীবা) শারিসি ইমাগীনে।

লৈমা ঃ (লৌরগা) থাবলগী ইপোমদা ঙাওজবী, মালংবগী তাম্বাদা জগোয় শাথেক তমজবী, লোক্কী ঈশিংনা ঈরুজবী, অশঙবা ফিজোলনা লৈতেংবী ইচা ইঙালৈগী অশাওবগী শক্তম উবদি, লৈবাক ইকং থোক্তুনা মৈহৌ লাংপোক্লা লৈবাক হাহাকাব লাউরগদ্রা, নৎত্রগা ঈশিং ইচাও থোক্তুনা লায়না লায়চৎনা মীশি মীনা নংলগদ্রা ? ইমাদি মিপাইরেদো ইবেম্মা। অদুগুম্বা শকফম উৎহৈদেকো, (দেলিদা ওন্সিল্লগা) ৱাকোলও ৱাকোলও . য়া য়া য়া (মখোয অনি জগোই শাবগা খুবাক খুবগা নোকমিন্নে। শকফম হঞ্জিল্লগা ইঙালৈদা) মী শাওব্রা ? নহাক্লা কবিগী শাওবি ? মীনা লক্লবা শাওবা মীদো -

দেলি ঃ অপংবনি। সোবি। শীংদবা মীনি।

ইঙালৈ ঃ করেক। অন্দবষ্টেন্দ ?

দেলি ঃ ইমা ছাবিদু শেৎর্লসিবা ?

লৈমা ঃ ইমানা ছাবি ছেৎপা যেংনিংববনে ? (কোকশেৎ অদুনা থবাক্তা শেৎচিল্লগা, খ্বাংচেৎ লৌথোক্লগা খোইখা শেৎলি। খ্বাংচেৎ অদুনা ফনেক মথক্তা শেৎচিল্লি। ছাবি শেৎর্লি, শমদু নাম্থোক্লগা নাকন্দা মাংলোংদা থাদে। অদুগা শো রুমদা থম্বা মোদেল অমগী মওংদা পোজ তৌবগা লেপই। দেলিগা ইঙালৈগনা ঙক্লা যেংই। মাং তুং বোয়না চৎলগা য়েংই।)

লৈমা ঃ কবিগীনো অদুক ঙক্লা যেংলিবদে ? ঙকউনু। ইমাদি উমংগী মীগী ফিজোল শেৎলকই। ইংলিসকী মেম শাহেব শাবকই। গৌব ধর্ম্মগী দাশিনি মনাইনুপীসু ওইরকই। চিঞ্জাকসু ইমাদি চিলহাও থিদে। ইমাগী পুন্সিগী মচুদি ঈশিংনি। ইমাদা শঙনিংবা মচু শংবদা ইমা খাংবা ঙমই।

ইঙালৈ ঃ অদুবুদি পলেম অপোকপী ইমানিদনা

দেলি ঃ ইমা ফনেক শেৎপা তম্বিযো

লৈমা ঃ য়াম্না হৈনিংববা

দেলি ঃ শেৎলগে

লৈমা ঃ য়াম্না ঙাইঙমদ্রবা (ফ্রং ফ্রং চোংলগা অঙাং মচাগুম্না কপ্পদা ফনেক ফি লৈবাক্তা তাথিবদুদগী ফনেক খুল্লগা) নখুৎতু ঐহাক্লা পায়রিবসিদা পায়যু (পায়হল্লগা শেৎপা তাকই) ৱান, টু, থ্রি ফোব, (ফোবদা নিংদুগী ফি চিংথবা) ফিনিষ্ট, লোইরে। লৈবদ্রা ?

পেলি : (ফনেক শেৎপা তম্বীবদগী চংলক্লগা য়েংলবনি) লিনদা শঙ্গোম পিথকপদি মহ হেন্নবনিদা ইমা।

লৈমা : চংজরকপা মীবু চংজফম পীবা, কনবিবা-লমদমসিগী ধর্ম্মনি। শাহিং চাবা কৈচাও, শামু লমশা ফাওবা মীওইবনা নুংশিনা তোৎন-তিন্নরগা তম্বীরবদি সার্কসকী ভাবকপু পেলহল্লগা শেন্দান লম্বী ওইবনিনে ইমাগী ইবুংঙো পেলি। নহাক ঐহাক্কী ইচানি। দেলিনা ঐখোয়' ইমুংদা নৌনা লাকপী *(চংখি)* থাখল খল্লু- (চংখি)

ইঙালে : নৌনা লাকপী নুপী ! (চংশিল্লগা দেলিবু ফিরুক খুমগৎপিরল্লগা) মৌ। ইমুংগী মৌ অনৌবী- (চেঙ্খোকখি)

পেলি : ও ... থ্রারীসিদি আ য়ৌনরল্লবা! ঐহাকসি করিমত্তা ভাব তাদ্রিবা অঙাং ? মীনৌ? মীতোপ ? অদুদি দেখা জায়েগা।

দেলি : দেখাও দেখাও। মরৎকা অকল, হিম্মৎ-দেখাও। নিপামচাগী নরিল ফুদোরকও। নশক খঙগে।

পেলি : হৌজিক ফাওবা ঐহাক কনানো। ঐহাক্কী শক খঙদ্রিবা ? খঙনবা তাকউ অসিরা?

দেলি : (নোকমি নোকমি তৌনা য়েংলগা মঙক নোমই)

পেলি : ঐহাক নিংখা তন্না পাল্লকপা নিংথৌগী লৈবাক্তা মনিং তন্না পোক্লকপা প্রজা অমনি।

দেলি : ইপা ইপু মীগী মীখা পোল্লক্তে। য়েক্লবগা মায়োক্লবা লান্দা মায় ওন্দুনা চেল্লক্তে। অদুনা ঐহাকসু- সোরি। তামোবু ইন্দিপেন্দেন্স পামই। তোঙান্না লৈনিংই। নাইতোম তাবা যণ কৈন্না চাবগী থ্রারীসু (নোক্লগা) লৈকো -

পেলি : করম্বা থ্রারী?

দেলি : মনিপুর হায়বা নাইতোম তাবা ইন্দিপেন্দেন্ট লৈবাক অমগী থ্রারীনি। থাইনা মমাংঙৈদা অথ্রানা লান্দারকপদা মনিপুর চহি তরেৎ খুন্তাক লানশিখি। নুপী অঙাং কয়া অথ্রানা য়ুম মনুংদা হোইজিল্লগা মোরোক মৈ থাদুনা হাৎখি। নুপা মখৈনা মনাদা য়াইরিনা লেংলগা লানফা ওইনা পুখি। মনিং তম্বা নিংথৌদু প্রজাশিংগা লোয়নন্না কছারদা লানচেনখি। মরৈবাক হুঞ্জিন্নবা বৃটিশকী মতেং লৌরগা অথ্রাবু তাম্বোকখি হায়বগী থ্রারী অমা লৈবদু তাদ্রিব্রা?

পেলি ঃ কন্নানা লীবা ৱারীনো?

দেলি ঃ ইতিহাসনা। আই কেন রিদ হিষ্টরি। ইতিহাসতি অনৌবা মীরোল্লনা হোংদোকপা য়াদে। শোক তারিখ লৈবনিনা লাল্লি হায়দুনা প্রমান তৌবসু।

পেলি ঃ অদুবুদি ওইথোক্তে। অদুগা....

দেলি ঃ ঙাইখো। ঐহাক্কী ৱারী লোইদ্রিয়ে।

পেলি ঃ ও ঐহাক ঙসিদি ৱারী তাবা নুমিৎ থোক্লবা লীরো তারগে (ফমই) ৱারীদি শাংওইসিকো।

দেলি ঃ তেস্ত্রিক তেনবা ৱারীনি। ইন্দিপেন্দন্ট ওইবা মনিপুর লৈবাক্তো...

পেলি ঃ অদুদা কদৌরবা ? মখা চত্থরকওনে।

দেলি ঃ চত্থরক্কদৌরিবনে? য়াম্না থুনা তানিংলব্রা-ও। ইন্দিপেন্দেন্ট মনিপুরগী মথৌনা মবিংজেল লৈবা নিংথৌমচা মশেন খৎনরক্লে। অমনা বৃটিশ লৌরুরে। বৃটিশনা মনিপুরগা লাল শোক্লবে। খোঙজোম লাল। মনিপুর মাইথিরে। ইন্দিপেন্দেন্ট মনিপুর চহি ৫৬ বৃটিশকী মীখা পোল্লে।

পেলি ঃ ৱাবী লোইরেকো?

দেলি ঃ লোইদ্রি। ইন্দিপেন্দেন্ট মনিপুরদু অৱাগী লান্দা চহি তরেৎ খুস্তাকলুরে। চহি ৫৮ অমা মীখা পাল্লে। অদুদগী ইন্দিপেন্দেন্ট নিংথৌদুনা ঐখোয়দা বক্সোপ থম্লবা মনিপুরদু হৌজিক ফাওবা হন্দোক্ত্রি। (নোকই)

পেলি ঃ দেলি। (ফুক হৌগৎলি) ঐঙোন্দা করেম্লবা মিনোক্লা লক্লবা মী, ঐহাক্লা লেম্না খক থারক্লে। নহাক নুপী ওইরম্বগী ফবনি। নৎত্রদি।

দেলি ঃ নৎত্রবদি ? মাই দিয়াব পেলি, তামো। ইন্দিপেন্দেন্টকী ৱাহঙোক্কী ৱারী শাসি। যেক্লবগী মশক হান্না খঙখিসি। অদুদগী লাল শোক্লরগা মায় পাক্লগনা লানঙম ফিরাল থেৎপা। মায়থিবা তারগনা নোক্লা-নোক্লা ইমা লৈবাক্কীদমক থৱায় কৎথোকসি।

পেলি ঃ দেলি! নহাক্লা ঐঙোন্দা হায়নিংইবসি করিনো?

দেলি ঃ ঙসাইদগী লিরক্লিবা ৱারী অসিনি ঐহাক্লা তামোদা হাযজনিংবদি। তামোগী ইন্দিপেন্দেন্টপু করম্বা যেক্লবনা মুনবিথ্রবগে? তামোদি যেক্লবা মশক খংদনা লাল শোক্লেরে।

পেলি ঃ ঐহাকসে? নহাক্লা অদুম্না খল্লিবদুগী মরমদি-

দেলি ঃ মরম ? তামোগী অশেংবা য়েক্লবদি অবা নত্তে, বৃটিশ নত্তে। গৌর ধর্ম্ম নত্তে।

পেলি ঃ অদুদি কনা ?

দেলি ঃ মীওইবগী অশেংবা য়েক্লবদি লাইরিক হৈতবা, লাইরিক হৈতবা মীদি মনা পংবনি, মমিৎ তাংবনি, মরোল থোক্তবনি। (পেলিনা বা ঙাংগে তৌরকপদা) হুম- তামো ঐগী এনিমি, ঐহাক খঙজে। মীওইবগী অশেংবা য়েক্লবদি কল্লকপা, মীহৌবা, মীগী মপোৎ পাম্বা, ইশাখক্তগী ওইজবা থিবা অসিনিনে তামো। লাইরিক হৈতবদগী হায়বদি মাংজৌননা খল্লগা পিরাই ঙাকহৌদবদগী অবাগী লান্দারকপদা মায়োক্লবা ঙমদবদগী লানচেনবা নত্তরা? অবা হায়বদু গম্ভিরসিং মহারাজগী মমাংদা পাল্লম্বা চরাইরোংবনা মায়থিবা পীরম্বা অবাদু নত্তবরনে? টিকেন্দ্রজিৎকা পাকাম্নাগা নুংশিনরম্লবদি, গম্ভির সিংহ নিংথৌনা মাগী সিংহাসনগীদমক মতেং লৌরদ্রবদি মনিপুর (মঙক হায়রগা) ঙরাংগী মনিপুব ওইরমদবসু য়াই। হৌজিকসিবু তামোবু মিনাই কনানা ওইহল্লিবগে? লমদমসিগী বায়েল পথাপ লমদমসিগী মখুত্তা লৈ। খরচ ইরমদমগী মীনা তৌজবনি। ইশাগী ইপোৎ ইরল ইশানা হুরাল্লগা মীঙোন্দা হুরানবা শিবিগনু। লমদম অসিদা চলাইরিবা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পবার্স এক্ট তামোগী প্রজাগী লুচিংবা সি এম না থম্বীয়ু হায়জবদগী থমখিবনি। হৌজিক ফাওবা ব্রেক লো অমুবা আইন হায়দুনা লাউরিবা এক্ট অসি লৌথোক্ত্রিবসু, তামোগী ঙরাংদা ওইরম্বা প্রজাগী লুচিংবা রাজনিতি নেতা সি এমনা, শাংথনা থম্বিখো হায়জবদগী লৌথোক্তবনি। লম্নানবনা নমদুনা এক্ট অসি চলাই বা ওইরম্মোয়দা? তামোসু অমুক্তা খঙ্বিয়ুনে- মীয়ামগী মীহুৎনা মরমদা প্রজা, হায়বদি মহাক্কী ভোটরবু উনবা চৎপদা সিফাই মপোৎ মপোৎ নোংমৈ গুলি মপৈ মপৈ পুরগা চৎলিবা করিগীনো? তামো! ইশাগী য়েক্লবা হান্না মশক খঙবিয়ু। খুজিল মনুংদা চংলিবা তুমদু হান্না শত্তোকপিখো (পেলিনা মখুৎ য়েংলগা বাখল) কুইরবদি নাই চারক্কনি। টু মেনি কুক ইষ্ট পোইন্দ দি দিন্নর। পুজারি য়াম্লবদি ইঙ্খাং থুম য়াকপনি। মী খুদিংমক লিদর ওইনিংবগী বাখল থাদোক্লবা হোৎনবিয়ু। লমদম অসিদা খুন্দা লৈতামিন্নরিবা জাতি খুদিংমক্কী ইচিল ইনাও পুন্নমক অমত্তা ওইবিখো। তোখায় তাবগী বাখল থাদোকপিরো। অদুগা পম্বুং অমা লেপ্পিরগা, মদু য়ৌনবা চংশিনবিয়ু। লমদম অসিগী ইন্দিপেন্দেন্ট তানববু লালহৌলুপ মশেল হাৎনগদ্রা? চফু কায়রবদি কাক্লা

হবাওবনিনে তামো।(পেলি, ৱাখলদা উংই।মমায়দু অকাশতা হাইগৎলগা মমিৎ উইশিল্লগা খল্লি, খুদুম কন্না পাযশিল্লগা মতোমদা ইকায় নুংশি যান্নে।

দেল্লি ঃ লম মথং মথং লাম্থোরক্লুনা লমদম অসিগী সিমানা হেক লান্শিল্লকপদা অঙ্গংবা নুংশিৎ শিৎলকই। অকাশতগী য়েংথরকপদা নাল্লবা লৈকোল অমগুম্না উই। তশেংনমক তামোগী লমদম অসি এ ফ্লাৱার ওন দি লোফটি হিলস কৌবা যাই। মফম অসিগী ইপা ইপুগী থৌনা লিংজেল, নহাবোলগী হৈ শিংবা, কলেজ, য়ুনিভর্সিটি অমদি স্পোর্টসতা মকোক থোংবা অদুগা কবিগীনো লমদম অসিনা ওসি স্বিজাবলেন্দ ওফ দি ইষ্ট, জপান ওফ ইন্দিযা ওইবমদ্রিবসিবো? লমদম অসি ফজবদা ওইবমদবে। ওসিদি তশেংনা নুংশিবে। বিএল্লি, আই লভ যু তামো (কিস তৌবল্লগা চেপ্থোকখি)

পেলি ঃ আই টু লভ যু (মমিৎ পাংথোবকপদা লৈবমদবে) দেলি, দেলি।

## (৫)

(রাজাগা সি এম গা তুংথ-মাংথ থোরকই।)

রাজা ঃ সি এম সাহেব প্লেন পাইরক্কদবসু পুং অমা থেংলনি হায়রি। অস্বাইদা ৱারী লোইশিল্লশি। সি এম! ঐখোয়গী অপাম্বা লাইনদা ইবা এক্সন (এম ও এস) প্লানগী চে অদুদা লৈমনা সোই তৌ হায়বা য়াদবে। থেমদুনা কয়া য়েংলে। থেম্লগা হেন্না ৱাখল লুনা খঞ্জিনখরে। মহাক্কী মতুংদা জাতি খুদিংমক্না তাইনরকত্রিঙৈদা নঙোন্দা এটেক তৌরকপা য়াই।

সি এম ঃ ঐঙোন্দা ? মীয়াম্না ঐঙোন্দা এটেক তৌবক্কদৌবিবা ? করিগী।

রাজা ঃ লমদম অসিগী প্রজাসি অপংবনি। জঙ্গলিনি। গুহা মনুংগী হঙোইনি। অপঙবা মীনা শাউবদি ওাইনফম থিবগী মহুত্তা, অপায় অপাযবা পোৎনা অনকপদা লৈবা পোৎ থুগাযবনি। মীসি মনিঙ থুংদ্রবদি শাউনিংবনি। ঐহাক খঙই। নখোয অচৌ অশাং, নেতা, লিদ বশিং নত্তনা মীচম প্রজা ৱারে । লালহৌবগা সিফাইশিংগা চীংনুংদা লান শোক্করি, লুচিংবনা মপান লৈবাক্তা, ফাইব ষ্টাব হোটেলদা লৈ। প্রজাদগী লুত তৌবগা লৌবা পৈশানা মখোয় মখোযনা নিংথৌ শাবি। লাইববনা শাউরক্রবদি ইনাকখুনবদা তাইনরক্কদবা নৎত্রাও? সি এম। মমা হাযবী জাৎ অসি লাইববী লুখ্রাবী ওইববসু মচাবু চরা হেলহন্নিংদবনি। নুংঙাইহন্নিংবনি। মচাগী হাকন চংবদা শিবা কিদবনি।

সি এম ঃ চুমই সাহেব, অদু ঐহাক শোক্তনবা করি থবক ?

রাজা ঃ ঐহাক মন্ত্র তাকপিরমগে। লাইৱানি। মমানা মচা নুংশিরবসু মচানা মমাবু নুংশিহনগনি। মচাগা মমাগা তোৎন-তিন্নদনবা হোৎনৌ। নাগা, কুকি, মৈতৈ পীরক্লনি। মখোয়সু চাওখৎলনি। মখোয় ইন্দিপেন্দেন্ট জাতিনি, লৈমাগী লমদগী তোঙান্না ইন্দিপেন্দেন্ট ওইনা লৈরো হায়যু। নহাক হিংনবগীদমক লৈমগী চীংগী লম মখৈ মচেৎ মচেৎ ফক্তুনা শায়েন ঙায়েন্দ য়েষ্টোক্কদবনি। অদু ওইরবদি লৈমগী মপাঙ্গল শোম্রোইদ্রা? লৈমা শিবা নহাক হিংবা নহাক শিবা-করম্বনা পামই?

সি এম ঃ ঐহাক হিংবা পামই।

রাজা ঃ অদুদি লৈমা হাৎলসি। অহানবদা নাগা তোঙাননা চৎহনখ্রো, লৈমাগা মরি তৎহল্লগদবা অদুগা মতুংদা কুকি ... (এরোপ্লেন পাইক্রে। এনাউন্সমেন্ট - দেল্লিদা চৎপিগদবা পেসেঞ্জরশিং প্লেন পাইরক্রে, চৎনবগীদমক সেক্যুরিটি ইনক্লোজরদা চংবিরো) প্লেন লাক্রে, ঐহাক চংখ্রগে। সি এম। নহাক হিংবা পাল্লবদি ঙসিমক থবক পায়খৎলো- ঐ চৎলে (চংখ্রে)

সি এম ঃ ফনি সাহেব। ঐহাক লৈজহৌরগে নমস্তে। লৈমাদগী চীং মখৈ তোঙান তাহনখিবা, লৈমা শিহনবা, ঐহাক হিংহৌবা ... ( ঙাং ঙাংদুনা চৎখি, প্লেন পাইখি, কার থৌখি। দেল্লি মখূৎ হাইর হাইরদুনা প্লেন য়েংদুনা থোরকই। হৌখিবা সি এম গী কারদসু মখূৎ হাইবা।)

দেলি ঃ করিগীনো, সি এমগী নুপীনা লৈহৌরিবসে। ফৈ। দেখা জায়েগা। চৎশিন্নরগে অদুগা লোন্না কুম্মৈ য়েংগে খঙগনি। ( হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা ইনাকখুনবী চংলকপা ঙায়, ইনাকখুনবী চংলক্রবদা) ইমাইবেম্মা, কদোমদগী?

ইনাক ঃ ঐহাকসু নখোয়গী পাবুং দিল্লিদা চৎপা থিন্দোকপা য়াওরকপনি। পাবুং সি এম না ওফিসতা চৎখ্রে। ইমাসু মী অমতং উনরম্লগা য়ুমদা হল্লনি। নহাক্তি? ঐহাকসু নখোয়সু পাবুং দিল্লিদা চৎপা থিন্দোকপা য়াওরকপনি। পাবুং সি এমনা ওফিসতা চৎখ্রে। ইমাসু মী অমতং উনরম্লগা য়ুমদা হল্লনি। নহাক্তি?

দেলি ঃ ঐহাক্তি বঙ্গলোদা দাইরেক্ত চৎচরনি। ইমাগী গাড়ীদি?

ইনাক ঃ য়াওরি।

দেলি ঃ অদুদি ইমা ঐহাক খরা হাঞ্জরম্লগে।

ইনাক ঃ য়ৌরো, হাল্লম্মো- (দেলি চৎখরে মী কোয়েং য়েংলগা লোল্লম্মা) সবিতা, সবিতা ...

সবিতা ঃ (মনুংদগী) ইচেম্মা থোঙ লোন্দবনে। ঐহাক, কৈথেল কারুখিগে। কুইরকওই, থোঙদি হাংদোকপিগনুকো (ইনাকখুনবীনা মী কোইয়েং য়েংলগা অরাপ্পদগী মী মখূৎ খৎলগা কৌই। কম্মান্দো ফিজম শেৎলি। মীরক নারক য়েংলগা চংলকই।)

ইনাক ঃ করিগীনো কোইয়েং য়েংলিববো। ইমুংসিদা কনাসু লৈতে। ঐহাক্না স্কুল তম্মিন্নরকপী ইমান্নবী সবিতাগী কার্টরনি। মহোয় নিপানা এয়ারপোর্টকী ড্রাইভরনি। ওফিস চৎখ্রে। সবিতানা কৈথেল কাখি।

কমান্দো ঃ ঐহাক কৌববু কনা ফাগদবা লৈগে?

ইনাক ঃ মী ফানবা নত্তে। নহাক ফানবা কৌবনি। ঐখোয় অনি লৈকায়দা উনবসু বাথোক ওইনি। সি এমগী বঙ্গলোদা ফংই, সিফাই ঙাক্তা। হোটেলদা উনবসু ছাত্রগী কাংবুনা হুইদৌনা কোইথি থিরে। অদুনা ঐখোয় অনি চিক্লা বারী শাফম ননাইনুপীনা থিজবনে ইবুংঙো। নিপানি হায়দুনা অচিকপা উনফম অমা ফাওবা শীনবা ঙমদে। নিপানবু অসুক পাঙদবদি-

কম্মান্দো ঃ থৌনা লৈবী ইবেম্মা। ননাই হাজির ওইজরে। সনা য়াথং তাউথবিরো।

ইনাক ঃ পুলিসকী ঙাইঙমদবা, চরাং খোইরাংনবসি খিৎ তোক্লোবা। থবক য়াম্না চিলহৌব্রা-ও?

কম্মান্দো ঃ ঐখোয় শাগৈগী কর্ম্ম অমা লৈ হায়দুনা এস পি দগী পার্মিসন লৌরগা লাক্লবনি। ঙসিগীদি ঐহাকপু থিরক্লেরোই।

ইনাক ঃ বারী ঈংনা শাবা য়ারেদনা। সি এম সাহেবতো রাজা সাহেব দিল্লিদা চৎপা থিন্দোক্লল্লগা ওফিসতা চৎখ্রে। ঐহাক্লা মশোমদা ইন্দোমচাগী মনাক্তা চৎলুগে হায়দুনা পার্মিসন লৌরগা লৈহৌরবনি। নুমিৎ তাবা ফাওবদি ঐহাকপু থিরক্লরোই।

কম্মান্দো ঃ প্রোগ্রাম শীনবা য়াম্না হৈকো।

ইনাক ঃ নুংশিবা নিপাগীদমক্তদি নুপীনা ঙমদবা থবক লৈতবদো (নোকমিন্নে) ঙাইখোসে, বা অমা হংগে। চীংদা থাউ চিংলকপা টেঙ্কর ১০ মৈ থাদোকপদু নহাকপু য়াউরল্ব্রা-ও

কমান্দো ঃ য়াউদে। খুনেকশিংবু থাহনবনি।

ইনাক ঃ নহাক য়ারিবমখৈ য়াওরল্নুকো। থাওদি খায়দোকহৌবরা?

কমান্দো ঃ ড্রম ১০ খক্তং খাইদোকহৌই।

ইনাক ঃ ঐখোয় মাম্মাগী দুকানগী য়োন্নবা কেরোসিন ড্রম অমখক্তং পীয়ু হায়বদুদি কৈদৌরবা?

কমান্দো ঃ অশাই অয়ুক পীখ্রবদাইনে!

ইনাক ঃ ফরে ফরে অদুদি। লৈকায়গী থাও য়েল্লক্তবা থা ২ শুরবনিনা, লিটরদা লুপা ৩০ য়োল্লগদবনে। অদু ওইরবদি কান্নরেদনা।

কমান্দো ঃ নহাক্কী কান্নবা হোৎনবদা ঐহাক্কা কাংগালি ওইহৌবা

ইনাক ঃ ইঃ ইঃ ঐখোয় অনি মরি লৈনরকপদগী খুদোংচাবা ফংবসিবু কনানা হেনবগেনে? এস আই দগী ইন্সপেক্তরদা চোংলকপগী চহি ওন্দনা দি এস পি কাবা মীবু কনা য়াওরিবগে? ঐহাক্কা নহাক্কীদমক্তা ইকাই ইকি ৱাংমা লান্না থৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনজখিদে অসিরা? অদু ফাওবদি-

কম্মান্দো ঃ অদু ঐহাক খঙই কৈদৌরিগে? ৱারৌচাউবসিনবু

ইনাক ঃ ফরেসে। ৱানা, তাংনা উনবদা ৱারী কোইথোক্লরোইসি। ঐখোয় অনি হৌজিক কমদৌসি হায়রিবনো? ঐহাক হৌজিক নহাক্কী খুদোংচাবা মতম ঙাইবা য়ারক্লে।

কমান্দো ঃ মদুগী থোইদোকপা মরমদি

ইনাক ঃ ঐহাক মন্ত্রি অমগী নুপীনি। মীয়ামা ব্যবহার তৌবদা নক্তনা, ওফিসার খুদিংমক্কী মেম সাহেবনি। নহাক্কা নুপী অঙাং লৈরবা পুলিস ওফিসারনি

কম্মান্দো ঃ চুম্মী কদৌরগে?

ইনাক ঃ ঐখোয় অনি কয়া কুইনা পাখং লৈশাবী শাখিগনি। নহাক নিপানি ঐহাক্কা নুপীনি। ঐখোয় অনি নুংশিনবগী পস্থুংদা থুংবগী মতম য়ৌরে। ঐহাক নহাক্কী

কমান্দো ঃ খুনবী! ঐহাক খঙই। মতম খরদং ঙাইখিসি

ইনাক ঃ শংলিধৈঙেদদি মুনবা ঙাইবা য়াই। হৌজিক্তি মুল্লবনে। মুল্লিধৈঙেদা হেকহৌদ্রবদি কেল্লগদবনিনে! নহাক্কী নুপী অঙাং চরা হেন্দনবা লৌ ইংখোল শম্পতি পৈশা লৈরবনি। ঐহাক্কীসু য়ুম অমা লিংলগা পুন্সি অসি নুঙাইনা লেন্নবা সনা লুপা পৈশা লৈজরে। ঐহাকপু নিপা অমগী গপ য়াওদবা হনুবা আয়ন অসিগী নুপী রাধিকা ওইনা লৈখো হায়রিবনো? মীনা হায়নিংবা হায়জসনু। নিপা নুপী রাইট মান্নরবনি নিপাঙাক্কী অপাম্বা নুপী তৌরিবগুম ঐহাক্কা ঐহাক্কী অপাম্বা নুংশিবা নহাক্কী নুপী ওইবা করিসু কায়দে। নহাকসু নিপানি নুপী ১০ গী মপুনি। ঐহাক লৌবদা নহাক্কা ঐহাকপু থাকপদা ৱাগদবসু নত্রে। ঙসিমক থবক পাংথোক্লসি।

কমান্দো ঃ ঙসিমক ঐখোয় অনি চেল্লসি অসিরা?

ইনাক ঃ নত্তে। ঐহাকসে-নহাক্কী নুপী ওইরবনি হায়বদু মীয়ামদা খঙহল্লসি হায়বনিনে নহাকপু সি এমগী নুপী লৌবা ঙম্বা বহাদুর ওইরো হায়বনে?

কম্মান্দো ঃ ঐহাকসু সারদগী বহাদুর ওইবদু পাম্বদগী নহাক্না মরি লৈনরিবনিনে খুনবী। অদুদা-সি এমগী নুপী। ঐহাক্না কমান্দোগী ও সি অহম অসিগী খজিক্তং খনবগী ৱানি।

ইনাক ঃ হৌজিক্তি ৱাখল খন্দুনা লৈগদবা মতম নত্তরে। ইপুরোইবা সি এম দেম কিয়ার। নহাক্না ঐহাক্কী নিপা, পোকদৌরিবা ইচা অসিগী মপা!

নপা ঃ (মনুংদগী) ময়াম করি থবক্কী ওইরবনো

নুপী ঃ ঐখোয় চঙাংগে মালোম টুলিয়াম্মা ঘড়ীগী নেশাবন্দি কাংবুনি। এয়ারপোর্টকী ফেমিলি ক্বাটরদা ওক্তবা ওক্তবী শানৈ য়ুনৈরে হায়বগী পাও ফংলে। চেক তৌবা লাকচবনি। (মখোয় অনি মদু তাবদা পাখৎলে)

কমান্দো ঃ খুনবী! মপানগী ইরাংসি তারব্রা?

ইনাক ঃ তারে। ঐখোয় অনি ফাহল্লসি। কৈন্যা কৎহল্লসি

কমান্দো ঃ নো!! কৈন্য কৎলবদি ফৈ। ওক্তবা ওক্তবীনি হায়দুনা ঐখোয় অনি লু কোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈশিল্লগকা টিদিম রোদতা খোঙ্গোইনরবদি ঐখোয় অনিবু হিংখিগদ্রাও।

ইনাক ঃ চুমই। নুমিৎ থা হুইনা চাখিগদবা নত্তে। সি এমনা দিল্লিদা চৎখ্রিঙৈদা ঐখোয়গী থবক পাঙথোকপা য়াইকো। অদুদি নহাক নাম্থোকখ্রো-

কমান্দো ঃ ঐখোয় অনি চেন্নবা নুমিৎ লেপ্লগেকো খুনবী। ঙসিগীদি ঐহাক চেনখ্রগে- (চেনখ্রে)

ইনাক ঃ নিশাবন্দি কাংবুগী মথৌ য়ু, নম্বর ফোর ফারুচো। মৈরা পায়বীনা আর্মিগা থেংনরুচো। মখোয়সু নুপাগা নুংশিনরগা ময়ুম পাল্লকই বনি, মচা-মশু লৈরিবনি। মী নুংশিনবদা মখোয়গী মথৌ করি লৈ। লমদমসিগী নুপীশিংসি মথৌ নত্তনা মথৌ থিরে, মপুরোইবনা ৱারক্তদনা তৌরিনি। লমদমসিগী নুপীশিং কা খরদি হেল্লেকো। ঐহাক্না কমদৌবা। সবিতাদুসু কোক হল্লেক্কে হায়দে। ও আদা লাক্লে। সবিতা! সবিতা! ঐহাক চৎলেকো। নয়ুমসে শঙজহৌরে- (চৎখরে)।

## (৬)

### লৈমগী য়ুম, অয়ুক

(অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ-খা ৱাং খঙদনা শিৎলি মশম ইফা ফারবী লৈমা ৱাখলদা উংলগা থোরকই নোংলৈ নুংশিৎকা ইরোয়নবা নুপীগী ঈশৈ)

ঈশৈ ঃ অলাব ....

লৈমা ঃ (ৱাখল খনবা মখৈ খল্লবগী মতুংদা ) হো ইবেমহল ! ইবেয়াইমা ! ইবেতোন ! /নহাকসুনে কৌরিবসে,/অকিম ! নহাকসু পান তানবা লোইহ্নবদি ঙহাক্তা লাউ ! /থাংমিনলা নৎত্রাও, চৎলিদুবো ? /অমুক্তা চঙলকখো/ হো খাংশিলিয়ু-ঈশিংদু থনম্লগা/ঐহাক্তা অমুক্তা উন্নসি !/ঐখোয় নুপী মশেন ৱা অমা খন্নসি

ঈশৈ ঃ ৱা অমা খন্নসি/মালেমগী নুপীগী চহি/নুপীদা শক্তি শিন্নবা চহি /লাক্লে লাক্লে খন্নরসি/ঐখোয় থৌদাং পাংথোক্লসি

লৈমা ঃ লৈবাক অসিগী ৱায়েল শাসন নিপাশিংদা ঐখোয়না শিন্নবদগী করি ওইরে ? লৈবাকসি কাং-খোং চাযরে। মাঙ তাক্লে। ইপোৎ ইরল অমত্তা লৈতরে। মীশি মীনাগী খোল্লাউনা নীল্লে। মীগী শেন্দোলনা খ্বাং কোয়রে। নিপা মখৈ তাঙ্গোই ওনখরে। নুপী ঐখোয়বু করম্বা জিবা ওল্লসিগে ? খন্নসি

ঈশৈ ঃ ৱা অমা খন্নসি .. ...... ..

লৈমা ঃ বন্দ ব্রোকেদ ষ্ট্রাইক বোইকোৎ জেনরেল ষ্ট্রাইক। তোয়মনখ্রে। তোয়মন্দবরনে, নুপী নখোয় খুমউনে। চহি অমগী মনুংদা ইচা ইশুশিং স্কুল কলেজদা নুমিৎ কয়ানি লাইরিক তমইবগে ? নুপী ঐখোয়গী মরক্তা খরনা ফুরা দলান, জিব-কার, রৌ-শারেং, সানা মোহর মোহর। নুপী অয়াম্বনা ময়ুম নোং য়ুবদা ফনেক খোঙদাই শেৎপা চরা হেল্লিবা। নখোযবু উদ্রবরা-ও ? ঐএখায় নুপী মশেন মরক্তা অসুক খেন্নরিবসিবু করিদগীনো ? লাইরিক হৈরবীনি হায়দুনা তলব চাবী নুপীশিংনা নিপাগা নুপীগা রাইট মান্নে হায়না লাউ খোংলি। ঐখোয় নুপীশিং, ঈরমদম অসিগী নুপীশিং, হান্না রাইট মান্নবা হোৎনখিসি। ৱা অমা খন্নসি-

ঈশৈ ঃ ৱা অমা খন্নসি .....

লৈমা ঃ ইনাক খুনবী নুপী মখোয়না- হজিরা শুরিবী, এঙ্খাং য়োনবী, ফি শাবী, নচা-নশুবু চাওনবা য়োক্লিবী ইমা ওইবীশিংবু মিনাইনুবী ওইনা নখোয়গী নমিৎতুনা উরিবা, নখোয়না খল্লিবা অদুবু লমদম অসিগী নুপীগী বাখল্লোন? লায়রবী নুপীশিংগী য়েক্নবা, খ্বাইদগী চাউবা য়েক্নবসি-নুঙাই য়াইফবী অচাওরম কাবী নুপী নখোয় শোয়দনা ওইরম্লগদবনি। ঐখোয় নুপী মশেননমক্তদা নুংশিনদ্রগবু চীংমী তম্মী পাঙন ময়াং নুংশিনফম থোকপ্রনে? অদুনা

ঈশৈ ঃ বা অমা খন্নসি। (ঈশৈ শক্লা শক্লা ইঙালৈ চংলকই) ইমানা নুপী ময়াম কৌরিববু করি খন্নগদৌরিবনো? ইমুং অমদা মৌ হায়বদি নুপী অনিদা শুবদা খৎনদুনা ইপা ইপুগী ইংখোল খাইবোক অনি থোক্লা য়েন্নরবসিদা ইমানা নুপী ময়াম কৌরিবদুবু ইমাগী কোক্তুবু মচেৎ মচেৎ কায়রগেরা?

লৈমা ঃ কায়গদবা নত্তে। ইমাগী কোক অসি মচেৎ কয়া থোক্লা কায়রে। য়েংখি য়েংখিবদা, খল্লুবা খুদিংদা নিংবা কায়বা ঙাক্তা। মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্লা কায়রবা কোক অসি নুপী ময়াম্না নপশিনহন্নগে, ফোৎহনগে কৌবনিনে, ইঙালৈ।

ইঙালৈ ঃ নপশিনবীরোই। ফোৎপীবদি লায়রদনা মচেৎ মচেৎ য়েন্নরগা পুনখিগনি। য়ুম কায়দনবা হোৎনবী য়ুম কোইবী গৃহলক্ষমি হায়বীদুদি থাইনগী বানি। কলি যুগ অসিদদি নুপী খুদিংমক য়ুমকায়বী ঙাক্তা ওল্লবনি। নুপী মশেন্নবু নুংশিনরবদি, জাতি কয়াগীসু ওইসনু, নিপা মশেল শোয়দনা নুংশিনগদবনিনে ইমা। লৈকোল অমদা লৈরাং লৈশক লৈচু তোঙান তোঙানপা শাৎপদি লৈকোলদুগী লৈতেংনি, ফজবনিকো ইমা অদুগা

লৈমা ঃ নুপীনা খুলিংবা ইমুংদি মীমাঙ থোকপনি। চোপ্পা নংবনি। মীনা উশিৎতবনি। হা .... ইঙালৈ। ইমাসু খঙইনে।

ইঙালৈ ঃ ইমানবু করিগী, খঙদদগে। ইমা! ধৰ্ম্ম লৈবা মী অপঙবা ওইরবনি। মবুক ফবা মীগী শরুক থুংদ্রবনিনে ইমা

লৈমা ঃ মীচং মীখায় নাইদবী ইচানি। অচুম্বদা ঙাংবীনি। ইচানা হায়বা চুমই। অদুবু, ঐহাকসি মমা অমনিনে, ইঙালৈ (কপই)

ইঙালৈ ঃ পীরাংদু খামখো ইমা/ চয়াম পোকপী পলেমনা/ মচা চাওবা ঙাইরকপা/ মচাগী মপান চারমদাই/ পিরাং শিল্পবা হৌনদে/ কপ্পগনু ইমা-নচাশিং-শামু শারেপ ফারবনিসে-

লৈমা ঃ ইঙালৈ! নহাক্নদি শৈরেং থিরি। মহৌশা নিঙোলনা শম লৈশারিঙৈদা কাক্তাগী নামিবা নুংশিৎনা নুরাগী শাইনোল খোমগৎলগা মৌগী শীংদা

চলহনলম্বনি। হৌজিক্তি লৈশাবীনা শম খোমগৎলগা মৌনা লুমাংগী শম কক্রে। মচা নাওরোল তারবগী তুংদা শম পুনবগী মহুত্তা বোই কত্তিং চৎনরে হায়বসু ইমা খঙই।

ইঙালৈ ঃ অদুগা ইমানা লোম্থোক্তবী শাদুনা কুম্নো য়েংলি?

লৈমা ঃ শাউখিনু ইঙালৈ। কনানা করি তৌরি ইমা খঙলে। কনানা মখা করি তৌরকপগে য়েংলিবনিনে ইমানা-

ইঙালৈ ঃ মীগী চগৌ কয়াম কুইনা য়েংখিনি ইমা ?

লৈমা ঃ য়েংলে, উরে, মিৎ নারে। পুম্নমক তারে, নাকোং শিংজা য়ৈরে। ইচাশিংসু খঙলে। দিল্লি নিঙোল অসিগী য়েংগদবদা ঙায়রে।

ইঙালৈ ঃ দেলিসু ইমানা খল্লিবসিগুম বাখল খল্লে।

লৈমা ঃ ইচাদা দেলিনা করি বারী, বারীদমক শাব্রা? করি করি পায়খৎনবা থৌরাং তৌরি? ইমাদা শেংনা তমউ।

ইঙালৈ ঃ মহাক খনবা লোইরে। ঐখোয় নুপীশিংগা তান্নরবগী মতুংদা থবক পায়খৎপা হৌখবে-

লৈমা ঃ দেলিনা নুপীশিংগী লিলা অমা পাঙখৎলে। উৎনবা থৌরাং তৌরে হায়বা? মপানা চহি ৫২ নিপাগী লীলা লিংখৎলগা শান্নরকপদা ঐখোয়গী নিপা মখৈ মোইনা ওল্লে। দিল্লিনা নুপীশিংগী লীলা অমমুক লিংখৎলে হায়বা, নহাক্তি করি রোল ফংই?

ইঙালৈ ঃ নুপী লীলা উগদবা ঙহাক্তা ঙায়রে। লীলাবু হৌখ্রমাল্লেনে ইমা-

(নুপীশিংনা মনুংদগী "থৎলু থৎলু, ফাউ ফাউ।" ফূ, ফূজিল্লু, ফূদৎলু নুপীশিংগী ইরাং মরক্তা মকোক কায়রবা সি এম মথবায় হিংনবা চেনশিল্লকই)

সি এম ঃ ইমা ইবেম্মা ঐগী থবায় অমুক্তা কনবিয়ু

ময়াম ঃ (মনুংদগী) হাৎলো হাৎলো!!

লৈমা ঃ ঙাইখো! ময়াম অমুক্তা ঙাইখো!! মফমদুদগী হেন্না চংলক্নু

সি এম ঃ মীয়াম্না নহাকপু ফুরকইবা করিগীনো? ময়াম্না তান্নরকইবসিগী মরম করিনো শেংনা হায়য়ু, নথবায় কনবীগনি

ইঙালৈ ঃ মরম ঐহাক খঙই-

লৈমা ঃ ইঙালৈ! মশাদগী তাবা পামই।

ইঙালৈ ঃ ইমানা হংলিসি প্রপ প্রপ খুম্বা য়াদ্রা ?

সি এম ঃ (ইঙালৈনা চংশিল্লকপদুদা মঙোন্দা ফুরগদবোই পাখৎলি) মীয়াম্না ঐহাক্কী য়ুম তুম্না মৈ থাদোকখ্রে। লৌ শম্পতি পুন্নমক ঐহাক্কী নুপীগী মমিংদা পানবনি। সনা লুপা পুন্নমক পুরগা ঐহাক্কী নুপী ইনাকখুনবীদু শকথিবা মীনাই মচা কমান্দোগী ও সি দাস হায়বা রিফ্যুজি মচাদুদা চেনখ্রে। ইচাক ইরন পুন্নমক মাঙলে। ঐহাক লোইরে.... (কপই)

লৈমা ঃ নয়ুমসু মৈ থাদোকপা, নহাকসু মীয়াম্না হাৎকদবগী তান্নরকইবনা করিগীনো?

সি এম ঃ খঙদে। ঐঙোন্দা পংহায়দা হায়জিল্লে। ঐহাক্না লমদম অসি জাতি মখৈ নুংশিনদনবা শীল্লি, ইন্দষ্ট্রি- প্রোজেক্টকী শেনফম ঐহাক্কী লন্নাই ওইনা শিজিন্নরে, ইশাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা লমদম অসি মচেৎ মচেৎ লল্লানবদা য়োম্হোক্লে হায়দুনা ঐহাকপু হাৎনবা মীয়াম অসিনা তান্নরকইবনি। কোকসু কায়রে, মিহুনসু হুনখৎখ্রে। কপ্পাকসু নিকপনা চেনবা ঙম্নরোই। ঐহাকপু শিবা তারব্রা-ও?

লৈমা ঃ সি এম নহাকপু মীয়াম্না হায়বদুবু তৌবু তৌরুব্রা-ও?

সি এম ঃ ময়াম্না খঙলোয়দমাল্লে খন্দুনা ...

ইঙালৈ ঃ খরদা নত্তে ইমা। থাউ গাড়ী লম্বীদা মৈ থাদোকহনবসু মহাক্না ইনশিনবনি। কমান্দোনা যমরাজ শারিবসিবু মহাক্না দিরেক্সন তৌবনি।

সি এম ঃ ইঙালৈ নহাকসু শিং শিংনা হায়দোক্কনুদা আ...
(মপান্দগী মীয়াম্না লাউশিল্লকই)

লৈমা ঃ মীয়াম পুন্নমক! সি এম সি মশানা মরাল য়াজরে। করি দন্দি পীসিগে?

মীয়াম ঃ হাৎপা। হাত্তোক্রসে। ঐখোয়দা শিন্নবীরো-

লৈমা ঃ সি এম! কপকস্নু, হৌগৎলু। শিরমদাইদা কপ্পা হৌনদে। নিপামচাদি নোক্না থবায় থাগদবনি। লৈবাক ময়ামগী ইহৌনি। ঐহাক্না নহাকপু কন্নবা ঙম্মরোয়। নহাকপু মীয়ামদা শিন্নবা তারে (সি এম ও-খোংনা কপই)

লৈমা ঃ মীয়াম পুন্নমক! ঐহাকসু অসিগুম্বা সিভিল বার অমা লমদম অসিদা থোক্লক্কদরা খনবদগী ঐখোয় নুপীশিং বা তান্নগে খল্লম্বনি। মীয়ামগী থবক্না হাল্লে। অসিগুম্বা মীওই এম এল এ।

ইঙালৈ ঃ এম এল এ হায়বদি কনানো ইমা

লৈমা ঃ এম এল এ হায়বদি মবৈবাক ললোনবা এজেন্ট। মশাগী কান্নবা থিবদা মমা লৈবাক পোক্লফম লমদম্বু লল্লানবদা য়োম্হোকপা ঙম্বা কাংবুনি। এম এল এ হায়বসি

ইঙালৈ ঃ এম পি হায়বদি

লৈমা ঃ এম পি মহা পাপী প্রজাবু হাৎপা মীদি মহা পাপীনিদনা। মহাকসি এম এল এ নি। এম পি মকোল্লি। মীয়াম পুন্নমক! ময়ুম মকৈ তুম্লবা মতু লৈমা কাং কোক্লবা কবুই কৈওইবা সি এম অসি ময়ামগী মফমদা শিন্নরবনি। ঐঙোন্দা মথবায় কনবীনবা চংজরক্লবা মীনি। মথবায়দি লৌবিগনু। মরু কোথোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈশিল্লগা খুনাইনা বোইকোত তৌবা ওইনা লমদমসিগী ঝাংমদা লোই থাখ্রো। মহাক্কী ধারা শন্দোরক্তনবা, রাজনিতিঝালা ককনাওশিংদা সি এমগী মহিক চোংশিনহৌদনবা, ঙসিমক ইরমদমসিগী ঝাংমদা কাউরগা তাহোকখ্রো (কাউগে তৌবগা চেল্লি, ইঙালৈ লুশম পায়রগা চিংথোকখি। মীয়াম্না "মশমদু থাঙ্গোলনা ককসে, থাংজৌনা মরু কোক্লসে ... মরু কোকত্রিঙৈদা হান্না ফুহৌখিসি... মসিগুম্বা মীওইসিদি হাত্তোক্কদবনি)

- প্রজাশিংসি হিংবদা ওহোক্লা ঝানা লৈরম্লবোইদা। নোংমদি শোয়দ্রবা থবক্তু ঙসি ওইনা পাঙথোক্লবা! মতমনা পুরকপা থৌদোক্লি। করি উপাই লৈ? তুংদা থোরক্কদবা ঝাথোকসু মায়োক্লবা তাবনি। খম্ভুরুরগা নোকথোরকই,

(চংখিগে তৌবদা ইঙালৈ চেনশিল্লকই)

ইঙালৈ ঃ ইমা কদায়দনো?

লৈমা ঃ মীয়ামগী শারবা নুংশাম্বরনা য়েবদা ইমাগী হকচাংসি পশ্বগুম তৌই। ইমা ঙহাক পোখারুগে-

ইঙালৈ ঃ পোখাবা য়াখিরোয়

লৈমা ঃ করিগী?

ইঙালৈ ঃ নুপীশিংগী লীলা লোইদ্রি - (অথাপ্পদা খুদোম্বী)

দেলি ঃ (মনুংদগী) ইমা ইবেন পুন্নমক, লৈবাক অসিগী প্রজানা শান্তি ওইনা হিংনবগী খোঙজং অমা ওইনা থৌদাং অমদি পাংথোক্লবনি। উরুম লাংবা লম্পাক অসিদা ঙহাক্তং পোখাখিসি। মরাল লৈরবা অনি অসিগী দন্দিগীদমক্তদি ইমাইবেম্মদা শিন্নসি। ময়ামগী মোৎ?

ময়াম ঃ য়ারে। ইমাদা শিন্নরুরো।।

দেলি ঃ (মনুংদগী) ইরমদম অসিগী লন-থুম, শম্না হায়রবদা শেন লুপা, বিল্ডিং দ্রগ কারবারগী মঙলান্দা অমদি নেষাদা লুপখ্রবা ঙাওরবা নিপাশিংনা নুপী ঐখোয়না লৈবাক্কী য়াইফন্নবগীদমক, শান্তি ওইনা হিংনবগীদমক পায়খৎপা থবকপু, থৌ

লৈতনা থৌ থীবা কাংবুনি হায়দুনা হলান্দুনা ঙাংলি-শক্লিবা পুম্বদা নিংহন্নবীগনু। কাউবীরোইদবদি-ইন্টরনেশ্নেল বুমেন ইয়ার, মালেমগী নুপীগী নুমিৎ, বুমেন ইম্পবারমেন ইয়ার, নুপীদা শক্তি পীবা চহি-লমদম অসিদসু পালন তৌরিবনি। নুপী ঐখোয়না ঐখোয়গী ইথৌ পাঙথোকপদা অকায়বা করিসু লৈতে। লমদম অসি মালেমগী চাউখৎ লমজেলদা খ্বাইদগী তুংদ লৈহৌরবনি হায়বসি কাউবীগনু। নুপীদি ইমুংদগী মপান থোকপা য়াদে, কুপ্নোম শুদুনা লৈগদবনি, নিপানা তৌবা লৈবাক মাঙনা তারুবা থবক্তা বা ঙাংহৈদে, হায়দুনা লোন থোক্তবী, আইন খঙদবী ওঝা ওইবা ঙমদবী, পৃথিবীদা লমদম অসিগী মিংচৎ উরোং খিন্দুনা মেদল লৌরকপা ঙমদবী ওবোলা নুপী ওইনা ঐখোয় লৈখিগদ্রা??

ইঙালৈ ঃ লৈফম থোক্তে। ঐখোয়সু লমদম অসিগী ভোট্টর অমনি। লমদম অসিদা লৈরিবা নিপা খুদিংমক ইমানা পোকপনি। মমানা খোম পিথক্লগা চাউনবা য়োকপনি, চৎপা, বা ঙাংবা তম্বীরকপনি মমা লৈতবা নিপা কনা লৈ? চোংথোরকউ। মমাদু নুপীনি। নুপীবু উশিত্তবা নিপা মালেমসিদা লৈফম থোক্তে। করিগুম্বা, লৈরম্বা তারবদি-

লৈমা ঃ মহাক অদু লমদমসিগী রাজনিতি নেতা, এম এল এ, এম পি ওইরমগনি। (মখোয় অনি নোকমিন্নে)

ইঙালৈ ঃ মালেমগী নুপীনা-, য়াইফরে!! /পাম্বোইবী ইমা, য়াইফরে।।/দুর্গা মাতানা, য়াইফরে!!/জয় কালিমায়কী জয়!

(ইঙালৈগী মতৌদু উবদা লৈমানা খুবাক খুরগা নোকই। মীয়াম্না মশম ককথৎপিরবা, মমায়দা হামোক তৈশিনবীরবী ইনাকখুনবীগা, মফি মরোল শেগায়রবা মমায় মমিৎ ঈখেঙ চেল্লবা কমান্দো দাসকা মখুৎ পুল্লগা দেলিনা ইন্সিল্লকপদু উবদা লৈমা ঙকই। মশম পুন্সিল্লি, খ্বাংচেৎ শেৎচিল্লি। হরাউরম্বা মায়থোঙ মাঙখি। শ্বর মপী)

দেলি ঃ ইমা! মসিগী নুপী অসি মশাগী সনা শীনবগীদমক মপুরোইববু হাবী জাবী করপসন তম্বীবী, মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নিপাদা ময়ুম পানবী, নুপী খুন্নাইবু লৈখা তানা মাঙনবা থবক তৌবী চিনফেন ফবী মহারানীনি। নিপা অসিনা সরকারগী ওফিসারগী মায়খুম উপ্লগা মী হাৎপা পৈশা তানবা, প্রোমোসন লৈবা। আইনবু লান্না শিজিন্নরগা প্রজাবু হিংবগী মহাও য়াওহন্দবা। ময়াঙগী অশেংবা মিনাই মীরমচা। হকপান্নবী নুপী লৈনা লৈনা মপুরোইবা লৈবী নুপীবু লৌবা ঙম্বা। থৌনা ফবা মহারাজনি।-

লৈমা ঃ মহারানি, মহারাজগী ৱারী ঙহাক্তং লেপখো। দেলি ! নখোয়না পাঙথোরক্লিবা থবক অসিনা লমদম অসিগী নুপীশিংসি আইন কানুন খঙদবী, অচুম্বা অরানবা খন্তোকপা ঙমদবী, মৱা মপুরোইবা মনেম মকুনা ৱারক ৱাতেমদবী নুপীদি তারোইকো- ?

দেলি ঃ মীরমগী মীনা করি খনখিগদগে হায়বগী ৱাফল্লা ইমা ?

লৈমা ঃ মীরমগী মীনা হংবা নত্তে? ঐহাক্লা নঙোন্দা হংলি। মীচম, সধারন প্রজানা লমদম অসিগী পুলিস কমান্দো মহারাজবু, চিনবান্দা জরদা ক্ৱানা লৈতেংবী মারুটি কারগী মবেম্মা মহারণীবু, ফাবা ঙম্বগী শক্তি কনানা পী?

দেলি ঃ মীচম প্রজাদি মীওইবা নত্তবরা ? আইন হায়বসি মীনা শেম্বনি। মীওইবদা ঈশ্বরনা পীবা শক্তি-মতমগী মতুংইন্না, ফিভমগী মখা পোন্না, উৎলকই। শিবা কিরক্তবা মীদি থৌনা ফরকইকো ইমা। অচুম্বনা মমৈথংদা জয় ওইবসিনা অচুম্বা ওইবা তারবদি ঙসি নুপীশিংনা পাঙথোক্লিবা থবকসি লান্দে।

লৈমা ঃ করম্না ?

দেলি ঃ পুলিসনা ফাদ্রবদি মরাল লৈত্রে। ফাদোক তাদ্রবদি লান্দ্রে ।নৎত্রনে ইঙালৈ?

লৈমা ঃ ঙাংবগা থবক্কদি য়াম্না খেন্নবনি। মশা অমত্তা নত্তে?

ঈঙালৈ ঃ খেন্নদে ইমা। লান্দবা, ওইদবা ঙাংদবা। মথৌনা লৈবা মীগীদি ঙাংথোকখিবা ৱা থবক্তা ওন্থোকপগী শক্তি ঈশ্বরনা পীবী। চুমইকো ইমা ? ৱারী হান্না লিখিগে। নুপীশিংনা লান্দবগী ৱারী। কমান্দো যমরাজ মহারাজ অসিগা অপসারা মন্থরা মহারাণী অসিগা হোটেলদা রোমিও-জুলিয়েৎ লীলা শান্নরিঙৈদা মৈরা পায়বীনা ফাবনি।

দেলি ঃ হেরো হেরোনী অনিগী মচিন হংবদা মতৈ মনাওনি। মহাক্না মহাকপু লৌবা কুইরে হায়না আই জি পিগী মমাংদসু খুমই। থৌদোক অসিগী তারাবগী মতুংদা নহাক (দাসতা) থবক্তগী খুদক্তা সস্পেন্দ তৌরবা নৎত্রা ? অদুদগী ময়াম্না অনৌবা অনৌবী মখোয় অনিবু থানাদা পুরে।

ইঙালৈ ঃ মখোয় অনিগী মথক্তা, করি কেস- ?

দেলি ঃ এদলটরি ! সেক্সননা 497 IPC দন্দিনা চহি ৫ ফাদোপ।

ইঙালৈ ঃ কেস রেজিষ্টার তৌরে। মখোয় অনিবু ফাবদি ঐখোয়না শিন্নরগে হায়রম্লগা ইমাগী মনাক্তা নুপীশিংনা পুরকইবনি।

দেলি ঃ (দাসতা) নহাক হৌজিক কমান্দো ওইরিব্রা ? লীরিবা বারীসি লানবরা ? খুমউ ! নচিন পান্দব্রা (খুপাক্লা থাবা)

দাস ঃ সম্পেন্দ তৌরবসু ঐহাক পুলিস ওইরি। লূদা চংবা লিনহা ওল্লবা, মীয়াম্না ফ্বদা শোক্লবা মীদা অকন অরীং শীংবনা থৌনা ফবা শাবদি য়ারোই।

দেলি ঃ করি ? নহাক নিপানি, ঐহাক্লা নুপীনি। অদুনা নহাক্লা ঐহাকপু উশিৎতে অসিরা ? দাস ! নহাক ইদুকেসনগী মঙাল ফংদ্রি ? নহাক্লা উরিবা শক্তি অদুদি ঘমনধীনি। অচাউরম কানিংবা ফুটানি উৎনিংবনি। নহাক্লা চৈশূ পায়বা মশাদা খুদৈ অমদগী হেন্না থোংদবা মহাত্মা গান্ধিদগী নোংমৈ পায়বা মমল য়াম্বা শামতু ফিজেৎ শেৎপা বৃটিশনা হেন্না শক্তি লৈবা হেল্লি, থৌনা ফৈ-

লৈমা ঃ দেলি ! - দাস ! নহাক উপাই লৈতবদগী নহাক্কী শক্তি শিজিন্নবা য়াদবনি। মীয়াম্না নেৎপগা কাউবগদা নহাক চোকথনা উরে। অদুবু নমিৎ অদুদি নহাক্লা কমান্দোগী ড্রেস শেৎলগা নুপীশিং অসি নোংমৈনা কাপখায়দুনা হাৎলগা অশিবশিংদুনা নহাক্লা ফাবা লালহৌবশিং মুনবনি, লালহৌবগা নোংমৈ কাপ্নবদা শিবনি হায়নিংই, নৎত্রা । রসিয়াগী বোলসেবীক্স বিভোলুসন নিংশিংউ লৌমীশিংগী ইহৌদা নিংথৌরোন, জার মায়রোং য়াবা ঙমখিব্রা ? মথবাং মাঙখিবদুনি। কমান্দো নহাক্লা মীনুংশি মচেৎ অমত্তা য়াওদনা হাৎখিবা নখুৎচল্লবা নহারোলশিংদুগী মমাং কয়া মীয়ামশিংসিগী মরক্তা য়াওরিবনি। মুঃ য়েকউ। মহাকপু হিংনা ইনাক পুরকইবসে নংগী নরাইবক ফবনি। ইশাগী ইবাল ইশানা লৌজগদবনি। দেলি ! মখোয় অনিগী মখুৎ পুল্লিবদু লৌথোকউ। মীয়ামগী মফমদা মখোয় অনিসি শিন্নরবনি। মখোয়গী দন্দিদি কোর্টনা পীহনসি। নুপী অসিনা নুপী ঐখোয়দি শমসি য়াম্না পাম্মুজে অদুনা মরু কোকথোক্লগা উ মোরোক শিজিন্নরগা, নিপা অসিনা মহাক্কী ময়ুম দোলান মথোল ৪ দু কাবা ঙমদনবা মখোঙ থুদেক্লগা, শেন- মিংচৎ প্রোমোসন তাল্লিবা মখুৎ য়েৎ অসি য়াউহন্দ্রগা পুলিসতা শিন্নখো। দেলি ! কমান্দো পাঙ্গনবা অসি পুথোকখ্রো। ইঙালৈ ! নুপী অসি মৈরাপায়বীশিংদা শিন্নরুরোদনা কদৌরি ?

(মখোয় অনিবু পুথোকখিবদা দেলি-ইঙালৈনা লাউই - "মীয়ামগী শক্তিনা" মীয়াম্না "য়াইফরে")

মালেমগী নুপীনা, মীয়াম্না, য়াইফরে। মীয়ামদুনা "ঐহাকসু অমুক্ত ফুহৌখিগে" মখল মথেলগী খোল্লাউ- পুখরে। চৎথ্রিবদু য়েংনা য়েংনা লৈমা মপি চেষ্টরকই। কপই। চৌক্রিদা ফল্লগা মখুৎ অনিনা মমায় খুমজিল্লগা হিক্লা হিক্লা কপই। কম্বেট ড্রেস শেৎপা পেলে থুনা চংলকই)

পেলে ঃ ইমানা ঐহাকপু খুৎলাই পায়রগা লাকউ হায়ববু করি তাকপিগদবা ?

লৈমা ঃ (মমায় ফৎ হাইগৎলকই) নহাক খুৎলাই মতিকচানা পায়রবা নৎতবরা ?

পেলে ঃ থাঙ, গ্রেনেদ, রিভোলবর, এম সিক্সটিনগী নোংমৈ অসিনা লান্মী অমগী খুৎলাই মতিক চারে। (পাইসো ফিংনা চংলকই)

পাইসো ঃ ইমানা পাইসো ঐহাকপু কৌবিব্রা ?

লৈমা ঃ কৌই। মরম - মী হাৎকদবা লৈ। ফীজোল অমসুং খুৎলাইদি মতিকচানা থৌরাংলক্রেদনা। গুড, নিপামচা হায়বদুদি মতম খুদিংমক্তা এক্টিব ওইগদবনি। কৈনা ময়া অমদি খুজিল থাদবগুম নিপাদি খুৎলাই থাবা হৌনদে।

পাইসো ঃ কনা হাৎথসিগে ইমা ? (পাউলেন পাইশিন্নকই। পাইসো উনবমক্তদা খুৎলাই শথনৈ)

লৈমা ঃ পাউলেন ! নহাকপু ইমানা কৌবনি। ইমাগী নাক্তা হান্না চংলকখো।

পেলে ঃ ঐখোয় অহুমথক কৌবা ! (পাইসোগা য়েংনৈ) মী হাৎনবা ? ঙসিগী ইমাগী শক্তম ! ইমানা পামইবসি করিনো ?

লৈমা ঃ মীওইবগী হক মৎপিরবা লৈবাক অসিদা, ইচা ইশু মহৈ তম্ফম খঙদ্রবা, পোৎ চৈগী মমলনা হেনগৎখিবদগী হস্থবা কৌবা লৈত্রবা, লায়রবনা চঙ ফংনা নংলবা, ইনাকখুনবগী য়ুন্না অতিয়া পক্রবা, নুপীগী ইজ্জৎ সন্মান থমদ্রবা হিংবগা অশিবগা খেন্নবা লৈত্রবা লমদম অসিগী মমাং অমা ওইনা ঐহাক্কী শকফম করি ওইফম থোকই ? মীগী শেন্না খ্বাঙ কোয়রবী, চরা হেল্লবী, শিবা ঙাইরবী ঐহাক্না করি বাখল খল্লমগনি ? ঐহাক্না ইয়াঙ কংলিবা, শকফম, মক্রিবা বাখলনা চিন্তা ওইরিবসিগী মরম নখোয়ননি।

মখোয় ৩ ঃ ঐহাক্না ? ঐখোয়না ??

লৈমা ঃ য়েস নখোয়না। মচা ওইবা নখোয়না নমাগী মফমদা উৎলীবা ব্যবহার, নমাগী খোন্নাং লমন শিংববু নচিন ননাও য়েক্লবা ওইরগা মী হাৎপা, হিংচা য়াইতম্বগী শাজৎ চৎপা, শেন পাম্বদগী ডাকু ওনবা, নোংমৈ পায়রগা থৌনা ফবা শাবা-অসি নৎত্রাও ? নখোয়গী শাজৎ লমচৎ বাঙাংনা তৌথোরকপা থবক্না লৈবাকসিদা লো এন্দ ওর্দর লৈত্রে, চাউখৎ থৌরাং অমত্তা পায়খৎত্রে, লমকোইবা টুরিষ্ট লম অসিদা কোয়রকপা কিরে। হিংচাবা বোককী চাকথাক থাকপগুম নখোয়গী খরচ অমদি চিঙ্গাক, নফি নরোল, মোতোর সাইকল, জিপসি পীনবা হোৎনবদা প্রজা ঐখোয় হিংবদা বারে। নখোয়না নমা নপা, নচে নচল নচিন-নাওশিংবু নুঙাইহনগনি, ইন্দিপেন্দেন্স পীগনি হায়বদু শিবদা নিংতম্বা পীরিবা অসিরা ? নখোয়নসু হাৎলি, সিফাইনসু হাৎলি লমদম আসিগী

প্রজা করম্না হিংগদৌরিবনো ? (কপই) অদুনা ঐহাকসু মী হাৎপা তারে, নখোয়সু হাৎতোক্লরো। ঐখোয় অমত্তা হিংলরোইসি। অদু ওইরবদি মালেমসি শান্তি ওইরনি, প্রকৃতি চাউখৎলনি, শা উচেক মনিং তম্না হিংলনি। ঐখোয় হাত্তোক্লরসি, অমত্তা হিংহৌবা য়ারোই, নংসু নংসু নংসু -

৩ : ইমাগী ৱাখল তায়োন্নরে।

লৈমা : তায়োন্নদে। ইমা ঙাওদ্রি। কয়ারক য়েংলবনি, খনবা য়াবা মখৈ খল্লবনি। নখোয়গী নশক মুন্না খঙলে। নখোয়গী লম শরুক পীয়ু, হোমলেন্দ শেম্লগে, তোঙান চারগে। নচিন ননাও শম্বন খা-নারগে হায়বা নৎত্রা ? ইমানা নখোয়গী ননিং থুংহল্লনি, নরন্নাই শেমকৎচরো, মীরমচাদা য়োম্থোক্লম্মগা রিফ্যুজি ওইনা মীরমদা লৈগে খল্লসু লৈরুরো ? অদুগা অসিমদি খঙউ-

৩ : করি ?

লৈমা : লমদম অসে বর্ম্মনা বৃটিশনা পুবা ঙমদবদগী থনম্মবনিকো। বর্ম্ম মহাদেশ, পৃথিবীগী মপু বৃটিশনা পুবা ঙমখিদ্রবা ইরমদম অসে নাগালেন্দ ষ্টেটনা পুবা ঙমগদ্রা ? ওইথোক্লোই। নখোয়দি মীচেন ওইনা মীরমদা তাংজদুনা লৈরুবদি য়াই। লৈবাক অসিগী য়েতুম মতোন্দা পকপা লমগী ইফুল মরিক অমা ফাওবা পুবদি নমঙদা ফাওবা মঙলুনু

৩ : (লৈমানা লেকথরকপদু উবদা) ইমা ! কদৌরে??

লৈমা : চঙশিল্লকনু। মীহাৎপা নখোয়গী পাপ চেল্লবা নখুৎতুনা ঐঙোন্দা শোক্লকনু। নখোয় থৌনা ফবা ইচা ঙাক্তনি। শিববু শীংনবা ঙল্লবনি। করিগী লম মচেৎ য়েন্নগনি, পুল্লব লৌ। নখোয় ৩ হাত্তোকনৌ। অমা ফাওবা হিংহৌবা য়ারোই। ঐহাক্কী হকুন্নি। নমাগী য়াথং ঙাকউ-

৩ : ইমা ! করি য়াবানো অদুদে?

লৈমা : নখোয় অহুম হাত্তোকনৌ। অমত্তা হিংহৌবা য়ারোই। ঐহাক্কী ওর্দরনি। নমাগী য়াথং ঙাকউ। নথৌ পাঙথোকও-

(ইরাউখোল ম্যুজিক, চংখি)

পেলে : পাইসো! করি খল্লি?

পাইসো : ঐহাক্না পাউলেন হাৎপা

পাউলেন : পেলেনা ঐহাকপু হাৎপা

পাইসো : পোলেন- নাগা, কুকি অনিমক, শিরবা- অদুদি .... মৈতৈ পেলে হিংহৌরে।।

পেলে ঃ ঐখোয় অহম্মক হিংবা য়াদবনীনা ইমানা ঐহাকপু হাৎপা । অদুগী মহুত্তা, পাউলেন! নহাক্না ঐখোয়গী ইরক্তগী তোখায় তানিংলবা নাগা পাইসো অসি হাৎলো। পাইসো হাৎলবগী মতুংদা রিভোলবর পায়য়ু! নহাক্কী রিভোলবরনা ঐহাক্কী কোক অসিদা, ঐহাক্কী নোংমৈ অসিনা নহাক্কী নকোক অসিদা নম্লগা অমুক্তদা কাপশিল্লগা ঐখোয় অনিমক শিরবদি-

পাউলেন ঃ অদু ওইরবদি ঐখোয় অহম্মক শিরে। ইমাগী য়াথং ঙাক্লে। অদুবু পেলে! ইমাগী লমসি ঙাক্লনবা, ইমাবু থাকহৌনবা ঐখোয় অনিগী মরক্তা অমদি হিংহৌবা ফবনি।

পাউসো ঃ নখোয় অনি শিরগা ঐহাক্না ইমা কোলহৌবদি-

পাউলেন ঃ অদুদি, নহাক্না ইমাবু নাগা ওলহনখ্রগনি।

পাইসো ঃ মদুদি মশানা তাবনি। নহাক মৈতৈগী লাই হরাওবা য়েংলে? মৈতৈনা লাৎলিবা পাছোইবী হায়বদো নাগা নুপীনি।

পাউলেন ঃ নাগা নত্তে। হাওনুবীনি।

পাউসো ঃ হাও হায়বসি নাগানি।

পাউলেন ঃ নত্তে। চীংদা খুন্দাবা কাংবুসি হাওনি। হাও মরিং, চোথে, কবুই, কোম, মার পাইতে, কুকি ঐখোয়-নাগা নত্তে।

পাউসো ঃ ঐহাক্তি?

পাউলেন ঃ নহাকসু নাগা নত্তে। নহাক্তি তাঙ্খুলনি।

ইঙালৈ ঃ (খেক্লা খেক্লা নোক্লগা চংলকই, জগোয় শাজিল্লি) শিরগদবা মীশিংনা মরৈ যেৎনরগা অশিবগী খয়াওগী নাম্ছোকপা য়ারোই। শিরমদাইদদি ঈশ্বর খুরুমউ। নহাক নহাক্কী লঙজখিবা পাপতু কোকপিয়ু হায়জৌ। অদুগা নখোয়বু স্বর্গদা লৈহনবীনবা খুরুমজৌ।

পাউসো ঃ ইঙালৈ। নহাকসু নোংমদি শিরগদবনি, ঈশ্বর খুরুমউ নহাক্কী ঈশ্বরবু কনানো?

ইঙালৈ ঃ ইমানা ঐহাকপু শিনবগী য়াথং পীরক্লি। অদুনা ঐহাক্তি শিবা য়াদে। ঐহাক্কী ঈশ্বরদি তাইবঙ শেম্বা মপুনি। ঈশ্বরদি শুপ্নগী অমখক্তনি। শায়োন য়ামজবনি। মালেমদা লৈরিবা ঐখোয় মীওইবা পুম্নমক ইচিন-ইনাওনি। মদুসু খঙদবা নখোয়দি অপঙবনি। নখোয় অহম্মক শিবদা মতিক চারবা ঙাক্তনি। ৱারেম ঙাংদুনা মতম মাঙহল্লনু। ইমানা নখোয় শিবা ৱানা ঙাইহৌরে।

(নোক্লগা থোকখরে)

ঐখোয় অহম্মু শিরো হায়না শাপ তৌরন্নগা ঐখোয়গী থবায়বু কোনগদবগী ইমানা ঙাইহৌরি হায়বা? ঐখোয়বুদি নুংশিদবা অদুগা পাইসো, পাউলেন, পেলেগী থবায়বুদি পাম্বা ?

পাইসো: পাউলেন- পেলে! ঐখোয় শিদবসি য়াররোইদরা ?

পেলে : ঐহাকসু শিনিংদে। অদুবু ইমাগী য়াথং মচা ওইবা ঐখোয়না হিক্তোকফদে। ঐখোয় শিদবা য়াররোই।

পাউলেন: ঐখোয় অহম্মক শিবগী ইমাগী ওর্দর অসি অহৈবা উকিল অমা নেক্লগা অপিল তৌবদি -

পাইসো: উকিল অমা লাক্লে। আপিল তৌসি। মিস দেল্লি!

পেলে : কনাগী কোর্টতা তৌগদৌরিবা আপিলনো?

পাউলেন: দেলিদি য়াম্না শিংবনি। মহাক্তি খঙলমগনি। হেল্লো দেলি! ঐখোয়গী অরুবা কেস অমা লৈরে। প্লিজ

দেলি : (চংলকই, মখোয় অহুম উবদা ঙকই) এ, লোক অমদা কৈজাও অহুম পুল্লপ লৈরমইনা! হাত্তোক্লগেদি হায়দ্রদনা কদৌরমইনো? করিগীনো তুমিন তুমিন্না লৈরিবদে? করি কেস লৈগে ? এনি প্রোব্লেম?

পেলে : ঐখোয় অহম্মক ইমানা কৌরগা শিবগী হুকুম পীরম্লে।

পাউলেন: ঐখোয় অহম্মক নৎত্রবসু অমত্তংদা ওইন্নবসু হিংনবা আপিল তৌবিদবা যাদ্রে।

দেলি : অমদি কনা ?

পাউলেন: ঐহাক

পাইসো: ঐহাক

দেলি : তামো পেলেদি হিংবা পামদ্রবরা? শিনিংলব্রা-ও?

পেলে : শিবদি শিনিংদে। হিংবা তারবদি ঐখোয় লোইনমক হিংবা পামই।

দেলি : উপাই লৈতে। ইমাগী ওর্দরদুগী কোপী ঐহাক ফংলে, কয়ারক হন্না খন্নরবগী মতুংদা ইমানা নখোয় ৩ হাত্তোক্লবা, ইচাসু মীচাসু লমদম অসিদা অমত্তা হিংহৌবা য়ারোই হায়বগী হুকুম্নি। আপিল তৌবা য়াররোই। শিবা তাবনি। (মখোয় অহুম শুকথখি) ও য়েস, লাইবক য়েংনবা চাঞ্চ অমদি লৈ -

৩ : করি চাঞ্চ ?

দেলি : ইমাগী য়াথং ঙাক্তবা য়ারোই। নখোয়সি লোইনা হাত্তোকপ্লে। নখোয় অহম্মক শিরবদি -নখোয় হিংবসু য়াই।

পাইসো ঃ মীবু শিরগা হিংবরনে?

দেল্লি ঃ পাইসো ! নাগা ওইনিংবা তোঙান তানিংবা, নাগালেন্দদা তিন্নিংবা, নহাক্কী পোক্লফম লমদমবু অমদি নরমদমগী মচিন মনাওশিংবু নুংশিবা ঙমদবা নাগা পাইসোদু হাত্তোকখ্রো। ইমাগী মনাক্তা তাংখুল অমা ওল্লগা চংজৌ। নহাক হিংবগী চাঞ্চ লৈ।

পাইসো ঃ ঐহাকসে? নাগা পাইসো হাত্তোকখ্রগা তাংখুল ওইবা !

দেল্লি ঃ পাউলেন! উম .... কুকি পাউলেনদু হাত্তোকখ্রো। তোঙানবা জাতিগী বাখলদু শিহনখ্রো। লমদম অসিগী অশেংবা প্রজা অমা ওইরো অদুগা হিংবা য়াব্রা য়েংঙউ।

পাউলেন ঃ ঐহাকসি কুকি ওইদ্রবা, কুকি হোমলেন্দ তানদবা লমসিগী প্রজা অমা ওইবা।

দেল্লি ঃ তামো পেলে! অমাঙ অশেঙ, শাগৈ জাৎ চাউবা পিকপা, অশিংবা অপঙবা, মানা মহেল্লে হায়বগী বাখল খল্লিবা মৈতৈ পেলেদু হাত্তোকখ্রো। অদু ওইরবদি হিংগনি। - গুড বাই, পাইসো, পাউলেন, পেলে! গুড বাই ফোর ইভর। নখোয় পুন্নমক শিখ্রো। অমুকহন্না উন্নরবোইসিকো। ফেয়রবেল, বিদায়- (চংখরে। মখোয় অহুম মুরুম মুরুম শোল্লগা বাখল খলহৌই। ইরাউখোল। নোংলৈ নুংশিকা ইরোইননা লৈমানা অরোইবী খোঞ্জেন্দা কৌরকই)

লৈমা, পাইসো ঃ (মনুংদগী) পেলে-পাউলেন! ইমানা নহাকপু কৌরে। (চেনখরে)

লৈমা ঃ পাউলেন!!

পাউলেন ঃ ঐহাকপুসু কৌরে। লাকএ ইমা- (চেনখরে)

লৈমা ঃ পেলে!!

পেলে ঃ ইমানা ঐখোয়বু কৌরে। ইমা- ! নচা লাকচরে। (চংখ্রে) অখাক অরাও, নোংলৈ নুংশিৎকী মরক্তা খ্বাংচেৎ শেৎপী মশম-মনা ফারবী লৈমা চেম্ব্রোরকই। মায়কৈ ওন ওন্দুনা পাইসো, পাউলেন, পেলেবু কৌই। ইঙালৈ- কবুই ড্রেস চেল্লিল্লকই)

লৈমা ঃ নহাকপু ঐহাক্না কৌখিব্রনে? মহাকপু কনানো ?

ইঙালৈ ঃ নোংচুপ-অবাং হারমগী চীংশাং লাকপা ইমাগী ইচা য়াইমানি। ইমানা ইচাশিং কৌবগী তেংথাখোল কৌরু চীংদোলদা তাবদগী লাকচবনি।

লৈমা ঃ ইমানা নহাকসু উম্ননিংই। নহাক লাকপা নুঙাইরে (পাইসোদা ) নহাক্না কনা ?

পাইসো ঃ (সিভিল ড্রেস ফুরিৎ অঙৌবা) তোঙান তানিংবা নাগা পাইসো হাৎপা নোংপোক চীংখৈ ঙানবা নচানিপা অহল তাংখুলনি।

পাউলেন : বর্ম্মদগী শাইদাংলকপা য়ুম অমা নিংথৌ অমা লৈনিংবা মপুক ফত্তবা কুচু মুবা মী মচা পাউলেনদু ঐহাক্না হাত্তোকচখ্রে। ঐহাক খা মায়কৈগী পনওাকপা নচা কুকিনি ইমা

পেলে : (ফিজম) ইমাগী য়াথং তুংইন্না, অশং-অমাং খায়বা শাগৈ-জাৎ অচৌবা শানিংবা ময়াংগী খোঙবী মচুম থকপা মীনাই মচা পেলেবু হাৎপা, নচানিপা অতোনবা মৈতৈ পাঙ্গলবনি ইমা।

লৈমা : মতম কুইরবগী তুংদা ইচাশিংনা ঐহাক্কী ইনাক্তা পুন্না লেপমিন্নরবসে ইমা পেল্লে। নচিন ননাও খুজেং পাল্লোইনৌ (পাইসো, পেলে, পাউলেন মুখৎ শন্নৈ) নখোয় অহুন্না পাইসো, পাউলেন, পেলেবু তংশেংনমক হাত্তোক্লম্মেকো? মখোয় অমুমক হিংলক্লরোইকো? নখোয় থ্রাশকউ !

৩ : থ্রাশকচরি (দেলি চংলকই, মৈতৈ নুপীগী দ্রেস) পাইসো, পাউলেন, পেলে শিখ্রে। অমুক হন্না উবা ফংলরোই। থাজদ্রগা দেলিদা হংবীয়ু

দেলি : ঐহাক্না শাক্কিনি ইমা। মহাক নাগা পাইসো নত্তে, থাইনা ফুটবোলদা ফাওরম্বা পুকচেল চাউবা তাংখুলদুনি। মহাকসে তেংনৌপলদা লুট তৌবা, সদর হিলগী ডাকু পাউলেনদু নত্তে, পাউলেন শিখ্রে, মহাক্তি রাজনিতি দল কুকি নেস্নেল এসেমব্লি লিংখত্তুনা ইমাগী সেবা তৌরক্লিবা কুকি অশেংবনি। মসিসু পেলে নত্তে, পেলেদি হাৎখ্রে। মহাকসি মৈতৈ পাঙ্গনবনি ইমা।

ইঙালে : ইমাগী লমহেনবা ইমাবু থ্রা-নাবা শিল্লম্বা নচা শারম্বশিংদু লোয়না শিখ্রবনি। হরাওরো ইমা, নোক্লো। নাগাদি নাগালেন্দদা চেনখ্রবনি।

লৈমা : অশেংবা ইচাশিং ফংজরবনিনা ঐহাক হরাউরগে। অদুদি ইমাগা লোয়ননা হৌ চোংলসি (থাবল চোংবা)

দেলি : ঐহাকসু য়াউবা য়াব্রা ?

ইঙালে : করিগী য়াদগনি? লমদম অসিদা লৈবা জাতি পুন্নমক য়াউবা য়াই।

দেলি : অদুদি ঐহাক কদায়দা য়াওগনি?

লৈমা, পাইসো, পেলে, পাউলেন খুৎশন্নরগা থাবল চোংবদু য়েংলবগী মতুংদা পেলেগা পাউলেনগগী মরক্তা ইঙালৈনা দেলিবু ইজিনখি। ইঙালৈনা পাইসোগা পেলেগগী মরক্তা য়াউখি। থাবল জম-জম মখোয় হরাউনা চোংই। লৈমনা লাইরেন মথেক চিংলগা চংখরে। বেন্দগী মখোল নেমথখি।

---

# শারঙ নোংশা

## সিন - ১

(ইম্ফাল। নুমিদাং পুং ৮ সরকারগী উকিল রাধা ময়ুমগী ড্রোইং রুমদা ইংলিস খবর পারি। নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল তারকই। রাধানা মখোলদু মায়কৈ কদোমদগীনো তারবগী মতুংদা থোঙ থোঙনাউ লোম্লিল্লি।)

রাধা : নুমিৎ খুদিংগী কাপ্পবগা হাৎনবগা করম্বা ইরৈবাকনো খংদ্রেদা করম্বা মতমদা শান্তি ওইনা লৈরগবা? (থোঙদা কোক কোক থিল্লকই) কনানো? কনা ওইরবনো? (হেন্না হৌনা থিল্লকই) কনানোনে!

(রাধানা থোঙ হাংদোকই। নোংমৈ গুলিনা পাল্লবা কেমোফ্লেক্কী ফিজোল শেৎপা নহারোল অমা লিৎশিল্লকই। থোঙদু পুনা হাপচিল্লগা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা থোঙদা ভারগা কুপ্থখি।)

রাধা : নহাক কনানো? নহাক নহারোল্লা? নহাক্লা চংলকইবা য়ুম অসি কনাগী য়ুমনো খংব্রা?

নুপা : খংজৈ। এদভোকেট জেনরেল মেদাম রাধাগী য়ুম্নি। ঐগী ৱাখলসি তায়োন্নরব্রা?

রাধা : তায়োন্নদে। সরকারগী উকিল রাধাদু ঐহাক ইশানি। মিৎকুপ খরগী মমাংদা ঐহাক্লা নোংমৈ কাপ্পবগী মখোল তাখি। মদুদা নহাক নোংমৈনা পাল্লবা মীওই অমনি। চুমইকো?

নুপা : আর্মিনা এটেক তৌরকপদগী ঐখোয়সু ইশা কন্নবা সেলফ দিফেন্সতা খুৎ হনবা তাখি। ঐহাক আর্মিগী গুলিনা পাল্লে। চংজফম লৌরবনি। ঐ শ্বর হোনবা ৱারে ইমা ইবেম্মা।

রাধা : নহাক য়াওল্লুপকী মীনি, শোয়দ্রেকো?

নুপা : মান্নী হায়না খুমজবা তারে - অসঃ...

রাধা : ঐনা পায়রিবসি মোবাইল টেলিফোনি পুলিস কৌরগা নহাকপু শিন্নরবদি নহাক্কী অশোকপদু সরকারগী ডাক্তরনা লেম্না লায়েংবিগনি। লোক

অপত্তা অমদি জেলদা চাকসু লেম্না ফংগনি। ঐহাক মদুগী থবক অদু ফাওবদি তৌবিররোই। নহাক খুদক অসিমক্তদা মনিংলোমদা চৎখ্রো। ঐগী য়ুমগী মনিংদা লৈরিবা শম্বন অসি লাষ্হোকপদা মেনরোদ লৈরবনি।

নুপা : ইমা ইবেম্মা (নাইন এম এমগী পিষ্টেল পুথোরকই) ঐহাকসি শাশিন্নবা, ওক্তবা নহারোল ওইনা খনবিরবদি, পিষ্টোল অসিদা গুলি ৬ হেন্না য়াউরি, মরদশিং অসি ঐঙোন্দা কাপশিনবিয়ু। ঐবু ইমাগী তম্পাক্তা পোথাহনবিরো। নচাগী হকচাংদা মীয়ান শিফাইগী নোংমৈ গুলি লৈরি। ঐবু মিৎকুপ খরদং পোথাহনবিয়ু ইমা।

রাধা : (নহাদুনা পিরকপা পিষ্টোলদু লৌরগা) ঐহাক নহাক্কী নমিং লৈফম, করম্বা কাংলুপকী য়াওল্লোইনো হংলোই। মরম খংব্রা? খঙলমগনি। নোংমৈ গুলিগী চৈনাখোলদু ঙহাক তুমিন্না খাংউ। মৈতৈ নোংশা পাউনা ব্রজবাসিনা খোঙজোম লান্দা মশাদা ব্রিটিশকী নোংমৈ গুলিনা মশিং খংদনা পাল্লবদা অয়ো নাহেখিদে। ঐহাক নখোয়গী মীকপ মীরাউখোল তানিংদে। তুমিন্না ঙহাক্তং লৈয়ু। মখোল অসি তারব্রা? নোংমৈ কন্না কাপ্পরি। নহাক্তি হিংহৌরে। মী খরদি শোয়দনা শিরম্লগনি। (ৰাখল ঙহাক খল্লবগী মতুংদা টেলিফোন তৌই) হল্লো! কনানো? ডাক্তর বোনলা? বোন! মান্নী, ঐ নচে রাধানি। য়ুমদগী। নহাক খুদক অসিদা ঐগী য়ুমদা লাকউ। সর্জিকেল ওপরেসন অমা দরকার ওইরে। বুলেট ইঞ্জুরিনি। নো নো। হোস্পিটালদা পুরকপা য়াবা পেসেন্ট নত্তে। অশোকপা মীসি কোলাপ্স ওইরবনি। মমাংগী গেটলোমদা লাক্কনু। মনিংথোংদা ঐ গেট হাংলগা ঙাইরমগে। ইমর্জেন্সিনি, ভাব তারব্রা? (নহাদুদা) ইবুংঙো মনুংগী কাদা চংলসি লাকও। কমান্দো লাকপা য়াই।

নুপা : ইমাগী লমন নচাগী পুন্সিদা কাউজরোই।

রাধা : বা ঙাংগনু। নহাক ঐগী ইমুং অসিদা নপুন্সিগী চেংঙ্গেল নিবা চংলক্লবা নত্তরা? নহাক্না ঐঙোন্দা ইমা হায়না কৌরবনিনা ঐহাকসি নহাক্কী কনা ওইফম থোক্রে। ঐহাক নমাংদা নমা ওইনা লেপ্লি। ইমাদা করি হায়নিংই।

নুপা : ইমা, মমা ওইবীশিংগী নিংখা তম্বা পুরক্লবগীদমক নচা কয়াগী ঈখেঙনা পোক্লফম ইরমদমগী লবুক লমহাংদা চাইজরিবনিনে ইমা।

রাধা : ইবুঙো, ইবুংঙো...। সে ইমাদা কোল্লকউ। মনুংগী কা ফাওবদং চংসি। খোঙ্গেল থোক্কনু। চৈনাখোল খাঙউ। (পুশিনখি)

মপান্দা হবাগাড়ী ময়ামগী মখোল তারকই। খামখ্রে। থোঙদা কোক কোক থিল্লকই। কোলিং বেল খিংলকই। রাধানা কা মনুংদুদা ঈ তাব্রা য়েংই। অদুদগী করিমত্তা তৌখিদবা শাদুনা খবরদু পায়রগা থোঙ হাংদোকই।

রাধা : য়েস, কম ইন!

(কমান্দোগী ওসি রঘু চংলকই। রাধাদা শলাম তৌই।)

রঘু : গুদ ইভিনিং মেদাম!

রাধা : এঃ কমান্দোগী ও সি শাহেবনিনা, করি খল্লসিগে?

রঘু : মখাগী হৈনৌবোন্দা অর্মিগা নহারোলগা এনকাউন্টর তৌনরে মেদাম। আর্মি ৫ শিরে। নোংমৈনা পানবা নহারোল মায়কৈ অশোমদা চেনখিবগী খুদম ফংবদগী খোঙ্গুল লীজরকপনি।

রাধা : ঐহাক্কী য়ুমসিনা চেকপল পুমকোই কোইশিনবসিদা কাপ্পবদু তাহৌদ্রবনিদো। ফমউ, চা থকখিসি

রঘু : নো থেঙ্কস। য়াজরে। নহারোলশিংদু মেদামগী কম্পাউন্দ অসিদা চোংশিল্লগা লোৎপ্রা হায়না চেক তৌজবনি।

রাধা : চেক তৌফম থোকপনি। চিংনবা কোক্লবা ইমুংসু সার্চ তৌবদা করিসু অকাইবা লৈতে। ঐনা অয়াবা পিরি।

রঘু : য়াজরে (মমিৎতি ইমুংলোমদা, থোংনাওরোমদা চিংননা য়েংই।) চেনশিল্লক্লম্বা থোক্লবসু চৎখিরম্লগনি। থেঙ্ক ইয়ু মেদাম

(শেলুট তৌরম্লগা থোকখ্রে)।

রাধা : থেঙ্ক ইয়ু! (ইমুংলোমদা কৌরগা) বোন! থবক লোইরব্রা? লোইরবদি অমুক্তা থোরকখো। তারব্রা?

ডা: বোন : থোকচরক্লে ইচে!

রাধা : বোন! ওপরেসন লোইরব্রা? মহাক করিসু থোইদোকপা তৌররোইকো?

বোন : ওপরেসন পাঙথোক্লে। আউট ওফ দেঞ্জর - করিসু চিংননিংঙাই লৈত্রে ইচে।

রাধা : মহাক্লা জ্ঞান হেক তারকপদা - মহাকপু থিল্লনবগী থৌরাং ...

বোন : ইচে, মহাক্কী মরিংজেলর্সি নৌপ্পা তশেংনা কি। মহাকপু শিধহন্দনা ওপরেসন তৌরগা মশাদগী নোংমৈ গুলি অনি লৌথোকপদা অয়ো হায়দে। মহাক চৎখ্রে।

রাধা : করি? করম্না চৎখ্রিবা?

বোন : ঐহাক্না শম্নগা মনিংগী শোরোক ফাওবা থিন্দোক্লুই। শোরোক য়ৌবদা মহাক্না টোর্চ লাইট মচা অমা অতিয়াদা অহুম্নক কাপই। কদোমদগীনো খণ্ডদে, লাইট থান্দবা মখোলসু তাদবা মারুটি ভান অমা থৌরকই। মদুদা মহাক তোংলগা চৎখ্রে।

রাধা : (বাখল মুন্না খল্লি) মহাক্না করিগুম্বা অমত্তা হায়রমদব্রা?

বোন : ইচেবু অমসুং ঐহাকপু থাগৎলমই। ইচে অমসুং ঐহাক্কী লমন শিংবা ঙম্বা ঈথৌ পাখংবনা কুবিবা ওইসনু হায়রমই।

রাধা : উম। ঐগী বাখল চুম্লে। মহাক মীরোন লোনবা নোংশানি।

বোন : ইচে।

রাধা : করি হায়নিংই ইপ্পানা হায়নিংবদু নচেদা চিংনদনা হায়য়ু।

বোন : ইচে সরকার অসিগী এদভোকেট জেনরেলনি।

রাধা : মান্নি। মখাদি?

বোন : নৌপ্পা ঐহাক স্পেসিয়েলিষ্ট সর্জননি। রিমসকী প্রোফেসারনি।

রাধা : অদু কদৌরবা?

বোন : মহাকুম্বা আইননা থিংখ্রবা লানহৌলুপকী মী অমবু ইচেনা চংজফম পিবদা নত্তনা ঐহাক্না লায়েংবসি...

রাধা : নহাকসু ঐহাকসু না তাথিবা অমত্তা নত্তে। তপ্না ঈংনা বা ঙাংবা তম্বসু ফৈ। ইচে খংই, নহাক ফোরেন কন্ত্রি ইংলেন্দ, য়ু এস এ, জর্মনি, ফ্রান্স অমদি জপান্দা ট্রেনিং চৎলুরবা সার্জননি। নচে ঐহাকসু অচম্বা এল এল বি নত্তে. ইংলন্দগী *বার এট-লো* নি। ইপ্পাবু মীরৈবাক্তা লৈরিঙেদা ঐখোয়গী ইরৈবাক্কী মনা মশিংগী এঞ্জাং, হিদাক লাংথক, মরুপ মপিজা, লমদম অসিগী প্রকৃতিগী দৃশ্য কয়া করিগুম্বা মিৎকুপ্তা নিংশিংলক্তবরনে?

বোন : করিনো ইচেনা ঙাংইবদুবো? তাইবঙ মীওইবা কনানা মমা লৈবাকপু নুংশিদবা, নিংশিংনদবা য়াউবগে?

রাধা : করেক্ট। য়ু আর অবসোলুটলি রাইট। নহাক্কী পোক্নফম লমদম নরৈবাকপু নুঙশিরবদি নরৈবাক্তা লৈবা মীপুম খুদিংমকপু নুঙশিফম থোক্তব্রা?

বোন : ইচেগীদু ফিলোসোফিনি। সরকারগী থবক তৌরিবা ঐখোয়না আইন্না য়াদবা মীদা তেঙবাংবসি - ইচিন ইপ্পা খোং নাম্মা জেলদা থাংজিনবনি।

রাধা : পোকঙমদনা পোক্লবা মীওইবা অমগী সেবা তৌবসি ঈশ্বরদা থৌগল তৌরবনি। তাইবং মপুনা মীওইবা শেমই। মীনা আইন শেমই। ঙসি ইরমদম অসিগী এম এল এ, মন্ত্রি, ওফিসার কনানা লো ওফ দি লেন্দ খংলগা ঙাক্লা চৎলি? এপোইন্টমেন্ট, ট্রান্সফর, প্রমোসন... পুন্নমক্তা অনা সিকি, হাবি জাবি - (ঘরি য়েংলগা) হুম, নহাক থেংখ্রনি য়ৌরো।

বোন : অদুবুদি চুমই। আইনবু ব্যবহার তৌরগা অচুম্বা থবক তৌবা মী থিবদা বারে। মিনিষ্টরদগী চেং কেরোসিন য়েনবা এজেন্ট ফাওবা হুরানবা ঙাক্তা ওইরে। নহারোলসু খোংউপ লুপা লিশিং পিবা তোংনবা, মোটোর সাইকল অহনবা তোংনিংবদগী নহারোল লানহৌবা ওল্লে। হুরানবনা খুৎলিংবা, থবক শুদনা শেন পাম্বা প্রজানা খুৎলিংবা লৈবাক্সু চাউখৎপা হৌনব্রা? য়ুম্লোন্নবা ষ্টেট নাগালেন্দ, মিজোরাম লংখ্রে। মনিপুরনা লৈত্রক চৎলে।

রাধা : অদু ফাওবদি নহাক খংলেদনা। প্রজানা ভাব তাদ্রবদি লৈবাক্তো চাউখৎলোই। অদুনা প্রজাগী মাংথরক্লবা পুন্সিদগী ঐখোয় জ্ঞান তারবা কাংবুনা কন্দবা য়াদবনি। অদুনবু লাইরিক লাইশু হৈবা ওফিসারশিংগী নুপীগী ফোরম, ক্লাশ বান ওফিসার ওইরম্লবা মতিক চারবা অহল্লোন কয়াগী সংস্থান লিংখৎলকইবসিনি। হুম, থেংখ্রনি নহাক য়ৌরো।

বোন : অঙাওবা মীশিংগী মরক্তা ঙাউদবা মী অমা লৈবসি ঙাওবনিকো ইচে। শুনিংদবা লাইরবা তরাবু ইনাক খুনবা অমনা তেঙবাংবা ঙম্লোই। মী তুশীনবা হৌগৎলুনু। ষণ অশিবগী মনাক্তা লেপ্পা মী প্রাইশিত ফংই হায়বা বাফমদি লৈকো ইচে।

রাধা : অদুবু বোন! ঐখোয় হোৎনবদি লেপ্পা য়াদে। নেবর সে ফেল। ট্রাই ট্রাই এগেন। য়ু ব্রিন সক্সিদ। মহাপ্রভু নম্বো পোরগা লমজেল থোইবা য়ারোই। সরস্বতী পুজা কৎলগা পরিক্ষা পাস তৌরোইকো। হোৎনদবা মীদা ঈশ্বরনসু তেঙবাংদবনি। নচেনা ঙসি নোংমৈনা পাল্লবা শিরগদবা নহারোল অমগী মতেং পাংখ্রিবদো ইমা লৈবাক্কী তুংগী য়ুম্বিরেল অমদা ঐগী অঙম্বা তেঙবাংবনি।

বোন : ঐখোয়' ইচেসি মথংগী ইলেক্সনদদি ও'পোজিসন পার্তিগী কেন্দিদেট ওইরক্কদবা মাল্লেকো। ইচে, ভোৎ লেপকে খল্লবদি হুরানবগা শঙ্গা ওইদ্রবা,

নমথাক ৱাহৈ ঙাংদ্রবা, ৱাশকপা কিরবা মীদুদি ভোৎ কাদবনিকো। মনি পৱার, মেন পৱারসু দরকার ওইবনি। ঐ য়ৌজরে ইচে।

(বোন চৎখ্রে। রাধাদি ৱাখল অমদা উংদুনা লৈহৌরে। নোংমৈনা পাল্লবা নহা অদুনা হায়রম্বা ৱাহৈ খরা কাউবা ঙমদ্রে। অরাপ্পদগী হায়রকই)

নহা : ঐহাকসি শাশিন্নবা ওক্তবা নহারোলনি খনবিরবদি পিষ্টোল অসিদা গুলি ৬ হেন্না য়াউরি। মরুশিং অসি ঐঙোন্দা কাপশিনবিরো। ঐহাকপু ইমাগী তম্পাক্তা পোখাহনবিরো ... ইমাগী লমন নচাগী পুক্সিদা কাউজরোই ... মমা ওইবীশিংগী নিঙখা তম্বা পুরক্লবগীদমক মচা কয়াগী ঈখেংনা পোক্লফম ইরমদমগী লবুক লম্বাংদা চাইজরিবনি... ইমা অমদি ডাক্তরগী লমন নোংমদি শিংবা ঙমজবা ঈবুধৌ পাখংবনা কুবিবা ওইসনু... ইমা, ইমা, ইমা-।

রাধা : ইবুংঙো অদু কনানো? মহাক্কা ঐহাক্কা করি মরী থোক্লে?

## সিন - ২

(লুখ্রাবী রাধানা এদভোকেট জেনরেল ওইরিঙেদা বসির খান মিনিষ্টর ওইরে। বসির খান মুস্লিমনি। অদুবু হৌজিক্তি মৈতৈ পাঙল ওইরে।)

মন্ত্রি বসির খানগী বঙ্গলো। অয়ুক অমা।

**বসির খান ঃ** বেগম! জানেমল —

রুহিনি ঃ অল্লাহগী পাংখক ওইবা মন্ত্রিজি। ঐগীদি সনা ইবুংঙো। করি সনা য়াথং?

খান ঃ মহমদ আলি জিনাগী ফোটো পুরকউ। ঐগা কনানা শক ফজবা হেনবগে য়েংগে।

রুহিনী ঃ জিনাগী ফোটোদি মৈ থাদোকখ্রে। লৈত্রে।

খান ঃ করিগী জিনাবু অদুক শাওরিবা?

রুহিনি ঃ হিন্দু মুস্লিম নুংশিনদ্রিবা, দেশ অমমমগী প্রজা ওইরিবসি জিনানা নৎত্রা? অদুনা ঐহাক্না মাংহনখ্রবনি।

খান ঃ তু ওইরগনা ইন্দিয়াগী প্রসিদেন্ট ফক্রু-উদ্দিন আলি অহমদ নৎত্রগা হিন্দুস্থানগী রাস্ত্রপতি জকির হুসেনগী ফোটো পুরকউ।

রুহিনী ঃ মখোয় অনিনা ঐখোয় ইমুংগী করি কান্নবা তৌরম্বগী লাৎকদৌরিবা? মখোয়গী ফোটো লৈত্রে। জুলফিকর আলি ভুটোগীদি লৈ।

খান ঃ ভুটো? মীনা হাৎলগা শিবা পাকিষ্টানগী প্রাইম মিনিষ্টর ভুটো। পাংদবা, মীনা হাৎপদা য়াবা ভুটো? বসিরখান ঐহাক অসিবু মীনা হাৎনবা নেতা ওইরিবরনে বেগম? ঙাইখো - খুল্লকখিনু। মহাত্মা গান্ধি, ফাদর ওফ দি নেসন, নারগা শিখিব্রা? নথুরাম গোদসেনা নোংমৈনা কাপ্লগা হাৎখি। ইন্দিরা গান্ধিদি - পঞ্জাবীনা হাৎখি। মচানুপা রাজিব গান্ধিদি মদ্রাজী নুপী অমনা বোমগী লৈ পরেং হুকপিরগা শিমিন্নখি। হাৎখ্রবা, শিগ্নবা মী অমবু হিংলকপ্রা? হিংলক্তেকো। তুদি ঐবু কদৌবগী হাৎহন্নগদৌরিবা? ঐহাক শিনবগীদমক মন্ত্রি ওইবা নত্তে। হিংনবগীদমক করি তৌবা তাই? ঐহাকপু হাৎকদবা মীদু ঐহাক্না হান্না হাৎপা তাই। অদুদি কদায়/ঐগী থাঙ। ঐগী নোংমৈ।

*রুহিনি : টিকেন্দ্রজীৎ শারিরো? টিকেন্দ্রজিৎসু ফাসি তৌরগা হাৎখি।*

*খান : শিরগা হিংবা মীগী মমিং হায়বদি ঙম্রা?*

রুহিনি : ঙম্মী। মহমদ, বুধা, গান্ধি, নেহরু, সুবাসচন্দ্র, কোমরেদ ইরোবোৎ মখোয় হৌজিক ফাওবা শিদ্রি।

খান : তুংগী মীরোলনা কাউদবা, নিংশিংবা মীসি অহিংবনি অসিরা? ও.. (মিংশেলদা মশক য়েংলগা) ঐহাক্কী শকসি ফজখ্রেদা। মীনা কাউদনবা, নিংশিংদুনতা লৈনবা হেন্না ফজহনবা তাই। ঐহাকসিবু ফজদ্রবরনে বেগম?

রুহিনি : ঐহাক্কী নিপানবু ফজদবা হৌনব্রা? খারক্কী তয়াল অঙাংবা, ফৌ শংবাই অচোনবা, ঙারী পরেং অচুম্বা ...

খান : সুবান অল্লাহ! হায়থরকউ।

রুহিনি : শবান্না লফু লেম্রা।

খান : আ হা -

রুহিনি : হায়বদি ফুম্পারুবদো। কুচু য়েংই কুলৈ কুচু।

খান : খা খা ...

রুহিনি : হায়বদি ঙৌদবদো। য়াতা য়েংই

খান : খাখাগী কফোই!

রুহিনী : শবিনা ইকাইনিংঙাইনি।

খান : শবি? শবি ময়া? ঐগী য়াসি শবি ময়া মাল্লি হায়বা?

রুহিনি : ঙাইখোবা। য়েংথোরকপা মিৎয়েংননে —

খান : পিশুম্না (রুহিনিদা মমিৎ খৎচিল্লগা) কামদেবগী লীরুং

রুহিনি : মান্নে মান্নে। মকু মিৎতানে। খাস মকু মমিৎ।

খান : করি হায়বা?

রুহিনি : ঙাংথোরকপা খোঞ্জেলনা —

খান : পনচোম শুর। ব্রিন্দাবনগী কৃষ্ণগী বাশিগী মখোল। লৈশাবী চন্দ্রবলীদি লায়রদনা ময়ুম পাল্লবী শ্রীমতি রাধিকা ফাওবা ঙাওদুনা অহিং নোংয়াইদা চেহ্লোরকপা খোঞ্জেলদো - নৎত্রো?

রুহিনি : সিওর! কালেনগী য়াক্রুবা নুংশাদা —

খান : ইয়ার কুলর। রিফ্রিজেরেটর —

রুহিনি : উম, কালেনগী নুংশাদা ময়াং ক্বাক্সা খোংবা —

খান : বেগম নহাক্সা নুংশিরগদবনি হায়দুনা ঐহাক্সা ঙাংই শক্রিবসি নহাক্কী নাকোংদদি অসামগী নুংশা মরক্তা ময়াং ক্বাক্সা খোংবদুগা মান্নরবা? তুদি হায়বিগে তাজৌ বেগম। ঐহাক্সা পাখং ওইরিঙেদা রিক্সো থৌরম্নবসু, য়েন ঙানু লম্লোম্বদগী চম্প্রাসি ওইরম্নবসু হৌজিক্তি মন্ত্রি ওইরবনি। ওফিসারশিংগী সার। মীয়ামগী মন্ত্রি মহাদয়। ঐঙোন্দা করেম কথাইনবা মীদুদি মথ্বায়দু, বেগম নহাক নশক ফজরমদ্রবদি ইতিক খংগদবনি। অদু অদা খংদে, ঐহাক মীনা হাৎপা য়ারোই। শিসু শিবিরোয়।

রুহিনি : অমেরিকাগী রোকেটনা হাৎপা ঙমদবা ইরাক্কী সদাম হুসেন ওইরিব্রা? য়েরুবগী খুৎতা শিনিংদ্রবদি ফুরা দলান শাগৎলিবসিগী মহুৎতা কোম তৌবিয়ো। উচি ওল্লগা লোৎনবা।

খান : বসির খান ঐহাকসিবু কয়াম পাঙদবা মন্ত্রিনো? ঐহাকসু শিবা কিবা মী নত্তে।

রুহিনি : ঐহাক্তি মন্ত্রি শিবদা য়াওবা ঙম্মোইকো।

খান : নপুরোয়বা শিবদা নহাক শিবা ঙম্মোইদবা? অদুদি নহাক সতি নত্তে।

রুহিনি : মুস্লিম নুপীবু সতি ওইব্রাও?

খান : ও.. নহাক পাঙল নুপী ওল্লেকো । তূ ওইরদি...

রুহিনি : এঃ মন্ত্রি ওইরকানদা তুদগী তু পুরকউ হায়বদু তোক্লসি হায়বসি ঙমদ্রবনিনে। হুইবু দোলাই তোংহল্লগা...

খান : বেগম নহাকপু (মনাতোন মেল্লগা) নমথিবা ৰারী নৎত্রবদি নুংঙাইবা চাউখৎপগী ৰারী শানিংঙাই লৈজদ্রব্রা?

রুহিনি : করি লৈবাক্কী নুংঙাইবা চাউখৎপা করিনো?

খান : ঐ মুস্লিমনি পাকিস্থানি নত্তে। পাকিস্থানগী মমিং পল্লকনু। হিন্দুস্থান হায়বসি ইন্দিয়া নত্রা? মৈতৈ নহারোলনা ইন্দিয়াবু শাওরি। ইন্দিয়াগী ৰারীসু শারোইসি। মনিপুরগী ৰারী শাসি।

রুহিনি : মনিপুরগী! মনিপুর হায়বদি বিষ্ণুপ্রিয়াগী মমা লৈবাক মনিপুরদো। মহাভারতকী আর্জুনগী মচানিপা বাব্রুবাহন্না কোনুং শাবিরমই হায়বা

মনিপুরদুরো? নৎত্রগা শান্তিদাস গোষাইনা মনিগী লৈবাক্কি হায়দুনা মনিপুর থোনবীরম্বা লৈবাক্তুগী বারীরো?

খান : নুংঙায়খিদ্রেদা। ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈবা চীংনা কোয়না পনশাবা হাওনা ইকোয় কোইশিনবা লৈবাক মনিপুর —

রুহিনি : ও ও। মাঙহনখিগদৌরবা লোক্তাক পাৎ লৈবদো। পৃথিবীদা উবা ফংদ্রবা শঙাই হৎলগা চাথোকপা লমদো। গোবিন্দজীগী সনা লুপা ছরানবদা নত্তনা মফি মুনবা লৈবাক্তু নৎত্রো মনিপুর হায়রিদুবো?

খান : করপসন্না বাই চাইবা। তলব পিবা ঙমদবা। মীচম হাৎপা। নুপী খোঙ্গোইনবা। ঙাইহাক কাংদনা সরকার কায়বা। তোতি ঈশিং থকপা ফংদবা। ইলেক্ট্রিক মিকুপ খুদিং মুৎপা। বন্দ ব্রোকেদ কর্ফিয়ুগী লৈবাক্তো - অসি হায়রদি তাবদা নুঙায়রব্রা?

রুহিনি : ও ... ভাব তারে। য়ু জি, আর্মি, মন্ত্রিগী সাশন অহম লৈবদু নৎত্রো? অদুগী প্রজাদি ইপানাৎ ইপুনাৎ, ইমারোল, ইশাগী ফিজেৎ চাকচা থাদোকপনা চাউখৎপনি খঞ্জবনি। লৈবাকসু পিকমল্লি অদুনা মচেৎ অমসু খাইদোকপিরনি হায়বদাইনে।

খান : বেগম। নহাক কমান্দো য়াম্না পাম্মেনে?

রুহিনি : পামই।

খান : কমান্দো পামই হায়বা? করিগী?

রুহিনি : কমান্দোদি হাৎনিংবা মী হাৎপা ঙমই। মীচম হাৎপগী মেদল ফংই। প্রমোসন কয়া। ময়ুম ফুরা দলান শাগৎলি। মপুরোইবা লৈবী নুপী ফাওবা লৌবা ঙমই। কমান্দোনা মন্ত্রিদগী শক্তি লৈবা হেল্লি।

খান : বেগম। কমান্দো হায়বদু ঐঙোন্দা শলাম তৌবা মীনিনে। ঙাইখো। গাড়ী ময়াম খামথ্রিবসি ঐখোয়গী গেটতা নৎত্রা?

রুহিনি : কমান্দো লাকএ।

খান : হা? ঐহাক হংলগা লৈতে, মিটিং চৎখি হায়য়ু। (লোথখি)

রঘু : (মপান্দগী) ঐ অমুক্তা চংজরকপা য়াগদ্রা?

রুহিনি : য়েস প্লিজ (রঘু চংলকই) এ: রঘু। নহাক ওইরে। চংলকউ। করি থবক্কীনো? মন্ত্রিদি মিটিং চৎখ্রেনে। ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়াদবা বাফম্রা?

বঘু : মিনিষ্টর শাহেবতকী এদভাইস লৌজনিংবনি। অদুবু চথোকখ্রবনিনা, মেম শাহেবতা পাউ পিজরম্বসু য়াই। খুল অসিদা খুৎলাই পায়বা নহারোলগী কেম্প অমা লৈরে হায়বা ইন্টলিজেন্সকী পাউ ফংবদগী আই জি পিনা কোম্বিং ওপরেসন তৌনবা ওর্দর পিরক্লে। মদুগী পাউ পিজবা চংজরকপনি।

কহিনি : মদুদি সেক্যুরিটিগী পাংথোকফম থোকপা দ্যুতিনি। করিসু কায়দে।

বঘু : অদুদি ঐহাক ইথৌ পাংথোকচরুরগে। য়ুমদগী মী অমত্তা মপান থোকহনবীরনু (চৎখি)

কহিনি : রঘুবাবু অমুক্তা ঙাইবিখো

বঘু : করি তাকপিগদবা?

কহিনি : ঈরমদম অসি নুপীনা খুৎলিংবনি। হাউস সার্চ তৌবদা নুপী পুলিস য়াওহনবা ফৈ। সার্চ মেমো, পোৎ ফারগনা সিজর মেমো, মী ফারগনা এরেষ্ট মেমোদি পিবিরমউকো।

বঘু : ফনি। আইনদি ইমা ইবেনশিংনা হেন্না খংবিরবনি।

কহিনি : অফাবা মীদু কবিগী ফারিবনো, কদায়দা থমগনি খংহল্লমদবদগী ইমুংগী মীশিংনা কঙাওনবদু নুঙাইবরদো। অদুগীসু মথক্তা সেক্যুরিটি কাংবুনা ফাদুনা পুথ্রগা থিবা খংখিদবগী মশিংসু য়াম্লে। মমা ওইবীশিংগী খল্লগা অচুম্বা থবক খরা পায়হন্নিংবগী নিঙশিংবনিকো। বাবৌব্রা রঘুবাবু?

বঘু : অচুম্বনি। বাফম অদু সপ্রিম কোর্টকীসু ওর্দরনি। ফনি, য়ৌজরগে

কহিনি : য়ৌরো য়ৌরো। (রঘু সলাম তৌরম্লগা থোকখ্রে)

খান : চৎখ্রব্রা?

কহিনি : চৎখ্রে। শামুনা উচিবু কিবা হৌনদেদা। মন্ত্রিনা পুলিস উবদা লোৎপসিদি ইকায়খ্রেদা।

খান : লাইরেনবু নাচলনা ঙম্বা মতাংসু লৈ।

কহিনি : মসিদি বাফংনবগী মহুৎতা ঈশৈদুম শক্লিংলকই। শাবি লাউ লাউ, মাঙদা চৎলোরাউ। ননাইনুবী হিংলিঙৈ মাঙ্গ নংবু ফাবদি কনাগী মতিক লৈ? যন্না হাৎপা সত্যবানদো শাবিত্রিনা কনখিবনি।

খান : অদুবুদি বেগম নংগী কৃপাদগী ঐহাক্না মন্ত্রি ওইবনি। তূ ঐহাকসু খংদবা নত্তে হায়খি। কবি? মাগী রঘু হায়বা কমান্দো মচাদুনা হায়জরমইদু

করিনোমি? মা হায়রল্লিবা নহারোলদু পাঙল খুৎলাই পায়বা লৈরে হায়বনি। মুস্লিম খুৎলাই পায়বা য়াদে হায়বা মপা কনাগী আইন্নো? মৈতৈ কুকি নাগা পাইটে মার লোইনমক নোংমৈ পায়রে। মী হাৎপা হৌরে। পাঙল ঐখোয় চৎথ্রো হায়দুনা তাল্লগদবা হয়েংদা ঙাইরবনি। মতম অদুদা ঐখোয় অমিয়া কাদুনা লৈগদ্রা? তুনা ঐখোয়গীসু নোংমৈ পায়বা নহারোল থম্বা তাবনি বেগম।

রুহিনি ঃ মদুদি মীবু মীনা কিবদগী নোংমৈ পায়গে হায়বনি। পাঙদবা মীনা নোংমৈ পায়রগা কদৌদৌরিবা?

খান ঃ পাঙলবু পাঙদবা! য়েন ঙানু মঙক ককপা ঙম্বা, চুনাচাবী ষনবীবু মুলা তৌবা ঐখোয়বু পাঙদবা? ইতিহাস পাউনে বেগম। হিন্দুগী লাইশঙ মখৈ ঐখোয়না য়ৈখায়রগা স্না লুপা লোইনা লুট তৌবনি। অযোধ্যাগী রাম মন্দির কনানা থুগায়খি? মুস্লমান্না। ঙরাংদসু অফগানিষ্টান্দা বুদ্ধগী অচৌবা নুঙগী মুর্ত্তি কাপখায়খিবদুনি।

রুহিনি ঃ ইষ্ট পাকিষ্টান্দা বেঙ্গলী নুপীমখৈ পাক লান্মীশিংনা মুস্লিম ওলহনখিবগী খারীসু হায়থরকউদনা।

খান ঃ বেগম নহাকসু মদুগী পাউদু তাহৌবোইরে। পাঙল ঐখোয়সি থৌনা লৈবা, অশিংবা পাঙ্গনবা জাতিনিনে।

রুহিনি ঃ ঐহাকপুসু নমদুনা পাঙন্নুবী ওইহনবনি নৎত্রা?

খান ঃ ঐ তুদি হায়দে।

রুহিনি ঃ খোঞ্জেল থোক্রুবসু থম্মোয়দুনদি হায়নিংলমগনি। অদুবু ঐহাক্না পাঙলদা ওংলিবসিগী মরমদি - পোক্লফম লমদম ইমালৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতামিন্নরিবা জাতি বিজাতি খায়দনা পুকচেল খোইজেল তিন্নরা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবগী খাখলদা মন্ত্রিজীবু নুংশিখিবনিকো।

খান ঃ অদুবু ঐনা লাল্লি হায়খ্রবো?

রুহিনি ঃ অদুদি। য়েন ঙানু হামেং ষন হাৎপা ঙম্বা মুস্লিমনা বেঙ্গলগী নাখাখালীগী খাথোক্তা করিগী বঙ্গলাদেশ থাদোক্নুনা কল্লিবা? পাঙলগী থৌনাদু উত্তুনা ভারতপুম্বা জয় তৌরগা হিন্দুস্থান অসিপাঙনস্থান ওইহল্লম্বদি কদৌই।

খান : তুদি কদায়দগী ঙমগদৌরিবা? হিন্দু মী চাম্মগা পাঙল মঙাগা লাম্বা তৌবদি অপংবা তারোইদ্রাও। পাঙল ঐখোয়দি য়াম্না শিংবনি। তুনা চেল্লগা পাকিস্থান শারিবনি।

রুহিনি : অদুনদি মৈতৈ নাগা কুকিনা ঐখোয়বু তানবা তারবদি পাঙল মখৈ পাকিস্থান্দা চেনগদ্রা?

খান : নো! নেভর আলি জিনানা পাকিস্থান শেমখিবগুম বসির খান ঐহাক্না মনিপুরদা পাঙলগী হোমলেন্দ শাগৎকনি। মদুগী লাম্লোং শেম্বসু হৌরবনি।

রুহিনি : করি থৌরাং পায়খৎলবগেনে?

খান : খায়দোকপদগী তিনশিনবনা কান্নবনি। মুস্লিমগী হোমলেন্দ তান্নবগীদমক বার্থ কন্ট্রোল তৌরোইদবনি। অঙাং শঙ্গু শঙ্গু পোক্লগা ঐখোয়গী মীশিং হেঙ্গৎহনগদবনি। নোংমদা মৈতৈগী লম ইঞ্চি অমমম খোপচিনগদবনি। এম এল এ ৪ লৈরিবসি ১০ শুহনগনি। অদুদগী ২০ শুরবা মতমদা মৈতৈগা হাওগা খৎনহল্লগা ঐখোয়না চিফ মিনিষ্টর ওইরনি। ঐহাক্না চিফ মিনিষ্টর হেক ওইবদা পাইটে মারগী হোমলেন্দ চুরাচান্দপুর, তেংনৌপলনা অনাল মরিংগী, তাংখুলগীনা উখ্রুল, মাও, মরাম, সেনাপতি, সদর হিলসনা কুকিগী। তমেংলোংনা কবুইগী, ঈশিং ৱাৎতবা লৈহাও চেনবা তম্পাক লমদমনা মুস্লিম ঐখোয়গী হোমলেন্দ ওইরগদবনিনে বেগম হা ... (মথায় তানা নোকই)

রুহিনি : মৈতৈগী হোমলেন্দি? ময়াংশিংগীদি পিরোইদ্রা?

খান : মীয়ানশিংগী হোমলেন্দ তাল্লক্লবদি জিরিবাম পীগনি। মৈতৈগীদি বেগম- কংলৈপাক। লৈকংলা। মৈতৈদি স্কুটর মারুটি কার তোংদুনা শান্নরিঙৈ, ঙা থোংবা চারগা তুম্মিঙৈদা ময়ুম ইংখোল মীগী ওইখ্রনি। নহারোল মখৈনা হেরোইন নম্বর ফোরনা, শিফাইগী গুলিনা হাৎলনি। নুপী মখৈনা ঐখোয়না লোন্সিল্লগা খামেন থাহনগনি, য়েন ঙানু লোইহনগনি....

রুহিনি : মোন্দ্রংগী ৱারীদু অমুক্তা ঙাইখো। নোংমৈ কাপ্পরে।

খান : ইমাই ইমাই নোংমৈ কাপ্পরে। শোয়দ্রে। পাঙল শিরে। পাঙন মঙা তরা শিবদি শিসনু। মৈতৈদগী তরা কুন লৈরগা লোইরে। ঐখোয় শিদ্রগা

লোইরে। বেগম লোৎলসি। শোমদা গুলী পাইরক্রে। বেগম নহাকপু পাকথৌ হায়বনি।

রুহিনি ঃ ঐখোয়গী খুন্দা মী হাৎনবা য়ারোই। নুপী খুন্নাই থোরক্রো। কাংসি খিংউ। মৈরা পায়বী পুন্নমক। নোংমৈ কাপ্নফমদা চৎলগা নোংমৈ কাপ্পা, মী হাৎপা থিংলুরসে। য়ুমথোংগী নুপী অমমম চোংথোরকউ (চেপ্পোকখি)

খান ঃ বেগম। নহাকপু শিবা তারেমি। বেগম। নুপীশিংসি লাইমসু কিদেহৈ। নহারোলগী লান, সিফাইগী লান, দ্রগকী বার, নুপীগী লান... লান মরক্তা ঐনা কমদৌবা? মন্ত্রিদি শিবা য়াদে। ঐ হিংনবা লোৎলুরগে। (ইমুংদা চেঙ্গিনখি)।

## সিন - ৩

(কমান্দোগী ওসি ওইরিবা রঘু বাবু মতমগী শেংলবা পুলিস ইন্সপেক্টরনি। মহাক্না এ এস আই ওইরকপদগী ইম্ফালগী বাংমদা ট্রান্সফর চৎত্রি। মেদল তত্তনা ফংই, এ সি আরসু আউটস্টেন্দিং ঙাক্তনি। প্রমোসনসু কাল্লগা কাখি। হৌজিকসু দি এস পিগী ওর্দর থোক্কদবগী থারাক থারাক য়াল্লবনি। ময়ুম বিল্ডিং শাবা লোইরে। মপান লৈবাক্কী পোৎনা থস্ফম লৈতরে। বস, ত্রক মারুটি ঋাৎত্রে। মচন্নুপী মাঙ্গোলঙানবী পোষ্ট গ্রেজুয়েটকী ছাত্রীনি। অলট্রামোদের্ন ফেসনগী মবেম্মা লৈশাবী তীং ফারবীনি। অয়ুক অমা মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইনা জগোই ঈশৈগা ঈবোইননা মালেমঙানবীনা মাগী থম্মোয়না খোইদাজবা মহাক্তু ঙাইরি। মহাক্তু অতৈ কনাসু নত্তে। নোংমা নুমিদাং গভর্নমেন্ট এদভোকেট রাধা দেবীগী য়ুমদা ডা: বোননা ওপরেসন তৌরগা লায়েংখিবা নহারোল অদুনি। মাগী মমিং অজিৎকুমার কৌই। মালেমঙানবীনা মখোয়গী মাঙ্গোলদা ঈশৈ শক্লিঙৈদা জিন খোম্রাও শেৎপা, টি-শার্ট অমসুং জেকেট লিৎপা অজিৎ চংলকই। শুমাংদা লেপ্লদা ঙানবীনা উবিদ্রবদুদা অজিৎতু চৎথ্রগে খনবমক্তা ঙানবীনা উরে।)

**মালেমঙানবী** : নিঙোলগী মংলানগী মাঞ্জনা ইমাংমক্তদা অহিংবা মুর্ত্তি ওইনা লেপ্লম্বসিদি অস... মিস্থনগাসি আ- য়ৌখ্রে। হে পাখৎচাওবী থম্মোয়। করিগীনো নহাক্না মিগাইরিববো? মাংদা লেপ্লিবসি শাকখংদবা মীতোপ নত্তেয়ে। ঐহাক্কী থম্মোয় হুরানবা থবায়গী মবুংঙোনে। হায়নিংবা হায়হৌগে। মৈতৈ নুপীনবু অদুক পাংদবা। ঐহাকসিবু নুপীলানগী অবোকশিংগী শুথাং নত্তবরনে?

**অজিৎ** : নুপীলানগী থৌনাফবী অবোক্কী মগুনুপীনা ঐহাকপু লাক্তবা য়াদে হায়না পাউজেনবীরকপবু নিঙোল য়াথং করি তাওথবিগদবা?

**ঙানবী** : ঐহাক পৌরানিক্কী রাজকুমারী নত্তবদো।

**অজিৎ** : ঋাহৈ কারন চনখিবা য়াওথ্রবসু - নুংশিচাউবী নিঙোলনি। ঙাকপিগনিদো। শ্বর হোনবা খুদিং ঘড়ি কাতাদি চৎপা লেপ্তে। থৌদাং কয়া তুংওইজরম্লগা মজাইবেম্মগী য়াথং কিজবদগী লাকচবনি। ঐহাকসু খুঙ্গংগী খুলং ঈশৈ শকপা তৌদ্রি খোংবা যঞ্জেম্নহাদি নত্তবদো।

ঙানবী : সাহিত্যগী লৈশি লৈথোল ৱাহৈনা ঐহাক্কী পুক্সিবু মঙলানগী লৈবাক্তা পুব্বিবা ঙম্লগদ্রা?

অজিৎ : ঐহাক সাহিত্যকার নৎচদে। সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ ফংনবগীদমক চে কলম পায়বা, ৱানোম শরেং কৎলগা কবি ওইবা মীসু ওইরমদবা য়াই।

ঙানবী : ঐহাকসু মঙলান্দা ঙাওবী কবি অমোম নত্তে। কমান্দোগী ওসি রঘুগী নাইতোম শাৎচবী মচন ওইরম্বসু য়াই। ইমিংনা মালেমঙানবী।

অজিৎ : কমান্দোগী ইমুংদদি নোংমৈ গুলিগী লৈরাং শাৎলমগদবোই খল্লি। মালেমঙানবী লৈরাংসু শাৎপোইরে। ঐহাকসু পুলিসকী মচন্নুপী খংনরগা খুদোংচাবা ফংগনি খনবা পাখংদি নত্তে।

ঙানবী : মদুসু অচুম্বা ওইরমগনি। অদুগা পুলিস ওফিসার অমগী মচন্নুপী মালেমঙানবীনা অজিৎ কৌবা পাখং অমবু থৱায় হকচাং কখোক্লগা নুংশি হায়বসিদি হায়শিন্নবা নত্তে। অচুম্বনি।

অজিৎ : ৱাফম অদু ঐহাক্লা লাল্লি হায়খিদে।

ঙানবী : নহাক্লা ঐহাকপু নুংশি হায়বসু ঐহাক খংই।

অজিৎ : মদুসু অচুম্বা ওইরম্বা য়াই।

ঙানবী : য়াবা নত্তে। সেন্ট পারসেন্ট করেক্ট। অচুম্বনি।

অজিৎ : অদু কৈদৌরবা?

ঙানবী : ঐহাক লাইরিক মখা তমথবা তোক্লনি।

অজিৎ : মরমদি?

ঙানবী : লুহোংদবা য়াদ্রে

অজিৎ : কনাগা?

ঙানবী : নহাক্কা। চেল্লগা হোঙসিরা? অহন লমন হায়না শিংনরগা লুহোংবনা ফবরা? করম্বনা হেন্না পাম্মী।

অজিৎ : ৱাফমদুগীরা ঐহাকপু কৌরিববো?

ঙানবী : উম

অজিৎ : অদুগী ওইরবদি ঐহাক অমুক্তা খল্লুখিগে

ঙানবী : খনবগী মতম পিররোই। ঙসি হায়ববু হৌজিকমক পাউখুম পিগদবনি। মরমদি চহি ৬ চুপ্পা ঐহাক্লা নহাক্কী পাউখুম ঙাইরক্লবনি। ঐ চিংনরক্লে।

নহাক নাম্বোকখ্রগা মাঙখ্রগনি। চেল্লগা লুহোংসি হায়রবদি ঙসিমক হায়ববু হৌজিকমক ঐহাক চেনবগী রেদিদা লৈরে।

অজিৎ ঃ ঐদি নহাকপু লুহোংনবগীদমক নুংশিবা নত্তে, মালেমঙানবী। ঐহাকসি নহাক্তগী ওইবগী ৱাখলদু থাদোকউ।

ঙানবী ঃ ঙম্মোই, ঐহাক শুকঙম ঙম্মোই। ঐ নহাক্কী নুপী ওইগে হায়না ৱাশকখ্রে।

অজিৎ ঃ মদুনা নহাক্কী ৱাশক্লি। ঐহাক্কী ৱাশক্লা নহাক্কা উনবা মফমদা নুংশিনা ৱারী শামিন্নরগা নহাকপু বিদ্যায় পিবনি। নুমিৎ অদু ঙসিনি, মালেমঙানবী। ঐখোয় অনিগী নুংশিবা, লৈবাক মীয়ামগী ওইহনসি। ঙসিদগীদি ঐখোয় অনি লাপথোক্নরসি। নহাক্লা নহাক্কী অপাম্বা লম্বীদা চৎখ্রো। ঐহাক্লা ঐগী লম্বীদা চৎলগে।

ঙানবী ঃ মদুদি নপাগুম্বা ৱানি। (মালেমঙানবী শাউরকই। ফুল য়ুনিফোর্ম শেৎপা রঘু জিপ থৌজিল্লকই। জিপতগী কুমথরগা গপ গপ চংলকই। অজিৎপু উবদা চপ লেপ্পী। অজিৎ খোঙফম অমা হন্দোক্লগা লেপ্পী। রঘুনা ৱাখলগা লোয়ননা মমিৎতু চেপ্লপ অজিৎতা মুন্না য়েংই। অজিৎনসু য়েংই। মালেমঙানবীনা অনিমক্তা য়েংজৈ।)

রঘু ঃ ঙানবী। মহাকসি কনানো?

অজিৎ ঃ ঐ....

ঙানবী ঃ ঐগী লভরনি তামো। ঐখোয় অনি নুংশিনরকপা চহি ৬ হেল্লে। তামোগা শক খংনহনগে হায়দুনা ঐহাক্লা কৌবনি। নশেন নবাই ৱারী শারমউ। ঐহাক চা শেম্মুগে।

রঘু ঃ বা...!!

ঙানবী ঃ ঐখোয় তামোসে (রঘুগী নঙ্গন্দা পোপ ফুরগা) মীনা উবদা গুন্দা হিংচা-য়াইতম্বা মানবনি। মবুক য়াম্না ফৰনি। ঐহাক্লা হায়রিবা মখে য়াবনি। কমান্দোগী ও সি নি হায়বগী কিরন্নু। হঙ্গোইদনা ৱারী শারমউকো। ঐ চা লৌথোকউগে।

রঘু ঃ বা! ঐহাক্কী ইচম্নুপীসি খরদা নত্তে ফনা ফজনা হেল্লে। মসিবু করম থোক্লগবনো? (অজিৎতা) ফমউ। সিট দাউন্দ।

অজিৎ ঃ থেঙ্ক য়ু।

রঘু ঃ অহন লমন্দি শুরিদনা? থবক ইনখাংদি করি ...

অজিৎ : ঐহাক এম এস সি এল এল বি পাশ তৌজরে। পাবুংদি থুপখ্রে। য়ুম নোংমক্তি য়ুদ্রি। চানবদি চহি অমগী কোন্নফাৎতে। তলব চাবা সরকারগী থবক পায়জদে।

রঘু : থবক তৌদ্রি নৎত্রা? হৌজিক্কী মতমদবু থবকপু থিবদা হেক্তা ফংব্রা? মন্ত্রি খংনবা তাই। অদুবু মন্ত্রিসু মীনি। লুপা লাক্ষ কয়া অমমুক দোনেসন তৌরবগী মতুংদা মিনিষ্টর ওইরিবনি। মীওইবা হায়বসি শেন্দোং তানবা লাকপনি। অদুনা খরচ তৌখিবা শেনফমদু হঞ্জিন্নবা শেল তানবা হৌনশানি। অনৌবা থবক চংবদা লুপা লাক্ষ ১/২ চংবগী বাফমদি থমখোনে। ইন্সপেক্টর ওইরবা ঐহান্না ও সি ওইরিবসিসু অচৌ অশাংদা মংকৎ কৎলুরগা ওইরিবনিনে। অদুনা ঐহাকসু লৌবা য়াবা মফমদগী লৌরগা য়ুম-কৈ শাগৎলিবনিনে। হা - করি কায়। মতমসিগী চৎনবীনি নৎত্রা? করম্বা মতমদগী থবক্কী আশা তৌরি?

অজিৎ : মদু হংবিবগী মরমবু?

রঘু : নহাক্না তলব চাবা থবক তৌরবগী মতুংদা ইচননুপী লুহোংবগী মতম লেপকদৌরিবনি।

অজিৎ : করিগুম্বা ঐহাক্না সরকারগী থবক তৌদবা তারবদি ?

রঘু : ঙাউচৎনদুনা লৈবা, মশাগী শেম্ছোক লৈতবা, মথৌ অমা শুদবা, মমা মপা বানবা পোকপা মচাদা ইচননুপী বারুনবা, চরা হেন্নবা মবুংনা থাজবা হৌনদেকো? ইচননুপীবু নুংশিরবদি, নহাক্কী ওইবা পান্নবদি নহাক্কী নুপী অমদি নচা থাকপা ঙম্নবা নহাক শেল তানবা তাই। ভাব তাব্রা?

অজিৎ : ভাব মুন্না তারবগী তুংদা ঐহাক সরকারগী থবক্তি তৌররোই।

রঘু : অদুক থোইচৎনবা বাঙাং? নহাক নুংশিবগী অর্থ খংদবা মীনি। ইচননুপীদগী খুদোংচাবা লৌনবগীদমক ঙানবীবু নুংশিবা শাবনি।

অজিৎ : অদুম্না খনবীরবদি ঐহাক্কী নিংবা থুংলনি। থেঙ্ক য়ু ভেরী মচ্চ। ঐহাক চৎচবা য়ারদ্রা?

রঘু : ঙাইখো। ঐহাকপু অঙাওবা শেম্নন্নগা নহাক চৎখিবা য়াখিরোই। ইচন মালেমঙানবীনা ঐঙোন্দা ওইদবা ঙাংলোই। নহাক ইচন্না নুংশিবা, পামজবা নুপানি। ঙানবীসি নহাক নুংদি নুংশিব্রা?

অজিৎ : নুংশি।

রঘু ঃ লুহোংবদি পামদবা ?

অজিৎ ঃ পামদে।

রঘু ঃ মরমদি ?

অজিৎ ঃ ঐহাক্না ঙানবীবু থবায় হকচাং য়াউনা নুংশি। মহাকপু ঝাহন্নিংদে। নুঙায়না মপুন্সি লেলহন্নিংই।

রঘু ঃ নহাক ঙানবী লৌবা পামদে। ঙস্মোয় অসিরা।

অজিৎ ঃ ঙস্মোই।

রঘু ঃ শুকঙম ঙস্মোয়। (ঙানবী ত্রেদা চা হাপ্লগা পুথোরকই)
খুমউ। নহাক ইচননুপী লৌবা শুকঙম ঙস্মোয় ?

অজিৎ ঃ ঙস্মরোয়।

(রঘুনা অজিৎকী মমায়দা খুপাক্না থাই। ঙানবীগী মখুত্তগী ট্রেদু লৈবাক্তা তাখি। ঙানবীনা শাউনা লাউরকই।)

ঙানবী ঃ ঐদি মঙোন্দা লৈতবা ঙস্মোয়।

(অজিৎ শাউগে তৌরমই। কন্ট্রোল তৌরগা নোকফেৎ তৌরগা রঘুদা হায়রমই।)

অজিৎ ঃ থেঙ্ক য়ু ভেরী মচ্চ। বাই -

(অজিৎ মালেমঙানবীদা বাই-বাই তৌরল্লগা চৎখ্রে। ঙানবীনা মবুংদা লিন অমোমগুম ফি ফি কামদুনা শাউনা ট্রেদু রঘুদা লংশিল্লল্লগা ইমুংদা চেনশিনখি।)

রঘু ঃ ইবেম্মা! আই এম ভেরী শোরী!

(রঘুনা ট্রে অদুদা গ্লাসশিংদু খুঙ্গৎলগা ঈংনা তপ্না চৎখ্রিবা অজিৎপু য়েংহৌই। মতোমতা ঝাখলগা ইরোইননা মুরুম মুরুম শোল্লি।)

নুপা অসি মথৌনা মরিংজেল লৈবা মীনি। ইচলগী মচিং মতা অসিগা। হ্বাট শেল আই দু? ওছোকপনিদা। ইবেম্মা! ঙানবী! ইবুং লাল্লে।

(ট্রে পায়রগা চংখি)

## সিন - ৪

নোংমৈ পায়বা সিফাইনা শৌগ্রি হৌরবা ইম্ফালগী ময়োন্দা লৈবা মাগী বঙ্গলোমক্তদগী মন্ত্রি বসির খান নহারোলনা কিদনেপ তৌখ্রে। ইম্ফাল ৱেষ্টকী এস পিনা হায়বদি নহান অয়ুক অঙনবদা মন্ত্রিগী দ্রাইভর মুনাল মন্ত্রিগী গাড়ি থাউ হানবা চৎলি। হল্লকপদা নহারোলনা মাবু গনপোইন্টতা বঙ্গলোদা পুরকই। মন্ত্রিগী কারদুগী মমাংদা নহারোলগী ফ্লেক পোষ্ট হাপ্পা জিপসি অহনবা অমা থৌই। ভি আই পি গারি থৌজিল্লকপনিনা গেটতা দ্যুতি পুবা সি আর পিনা চ্যেক তৌদে। মুনালগা নহারোল অমগা বসিরগী কাদা চংমিন্নে। অনিনা থোঙদা লেপহৌই। মখোয় অহুমক নোংমৈ মচা পায়। নহারোল অমদুনা বসিরগা ৱারী শারম্বদগী বসিরদা কোনখি অদুদগী বসির ৱাহুখ্রে। মুনাননা মন্ত্রিবু কোনখৎকে চংলুবদা মহাকসু জ্ঞান মাংখি। মুনাননা জ্ঞান তারকপদদি মখোঙ মখুৎ পুন্সিল্লমই। মচিনবান্দা প্লাষ্টর নপশিল্লমই। গেটকী সি আর পিনা হায়বনা নম্বর য়াউদবা জিপসি অদু তপ্পা ঈংনা থৌদোকখি। মদুদা মন্ত্রিদি তোংখিদে। মন্ত্রি বসির নহারোলনা ফাখ্রে হায়বা পাউ তানরকপদগীদি পুলিসনা ইম্ফালদা ৱাই চাইরে। ইম্ফাল ৱেষ্টকী কমান্দোগী ও সি রঘু মকোক ঙাওরে। সেক্যুরিটি ফোর্সনা তম্পাক্তা অউপ্পা উনা লোংথোক্নুনা থিরিঙেদা মিনিষ্টর বসিরদি চীংথক্তা লৈবা নহারোলগী কেম্প য়ৌখ্রে।

নহারোলগী কেম্পনি। অয়ুক অঙনবদা কেমোফ্লেজগী ফিজোল শেৎপা অজিৎ মচিন মখা শেংদোক্লগা টাবেল অমনা মমায় তৈথোক্লগা থোরকই। মমায় নোংপোক ওল্লগা নুমিৎপু খুরমই।

**অজিৎ** ঃ হে অমম্ববু কোকহনবিরিবা নুমিৎ! ননাইগী মন্নবা ৱাখলবু ঙালহনবিয়ু। অয়ুক্কী লিক্লানা চামথোক্লবা উপাল ৱাপাল লৈপালনা তগৎ তগৎ তেকখৎপগুম ননাইগী অনৌবা বুধি লৌশিং পিনবিয়ু।

ঃ ওঝা! চা (মাগী শিফাই লোয়ালাকপনা মগ অমা অজিৎতা পিরমই।)

**অজিৎ** ঃ উম, টেবলদা থমউ।

(অজিৎনা মগ অদু লৌরগা চা থক্কে তৌবদা লোয়া কপ্লকই।)

**অজিৎ** ঃ লোয়া! কদৌরে?

লোয়া : ওঝা! চেচে মনিলৈমা ... (কপই)

অজিৎ : নচে লৈমা কদৌরবা? নচেদু হার্ট পেসেন্ট ওইরবনি। দিল্লিদা লায়েংবা চৎখিবনি।

লোয়া : চেচে লৈমা ... (হেন্না হৌনা কপথোরকই)

অজিৎ : নখোয় খ্বায়গী চেচে লৈমা কদৌরগে? করি পাউ লাকই? হোস্পিটালদা লৈখিদ্রব্রাও?

লোয়া : নত্তে ... (কপই)

অজিৎ : নৎত্রবদি করি তৌরে হায়বনোনে, লোয়া ?

লোয়া : চে চে হাত্তোকপিখ্রে ....

অজিৎ : কনানা ?? কদায়দা? করন্না??

লোয়া : অসাম রাইফলসনা হাত্তোকপিখ্রে ...

অজিৎ : করি?

লোয়া : খবরদা য়াউরে।

অজিৎ : খবরদা করি ইরিবা? পাউদু মরিক চুন্না তমউ।

লোয়া : জুলাই ১০ গী নোংয়াইদা চেচেনা তুল্লিঙৈদা ময়ুমদগী ১৭ শুবা অসাম রাইফল কাংবুনা থোঙ কাউখায়রগা চংলগা চেচেবু ফারে। মাঙ্গোল কাচিন্দা, শুমাংদা ঈশিং হৈদুনা ইন্টরোগেসন তৌরবগী মতুংদা পুখ্রগা ...

অজিৎ : ফাখ্রগা কদৌরবা?

লোয়া : নোংঙানবদা ঙারিয়ানগী চীংখোংদা হাত্তোক্লগা হুন্দোক্লম্লে। মশা নোংমৈ রাউন্দ ৬/৭ পাল্লি। মশাদা থাঙফমসু লৈরমই।

অজিৎ : খংঙে তোকও।

লোয়া : অসাম রাইফলসনা চেনবদা কাপ্পনি। চেচেদগী হেন্দ গ্রেনেট অমগা বায়রলেস সেট অমগা ফংই হায়।

অজিৎ : য়ারে তোকও! চেনবদা কাপ্পদা শিবনি। ফেক এনকাউন্টর? অশিবা মশাদগী নোংমৈ, হেন্দ গ্রেনেদ, বায়রলেস, দিমান্দ লেটর, লালহৌবগী মরু ওইবা চে চাং ফংই। মদু হায়দনা ময়াং লাম্মীনা করি হায়গদৌরিবনো? মদুদা দিল্লিগী মিনাই সরকার অসিনা থাজরি। কষ্টদিয়েল মর্দর, অফাবা মীবু হাৎপগী এক্সন অমত্তসু লৌখৎপা ঙমদে। মনিপুরগী হোম

মিনিষ্টরগীদমক ইকায়বা পোকই। ওহ ... মনিলৈমা। নহাক ঐখোয় পুন্নমকপু থাদোক্লমদুনা চৎলবোইরেকো। ইমা লৈবাক্কী নিংখা তন্নবগী লাঞ্জংদা, নিঙোল ওইবীগী হরাও মিনোক তমজবা ফংখিদ্রবী, চাফম তুস্ফম খংখিদ্রবী ইচলনি। লৈমা ! নহাক্কী হকচাংগা থবায়গা খায়নরমদাইদা নহাকপু কনবা লাক্তে হায়দুনা ঐখোয়বু ৱারৌরমগনিদকো। পুকচেল চাউবী থৌনা ফবি ইচলনা নবুংবু, ঐখোয় খ্বায়বু ঙাকপিয়ু। হে তাইবঙ মপু! মপুক্সিদা নুঙাইবা শরুক ফংখিদ্রবী ইচল মনিলৈমগী থবায় মিরেলবু নুঙাই-য়াইফনা থম্বিয়ুকো।

**লোয়া** : চেচে চেচে চেচে...।

**অজিৎ** : লোয়া! নহাক্না কপ্পীবা করিগীনো?

**লোয়া** : ওঝাসু কপ্পইবদুদি?

**অজিৎ** : ঐদি কপ্পা নত্তে। নখোয়গী চেচে লৈমনা ঐখোয়দগী বিদায় লৌরগা স্বর্গদা পোত্থাবা চৎখিবদা মিৎকী পিরাংনা খুদোলপোৎ ওইনা পিবনি। কয়াদা লাইবক ফগ্গবী নখোয়গী চেচেনো লোয়া? ঐখোয়দি কপকদবা নত্তে। লৈমগী ঙারিয়ান চীংখোংদা চেম্থখিবা ইখেঙ অদু ঐখোয়দা হাঞ্জিনগদবনি। ঐখোয়গী পাঙ্গল থৌনা হেঙ্গৎলগদবনি। নখোয়গী চেচেবু হাৎখিবা সিফাইশিংদু থৌনা ফবা লাম্মী নত্তে। মখোয়দি পাংদবা মীকিথিনি। নখোয়গী চেচে লৈমবু কিমনবদগী হাৎলিবনিনে লোয়া।

**লোয়া** : চেচেবু ওৎ নৈরগা হাৎখিবা সিফাইশিংদু ঐনা শোয়দনা হাৎকনি। অদুগা ঐহাকসু শিগনি।

**অজিৎ** : ঐখোয়না লমন খুমগদবা নত্তে। মীহাৎপা সিফাই মখোয়বু ৱারকপা দন্দি পিবা প্রজাগী মীহুৎ, লৈবাকসিগী মপি মপা ওইরিবা হোম মিনিষ্টর, চিফ মিনিষ্টরগী মথৌনি। চৎকদবা চৎখ্রে। ঐখোয়সু নোংমদি শোয়দনা চৎলগদবনি। মৈতৈ মচাগী মতম মাঙহনবগী হৈনবীসি থাদোক্লসি। মতমগী মমল খংবা তম্লসি। সে- মগসি পুশিনখ্রো।

**লোয়া** : ওঝা! চা অসিদি থক্লরোইদ্রা?

**অজিৎ** : য়ারে। নখোয়গী চেচেগী লৈহুন নুমিৎ ফাওবদি ঐ করিমত্তা চা-থক্লরোই। (লোয়ালাকপা মগতু পুরগা চংখ্রে।)

লৈমা ! অসাম রাইফলসনা নংগী নখুদাং পায়দুনা ইমুংদগী চিংথোকপা মিকুপ্তুদগী ঙারিয়ানগী চীংখোংদা নহাক্কী থব্বায় চেক্লানা পাইথোকখিবা মিকুপ্তু ফাওবগী মতমদু ঙাইবদা নহাক ওহ্নোক্লা ব্বারমখ্রনিদকো লৈমা ... নং নুঙাইনা চৎলোকো ...

(মখুৎ অমদি মমিৎপু ফিনা পুন্সিল্লবা বসিরখানবু লোয়ালাকপনা পুথোরকই। অজিৎকী মমাংদা লেপহল্লগা লোয়ানা হায়রমই।)

লোয়া : মন্ত্রিজি! মন্ত্রিজিনা উননিংই হায়বা ঐখোয়গী ওঝা, মাঙদা লৈরে। হায়বিনিংবা হায়বিয়ু। অদুগা ঐখোয় ওঝানা হংবা ব্বাহংগী পাউখুম শেংনা খুমদ্রবদি কাপ্তুনা হাৎলগদবনি। শিরবদি নরন্নাই ওইগনিকো।

খান : শালাম মালেকুম সার।

(শলাম তৌরবগী মতুংদা মখুৎ জুর তৌই।)

ঐহাক অচুম্বদা খুমজগনি। দোনেসনসু অহায়বদু নয়া পৈশা অমা তাউ হায়জরোই। ঐগী থব্বায়দদি কনবিয়ু।

অজিৎ : মন্ত্রিজি! মক্কাদা হজ্জ চৎপিরুরে। কুদরৎ অল্লাহগী নমাজ শোনবিরুরে?

খান : চৎচরুরে

অজিৎ : হল্লকপদা বোম্বেদা কুমথহৌরগা পাকিষ্টান্দা চৎলুবা মরম করিগীনো?

লোয়া : (খান্না খুম্বদা লৎপদু উবদা) শেংনা খুম্বিয়ু। ঐখোয়গী ওঝা অসি জিরিবামগী কাশিমপুরগী পাঙল অব্দুলহৈক শারগা মন্ত্রিজিখোয়গা হজ্জ চৎমিন্নরুবদগী হল্লকপদা ঙায়রি। ওইদবা ঙাংলবদি - চখ্বরক্লগে - (মমায়দা নোংমৈ বটনা শুজিল্লি)

অজিৎ : লোয়া! লূদা চংলবা লীন্দা ফুগনু। মখুলদা চংলমদাইদদি লীনসি থেক্লা খোইনা চত্তবনি। চুমনা চংবনি।

খান : অশেংবদা হায়জরগে। অল্লাহ কসম। নাগা, কুকি, পাইটে, মারগী খুৎলাই পায়বা কাংবু শেমগৎখ্রে। মৈতৈগীসু ৫/৬ লৈরেদো -

লোয়া : মৈতৈগী ৫/৬ লৈ হায়বদি করম্না খংইবা?

খান : লুপাগী দিমান্দ লেটর থাজিল্লকপদা খংই।

অজিৎ : মিনিষ্টর শাহেব! মখা হায়থরকউ।

**খান** ঃ নোংমৈ পায়বা শকখংদবা নহারোলনা মতু শোনবা মীদগী লুট তৌরে। মী ফারগা হাৎপা হৌরে। ঐখোয় মাইনোরিটি মুসলিম কাংবুগীসু ইশা কঞ্জনবা নোংমৈ পায়বা কাংবু শেম্লে। হৌজিক্তি করিগী মীনম্বা ব্রা ঙাংজরুনি। মুসলিম লালহৌবা কাংবুগীদমক ইরান্দগী নোংমৈ লৈরকই। ঐখোয়গী পাঙল নহারোলবু লান তম্বিনবা পাকিস্টানগী আই এস আইগী মী নেকপা করাচিদা চৎচরুবনি। ঐখোয়গী নোংমৈ পাকিস্টান্দা য়ৌরকহৌরে। পাকিস্টানগী অরোনবা লান্মীনা পুরক্লবা শিঞ্জরম্লে। মখোয়গী পৈশা পিরম্লে। অশেংবদা হায়জরবনি। খুদা কশম! ঐহাকপু হাৎপিনু।

**অজিৎ** ঃ খান শাহেব! পাকিস্টানগী ফিজম শেৎপা লান্মী থুংলবা হৌরে। চান-থরুবা মাল পুবা ট্রকশিংদা খূৎলাইশিংদু লোৎলগা পাক লান্মীনা কুলি শারগা পুশিল্লকপা খূৎলাইদু মুসলিম এম এল এ, মন্ত্রি, ওফিসারশিংগী য়ুমদা লোৎতুনা থম্লি। লান্মীশিংদুনা পাঙল খুল্লকশিংদা চাইখায়দুনা লৈ। চুমইকো খান সাহেপ?

**খান** ঃ (শোম্বাংননা) পুলিস আর্মিনা খংদ্রগা নহাবোলনা করম খংবনোকো? লাইমা ঙকই হৈ। তোবা তোবা - (মতোমতা মনা অনি পায়জৈ)

**অজিৎ** ঃ খান সাহেপ ! ঐখোয় নুংশিনসি। পাকিস্টানগী অবোনবা লান্মী ঐখোয়দা সরেন্দর তৌহল্লু। ফোরেন্দগী পুশিল্লকইবা খুৎলাই ঐখোয়দা শিন্নরো।

**খান** ঃ এ: মদুদি ঐহাক কদৌনুংদা ঙম্লোই ।

**লোয়া** ঃ করি! ঙম্মোই হায়বা ? পাকিস্টানগী লান্মী ঐখোয়দা সরেন্দর তৌহনগদবনি। ফোরেনগী নোংমৈদু ঐখোয়দা পীগেরা, পীরোইরা? (খান খুমদে) প্র-প্রপ খুমউ। ঐখোয় ওঝাগী মতম মাঙহনগনু। নোংমৈদু ঐখোয়দা পীগেরা পীরোইরা, খুমউ (খানগী মকোক্তা নোংমৈনা শুজিনবা, মকোক কায়রে)

**অজিৎ** ঃ নো নো নো! লোয়াঙম্বা! খুৎ চল্লবা মীদা খুৎলাই থাবা হৌনদে। মদু পাঙদবা মীগী থবক্নি। মুসলিম ওইজরবসু ইরমদম অসিগী য়াইফনবগীদমক্তা খনবা মিনিষ্টর খান শাহেবনি। অদুগীসু মথক্তা মৈতৈ নিঙোল লৌবা ঐখোয়গী জমায়নি।

**খান** ঃ অচুম্বনি। ঐগী বেগম মৈতৈনি । ঈঃ ঐগী কোক কায়রমাল্লে। কোক ঙাওগদৌরে। প্রজানা নুংশিবিবগী এম এল এ ওইজবনি। ঐনা মন্ত্রি ওইবসু মীয়ামগীনি ।

লোয়া : ঐখোয় মন্ত্রিগী ভাষন তানিংদে।

খান : নমষ্টৌ । চুম্মি ঐগী চীনসি তুমজিঞ্জখ্রগে।

লোয়া : ওঝাগী বাহংগী পাউখুম পীরগা নরৈদু লোৎশিঞ্জখ্রো।

অজিৎ : খান শাহেব! য়ুমদা তেলিফোন তৌবিয়ু। মরোল ঐ হায়জগে।

খান : মিনিষ্টরগী বঙ্গলোগী টেলিফোন ফাওবা বেরা তৌরবা মতমসিদা চীংনুংদবু টেলিফোন মরি তিংব্রনে।

অজিৎ : চিঠি অমসু ইবিয়ু।

খান : মিৎ তুমশিল্লগা তুংদা পুল্লিবা খুৎনা করন্না চিঠি ইগদৌরিবনো? হে অল্লাহ। ঐহাক শিগদবা কুইদ্রে। বেগম! নহাক্কী নপান্দগী ঐনা মন্ত্রি ওইবনি। ঐবু কনবিররো বেগম (কপই)।

অজিৎ : লোয়া! পুল্লিবদু লৌথোকউ।

(লোয়নানা খানগী মখুৎ অমদি মমায়দা পুল্লিল্লিবদু লৌথোকই। মমিৎতু কুপ্লগা কোয়েং য়েংবদা লোয়াবু উরকপদা খান্না **শলাম মালেকুম** হায়দুনা শলাম তৌরগা খুরমগে তৌবদা লোয়ানা কোনখৎলগা)

লোয়া : ওঝাদি অশোমদা লৈরে।

অজিৎ : ইরান লৈবাক্তগী পাকিস্তানগী সিফাইনা ইন্দিয়াগী মনিপুরদা নোংমৈ পিরবগুন্না, খান শাহেব। ঐখোয়সু চিনাগী কিলোমিটর লিশিং অমগী মনুংদা লৈবা টেলিফোনগা বা ঙাংনবা য়াবা মোবাইল টেলিফোন অসি পায়রবনি। বেগমদা টেলিফোন তৌবিয়ু। অশোয় অঙাম য়াউদনা নুঙাইনা লৈরী হায়বিয়ু। বোমদি ওইরম্মোইকো ?

(খান্না মতোমতা শোঞ্জরগা অজিৎকী খুৎতগী মোবাইল ফোন্দু য়ান্না কিনা লৌই। ঙক্লা য়েংই। নম্বর লৌরগা বেগম্বু কৌই।)

খান : হল্লো, হল্লো - বেগম। ঐহাক বসিরনি।

বেগম : হল্লো, ঐখোয়গী মন্ত্রি নৎত্রো?

(খানগী নুপী বেগম রুহিনিনা ফোন ওক্লকই। কদাইদগীনো ফোন তৌরকইবসে? হকচাং করিসু থোইদোকপা তৌদেকো?

খান : ঐ মফম খংদে। চীংদগীনি। ঐ নুঙায়রি (কপই)

রুহিনি : কপকন্নু। করিগী কপ্পিবনো? ঐহাক লৈরি। থবায় হিংনবগীদমক পৈশা পাম্মুগদবা নত্তে। মখোয়না লুপা কয়া দিমান্দ তৌই। শেনদি তাল্লগা ফংবনি। লুপা লাক্ষ কয়া দরকার ওইবগে?

খান : লুপাগী খা নত্তে বেগম। পাঙল মখৈনা শেল খায়গৎনরগা লৈরুবা নোংমৈ গুলী বোম তোপ মখৈ পিয়ু। ঐখোয়না নেক্রুবা পাকিস্থানগী শিফাইশিংদু মখোয়দা সরেন্দর তৌহল্লু হায়রে। বেগম! ঐহাক শিবা শোয়দ্রে। ঐগী থবায় অমুক্তা কনবিয়ু .... (কপই)

রুহিনি : করিগী থম্মোয় অদুক শোম্বুরিবনো? নুপানা কপ্পা হৌনদে। ঐ লৈরিবসিদি । মখোয়গী কমান্দরদা টেলিফোন পিয়ু।

খান : ঐগী বেগম্নি। মহাক্কা খারী অমুক্তা শানবিয়ু। (খান্না অজিৎতা ফোন পিবগা হায়রমই।) ঐগী বেগমদা হুকুম তৌবিয়ু। মহাক্না পুন্নমক থৌরাং লাঙবা ঙমগনি।

অজিৎ : হল্লো, মান্নি। ঐ কমান্দরনি। (অজিৎনা খান্দগী ফোন লৌরগা রুহিনিগা খা ঙাংনৈ।)

বেগম : হায়বিয়ু। কমদৌবা?

অজিৎ : চুমই ...। ঐখোয় খান শাহেপতগী শেন দিমান্দ তৌদে। খুৎলাইশিংদু খোমজিনবিরগা ঐখোয়গী মীদা শিন্নবিরকউ। পাকিস্থানগী সিফাইশিংগীদুনা মখোয়গী আইদেন্টিটি কার্দ লৈ হায়বিবা নৎত্রা ... আইকার্দশিংদু পিবিরকও। মখা তাবা থবক ঐখোয় পায়খৎচরগে .... ঐখোয়গী মশক খংনবা? ... মন্ত্রিনা সোই তৌবা চিঠি পায়রক্কনি। খারী শাংনা শাবা ফত্তে। অদুগা চেকশিনবিগদবদি ঐখোয়গী মীবু তেক্তা কায়দনা হল্লক্নবা শিনবিরকউ। মখোয়না হল্লক্নবা মতুংদা খান শাহেব থাদোকচরক্কনি। ওকে- বাই। খান শাহেপ! বেগমদা চৎখিবা মী অসিদা নোংমৈ অমদি পাক লান্মীগী আইকার্দ পিরকউ হায়না চিঠি ইবিখো। সোই ময়েক শেংনা তৌবিখো। (লোয়ানা চেগা কলমগা খান্দা পিরমই। খান্না মখুৎতু থক-থক নিক্রদুনা চিঠি ই। অদুগা অজিৎতা শিনখ্রে। অজিৎনা চিঠিদু পায়রবগী মতুংদা) লোয়া! খান শাহেবকা চংমিন্নখ্রো। চানা থক্লবা সেবা ফজনা তৌগদবনি। চিঠি অসিনা পাথৌদা পিয়ু। খান শাহেপ পোত্থাবিরুরো।

খান : ঐহাক শিররোইকো?

অজিৎ : থাখিবা মী হল্লক্লগা খন্নরসি

লোয়া : লেঙশিল্লসি।

(খান্না অজিৎতা হন্না হন্না য়েংলগা লোয়াগা চংমিন্নখ্রে। অজিৎনা ঙহাক বাখল খল্লগা মাগী টু আই সি পাথৌদা ফোন তৌই।)

অজিৎ : পাথৌ! চিঠিদু মিনিষ্টর বসির খানগী মেম শাহেপতা খুৎশিন্নগদবনি। পোৎতু মন্ত্রিগী গাড়ীদা পুরকউ। মী অহন্না মিসন্দু পাংথোক্কদবনি। মন্ত্রিগী গাড়ীদু অন্দ্রো খুলদা ঙাইহল্লমউ। পাথৌ! ঐখোয়না মিনিষ্টর ফারগা থল্লকইবসি নুমিৎ নিনি শুরবনি। কমান্দোনা বাই চাইরমগনি। মিৎ-না শিংউ, শক ওষ্ঠোকউ। গো তেক কিয়ার। গুদ লক, ইমা লৈবাক্না য়াইফরে।

(ফুরিৎখাউদগী ওয়ারলেস সেট মচা অমা পুথোরক্লগা নাকোংদা থল্লগা অজিৎনা তারি। বাখল খল্লি। লোয়াঙম্বা থোরকই।)

অজিৎ : লোয়া করি বাৎলে?

লোয়া : ওঝাবু কদৌঙৈ য়ুমদা চৎকদৌরিবনো?

অজিৎ : মিসন অসি পাংথোক্লন্নগা চৎতবা য়াদ্রবনি। নহাকসু খংলিবদুনি। ইমাগী হকচাং য়াম্না শোকচিনখ্রে। দাক্তরনা ওপরেসনগী নুমিৎ লেপ্লবনি। ইমাবু লায়েংবগী মতম হেঞ্জিনখিগদৌরে।

লোয়া : ওঝাদি চৎখ্রনি। পাংথোক্কদবা থবক্তি য়াম্না বাৎলি।

অজিৎ : মীওইবগী পুন্সিদনি চৎখিগদবা। থবক্না লৈহৌরগদবনি।

লোয়া : ঐখোয়গী মিংদা মরন্নাইগী পৈশা খায়রম্বা মী খরা ফাদুনা লৈরিবসি থাদা কাহনখ্রসিরা ওঝা? মকোক্তা গুলী হাঞ্জিল্লুরগে।

অজিৎ : মখোয়গী মরালগী হায়রবদি নোরোক্তা ইষ্টখিবনা চুম্বনি। অদুবু ঙাকপিবগী মশিংসি বাইবলদা সবেন্তি টাইমস সবেন্তী হায়। হন্দকমুক্তি ঙাকপিরসি। প্রেসমেন কৌরগা মখোয়গী কনফেসন লৌহল্লসি অদুগা মমা মপাদা মখোয়না লৌখিবা শেনফমদু হন্দোকহল্লসি। ঐখোয়সি ঙা মখল অমনি। ঈশিং লৈত্রবদি ঙা লৈত্রে। প্রজা লৈত্রবদি ঐখোয়সু হিংদ্রে। হুরানবশিং অসিসু মীনি। নুংথিল পোবোক্তা খুবাক ময়াইদগী লুট তৌবা মন্ত্রি অমদি ওফিসারনা খুলিংবা লৈবাক অসিগী প্রজানিনা মখোয়সু হুরান চিষ্টি তৌবা তাবনি। নৎত্রনে। হুরানবা দাকুগী মকোক্তি মন্ত্রি, অচৌ অশাংশিং অসিনি। ফাদুনা লৈরিবা মখোয়সিদি অপংবা জিবনি। লোয়া! আ অরাপ্পদা মী লাকপা উবরা?

লোয়া : মীদি মাল্লি। ঐহাক অমুক্তা য়েংজরুগে ওঝা। (থোকখি)

(পাথৌ চংলকই)

অজিৎ : মিসন কমদৌরি পাথৌ?

পাথৌ : থবক পাঙথোকচরক্লে ওঝা -

অজিৎ : গুদ! মন্ত্রিগী গাড়ীদি?

পাথৌ : অদ্রো খুঙ্গাওদা মন্ত্রি বসিরখানবু ঙাইয়ু হায়দুনা থাজখ্রে।

অজিৎ : নোংমৈ, অতৈ খুৎশু খুৎলাইদি?

পাথৌ : ঐখোয়গী বেজ ফাইভতা শিন্নজখ্রে।

অজিৎ : পাকিস্টানগী লাম্মী?

পাথৌ : মখোয়গী আইকার্দ অসিদা য়াউরে। মখোয়গী চংজফম পিবা মী খুন ইবা চেশু য়াউরবনি ওঝা (ইনভেলপ অমা পীবা)

অজিৎ : অসুক লুবা মিসন চৎপদা নখোয়না মী অমা ফারগা পুরকইবা করিগীনো?

পাথৌ : ফারকপা নত্তে ওঝা। মন্ত্রিগী য়ুমদা লৈরম্বনি। লৈহৌ হায়বা য়ামন্দবদগী পুরকপনি। ঐখোয়গী কমান্দরগা অমুক্ত উন্নহল্লু হায়।

অজিৎ : পুশিল্লকউ -(পাথৌ থোকখি) ঐঙোন্দা করি হায়নিংবা লৈরিগবা? নিপা অসি কনা ওইরমগবা?

(ট্রেকসুইট শেৎপা মমায় খুমজিনবা মখুৎ পুনবা মী অমা পাথৌনা পুশিল্লকই)

অজিৎ : পুল্লিবদু থাদোকউ। মমায় হাংদোকউ। তুপীদু লৌথোকউ - (রাধে ওইরম্মী। শংত্রিক য়েংলগা - চেঙ্গিল্লগা খুরুমই) -ইমাইবেম্মা! মতৌ করম্না, মফম অসিদা . . .

রাধে : মমানা মচাবু ফংনবা থিবসি গুক্লা থোকপ্রা? মন্ত্রি খানগী নুপীদগী নহারোল মখোয়দা লাক্কনি হায়বা অরোনবা পাউ ফংবদগী মন্ত্রিগী বঙ্গলোদা এম্বুস তৌদুনা লৈরগা, ইবুংঙোহোইগী তুং ইল্লকপনি- (পাথৌদা) নখোয়গী কমান্দর কনানো ? ইমাগা অমুক্তং উন্নহল্লু ইবুংঙো —

পাথৌ : ইমাগী মাংদা লেপ্লিবসি ঐখোয়গী কমান্দর ওঝানি ইমা-

রাধে : ঐহাক্না থিরকপা ইচানিপা উন্নবা মিকুপ্তা, মতম কুইনা অমুক্তং উন্ননিংবা নহারোলগী লুচিংবসু থেংনরবা! লমদম অসিবু কোনবিরিবা ইধৌ ইবেঙ্খৌ ঐবু থৌজানবিবগী খুরুমজনি : (লাই খুরুম্বা)

অজিৎ : পাথৌ! নমাংঙদা লেপইবা নমাসে ঐহাক্কী থবায় কনবিরকপা ঐহাক্কী ইমানি। লমশাং লাকপগী ন্নারন্নগনি। করিনো চানা থক্লবা খরদং থৌরাং তৌসিরা -

পাথৌ : ফনি ওঝা! ঐ খঙজরে। ইমা চা, উঁহে, চাক ?

রাধে : ইমাদি লোইনা য়ারে। ঈশিং গ্লাস অমত্তা থক্কে -

অজিৎ : পাথৌ! শঙ্গোম লৈবা নৎত্রা? অরৈবা উঁহে খরগা পুরকই -

(পাথৌ চংখরে) ইমানা নহারোলগী কমান্দর উন্ননিংববু করি হায়বিনিংবা লৈবগে?

রাধে : ইচাদি নহারোল লানহৌবগী লুচিংবা কমান্দর ওইরেকো - ইচাগী পুন্সি নুংশাংবা ওইসনু - (অজিৎকী মকোক্তা নাম্ববি) নিপামচা! নহাক্কী নথক্তসু সুপ্রিম কমান্দর লৈরমগনি। নহাক্কী ওঝাদা হঙ্গৎলু - ইমা ইপা ইচে ইচল মরুপ মপিজা কয়াবু তুংওইনরগা নখোয়না চীংনুং মান্নুংদা নরন্নাই ওইনা য়েক্লবগা লাম্বেংনবসি তোক্লসি।

অজিৎ : চহি কয়া লিশাং শিৎনা খোঙফম হন্দনা নিং-খা তম্নবগী লাঞ্জং চংশিল্লক্লবনি। য়াওন্নোই কয়াগী ঈখেঙনা চীংমায়দা, লবুক লম্মাংদা চাইখরে। ইমা লৈবাক্কীদমক পাম্মুরবা থবায় কয়া কখোকখ্রবা মতম অসিদা য়েক্লবা ময়াম লাম্মীগী মফমদা খুৎলাই থাদোক্লগা সরেন্দর তৌরসি - অসিরা ইমা?

রাধা : নত্তে। ইমা সরেন্দরগী ৱা পন্দে। ইচাশিংনা লোন্না নিংখাতম্বা তানবগী মহুত্তা মীয়াম হুপ্না ফোংনা ঐখোয়গী হক তানসি হায়বনি। ইমা লৈবাকপু মনিং মখা তম্নবা নখোয় নহারোল খক্তগী থৌদাং নত্তে। মীপুম খুদিংমক্কী পাঙথোকফম থোকপা ইথৌনি। থাইনা ঐখোয় নিংখা তন্না হিংলকই। মীখা পোনবা হৈনরক্তে। ঐখোয়গী নিংখাতম্বা মাঙহনখিবসি কনাননি হায়না খল্লি? ঐখোয়গী য়েক্লবা কনানো?

অজিৎ : ভারত সরকারননি। ঐখোয়গী য়েক্লবদি ময়াং লাম্মীশিংনি।

রাধা : নত্তে। ঐখোয়গী অশেংবা য়েক্লবদি ঐখোয় ইশানি।

অজিৎ : করন্না?

রাধা : ১৮১৯ দগী ১৮২৬ ফাওবা অবানা লান্দারক্তুনা ইরৈবাক অসি খুম্ভাক লাপ্লিখি। মী কয়া কা মনুংদা মোরোক মৈ থরগা হাৎখি। মী কয়া মনাদা য়াইরিনা লেংলগা বর্ম্মাদা পুখি। অবা লান্মীদি খৈলে নোংনাং তেলহৈবগী খৎনেকনি। মোইরাংগী নিংথৌ তেলহৈবনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌদা শিংজম্মৈদগী মখা, মথংদা নম্বোলদগী মখাগী লম মঙোন্দা পিয়ু য়াদে হায়দুনা মচানুপীবু অবাগী নিংথৌদা কৎলগা লান্দাখিবনি। ভাগ্যচন্দ্রবু কছারদা তাম্বোকহনখ্রগা মহাক্লা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইবনি। য়েক্লবা কনানো? অবানা ঐখোয়গী অশেংবা য়েক্লেবা ওইরম্লবদি ঙসি ঐখোয়না ম্যানমারদা মৈতৈ খুল, মৈতৈমচা উবা ফংগদরা?

অজিৎ : (বাখল খল্লগা) তাজরি ইমা -

রাধা : ১৮৯১ দগী ১৯৪৭ ফাওবা ঐখোয় ব্রিটিশকী মীখা পোনখি। ব্রিটিশ পৃথিবী জয় তৌবা পাম্বনি। নিংথৌমচা টিকেন্দ্রজিৎকা পকাসনাগা নুংশিনদবদগী নাকপাক তানরকপগী খুদোংচাবা লৌখিবনি। ব্রিটিশসি ঐখোয়গী অশেংবা য়েক্লবা ওইরম্লবদি ঐখোয়না ভারতকী লোন হিন্দিদগী ইংলিস খঙবা মীনা মশিং য়াম্লমগদ্রা?

অজিৎ : (মুন্না তারগা নোক্লিংই) মখা চত্থবিরকউ ইমা, তাজরি।

রাধা : ১৯৪৯ দগী ১৯৭২ ফাওবা, ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা পাঙদবদগী হৌজিক ফাওবা, দিল্লিগী মীখা পোন্না হিংলি। বুধচন্দ্র মহারাজনা ঐখোয় ঙারততা তিঞ্জরগে হায়দুনা মর্জ্জর এগ্রিমেন্ট সোই তৌখিবদগী ঐখোয়গী নিংখা তম্বা মাঙখিবা নত্তরা? আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পবার্স এক্ট চলাইদুনা আর্মিনা কুসি তৌরিবসিবু ঐখোয়গী মন্ত্রিনা থম্বিয়ু হায়রুবনি। হৌজিক ফাওবা এক্ট অসি লৌথোকত্রিবসিবু ঐখোয়গী মন্ত্রিনা শাংদোকপা নত্রা?

অজিৎ : মখাদি ইমা।

রাধা : ইমানা হায়বদি য়েক্লবা মশক মুন্না থঙসি হায়বনি। ইমানা ইচাদা পাওহোম্লিংবদি খুৎলাই পায়বা নহারোলনা মীচমগী য়ুমদা লেক-চাদুনা লৈবসি প্রজানা পামদ্রে। শেনগীদমক নখোয়গী দিমান্দ লেটর, ওফিসার মহাজন হাৎপগী থবক চত্থরকপসিনা নখোয়বু টেরোরিষ্টনি হায়নরকদৌরে। লৈবাক অসিনা কাং-খোং চাইরিবা, প্রজানা মপি-মপা লৈতবা লমজা শারা ওইনা হিংলিবসিদা হান্না মিথয়েং চংউ। করপ্তেৎ মন্ত্রিশিংগী খুজিন থৌরাংনা নত্তবরা?

অজিৎ ঃ ইমানা হায়বিনিংবা চিংনবা লৈতনা মখা থম্বিদনা হায়বিয়ু -

রাধা ঃ ঐনা করি হাযনিংঙাই লৈ? লাইরক লাইশু মতিক চানা হৈরবা নখোয় নহারোলনি। খুনাই অসিগী, মালেমগী মরমদা কুপ্না ষ্টদি তৌরিবা ইচা ঙাক্তনি। ঐনা খরা কাঙথোক্লিবসিদি মীয়ামগী সেন্টিমেন্ট ফোঙদোকপনি। অদুগা ঐহাক্কী ওইনা হায়নিংবা অমদি ভারতনা স্বরাজ ফংবা মতমদা মহাত্মা গান্ধিনা প্রাইম মিনিষ্টর ওইগে হায়খিদে। নরৈবাক্কী নিংখা তম্বগী ঈহৌদা নখোয লিদর অসুক য়াম্না চোংথোরক্লিবসি করিগীনো? লানহৌলুপ মশিঙ য়াম্মনখ্রে। নখোয় অমত্তা ওইনা পুন্সিন্নরো। অপূনবনা শক্তিনি কাউগনু ইমাগী ইবুংঙো-

(লোয়া ঈশিং গ্লাস অমা পুরগা ফিংনা চংলকই)

লোয়া ঃ ওঝা! (মখূৎনা চীংদা সাইন তৌই)! ইমা! ঈশিং - (পিবা)

(অজিৎনা মতাইদা চৎলগা চীংখাদা য়েংই। ফুরিৎখাওদগী শাংদোকপা তেন্সিনবা য়াবা বাইনোকুলার মচা অমা পুথোক্লগা চীংখাগী অকোয়বদা যেংই। রাধানা ঈশিং থক্লগা গ্লাসতু লোয়াদা পিরকই। অজিৎ ময়ায়দা চংলক্লগা বাধা, লোয়া অমদি মখোয়গী কেম্প (বসির থম্ফমলোমদা য়েংলগা ৱাখল কয়া খল্লবগী মতুংদ৷ মখূৎ ওই থিন্দোরকই)

লোয়া ঃ (ঙক্লা) ওঝা ! করি পাম্বিবনো -

অজিৎ ঃ ও . . মাইক্রোফোন -

(লোয়া চেন্সিনখি। চেম্বোবক্লগা অজিৎতা মাইক্রোফোন পিবা)

- হল্লো, হল্লো, সেক্যুরিটি ফোর্স৷ কমান্দো৷ ইয়োর এটেন্সন প্লিজ। নখোয়বু লমজিংলকইবা জোবো অদু ঐখোয়গী অঙাংনি। নখোয়বু চীঙ্গোল অসিদা পুরকহল্লগা নখোয়গী নথক্তা খূৎ থানবা ঐনা শিনবা প্লাননি। অদুবু ঙসিদি ঐ খূৎ থাররোই। নখোযনা কারক্কে খল্লিবা লম্বীদুদা কারক্কনু। বোম ফুন্নিবনি। থাজদ্রগা য়েংউ - (মখূৎ ওইনা বিমোট অমা পুথোরক্লগী নম্বা - বোম (পোকখায়বা) - লাক্লিবা নখোয়গী কনভোই অদু - নখোয়না গাড়িদগী কুমথদ্রিঔেদা শিংকুপ শানা থুগাইবা ঙমই। থাজদ্রগা য়েংউ - মতাইদা লৈরিবা আর্মিগী গাড়ীদুগী মনাক্তা মী অমত্তা লৈগনু - ! (মখোয়দী কেম্পলোমদা) পাথৌ৷ ফোর্টি ডিগ্রি সাউঠ ইষ্ট, টেন এম এম, সিঙ্গল বোম ফয়ার-! (বোমগী মখোল, অরাপ্পদা হৱাগাড়ী কাপখায়কগী মখোল)

- সেক্যুরিটি ফোর্স! ঙসিদি ঐখোয় মী হাৎনিংদে। নখোয় মিনিষ্টর বসির খান রেসক্যু তৌবা লাকপনি। মন্ত্রি হৌজিক মফম অসিদা তেক্ত কায়দনা লৈ। নখোয়দগী নোংমৈ গুলী অমগী মখোল হেক থোরকপদা মন্ত্রিগী অশিবা মশা ওইনা ফংগনি। নখোয় অন্দ্রোরোমদা চৎলো। মফম অদুদা বসির খান ফংগনি। আই রিপিট। অন্দ্রো খুঞ্জাওদা মন্ত্রি বসির থাদোরক্কনি।

- লোয়া! খান শাহেব পুথোরকউ - (লোয়া চংখি, মাইক্রোফোন পুসিনখি) পাথৌ! ঐখোয় মিনিট তরাগী মনুংদা বেজ সিক্সকীদমক মফম অসি থাদোক্কদবনি। পেক অপ। এন্দ মূভ ।

- ইমা! মতাংনা য়াদরে। খান শাহেবকা মখাগী লম্বী অসিদা চৎপিখরো। খোঙ লম্বী অসিগী মতুং ইন্না চৎপদা অন্দ্রো খুল ফংলনি। মফম অদুদা মন্ত্রিগী কারসু লৈরম্লনি। কমান্দো কাংবুসু থেংনরনি।

রাধা ঃ ইমা ইচা কদৌঙৈ অমুক উন্নগনি?

অজিৎ ঃ ঐ পাউ পিজরক্কে। খান শাহেব। ঝারৌনবা য়াদে। য়ৌবিরো (মপুক্লিং নুংশিনা কপই ) - খুদা হাফিস -!

অজিৎ ঃ গুদ বাই। ফির মিলেঙ্গে-। (চৎপা হৌখি) ইমা! পন্থবা য়াবা তাঞ্জা নত্তবে। চৎলো ইমা চৎলো। লোয়া! ইমাগা খান সাহেবকা লমখায় ফাওবদং থিল্লুচো।

রাধা ঃ নিপামচা নহাক্কী থবায় মিরেন ইমানা চরৈনুংদা চেৎনা য়োমদুনা পুরবনি। টেক কিয়ার ওফ য়োরশেল্ফ মাই সন। ইমা য়ৌরে।

অজিৎ ঃ ইমা! নচানা ইমাগী লমন শিংগদবা য়াম্না ঝাৎলি। নচাগী শক্তি পিবিরমউ ইমা (খুরুমই)।

রাধা ঃ নতু তুবুম নাম্মা তেক্তনা ইমাগী নাক্তা লাকউ (মকোক্তা নাম্থবা)

লোয়া ঃ ইমা লেঙলসি। (খান, রাধা, লোয়া প্রপ প্রপ কুমথখ্রে)

অজিৎ ঃ পাথৌ! এ আর কাংবু কারক্লে। মোক বোম কাপউ। মূভ।

(অজিৎ থুনা চৎখরে)

## সিন - ৫

- কমান্দো রঘুগী য়ুম, - অয়ুক

(কার খামখিবগী মখোল)

বসির খান ঃ (চংলকই, মী য়েংলগা) হো ইবুংঙো বাবু! ওসি শাহেবপু লৈব্রাও?

মনুংদগী ঃ ঈরুজরি। থোরক্লনি। চৌক্রিদা পোত্থাবিয়ু।

খান ঃ ওসিগী য়ুমসিদি ফজনা শাখ্রেদা। পৈশা য়াম্না চংলমগনি। বা! অদর গুলাব অসিদি ফজখ্রেদা। মশা অমত্তদা অঙৌবা অঙাংবাবু শাৎলিনে। লৈ পাম্বী অমদা লৈ মচু মচু শাৎপদি অমুক্তবু উদ্রি। করম্নবু শেম্বকো! মীসি লাইনিকো-। লাইমসু চাউই গুলাপসে - (চংশিল্লগা পায়গে তৌরুবদা হুইজাও পাইথোরক্লগা খোঙই। খঙপ্রেক খঙলগা খান চেম্থোরক্লগা মনা পায়রগা ফমই।)

রঘু ঃ (মনুংদগী) হাই জেক্কী! নো! কম হিয়ার -

খান ঃ (হুই খোংখিদ্রে) মপুদা নত্তে, য়ুম অসিদদি হুই ফাওবা কমান্দো ওইরম্লে। ইমাই ইমাই অল্লা কসম শিরমগনিদা। হুই অসি তুমিন্না কুনখ্রেনে। মপোৎ শোকউবা য়াদবজাৎনি। তম্বিরবদি হুইসিসু মীগুম শিংবোইরে। হুইগী শব্দদা মিন্থনসি আদা চেনখৎখ্রে। করিনোনে ঐহাক্লা হায়গে হায়দুনা লাক্লিবসিবো? কাওখ্রেদো - (নিংশিংই)

বেগম ঃ (মনুংদগী) বেগম ঐহাকসে ঐখোয় মন্ত্রিগী থবায় কনবিরকপা অজিৎকী মচে ওইহনবিয়ু। ঐহাক্লা অজিৎপু মচে শক্লা নাউকোনগনি। মহাকপু খুনাইরক্তা মী অমা ওইহনগে। ইপ্পা অজিৎ ঐঙোন্দা পিয়ু। কৌবিরু -

খান ঃ আ . . . নিংশিংলে। কসম কাউররোই -

রঘা ঃ (য়ুনিফোর্ম শেমজিন্দুনা থোরকই) বহাদুর! কনানো ঐ উম্নবা লাকই হায়ববো -? এঃ সার! গুড মোর্নিং সার। ঐহাকপু কৌবিরক্লগা ঐহাক লাকচগদবদুবু -

খান : গুড মোর্নিং ও সি শাহেব। সরকারগী থবক ওইরবদি কৌরগা খন্নবা য়ারবনি। প্রাইভেট, টোপ সেক্রেট। পাউথাংদা নৎত্রগা টেরিফোন্দা হায়বা য়াবা বাফম নত্তে। অদুনা ইশা লাক্লবনি। মী হাৎপদা হালেংদবা মথৌনা লৈবা আর্মিনা অমদি কমান্দোনা ঐহাকপু ঐগী বঙ্গলোদগী নহারোলনা ফারগা পুবদা কনবা ঙমখিদে। নিপা অমখক্লা ঐগী থবায় কনবিরকপদগী ওসি ঐহাক হিংলিবনি। ঐহাক্কী বেগম্না নিপা অদু মৌপ্পা ওইনা য়োকপা পামই। নিপা অদু ঐখোয়না কমান্দোদগী লৈজরগে। মসি পায়সিনবীয়ু। লাক্ষ অহুম্নি। এডভান্সনি। নিপা অদু ওসি শাহেবনা চানবিদুনা মচে বেগমদা শিন্নবিয়ু।

রঘু : নিপা অদু কনা-?

খান : নহারোলগী কমান্দর অমা ওইবা অজিৎ।

রঘু : অজিৎ - !

খান : মসি এডভান্সনি (ইনভেলপ অমা তেবলদা থমই) শোয়বিদনবগীদমক ইশামক্লা বানোম্বা লাকচবনি। ইথৌ চিনবা মশেন্নি। য়ৌজরগে - (চৎখি)।

রঘু : পোৎ অসিদি থম্বিরমগনু। পায়বিখো সার -

খান : পোৎ অদুনা ঐহাক মফম অসিদা লাক্লমই, করিগুম্বা অমা হায়জরম্মী হায়বগী নিংশিং খুদোল ওইনবনি। (থোকখরে)

রঘু : অজিৎ! মেদাম রাধানসু মচা শক্লা নাওকোনগে মঙোন্দা শিন্নদবা য়াদে হায়রিবা অজিৎ! বহাদুর, বহাদুর -

(মচন্নুপী মালেমঙানবী পুঙৌ ফনেক, খুদৈ মতেক, সনা লৈতেং য়াওদে থারকই। কৈথেল কানবা খাউ অমসু পায়)

ঙানবী : তামো! ঐনা বহাদুর ময়ুমদা চৎহনখ্রে।

রঘু : করিগী?

ঙানবী : ওফিসার অচৌবশিংনা গ্রেড থ্রি ফোরগী কর্ম্মচারিবু ময়ুমদা মীনাইগুন্না থবক শিজিন্নবসি ঐহাক য়ানিংদে। অদুনা ময়ুমদা ওফিস অবার নত্তবা মতমদা থবক ইনখাং শুজরক্নবা থাখ্রে। ঐখোয় ইমুংগী নিপাগী থবক্কীদমক তামো লৈ। নুপীগী থবক্লা ঐহাক্লা শূগনি। কৈথেল ঐহাক্লা কাগনি। চাকশু ঐহাক্লা থোংগনি।

রঘু : কদোমদগী শিৎলকপা নোংলৈ নুংশিৎনো? ইমানা বৃন্দাবোন্দা চৎথ্রিঙৈদা ইচলবু বাহন্নিংদবদগী ঐহাক্লা থৌরাং তৌবনি। নহাক্ বাজগে হায়না নরান

শারম্বোদনা -

ঙানবী : ইশানা তৌগদবা থবক মীঙোন্দা ইম্ব্রোকপা হায়বসি কতনগী হে বিটনি। চাউখৎনিংলবদি ইশাগী থৌদাং ইশানা পাংথোক্কদবনিনে তামো -

রঘু : ফজে। পুলিসসি নহাক ওইরো। লৈবাকসি নখোয় পানবিরো -

ঙানবী : নিপানা নিপাগী মথৌ মঙম পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি নুপী ঐখোয়না নিপাগী মতেং পিবা তাবনি। ঙাওচৎনদুনা লম্মাংনখ্রবনি হায়রিবা নহারোলসু নুপী ঐখোয়না থিরগা ফাগদবা ওইরমগনি। ইস্কোনগী বোম ব্লাসকী লংলা লংজিনশু পুলিসনা খঙবা ঙমদ্রবনিনা নুপী ঐখোয়না থিগৎলগা ফাগদবনি নৎত্রা ?

রঘু : নুঙাইখিদ্রেদা! ঝা ঙাংবদা কোচি থাংবসি নুপীদদি পকচদবনি। ঙাইখো। অতৈদি লায়রী, নংগী ফিজেৎতু করিনো ? ইবেম্মা নহাকপু ইকাইবা করিমত্তা খঙদ্রবো ?

ঙানবী : ফিলম, টিভি য়েংবদগী, সোরোক লমজাওদা শাৎপী ইতারোই তিন্নরুবদগী, নচল মৈতৈ নিংঙোলনি হায়বা কাউক্লরে। মীরমগী ফিজেৎ-চাকচা মতৌ তম্বনা, মীরোল ঙাংবনা ঐহাক্কী জাতিগী চাউখৎপা ওইরমদরে। অদুনা ময়াংগী ফিজোল লোইনা পিথোকখ্রে। সনাগী লৈতেং শিবনা নুপী মশেল কল্লরুবগী, নুংশিনদবগী মচাক ওইরম্লে। অদুনা সনা মখৈ উপুদা হাপচিনখ্রে। ইকাইবদি - মশানা মশাগী মশক খঙদবী, মথৌ মশক খঙদবী, ঝারেম ঙাংবী নুপীদনা ইকায়জগদবনি।

রঘু : ও কে! ও কে। নবুং ভাব তারে। নহাক ঐহাক্কী মহৌশাগী ইচন্নুপী মালেমঙানবী ওইদরে। লায়েংনবগী ডাক্তর অমা দরকার ওইরে। ইচনগী ভাষন তাদুনা লৈরবদি ওফিসতা ঝা থোক্লরনি। ঐ থেঙখ্রে। ইচলগী অপাম্বদু চথরো। নবুং ভাবক ওইরগে। ঐ ওফিসতা এস পি না ঙাইরম্লনি। ঐগী তুপী অমুক্তা লৌথোকউচো - (ঙানবী চংখি)। ইবেম্মসি বি এ ফাওবদি চম্না ঝারী শাবা নুংঙাইরম্মী। য়ুনিভর্সিটিগী ছাত্রী ওইখিবদগী মৈতৈ নেসনেলিষ্ট ওনখরে। ঐহাক্লা বৃটিশকী মীনাই খাকি মতৎ শেৎপা থানা ওইদুনা লৈবসি মতমসিগা চুনরক্লোইদৌরি।

ঙানবী : (থোরকই, তুপীদু মবুংদা পিরগা) তামো! ঐনা হায়বদু কাউবা য়াদেকো।

রঘু : করিবো ?

ঙানবী : মঙোন্দা খুৎ হেক থারবা, নোংমৈ কাপ্লবদি ঐ য়ারোইদবনি।

রঘু : উম -। অজিৎনা ঐহাক্কী পুঙমদবা অবা পোৎলুম ওইবা তারবা।(ঙানবীদা য়েংলম্লগা চৎখরে)।

ঙানবী : (মহাক্কী ফিজেৎতুদা মতোমতা য়েংজরগা নোকই। অজিৎকী বাখলদা ঙাওরবীনি। ঈশৈ শকই)

হো লিরি শিৎপা মালংবা
অমুক্তা ঙাইখো কদৌগে
ইপাউ অমত্তা চেঞ্জগে
নুংশি ম কাদা তম্বীরমউ।
(মমিৎতা অজিৎ উরকপা)
লাক্লগা অমুক্তা য়েংলোরাউ
ঐনা শেৎলিবা ফিজোলশে
ঐ মৈতৈ নিংঙোল ওইরে
ঐগী থবায় হকচাং কচ্চরে : (অজিৎ থোকখরে)
চৎখিবদগী করিগুম্বা হল্লক্তরবা
ইমাংদা অমুক লেপ্লদ্রবদি
ঐবু হাৎপা পাপ পুগনি
ঐদি শোয়দনা লাক্কনি ননাক্তা।
(তপ্না তপ্না চংখি)
ঐবু হাৎপা পাপ পুজনি
শোয়দনা লাক্কনি ঐদি ননাক্তা
ঐগী লেঙদ্রবা বাশক্লি -
হো লিরি শিৎপা মালংবা

## সিন - ৬

### - রাধাগী য়ুম, - নুমিদাং

(ডাঃ বোননা মচে রাধাদা পাউ অমা তম্বা লাকই)

বোন ঃ ইচে, ইচে!

রাধা ঃ (মনুংদগী) বোন! বোন নত্রাও?

বোন ঃ মান্নি ইচে।

রাধা ঃ ফম্মো। চংগে হায়রবসু চংলকউ। ঐ চাক থোংই। থাউ শারে।এঙ্খাং অমুক্তা ঙৌরমখিগে। য়াম্না থুরব্রো?

বোন ঃ অথুবা করিশু লৈতেদা। ইচেগী পাউ অমা তন্নমগে লাকপনি। ঐ মপান্দা হকচিক লাংগে। (ঘরি য়েংই। ফুরিংখাওদগী রেদিও মচা অমা লৌথোক্লগা তাবা) - অকাশবানি ইম্ফালগী কংলা চেনেলনি। দেবলা দেবীনা পাউ পাজরি। ইন্দো নাগা শিজ ফয়ারগী ৱারী শাবদনা মুইভানা চীংগী দিষ্ট্রিক মরি মনিপুরদগী ফক্তোক্লগা, নগালেণ্ডগা পুল্লগা নাগাগী লমদম অমা শেম্বগী ৱাফম তকসিল্লি। সিফাইনা মীচম নোংমৈনা কাপ্তুনা হাত্তোক্লগা নহারোলনি, মখোয়দা নোংমৈ কাপ্লকই হায়বা অমদি খুনেক নাহারোন্দা নোংমৈ পিশিল্লগা সরেন্দর তৌররে হায়দুনা মনা লৌনবা হোৎনবগী মায়োক্তা মীয়ামগী অচৌবা সভাযাত্রা চৎখ্রে। প্লানগী পিরকপা শেনফম সরকারনা নিয়ম চুন্না শিজিন্নবগী য়ুটিলাইজেসন সার্টিফিকেট পিবা ঙমদবদগী সেন্টরনা মখা তানা শেন থাদোরক্লরোই হায়রক্লে। - (রেডিওদু মুখৎলগা) ষ্টুপিদ, নন্সেন্স! মনিপুরগী পাউসিবু অসিগুম্বসি নৎত্রবদি লৈত্রবজাৎলা? উম - ইচেগী ৱাখল চুমই। খম্বুরুদবগী ঐহাক্না শাউরম্বনি। অতৈ ষ্টেটতশু নক্সলাইট অমদি টেরোরিষ্টকী পাউ লৈ। মখোয়বু ইন্দিয়াগী মথক্তা লানহৌবা, ইন্দিয়াদগী তোঙান তানিংবা সেক্সনগী ৱা হায়দে। ঐখোয়গী নহারোলবুদি ইন্দিয়াগী য়েক্লবা ওইনা খল্লি। ইচেনা অজিৎপু নুংশিবগী মরম লৈ। কেক্রু পাৎতা থৱায় তরানিপালনা য়াতারিবা নাগাদা ইন্দিয়ানা মতেং পাংশিল্লগা মনিপুর থুগায়নবা হোৎনবদগীনি। ঐখোয়গী চিফ মিনিষ্টর অসিবু ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী মীনাই মকোক্লনে?

রাধা ঃ বোন! নহাক্না মুরুম মুরুম শোল্লিবদুবু কনাগা বারী শান্নরিবনোনে? সে চা থকউ - (চা পিবা)

বোন ঃ ইচেগী চাদু য়ারে। খারে। ঐহাক মনিপুরগী রেডিওগী পাউ অমুক হন্না তাররোই। মৈতৈলোনগী খবর পাররোই। ইচেগী বাখল চুমই। ঐহাক্না ইচেগী য়ুমদা ওপরেসন তৌরগা নেংমৈ মরু লৌথোকখিবা নহারোলদুগী কাংবুসি মরোল লোনবা নোংশানি।

রাধা ঃ করিনো বোন নহাক্না ঙাংলিবদুবো? নহাক য়ু থক্লক্লবা? মমৈ মকোক অমত্তা শন্ন দবা বা ঙাক্তা ঙাংইবদুবো -

বোন ঃ ইচে! হৌরিবা উ বা লৈপালশিং অসিগী মরূ লৈ। রুট । ঙাংইবা বা পুন্নমক্কী মরম লৈ। ইচে কমান্দোগী ওসি রঘুগী মনাক্তা চৎলুই। চুমইকো! ঈশ্বরনা পিনবিরক্তবনিনা ইচে নহাক নচা পোক্লে। ইচেনা অজিৎপু উবদা নচাগুন্না নুংশিরুরে। অদুনা মহাকপু ইচেনা নচা শক্না নাউকোনবা পামই।

রাধা ঃ কদোমদগী লাম্মকইবা বাফম্নো অদুনা?

বোন ঃ ঐহাক্না লাক্লিবসে ইচেদা মহাক্কী পাউ তমগে হায়দুনা লাকইবনি।

রাধা ঃ মহাক কদাইদা লৈহৌই? মানা করি হায়রকই?

বোন ঃ ইচে। অমুক্তা তপথখো। ইচিন ই প্বানা নহানমখৈ বানা থিবদু হৌজিক্তি খঙলে। ময়ুমদা চৎলুরে। মহাক্না উন্নরে, বারী শারক্লে। ঐনা ইচেদা তমগে লাকপগী মসিনা নুংঙাইবা পাউ।

রাধা ঃ পাউ তম্বদা মতৎ মতৎ তম্বা হৌনদে। প্র-প্রপ লীথরকউ। ইচে তানিংবনা ঙাইঙমদরে।

বোন ঃ মখা পাউ হৌরগে ইচে। ঐখোয়গী রিমস হোসপিটালদা হনুবী অমা লায়েংবা পুখৎলকই। কেন্সর পেসেন্ট ওইরম্লে। ঐখোয় ডাক্তর ময়াম্না খন্নরগা লায়েংলে। থার্ড ষ্টেজ লাক্লিক্লবা কেন্সরনা নারবা মী হায়বসি মাইবনা খুৎ থারবনি। মচানিপাদুনা মপান্নমগী হোসপিটালদা রিফর তৌবিয়ু, মমাবু অরোইবী থাক্তা লায়েংজরুগে হায়। নৌপ্বাদি ওইদবা ঙাংনিংদে। দিল্লি বোম্বেদা পুরুরবসু মমাদু অশিবা হকচাং ওইনা পুরক্লনি হায়দুনা ঐনা রিফর তৌখিদে।

রাধা ঃ মচানিপাদু নঙোন্দা শাউদরা?

বোন ঃ অহানবদা শাউগে তৌরম্মী। নুমিৎ মশিঙ থারবা অনাবনি হায়বদু খঙলকপদগী মপি খাঙগন্তুনা তুমিন্না লৈখি।

রাধা ঃ অদুদগী কমদৌরে?

বোন ঃ অনাবীদু য়াম্না লায়রবী লুখ্রাবীনি। শিরবা মতুংদা মমাবু পুথনবা গাড়ী, কু থিবদা অশিবদু হুন্দোক্লল্লগা হারোই-হারোই খা-খাং চেল্লি। মদু উবদা ঐনা নুঙাইতদুনা রিমসকী এম্বুলেন্সতা ময়ুম লাংমৈদোং ফাওবা থিল্লুই। লায়রবী লুখ্রাবী মচা ওইজরবসু মমাগী সংস্কারদা মী নিপা নুপী অঙাং অহল লিশিংগী মথক্তা তিল্লি। ঐহাক মমাগী পোৎলোইবা লোইবা ফাওবা য়াউরকই। লুখ্রাবী মচা ওইহৌরবা নিপা অদু অতৈ কনাশু নত্তে। ঐনা ওপরেসন তৌখিবা ইচেগী অজিৎতুনিনে ইচে।

রাধা ঃ মরাইবক ওন্থোক্লা থীখ্রবা ইচানিদকো- (কপই) নং মাগী য়ুম খঙবা নত্রাও? নংগী গাড়ী থনমউ। ঐগী গাড়ীদা চৎসি। ঐ ফি হোংদোক্লুখিগে-

বোন ঃ ইচে! অমুক্তা ঙাইখো -! পাউ অসি খুদক্তা ঐনা তম্লবগী মরমদি মোরেদা ঐনা লাংমৈদোংদগী হল্লকপদা ইমজেন্সি কেস অমগী চত্তবা য়াদবদগী চৎলুরবনি। হয়েং মমাগী অষ্টিনি। হয়েং অয়ুক ঙস্তা চৎলসি। ইচে ঙন্না লোইশিনবিরমউ। ঐ য়ৌরে ইচে - (চৎখ্রে)

রাধা ঃ বোন! নহাকপু অমুক্তা ঙাইখোনে -(তাম্লখি)

## সিন - ৭

### - অজিৎকী য়ুম, - নুংথিল

(অজিৎকী মমাগী শোরাৎ নুমিৎনি। সংকির্টন লোইরবগী মতুংদা মমাগী মোংফমদা য়েংলগা লেপই))

**অজিৎ** ঃ ইমা! নহাক্তি তাইবঙ চেংজেল লোইদুনা মপুগী য়াথং তুংইন্না মোংফমগী লৈরোম্নুংদা য়াতাখ্রে। ইমাগী পুন্সিদো নোংমতবু নচানা নোকহনবা ঙমদ্রি। ইমাগী খোন্নাং লমন শিংবা নচানা ঙমহৌদ্রে - (পুঙৌ ফনেক শেৎপী ইন্নফি ইনবী মালেমঙানবীনা থোরক্লগা অজিৎতা য়েংই) নচাগী ইরাল ঙাকপিয়ুকো ইমা! (কপ্লগা খুরুমই) - তাইবঙ শেম্বা মপুগী লৈকোন্দা ঈঙনা চিক্লা নুংঙাইনা লৈয়ুকো ইমা। ইমাগী কর্ম্মদা ঐগী ইতেং পাংবিববা মীযামগী লমন শিংজবা ঙম্নবা নচাগী শক্তি পিনবিবমউ।

**ঙানবী** ঃ তামো -! চৎপ্রবী ইমাবু অমুক কৌকরিবা করিগীনো?

**অজিৎ** ঃ (মপি তৈথোক্লগা) ও ঙানবী। চৎলগেরা-?

**ঙানবী** ঃ চৎখিরোই। ঐ তামোগা বা ঙাংনগদবা লৈবি।

**অজিৎ** ঃ মসিনি ঐহাক্কী পুন্সি। নাইতোম তাহৌরবা চেক্লাগী পান্থক ওইরবা ঐহাকপু পুন্সিগী নোংলৈ নুংশিৎনা মাইকৈ কদোমদা হুমদুনা পুগদৌরিবা - ঐহাক খঙদে। পুন্সিগী পন্থুংফম খঙদ্রবা ঐহাক্লা কনাগী পুন্সিগা মরুপ ওইগনি? মালেম অসিদা নাইতোম লাকপনি। ইরোমদোম হনখিবা তাবনি। ফবে, য়ৌরো- ঐহাক লৈহৌরগে।

**ঙানবী** ঃ ঐহাকপু তাল্লিবরা? ঐদি চৎখিরোই -

(রাধা প্র-প্রপ চংলকই। মখোয় অনি লৈরম্বদুদা লকক তৌই)

বারী শাগদবা য়াম্না লৈরি। ঐনদি তামোগী শক অমদি থম্মোয় মুন্না খঙই। ঙসি ফাওবা ঐহাকপুদি খঙবিদ্রি। ঐ থবায় য়াম্না নুঙাইতে। তামোগী ইমা লৈখিদবদা ঐহাক্কী অপোকপী ইমামক কায়নবগুম কপ্পি। ইমা লৈখিদবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবা মিৎকী পিরাং কংদরি। ঙা য়াতোন তংদবমখৈ চবা নামমখক্তা চারি। ঙসিসু চরা হেল্লিবনি ঃ (কপই)

রাধা : নিপামচা!

অজিৎ : ইমাবেম্মা!

রাধা : ইমা চৎলগে। কৈথেল কারুখিগদবনি থেঙথ্রগনি। হয়েংগী উশোবকী ঐহাক্লা বামোন তরুক, অৱাৎ অপা পুন্নমক পুরগা মম্মিঙৈদা লাক্লগে। অঙাং খরা থারগা কোল্লিক লৌশিল্লু। এঞ্চাং শেন্নবা, ঈশিং শোক্লবা লৈশাবী তরামুক্তি হায়জিল্লু। অনোয়বগী লফুদি অহাওবা হৌরে নত্রা? খরা নোয়বা খল্লগা মমদ্রিঙৈদা য়ানহল্লুরো। হয়েংদি থাংজনি লফু য়ানবা ফত্তে।

অজিৎ : ঐহাক্কীদি কনাশু লৈজদে। ইমানা পুন্নমক শীনবিগদবনি।

রাধা : ঐহাক্লা পুন্নমক শীনগনি। করিমত্তা নুংশা থীগনু। আ . . . ইবেম্মা অসি কমান্দো ও সি রঘুবাবুগী মচল ইবেম্মা নত্তরনে?

ঙানবী : মানি ইমা। ঐহাক মালেমঙানবীনি।

রাধা : ইবেম্মদি কদোমদগী . . .

ঙানবী : কলেজ, য়ুনিভর্সিটিগী ছাত্র ছাত্রী ময়াম ওঝাগী ইমাগী কর্ম্ম য়াউবা লাকপদা য়াউজরকপনি। ঐখোয় ময়াম্না ভোলন্টিয়ার ওইনা লোইশিন খোমজিঞ্জরল্লগা পুন্না ঙঞ্জগনি।

রাধা : চৎথ্রবশিংগীদমক হিংহৌবা ঐখোযনা ৱাহৌবা তাবনি। ইমা থেঙথ্রে। অদুগা নখোয় ৱারী শান্নবদা সেরিঅস ওইবা ৱাফমদা অঙম তান্ননু। নুংশিবদা কা হেঞ্জিল্লবদি মী শিবনিকো - । ইমা য়ৌরে। (চৎখ্রে)

ঙানবী : ঐনা নহাকপু নুংশিবসি মীরাইদুনা নহাক, ঐগা কায়নবা পাল্লবা নত্রা? কায়নরমদাই মিৎকুপ অসিদা ঐহাক্কী থম্মোয়গী তেংথাখোল অসি তাখো।

অজিৎ : মালেমঙানবী! নহাক্কী থম্মোয়গী তেংথাখোলদু ঐহাক্কী ইফমদা সমুদ্রগী ঈরাউখোলনি। কুইরে তাবা ঐহাক্তি - নহাক্কী ৱাকৎ। নহাক্কী নুংশি ঈপাক্কী ঈরোন্নুংদা ঐহাক্লা ঈরাক্লদুনা শিবদু নহাক য়েংবা পাল্লৱ্রা? ঐহাক মতম খরদদি হিংনিংলি।

ঙানবী : ঐহাকপু মিকুপ অমত্তা ওইরবসু নহাক্কী ওইনা হিংনিংই। নহাক্লা হায়বদমক তাও। নহাক্কী অপাম্বদু তৌগনি। ঐহাক্লা হায়বদি তানবা নাকোং পান্দে অসিরা?

অজিৎ : শাগদবা ৱারী লৈ হায়বদু অদুরা? হায়গদবা লোইরব্রা?

ঙানবী : লোয়দ্রি! মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী অপাম্বা লৈ।

**অজিৎ** ঃ লৈরম্বা য়াই।

**ভানবী** ঃ য়াবা নত্তে। লৈ। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী অপাম্বদু পাওথোক্লবা হোৎনরিবা ভাক্তনি। থবায় ফাওবা পাম্মুনদ্রিবনি। নিংজবদু থুংলগনা হৃাউবা। ফংদ্রগনা নিংবা কায়বা। কপ্না।

**অজিৎ** ঃ মদু হৌনশানি।

**ভানবী** ঃ মীওইবা ঐখোয়সি খুনাইরক্তা হিংবা জিবনি। সোসিয়েল রেসনিং বীইং! ইমা, ইপা, ইচা, ইশু . . . (মুন্না য়েংলগা লৈ) অহিংবা মীপুম খুদিংমক্না মালেমদা হিংমিন্নরিবা মীওইবগী ৱাখল খনফম থোকই। তারিকো?

**অজিৎ** ঃ তারি।

**ভানবী** ঃ তারবদি খওগদবা! খওদ্রগনা অখওবা মীদা খওননবা হংবা ইকাইরোইদবা-

**অজিৎ** ঃ খওই।

**ভানবী** ঃ খওলবদি থবক ওইনা পাওথোক্কদবা।

**অজিৎ** ঃ ঐহাক হোৎনরি। হোৎনদুনা লাক্লি অমসুং হোৎনখিগনি। ঐহাক্কা শাগদবা ৱারী লোইরব্রা?

**ভানবী** ঃ লোইদ্রি। ভসিদি ঐহাক্কী ৱারী শুংলোই লোইহন্দবা ভমগনি। অদুবু ইমাগী কর্ম্ম নুমিৎনি। ঐ খওই। ৱারী শাংবা মতাং চাদে। কায়নবগী তাঞ্জাদদি হৌখ্রবা নুংশিবগী থৌদোক কয়া নিংশিংবদনা, কায়হৌরগদবা থম্মোয়গী পোত্থাফম্নি। অদুবু অরোয়বা ওইনা . . .

**অজিৎ** ঃ হায়নিংবা মখাক থম্মনু। তুংদা অমুক ৱারী শাবগী খুদোংচাবা ফংদবা য়াই।

**ভানবী** ঃ হায়বদি ইমাগী তুং ইল্লগা চৎখ্রগে অসিরা? মীওইবনা নাথেদুনা চেনবা য়াররোইদবা অশিবগী ৱাখল খনবা মীদি পাওদবা . . .

**অজিৎ** ঃ মান্নী। ঐহাক পাওদবা মীনি। পেন্না ঐবু চৈরমউ ভানবী। ঐহাক্কী নুঙগী মুর্ত্তি ওনবদি ঐগীদমক নত্তে। নশুংলাংগীদমক্তনি। ইশাগীদমক খল্লগা নুংশিবদি - মদু অশেংবা নুংশিবা নত্তে। ঐহাক্কা, নঙগী মৌগী পুন্সি নুঙায়-য়াইফবা ওইহন্নিংই। ঐহাক্কী পুন্সিদি হিংবা অমসুং শিবগী খেন্নবা লৈত্রবনি।

**ভানবী** ঃ শিরগা মীওইবসি হেক্তা কায়নরব্রা?

**অজিৎ** ঃ কায়নদে। শিরগা কায়নবদি হকচাংদনি। মহাত্মা গান্ধী, নেতা হিজম ইরাবোত, অরাম্বম সমরেন্দ্র, ঐখোয়গী নুতিগী নত্রবসু চহিগী উন্নরি। ঐখোয়গা তত্তনা ৱারী শান্নি।

ঙানবী ঃ বাফমদুগা ঈরোইননা মমা মপাগী মঙলান মচা মশুনা মঙফাওনহল্লি। মপা-মমা, মচা অহন্না পৃথিবীসি শেম্মীবনি।

অজিৎ ঃ মদু কল্লিংঙাই লৈত্রবা বাফন্নি। অদুরা নহাক্কী পোলোইগী বারী?

ঙানবী ঃ তাইবঙ মপুনা মালেমদা নিপাদমক শেম্লকপরা? নুপীদি করিগী পুথোকপিরমই? নিপা নুপী অনিদুগী নুংশিনবগী খুদম মচা! মচাদগী মশু। অসুন্না সংসার অসি শেমখিবা নত্তরনে তামো? মৈহৌরোন্দগী চৎনরক্লবা কাংলোন অসি, লাল্লি হায়বগী প্রমান পিবিয়ু। নত্রবদি ঐহাকপু নাইতোম থাদোক্লম্লগা নহাক চৎখিবা য়ারোই।

অজিৎ ঃ পা, পী! নিপা নুপী! ঙানবী! চুমই। নিপা অমগী মতুংদা নুপী অমনা লেপই হাবসি ইতিহাসনা হায়খ্রবনি অমসুং হায়রি। চুমসু চুম্মী।

মনুংদগী - (অজিৎ ময়াম হন্নগদৌরে। অমুক্তা উন্নহৌররাউ)

অজিৎ ঃ ময়ান্না চৎলসি হায়দুনা নহাকপু ঙাইরিমাল্লে। (ঙানবীনা অজিৎতা মমিৎ কুপ্তমখে য়েংলবগী মতুংদা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকই)

ঙানবী ঃ তুমদবা মী হৌদোকপদি ঐহাকশু ঙম্মোয়য়ে। (কপঙাংদা ঙাং ঙাংদুনা চেনশিনখি)

অজিৎ ঃ মালেমঙানবী! মহাক্কীদি হায়নিংবা মখাক থল্লমদরে। ঐহাক্কী পাউখুমদমক ঙাইরে। ঐহাকসি উরোক্নি। হা উরোক! নমাংঙসু লাং। নতুংশু তেন।

(অজিৎ খল্লগা থোকখরে)

## সিন - ৮

(ইম্ফাল। সিভিল ড্রেস শেৎপা রঘু, মহাক্কী অরোনবা পাউমী উন্নবা লাকই। হায়নখিবা পুঙ, তারব্রা ঘড়িদা য়েংই। মরুম অমদা লৈশিন্দুনা লৈ। রঘুগী সোর্চ নহারোলদু থোরকই। রঘু কদায়দা লৈবগে কোয়েং য়েংই)

রঘু : (খোঞ্জেল ফাজিল্লগা) কুমার, কুমার - (নহাদু মনাক্তা চংশিনলকই) - নহাক লাংমৈদোং য়ৌরুরব্রা? করি পাউ লৈ?

কুমার : ঐহাক হৌজিক্তা থুংলবনি শুগনু য়ৌজরুরে। লফুপাৎ তেরাদসু হাইজিনলম্মে। ওঝা অজিৎ, মমাগী শোরাৎ লোইবদগী মাঙখ্রে। পাউ মথং মথং লৌজরকপদা ওঝা মনিপুরদা লৈত্রে।

রঘু : অদুদি কদাইদা চৎখ্রবা? বর্ম্মাদা চংখিবরা? বাংলাদেশতা চৎখিব্রা?

কুমার : বেঙ্কোক্তা চৎখিবা মাল্লি। নোর্থ ইষ্টর্ন ষ্টেটশিংগী য়াওল্লুপশিংগী মিটিং লৈ হায়।

রঘু : জামিন্দা লৈবা নমান্নবশিংদি উন্নরকপ্রা? মখোয়নদি করি হায়?

কুমার : সার! ইরাং অমা লৈরে হায়।

রঘু : কৈদৌরে?

কুমার : নহারোল অমত্তা ইম্ফালদা লৈত্রে। জামিন্দা লৈবা মী লোইনমক মাঙখ্রে।

রঘু : অসাম রাইফলসনা শিজিন্নবা জোরোশিংদি উন্নরব্রা?

কুমার : মখোয়দি শেন তানবা থাদা কাবা ঙাইরবা কাংবুনি। মখোয়না ঐখোয়গী পাউ ফংবা ঙম্লরোই। সার! ঐহাক ডিমাপুর ফাওবদং চচ্চরুখিগে। ওঝা অজিৎকী পাউ নাগা কাদরশিং খঙলম্বসু য়াই।

রঘু : কুমার নহাক নখোয়গী ওঝা অজিৎকী পাউ এনিহ্যও ফংনবা হোৎনগদবনি। ঐ অজিৎ পামই। সে - লিশিং অহুমসি হাপচিল্লু (পিবা) নহাক্কী খরচনি। নমান্নবশিংদা হায়য়ু। অজিৎতী পাউ পিবা, লৈফম খঙবা মীদা ঐনা লুপা লিশিং তরা পীগনি। সে- ঐগী মোবাইল নম্বর অসিদা পাউ পিরকউ - (কার্ড পীরম্লগা চৎখি)

কুমার : করিগীনো সারনা ওঝা অজিৎপু অতন্নবা থিরিবসে? ফোরেন কন্ত্রিদগী কৈদৌঙে ওঝা হল্লকবা (চংখি। চীঙোল। নহারোলগী কেম্প। শক ওল্লগা ফোরেন কন্ত্রিদা চৎলুবদগী অজিৎ হল্লকপনি। মকোই চোমই, পাইজমা অঙৌবা শেৎলগা আরবকী অমুবা কোট অচোনবা লিথলি। আনোক অমুবা, পাগুলগী তুপী। অজিৎ উবদা মহাক্কী কাদরশিংনা খণ্ডনিংবদগী ৰাহং কয়া হংলকই।)

নুপী : (মনুংদগী) ওঝা! বেক্কোক্তগী কদৌঙে থুংলবগে?

অজিৎ : হৌজিক্কী কোলকতাগী ফ্লাইট অদুদা থুংলবনি।

নিপা : কনফরেন্সতি মঙ্গল ওইবিরকপরা ওঝা?

অজিৎ : উম। সেবেন সিষ্টর্স পুল্লগা ৰা খন্নবা, পুন্না চাউখৎমিন্নবা হায়বা পান্দমদুদি য়ৌশিল্লক্রে হায়বা য়ারে। অসম মেঘালয়া, মিজোরাম ত্রিপুরা, অরুনাচল প্রদেশকী য়াওলেল্লায়শিংগী লিদরশিং য়াঙোন্দা উন্নরে। নগালেণ্ডগীদি নাগাখক্তগী ৰাখল্লোন অমদা ৰা ঙাংবদগী বেক্কোক্তগী মফম হোংদোক্লগা ম্যানমারগী কোনুং য়াঙোন, রেঙ্গুনদা কনফরেন্স তৌবনি। গ্রেটর নাগালিম হায়বা লম অদুগী প্রজানা অসম অমদি মনিপুরগী মতেং দরকার ওই হায়বসি খণ্ডলক্লবা মতমদা নাগাগী লিদরগা অমুক উন্নবা তারে। ষ্টেট অতৈগী য়াওল্লোই লোইনমক মাগী মাগী ফুরুপ মুত্থৎলগা অৱাংনোংপোক ষ্টেটশিং অপুনবা লুপ নোর্থ ইষ্ট রিভোলুসনরি ওরগেনাইজেসন, নেরো কৌবা লুপ অমা শেম্বা য়ানরে। মদুগী চিয়ারমেন্না অহানবগী ওইনা অসমগী রেবতি ফুকন্না ওইরে। ঐহাকপুনা সেক্রেটরী জেনরেল ওইরো হায়রি।

নুপী : (মনুংদগী) ওঝা বাংলাদেসতগী ঐখোয় মী খরা চেল্লক্লে।

অজিৎ : ও : মখোয় য়ৌরকপা হৌরব্রা? ফরে ফরে। পৃথিবীগী দেশ অয়াম্বদা টেরোরিষ্টকী ঈরাং হেনগৎলক্লে। থিংনবা অহানবা উপাই ওইনা দেশ পুন্নমক্তা অতোপ্পা দেশকী রিভোলুসনগী কেম্প লৈহন্দবা হায়বা ৰারেপ লৌনখ্রে। অদুনা ঐখোয়গী মী কৌথোকপা হৌরবনি।

নুপী : ময়াম থোরক্লবদি লৈফমসি লৈগদরা ওঝা?

অজিৎ : লৈফমগী ৰানিংঙাই লৈতে। বাংলাদেস, ত্রিপুরা, মেঘালয়দগী লাকপা কাংবু জিরিবাম অমদি তমেংলোং ডিষ্ট্রিক্তা, বর্ম্মা অমদি এসিয়াগী কাংবুনা চুরাচান্দপুর, টেংনৌপল দা লৈগনি। ঐ অরুবা মিটিং অমা লৈরি। ৰারী কোন্না শারসি। পাথৌ অমুক্তা কৌরকউ।

পাথৌ : (থোরকই) করি অথুবা?

অজিৎ : পাথৌ। মপান্দা লৈরিবা বটালিয়ান পুন্নমক কৌশিনবা তারে। মখোয়গী ট্রান্সপমেন্টকী অচৌবা শেনফম দরকার ওই। হয়েংমক ঐখোয় ষ্টেট বেঙ্ক লুট লৌগদবনি। কমান্দো ট্রেন্দ তৌরুবা ঙাক্তগী মিসন্নি। সন্ধ্যা য়াচংবদা বেঙ্ক কবজা তৌগদবনি। ইম্ফালগী মফম খরদা বোম পোকখায়রক্কনি। মমাঙ অমসুং রিয়ারগী সি আর পি সন্ত্রি অনি ফাগদবনি। ওপরেসন পুংখায় অমগী মনুংদা লোইগদবনি। ঐ মতম চানা য়ৌরক্কনি। আর্মিগী মানবা গাড়ী বেঙ্ক মমাংদা থান্নি। মদুদা সি আর পিগী নোংমৈ অমদি পৈশা পুরগা শমজি খাইনদুনা লাক্লরগা মফম অসি য়ৌরক্কদবনি ভাব তারনিকো?

পাথৌ : খংজরনি।

অজিৎ : চমন্নবা, চিংনা লৈরবদি ঐবু কল্তেক তৌরকউ। অদুগা মাষ্টর শো ময়ামদু পাথৌদা লৈরিবা নৎত্রা?

পাথৌ : লৈরি ওঝা।

অজিৎ : মাষ্টর কীশিংদু কাপ্তদা শিন্নবা কাউনিকো। বেঙ্ককী শোজাওশিংদু থুগায়দুনা লৈরবদি ওপরেসন সক্সেস ওইবোই। ঐ দিষ্ট্রিক কমান্দরশিংগী সিটিং লৈ। এরেঞ্জমেন্ট পুন্নমক ঙসি ওকে তৌসিকো (চংখ্রে)

পাথৌ : ষ্টেট বেঙ্ক লুট। হয়েংগী সন্ধ্যা য়াচংবদা সন্ত্রি ফানবা মী থাজিনবা। বোম মখোল হেক তাবদা ওপরেসন হৌবা। হয়েংগী থবকসি মায় পাক্লবদি নুংঙায়খ্রনিদা –(খন্ন খন্না চংখি)

## সিন - ৯

- ষ্টেট বেঙ্ক, - নুমিদাং

(মমশিনলকপগী চরাংনরিঙৈদা মায়খুম উপ্পা নহারোল অনি ষ্টেট বেঙ্ককী চেকপল নপ্পুনা চংলক্লগা অমনা ফ্রন্ট গার্দকী মখাগী মরুমদা, অমনা রিয়ার গার্দকী মখাদা লুমদুনা লৈ। মশা মশাদা য়াউবা খূৎলাই কমান্দো নাইফ, নাইন এম এম পিষ্টোল, সন্ত্রি ফাবদা শিজিন্নগদবা হিদাক চায়রবা লশিং য়োম্বা রুমাল চেক তৌই। সিফাইগী খোঙউপ মখোল তারকপদা মশাদু তুম্পক তাশিল্লগা লৈ। মখূৎতা কমান্দো থাঙ পায়। অরাপ্পদা বোম মথং মথং পোকখায়রকই। মখোয় অনিমক কৈনা চেগপ চোংবগুম চোংথোকখি)

মনুংদগী - হেন্দস অপ! হিল্লো মৎ! কোই অবাজ নহি নিক্লেগা। চুপ চাপ রহো। কিসিনো অবাজ নিকলনেসে মার খায়েগা। জিন্দগী পিয়ারী হায়তো চুপ চাপ চৎলো - ইসি কমরামে জাও। মুখ উস তরফ। হাঠ উথাউ।

(কাগী থোঙ লোঙ্সিনলগা শো লোনবগী মখোল। নোংমৈ ময়াম পুল্লপ খোমজিল্লগা, শো হাংবা, য়োৎকী থোঙ হাংবগী মখোল। অজিৎকা লোয়াগা চংলকই। অজিৎ য়েৎনা মোবাইল, ওইনা ৱায়ারলেস সেট মচা)

অজিৎ ঃ (মোবাইলদা) পাথৌ! নোংমৈ হাপ্পা গাড়ীদু থাখ্রো। তপ্পগী মতম লৈতে। চৎহনখ্রে। (বেঙ্ককী লুপা বোরা অমা নহারোলনা পুথোরকই।থোকখিগে তৌবা) লুপা নত্তরা বোরাদো? মখা অমুক চত্তুনা মতম মাঙহল্লনু। মথকসিদগী হেক্তা লংখ্রো। (নহারোলদুনা বোড়াদু ওকেষ্ট্রারোমদা লংথখি। অদুগা অমুক চৎখি) - কাস্তা! শেল অচোইবদু লৈহৌরস্নু। অচৌবা বন্দল মখৈদু পুখ্রো। সেক্যুরিটি ফোর্সকী গাড়ী লাকপগী মখোল তাই। নখোয় থুনা বেঙ্কতগী কুমথখ্রো পাথৌ! সেক্যুরিটি ফোর্সকী গাড়ী মাল্লি। গাড়ী ষ্টার্ট তৌরো - কাস্তা থোরক্লবা -? গাড়ী অমত্তা বেঙ্ক মমাংদা থনল্লনু। - ঐনা থোকপা লাক্কনি - চৎখ্রো! - মুভ

(নহারোলগী গাড়ী থৌখ্রে। কমান্দোগী গাড়ী ময়াম য়ৌরক্লে। খামখি। বেঙ্কতগী মখোয়গী গাড়ীদা তোংবা নংহৌদবা নহারোলগা কমান্দোগা নোংমৈ কাপ্পরে।)

**অজিৎ** : লোয়া! কমান্দো য়ৌরক্লে। ঐখোয় নাহোল্লবা হোৎনরসি। শোমদা কুমথখ্রসি লাকও। (চৌক্রিদা কারগা চেকপল থাংমা শান্নবা হোৎনরিঙৈদা ওটোমেটিক নোংমৈ কাপশিল্লকপদা অজিৎতা পাল্লে। চৌক্রিদগী ওন্থরকই।)

**লোয়া** : ওঝা! (চেল্লিল্লগা কোনখৎলি)

**রঘু** : ঐ শোক্তে। করিসু তৌদে। নঙ কুমথখ্রো, চেনখ্রো । (অজিৎ মকোক্তা গুলিনা পাল্লে। মখোঙদসু পাল্লে। মাগী ফুরিৎ মনুংদগী ফি অমা লৌথোরক্লগা শেগাইরগা মকোক অমসুং মখোঙ পুল্লিল্লি। ঈনা মশা অপুম্বা তৈরে) -লোয়া ! নঙ কুমথখ্রো, চৎখ্রো - !

**লোয়া** : ওঝা! কয়াম থীনা শোক্লবগে? চৎপা ঙম্লরোইদ্রা?

**অজিৎ** : ঐ করিশু তৌদে - (ফুক হৌগৎলকই) মাঙ থাউ, কুমথখ্রসি-(লেপ্পা ঙমদবদগী তুখি। মকোক ঙাওই)

**লোয়া** : ওঝা -! (কোনখৎলি। নোংমৈ কাপ্পা লেপখ্রে। সোরোক্তগী রঘুনা মাইক্তা লাউই)

**রঘু** : বেঙ্ক মনুংদা লৈরিবা নখোয় খুদিংমক! বেঙ্ক অসি আর্মিনা কোর্দোন তৌরবনি। নখোয়গী চেনফম লৈত্রবনি। নখোয় অমমম থোরক্লগা নখুং থাঙ্গৎলগা সরেন্দর তৌরো। কমান্দোগী ওসি রঘু ঐহাক্না নখোয়দা অমুক্ন্‌ হায়রী। নখোয়গী চেনফম লম্বী লৈত্রবনি। নথবায় হিংননবগীদমক সরেন্দর তৌরো।

**অজিৎ** : লোয়া! ঐ করিশু তৌদে। নহাক্কীদি ঙসিগীসিনা অহানবা লাঞ্জংনি। ঐদি অসিগুম্বা দেঞ্জর কয়াদগী নাহোরক্লবনি। মতম লৈত্রবনি। অসিদগী পাইপ অসিদা কুমথখ্রো! য়েক্লবগা মায়োক্লবদগী চেনবনা হায়বদি রীট্রিটনা, হেন্না কান্নবসু লৈ। লোয়া! চেনখ্রো -

**লোয়া** : নত্তে ওঝা! নোংমৈনা পান্দুনা চেনবা ঙমদ্রববা ওঝাবু হন্দোক্লল্লগা ঐনা থবায় হিংননবগীদমক চেনবা ঙম্মোয়। মদুদদি তাকপিগনু। শিরবসু ওঝাগা লোয়ননা শিগনি।

**অজিৎ** : নো টাইম ফোর টোক! লোয়া! নহাক নংগী ওঝাগী হুকুম ইল্লোইদরা? নহাক ডিসিপ্লিন লৈবা নহারোলনি। ওঝাগী চিহ্নক্তা খুম্বা হৌনদে। নংগী ওঝানা নঙোন্দা হুকুম পীরি। কুমথখ্রো, চৎলো, মুভ।

**লোয়া** : ওঝা -

(চেম্ভোকখ্রে। অজিৎসু চেনফম য়েংই। লোয়ানা কুমথনবা হোৎনরিঙেদা ওটোমেটিক নোংমৈ খপচিনলকই। উপ্না লৈবাক্তা তারকই। )

অজিৎ : লোয়া! হৌগৎলু! ঐগী ইতুং ইল্লকউ।

(অইঙ্কৎনা হন্না য়েংবদা লোয়া হৌগৎলক্তে। চঙশিনলগা য়েংবদা লোয়াগী মমায় অমদি থবাক্তা নোংমৈ গুলীনা পানবগী ঈ উরকই) লোয়া!

লোয়া : ওঝা! ঐ য়াম্না বারে . . .

(লোয়ানা মমিৎ পাঙদনা ৰাহে খরসি হন্না হন্না হায়রম্বদগী খোঞ্জেল পিকথখি। নুংশা শ্বর খাংতপ্তা হোল্লি। শিবা ভাইবদা বারবা লোয়ানি। হিংবগী আশা উদরে।) - লোয়া! নহাক য়াম্না বারব্রা?

(খুন্নক্তে। শিরগদবা মীবু বাহনবা পামদ্রমাল্লে। অজিৎনা লোয়াদা মুন্না য়েংলগা পিষ্টোল শত্তোকই। লোয়াগী মকোক মপাদা থন্নগা)

লোয়া- , নহাক য়াম্না বারবা? নংঙাইনা তুমখুল তাল্লোকো-

(লোয়াবু অজিৎনা কাপ্লগা হাৎলবগী মতুংদা চেৎনা কোল্লগা কপই)

রঘু :(মপান্দগী) বেঙ্ক মনুংদা লৈরিবা নখোয় খুদিংমক! ঐহাক্না মশীঙ তরারক থীবগী মনুংদা সরেন্দর তৌদ্রবদি আর্মি ওপরেসন চখরনি।

(অজিৎ হৌগৎলগা চেনগে তৌই। লোয়গী বাখল খল্লবগী মতুংদা লোয়াবু পাম্নদুনা পুথোকখ্রে। মপান্দগী)

নোংমৈ কাপ্পা লেপউ। কোই ফয়ার নহি করেগা। ঐ বেঙ্ক মনুংদা চঙলে। ঐগী ওর্দর ফংদ্রিবা ফাওবা কনা অমত্তা নোংমৈ কাপশিনলক্কনু। জব তক মেরা হুকুম নহি মিলে, কোই ফয়ার নহি করেগা।

(রঘু চংলকই। কোইয়েং য়েংবদা মী অমা উই। মুন্না য়েংই। অজিৎনি হায়বা খঙলে। মরুমদা থুপ্পুনা লৈ। অজিৎ চংলকই। চেনফম কোইয়েং য়েংই। কুমখিগে তৌবমক্তদা)

রঘু : হেন্দস অপ্! লেঙগনু। নহাক ফারবনি। নখূৎ থাঙ্গৎলু।

(মখূৎ থাঙ্গৎতুনা লেপ্লিবা অজিৎকী মশা রঘুনা চেক তৌই। পিষ্টোল লৌথোক্লগা মতুংদা য়েপশিল্লি।)

নহাক্ শোক্লবনি। চেনবা ঙম্নরোই। মাঙ থাউ। চৎলু।

(রঘুনা রিভোলবরনা অজিৎকী মনঙন্দা নম্লগা ইল্লি। খোংথাং অমা অনি চৎপদা অজিৎনা মতুং হন্না রঘুবু কাউরগা মখুত্তগী নোংমৈ মুনখরে। অজিৎনা রঘুদা নোংমৈ এম তৌদুনা লৈবদুদা মখুৎ অনিমক থাঙ্গৎলগা)

ঐবু হাৎকনু। মৈতৈমচা মশেন্নি! ঈ মশেন হাৎনবা ফত্তে। ঐবু হাৎকনু। ঐগী থবায় কনবিবগীদমক লুপা লাক্ষ কয়ানো হায়বিয়ু . . .

অজিৎ : (মখুৎনা বা ঙাংবা লেপহল্লি) বাহৈগী লাংদা ঐবু ফানবা হোৎনগনু। ঐবু হিংনা ফাবদি ওইথোক্রোই। ঐগী থবায় য়াউদ্রবা হকচাং কমান্দোনা খুনবদি ফংবা য়াই। নহাক নখুত্তা থুৎলাই পায়রগা ঐবু হাৎনবা ইমাংদা লেপ্পবনি য়েক্লবগী মফমদদি ঐহাক খ্বাইদগী খ্বাইদগী তমথিবা য়েক্লবনি। ঐগী পাম্মুরবা ইচা ইনাও কয়াগী থবায়না নহাকপু স্বর্গদা ঙায়রি। মখোয়গী শেংলবা ঈখেঙনা লবুক লম্মাংদা চায়রি, কংদ্রি। কৈ মচাবু চাউনবা য়োক্লগা মপুনা শিগদবা ঐদি নত্তে।

রঘু : ঐহাক মৈতৈ মচানি। ঈ মশেনগী মীনুংশি য়েংদুনা ঐবু হাৎকনু অজিৎ

অজিৎ : ঐগী মতম মাঙহনগনু। শোন্নিংবা লাই শোল্লো -

(কাপই। নোংমৈ মখোল থোরক্তে। ত্রেগর সৎলি। হন্না কাপ্পদা নোংমৈ মরু থোরক্তবদুদা অজিৎ ঙকই। রিভোলবরদা য়েংলগা, হাংদোক্লগা য়েংবদা গুলি য়াউরমদে। রঘুদা ঙক্লা য়েংই। মখুৎ থাঙ্গৎলম্বা রঘুনা মখুৎ থাদবা ফুরিৎখাওদগী নোংমৈ মরু পুথোরক্লগা অজিৎতা উৎলি। অজিৎ বাখল মরা খঙ্গরুবদগী লেকথরক্লদা তুখ্রে। বাঙ্খিবনি। রঘুনা মশা নোম্লগা থৌদোকপা খুল্লক্তরে। (মোবাইলদা)

রঘু : পিশক ববু! অশিবা নহারোলশিংদু পোষ্ট মোর্টেমগী থাননবা হোৎবিরো এসপিদা পাউ পিবিখ্রবরা? এস পি সাহেব লাক্লগা ঐবু হংলবদি নাঙ্গোকখিবা নহারোলশিংদুগী খোঙ্গুল লীবা চৎখি হায়বিয়ু

- (মপানলোমদা) চাউবা ! চাউবা!

চাউবা : সার! ( কন্সটেবল চাউবা চংলকই)

রঘু : চাউবা অশোকপা অসি মখাদা পুথশি। মকোক্লোমদা থাঙ্গৎলকউ। (চাউবনা অজিৎপু থাঙ্গৎলকপদা) ঙাইখো। চাউবগী ফুরিৎতু চিংখৎলগা অজিৎকী মকোক খুমজিনবা) - কনাগুম্বা অমত্তা মাগী মশক উহনবা য়াদে। থাঙ্গৎলো। ঐগী গাড়ীদা থুনা চৎসি -

(অজিৎপু রঘুগা চাউবগনা থাংলগা পুখরে)

## সিন - ১০

- ডাঃ বোনগী য়ুম, - অয়ুক

(ডাঃ বোন অজিৎপু ওপরেসন তৌখ্রবগী মতুংদা ৱাখল খল্লগা থোরকই। পাখৎপা, মথ্বাই ৱাবদি ফাওরি)

বোন ঃ হে ঈশ্বর! ননাইবু চানবিয়ু। অজিৎকী পুন্সিবু ননাইনা নিজরি। করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি - ঐহাকপু ইচেনা পুন্সিগী ঙাকপিরোই। ননাইবু থৌজানবিয়ু (খুরুমই)। খানগা বেগমগা ফিংনা চংলকই। - টেলিফোন লাকই।

বোন ঃ য়েস বোন হিয়ার!

ট্রাইবেল নুপী অমগী খোঞ্জেল ঃ ডাক্তর! ওপরেসনগী থৌরাং লোইরে লাকপিরো।

বোন ঃ নর্স সর্জন জোসেফ লাক্লব্রা?

নর্স ঃ লাক্লে সার।

বোন ঃ সর্জন বিদ্যারানিদি?

নর্স ঃ অদুদি নর্স। সর্জন জোসেফতা ঐহাক লাক্লগে হায়য়ু। সেক্রেটারি সাহেবকী ওপরেসন অদু পাঙথোক্লমউ হায়য়ু। হিষ্টরি সিট তি ঐহাক লাক্লগা ইসি হায়য়ু। অদুগা দিলিভরি কেস অনি অঙ্গম লৈবনি। মদুনা হান্না সর্জন বিদ্যাদা শিন্নখ্রো। অতৈদি ঐহাক লাক্লগা তৌরসি হায়য়ু। ভাব তারেকো। ঐহাক্কী ইমর্জেন্সি কেশ অমা লৈরে।

নর্স ঃ সার! পুঙ কয়াদদি য়ৌরক্কদগে সার?

বোন ঃ কোমাদা লৈরবা পেসেন্টনি। ঐহাক্কী মথংগী টেলিফোন ঙাইয়ু। (টেলিফোন থমখি) ষ্টুপিদ। গুলিনা পানবদগী জ্ঞান মাঙদুনা লৈরবা অনাববু করম্বা মতমদা ফগদগে হঙলকইনে? গধা।

খান ঃ (কোম য়েংলগা) গধা

বেগম ঃ ঐদি নত্তে।

খান ঃ ঐহাকসু নত্তে। অদুদি গধা ওইদনবা ৱা হংদবা তারেনে?

বোন ঃ ও! নমস্তে। চৌক্রিদা পোথাবিয়ু সার।

বেগম : (খান-দা) হংদ্রবদি ঐখোয়না খঙনিংবসি করম্না খঙগদৌরিবা?

বোন : ও! শোরি। ঐহাক অকাওবা অমা লৈরে (চঙখি)

খান : ওপরেসন লোইবগা ফোৎচিনবদা কাম্ভী ফুমখ্রদী?

বেগম : (শাওরকই) ওপরেসন তৌরমদাইদা লৌথোক্লগা থমহৌবা থৱায়দু ওপরেসনগী মতুংদা হাপচিনবা কাউহৌরে হায়য়ে।

খান : তুদি শীরে। নশেন নিপা

বেগম : শীরে। শিরবা নত্রাও? শিরবদি কবরদা পুখ্রোদনা। হায়হৈদবা ৱা ঙাক্তা। খান সাহেবকী চিন্দু বন্দ।।

খান : হুম, ঐখোয় লাঙবা ফত্তে।

বেগম : হল্লা তৌরগা করি কান্নবা ও। কয়াম থীনা শোক্লবগেমী? গুল্লীনা পাল্লে হায়ববু। মফম কদাই কদাইদা পানবগে?

খান : তুবু ঐহাক্লা খঙব্রো?

বেগম : মন্ত্রিনা খঙদবগুম ঐহাকসু খঙদে।

খান : তুদি খঙদবা অনি হঙনরগা করি কান্নবাও? ডাক্তর য়ৌরক্লে, খঙনবা হঙহৌরসি।

বেগম : গধাগী ৱাহংদি হংলোইসিকো সাহেব।

খান : উকিলগী অশিংবা ৱাহংদো হান্না হংলো।

বোন : হৈমা লেপ্তুনা লৈবিরব্রাও? লেংশিল্লো চৌক্রিদা।

বেগম : য়ারে ডাক্তর। ঐখোয় পোত্থাবগী মুদ য়াওদ্রে। কম-কম তৌবা? হৌজিক করি মতাংদা লৈরিবগে ডাক্তর?

বোন : মশাদা গুলী অনি পাল্লি।

খান : হায় অল্লাহ! তোবা তোবা।। (বেগমনা মচিন মেনবা)

বোন : মফৈগন্দা পানবা গুলীদু লৌথোক্লে। মকোক শোকপদু খজিক্তং চঙশিল্লল্লবদি উপায় অমত্তা লৈরল্লোই।

বেগম : হৌজিক্তি ডাক্তরগী উপায় লৈরবা নৎত্রো?

বোন : আই এম ট্রাইং মাই লেভেল বেষ্ট। ঈশ্বরগী থৌজাল য়েংসি।

খান : ডাক্তরগী উপাই লোইরবা। অল্লাহগী দুৱা- তুদি (নমাজ) আল্লাহ হু আকবর (লাউরকই)

বেগম : (মচিন মেল্লগা) অল্লাহ লাওগদৌবা ওইরবদি মসজিদতা চৎলো। ডাক্তর। ঐখোয়গী ডাক্তরশিংনো অরুবা অনাবা লায়েংবদা হিদাক অমা শিন্দোক্লগা অতোপ্পা অমা থারগা ফরকপা ঙাই। য়াররোইদবা মতমদা মপালগী হোসপিটালদা পুখ্রো হায়বদুদদি

বোন : (নোকই) মদুগী ৱাফমদু থাপ্পা থম্বিখ্রো-। ওপরেসন সেন্ট পার্সেন সকসেস ওইরবনি। হৌজিকমক্তি প্লোব্লেম হায়ববু মশাদগী ঈ য়াম্না চৎনখিবা অসিনি।

বেগম : মহাক্কী গ্রুপকা মান্নবা ঈদি ব্লদ বেঙ্ক তা ফংগনিকো?

খান : হোসপিতালদা ফংদ্রবদি অপাম্বা মমল পিশি। কনাদগী ব্রেক-তা ফংগনি?

বেগম : (খানগী মনাকোংদা) সিনেমা হোলগী কলাবজার নুপীদগী ফংগনি। (শাওনা)।

খান : কলাবজার নুপীগী ঈদি নকলি ওইরমগনি। সিভিল সপ্লায় মিনিষ্টরগীদা ওরিজিনেল লৈরমলোইদ্রা?

বোন : ঈদি কাপ্লে। অান্দি লাক্ত্রি।

খান : ঈ পিবা মীদুগী মমিং এড্রেসতি লৈগনিকো ডাক্তর।

বোন : লৈ।

বেগম : করিগীনো মদু হংলিব্বো?

খান : মরম লৈনে। হৌখিবা নেসনেল গেমসকী মেদলদু ঐহাক্না সপ্লাই তৌইদনা? মেদল খরা লেমহৌবদু থৌনা ফবা ছাত্র-ছাত্রীশিংদুদা মিনিষ্টরস লাইফ সেভিং মেদল ওইনা পিগনিদনা -

বেগম : মদুগুম্বা ৱাফমদু কোন্না খন্নরসি। ডাক্তর অজিৎকী মশক অমুক্তং উবা ফংগদ্রা?

বোন : করিগী ফংদনি, উন্নবিগদবনি।

খান : বেগম, কমান্দর উন্নরুসি লাকউ (চংগে তৌবা)

বোন : অমুক্তা ঙাইবিখো। মাদি পুখ্রে।

খান : কদায়দা? মোর্গতা, মীরেলশঙদা পুখ্রবা? হে অল্লাহ! মাঙচরে। ঐ বরকাৎ ওইরে। ঐহাক্না কমান্দরবু ফারগা মচেদা শিন্নবিয়ু হায়দুনা রঘুদা লুপা লাক্ষ অহুম পিবদু মহাক্তি কমান্দরবু কয়ামৎতা থাখো হায়না তারবোই। ঐ

কমদৌসিগে, লুপাসু বরবাৎ ওইরবা, কমান্দরগী লমন করম্না শিংগনি খনবসু অরেম্বা ওইরবা। ঐদি পুম্মাগু মাগুলেদনা - ঐ বরবাৎ ওইরে (কপই)।

বোন : কপ্পদু ঙাইহাক্তা ষ্টে তৌবিখো। ঐগী য়ুম অসি কপ্পগী রিহার্সেল তৌফম ষ্টেজ নত্তে। মোর্গতা পুখিবা নত্তে।

খান : তুদি কদায়দা পুজমখ্রবা? শোয়দ্রে কমান্দোনা ফাবা মীদি মী চীকপা চীংগোন্দা হাৎলগা হুন্দোক্লম্লনি। থানাগী লোক অপ-তা নমশিনলম্লনি। ওইনিংবা ওইজরসনু। ঐ মুস্লিম খান্নি। খানগী তৌবা ঙম্বা ঈতিক খঙহন্নগে। অল্লাহ কসম (শাওনা চৎখ্রে)

বেগম : মতাং চাদনা শাওগনখ্রপোৎনি। ব্রারৌবিগনু ডাক্তর। রঘুনা অজিৎ পুখিবদা করি করি হায়রম্বগে?

বোন : অনাবগী কন্দিসন কুপ্পা হঙলমই। মফম অসিদা অজিৎপু থম্বা সেফ ওইদে হায়না খাম্বা য়াদনা পুখিবনি।

বেগম : অদুদি - মমা ইবেম্মগী য়ুমদা লৈরম্বা য়াই (চৎখি)।

বোন : ঐহাকসু হোসপিতালদা ঙাইনরম্মনি থোকমিন্নরসি। (থোকখি)

## সিন - ১১

- রঘুগী য়ুম, - অয়ুক পুং তরামাথোই

(রঘু থুনা চংলকই। থোঙ লাওনা হাংদোকই)

রঘু ঃ চাউবা। (মপাল্লোমদা) ভান্দু মনিং হঞ্জিনলকউ- (গাড়ী মখোল্) য়ারে পুশিল্লকউ - ঙাইখো! য়াম্না তপ্না -

(রঘু থোকখি। চাউবগা রঘুনা অজিৎপু ফি অঙৌবনা য়োল্লগা তপ্না পুশিল্লকই। অজিৎকী মকোক, চুবা মঙক বেন্দেজ য়েৎলি। অজিৎ ম্ভান লাক্তরি)

সিদি নত্তে। মনুংগী কাদা-(চৌক্রিদা অজিৎপু তপ্না থমই) চাউবা! নহারোলনা মহাক্কী অশিবা মশা উদবনা, মখোয়গী কমান্দর ওঝাবু ফংনবা থিরকপা মশানা তাবনি। অদুনা ঐখোয় খুদিংমক চেকশিনগদবা। ভাব তারেকো-? চৎখ্রো। গাড়ী ষ্টেসন্দা থম্মুচো। ঐহাক হংবদা প্রাইভেৎ সোর্চ উন্নরুনি হায়রমই হায়গদবা-।

চাউবা ঃ ফনি সার! ঐহাক খঙজরনি (সলাম তৌরল্লগা চৎখ্রে)।

রঘু ঃ (অজিৎতা মুন্না য়েংলগা অকাশতা) হে ঈশ্বর! অজিৎপু কনবিয়ু।

(ডাঃ বোন মহাক্না চংলকপদা মী কনা উবগে হন্না য়েংলগা প্র-প্রপ চংলকই। অজিৎপু চেকশিন্না চেক অপ তৌই)

ডাঃ বোন ঃ (তুমিন্না য়েংদুনা লৈরিবা রঘুদা) দোন্ট ৱোরী। করিসু চিংননিংঙায় লৈত্রে। পুম্থায় অমগী মনুংদা ম্ভান লাক্কবদি ঐঙোন্দা ফোন তৌরকউ- (চৎখরে)

রঘু ঃ (ৱাখল খল্লবগী মতুংদা মোবাইল ফোন তৌই) -মন্ত্রি সাহেবপু লৈবরা? মেম শাহেবতি? -বেগমদা কমান্দোগী ফোন লাকই হায়য়ু- (ৱারী শারবগী মথংদা) - ইমাইবেম্মরা? মান্নি ঐহাক রঘুনী। ঐগা য়ুমদা হৌজিকমক অমুক্তা লাকপিয়ু-(মথংদা) ঙানবী নহাক হৌজিক কদায়দা লৈ? য়ুনিভর্সিটিদা- নহাক হৌজিকমক য়ুমদা লাকও- পম্বরক্লনুকো। নমান্নবী অমত্তা লোয়নরক্নু।

(কার অমা খামখি। বেগম প্র-প্রপ চঙলকই)।

বেগম ঃ ইপ্পাবু কদায়দা লৈবগে? রঘুনা অজিৎকী মাইকৈদা খুদোম্বী থিল্লি। অজিৎ! কয়াম থীনা শোক্লবগে? (ফি হাইদোক্লগা য়েংই) করি মতৌনো ইবুংঙো

নহাক্কা অসি ফাওবদি হাকমল্লি। ঐখোয়গী মায় খজিক্তা ফাওবা য়েংবিদবা। ৱাহৈদা নত্তনা লাক্ক অহুম পীরগা ইপ্পাবু তেক্ত কায়দনা ঐঙোন্দা শিন্নবিয়ু হায়জবদুদি অসি ওইরে? মকোক্তা কাপ্পুনা হাৎলগা অসিবা মশা ওইনা শিন্নবসিমক্তি হাকমল্লি। নঙ মীওইবা নত্তে!

(রঘুনা ৱা ঙাংগে তৌরিঙৈদা রাধা পাইশিল্লকই)

রাধা : রঘু করি পাউ লৈরবগে?

বেগম : (কপ্লগা) নচানিপা অজিৎ শিরে।

রাধা : করি? করি হায়বা! অজিৎপো? কনানা হাৎলিবা -

বেগম : কনানা ওইনি? কমান্দোননিদনা -! অসিদা লৈরে অজিৎ

রাধা : জিৎ! অজিৎ! ইবুংঙো - (অজিৎকী বেন্দেজশিংদু য়েংবা)

রঘু! ইচাগী ওইরিবা ফিভম অসি করিনো? ঐনা নঙোন্দা হন্না হন্না অজিৎ ফারগা শিন্নৌ? ঐহাক্না মাবু খুনাইরক্তা তিলহল্লগা তুংগী য়ুম্বিরেল অমা ওইহনগে হায়জবা নত্তরা? মহাক্না চেনবদা ফা-নবগীদমক মখোঙ মখূৎতা কাপউ। ঐ য়াই। মকোকমক্তুদা কাপ্লদি নংনা অতম্ননা হাৎনবা হোৎনবনি।

(রঘু ৱা ঙাঙনবা মতম পিদে। রঘু ৱানা তাদুনা খাঙই)

রঘু, নহাক মীনুংশি খঙমন্দে। নহারোল খুদিংমকপু নখোয় কমান্দোনা য়েন্নবা ওইনা খল্লিবা করিগীনো? ফ্রবসু ফৎত্রবসু মখোয় ইমা লৈবাক অসিগী নচিন ননাও নত্তরা? মাইকৈ অমরোমদা য়েংলগসু নখোয়না শাগৎলিবা নয়ুম, লেপশিল্লিবা শম্পতি নহারোল ইচাশিং লৈরমদ্রবদি ঙমগদরা? তোংলীবা জিপসী, পায়রিবা ওটোমেটিক নোংমৈ কনাগী মপান্দগীনো? অমুক্তা খন্থৌ। খাকি ফিজোল শেৎলুবদগী। নমা নবেনগী মমিৎকী পিরাং য়েংবদা নংদি নুংঙায়রমগনিনে?

বেগম : (অজিৎপু কোল্লগা) ইচেমগী ইবুংঙো ঐদি মাঙজরেদনা। অজিৎ! ইচেনা কৌবসি অমুক্তদি খুন্নকউগবা - (কপই)

রঘু : বেগম! করিগী পিরাংনো? মন্ত্রিগী নুপীদি নহারোলগী ঈখেঙ, অশিবা হকচাং উরগা খেক্না খেক্না নোক্কদবনি। প্রজা মীয়ামগী মীহুৎ এম এল এ হুম্ফু! লৈবাকসিগী মপি-মপা মন্ত্রি! না নৎত্রা সিফাইনা মী হাৎনবা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পৱারস এক্ট চলাইরিবা, মতম শাংতোক শাংতোক্কুনা

থল্লিবসে? শর্মিলা চরা হেল্লি। ইমা ইবেল কয়ানা খুত্তা মৈরা পায়দুনা লাউ খোংলি, তেংথারী। নখোয় এম এল এ মন্ত্রিগী নুপী কনা চোংথোরকই? অদুগসু পিরাং শিহুরি। ইকাইদরা। কপকনু। নুপীশিংগী ঈহৌদা নখোয় এম এল এ, গেজেটেৎ ওফিসার, মন্ত্রিগী নুপীশিংনা খ্বাংচেৎ শেত্তুনা চোংথোরক্লবদি নরৈবাক অসিদগী মিজোরল্লা হেল্লা চাউখৎখিগদ্রা? (অজিৎপু কোল্লি) ইবুংঙো অজিৎ

(রঘু অমদি বেগম ব্বা ঙাংবা নংহৌদে। মাঙ্গোলঙানবী চেনচত্তা চংলকই)

ঙানবী ঃ তামো! কদৌরে হায়বনো? হামি - ইচেম্মা ! ও . . ইমাইবেম্মাসু লৈবিরমই? কনানো? ওঝা জিৎ নত্রনে? ওঝা, ওঝা! কয়াম থীনা শোক্লবগে? কনাগা কমদৌনরিবনো? ওঝা, ওঝা. . .

রাধা ঃ কনানা ওইনি? নবুংদা হংউ।

ঙানবী ঃ (অজিৎকী মকোক্কী বেন্দেজদগী মবুংদা শাউনা য়েংলকই) নচনগীদমক খনবিদুনা মঙোন্দা খুৎলাইদি থাবিগনু হায়বা নৎত্রা? (কপ্লকই) করিগীনো মকোক্তা নোংমৈনা কাপইবা? করিগুম্বা ওঝানা পুন্সিগী ওইনা চৎখ্রবদি - ঐবু হাৎপা পাপ তামোনা পুগদবনি -

অজিৎ ঃ (নাহেরকই) ইমা, ইমা . . .

রঘু ঃ ইবুংঙো, ইমা লৈয়ে-। ইমাগী ইবুংঙো . . .। ইচা করিসু তৌরোই। ইচাগী থব্বায় মিরেল নমানা চেৎনা ফাজিন্দুনা ফিজিনুংদা য়োমদুনা থল্লি ...

অজিৎ ঃ ইমা -। কপকনু ইমা, ঐহাক করিসু তৌদে। মাঙদা লেপইবসি কনানো?

বেগম ঃ নচে ঐহাকপু শকখঙদ্রবরা ইবুংঙো? ঐ নচে রুহিনীনে।

অজিৎ ঃ (কোইয়েং য়েংলগা) ঐনা লৈরিবসি কদায়দনো?

ঙানবী ঃ ঐখোয়গী য়ুমনে -

অজিৎ ঃ নহাক্লা কনা . . .

ঙানবী ঃ ঐনা ওঝাগী পুন্সিগী মরূপ, ননাইনুপী - (খুরুমই)

রঘু ঃ ময়াম পুন্নমক! (মখুৎ জুর তৌরগা) ময়াম্বা ঐঙোন্দা হংবিগদবা ৱাহংগী পাউখুম অজিৎনা পিহৌরসনু। ইরমদম অসিগী নুপী খুন্নাইনা শারঙগী নোংশা নহারোলবু য়োকপিরো। নোংশা অসি - হন্দক অমুক নাম্থোরক্লবদি থিবা অমুক ফংলরোই। ঐ ওফিসতা য়ৌরুখিগে - (চৎপা হৌখি)

**নুপী** : শারঙ! ঐখোয় শারঙ?

**অজিৎ** : ঐখোয়না, ঐহাক্না নোংশা-?

(রাধাগা বেগমগা মখুৎ শন্নরগা অজিৎপু থৎলি। অজিৎ লেপ্লগা অতিয়াদা য়েংই। ঙানবীনা মখোঙ কোল্লি। রঘুনা হম্না য়েংলগা নোক্লগা শলাম তৌরমই। ফ্রিডজ)

---

# কৃষ্ণ খান

## ১

### —লম্বী

### ও মাতিরে (অসামি ঈশৈ) - অমুক

(মশম, নান্না হাৎপা, পাইজামা কুরতা লিৎপা, চন্দোল থিনবা বামোনমচা শ্যামকাহ্নাই —কাছারগী লাক্ষিপুর শরক্তা চৎলি। কার তোংবা মকোই চোম্বা থিকাদার আগা খাননা গাড়ী খান্নগা চংলকই।)

খান : ইবুংঙো শ্যামকাহ্নাই! ইচাগা থেংনবা য়ান্না নুঙাইরে। ঐহাক নহাক্কা উন্ননিংদুনা লাকপনি। ঐহাক হৌজিক শিলচরদগী হল্লকইবনি। টিপাইমুক্কী দাম শাবদু ঐঙোন্দা ফাওরে। ঐহাক হয়েংমক টিপাইমুক্ত চৎলগা থবক পায়খৎনবা থৌরাং লৈরবনি। হন্দক্কী থবক অসিদা নহাক্কী চাউরবা থৌদাং লৈরে। নহাক্কা খংলিবদুনি ঐহাক ইংলিশ হৈতে। হন্দক্কী থিকা অসিগীদি ইংলিশতা কোরেসপোন্দেন্ট য়ান্না চৎনবগী মথৌ তায়।

স্যাম : খান শাহেপকীদমক্তদি ঐহাক্কী অঙম্বা ইতেং পাংজগনি।

খান : করিগীদমক ঐহাক্কা বারাক প্রোজেক্ট অসি লৌবনো নহাক খরা ঙক্কা থোকপ্রা? শেন তোংবগীদমক্তসু নত্তে। অসাম মীজোরাম অমসুং মণিপুরগা মরি লৈননা খুৎশম্মনা চাউখৎ খোঙথাংদা চৎমিন্নবুদা ঐহাক্কা থোইদোক্কা য়াওনিংউবসু নত্তে। চাউখৎতবগী প্রামান তৌনরিবা চীংনুংগী শুক্লবা উমং অমদি বাংলবা চীঙদোন্দা জগৎকী অনৌবা য়াওলগী মঙাল বিজুলি ফংহনবগী থাখল অসি ঐহাক্কা মতম কয়াদগী মঙলক্লবা মঙলাননি। ঐহাক্কী মঙলান অসি মঙফাওনহনবদা শ্যাম, নহাক তেংবাংনিংদব্রা? ঈরৈবাক্কী চাওখৎ লম্বী শেম্বদা ইশাগী ইরল ইশানা হুরানবদি ঐহাক পামদে।

স্যাম : অচুম্বনি খান শাহেপ। ঐহাক খান শাহেপকী পুকচেল খংজে। খান শাহেপকী মঙলান অদুনা জাতি কয়াগী মীওয়চা কয়ানা চাওখৎপা ফংহৌরগদবনি। মসিদা ঐহাক্কীসু থৌদাং য়াজগদৌরিবনি।

খান : নুঙায়রে। নহাক্না হরাউ হরাউনা ইতেং পাংবীগনি হায়বসিনা ঐহাক শোয়দনা মায় পাক্লগনি খল্লগে। অদুদি কলেজদগী হল্লকপদা চংলকউকো।

স্যাম : শোয়দনা লাকচগে খান শাহেপ।

খান : কলেজ ফাওবা থিল্লমউরা

স্যাম : য়ানি ঐহাক লবুক শল্লগা চৎখ্রগে

খান : অদুদি ঐহাক য়ৌরে। হোব্রেন্দগী থবক পায়খৎপা হৌরসিকো।

স্যাম : ফনি (চৎখরে)।

খান : সুলৈমান ! দুকান্দ চৎলো –

(থোকখি, কার থৌখি, কার খাল্লগা খান চংলকই)

বেগম বেগম !!

(বুরখানা মমায় খুমজিনবী মচানুপী ফরিদা থোরকই)

ফরিদা : অপাজান! আমিদি জয়পুরদা অজ্ঞা বীবীসনগী মচানুপী লুহোংবগী চৎখি। ঈশিং অসিদা লৈরে অপাজান।

খান : ও চুমইনে। অজ্ঞা বীবীসনগী মচাগী লুহোংবা লৈ। পোৎপাংদি কমদৌখ্রে? করি মরম খন্নখ্রে ?

ফরিদা : ফনেক ময়েক নাইবা অমগা বাথ্বেগী রানি ফি অমগা, সনা তুলা অমগী লিক্কুগা পুখি।

খান : য়ারে। হয়েং মঙানি চাক্নৌবদা, ঐখোয়না রৌ মথেল অমা ঙল্লগা য়ারেদনা। ফরে ফরে, ঐহাক অজ্ঞা গোপালদু অমুক্ত উন্নরুখিগে। হয়েং ঐখোয় অনি টিপাইমুক্তা চৎলুবা তারি। সে সে নহাক্কী ফোটোদু এনলার্জ তৌরক্লবনি। অদুগা ফরিদা !

ফরিদা : অপাজান

খান : লক্ষিপুরগী অজ্ঞা কৃষ্ণদাসকী মচানিপা শ্যামকাহাইদু লাক্লবদি ঐহাকপু ঙাইহল্লমউকো। মহাক্না চিথি ১/২ ইমিন্নগদবা লৈ। ভাব তারব্রা? কাউনিকো – সুলৈমান! অজ্ঞা গোপাল থিরুসি। গাড়ী ষ্টার্ট তৌরো (চৎখ্রে। গাড়ী থৌদোকখি। ফোটোদু তেবলদা থনমই। ফরিদা চংখি। শ্যাম চংলকই। ফোটোদু য়েংই)

স্যাম : কনাগী ফোটোনো ফজখ্রেদা।

(ফরিদাজলান থোরকই )

ফরিদা : কদৌবগী মীগী ফোটো য়েংবিরিনো।

স্যাম : ফজবা হায়বসিদি য়েংনিংইদনা।

ফরিদা : অদু ওইরসু মদু পাঙল নুপীনে, থৌরানি নত্তেয়ে।

স্যাম : য়েংহন্নিংদ্রবদি ফোটোসি বুর্খা উপশিল্লু। নহাক্সু কা মনুংদগী মপান থোরক্কনু।

ফরিদা : ঐহাকপুদি হুকুমদু ইঞ্জরগে। কদৌবগী পর্দা হাইদোকপিরিনো ?

স্যাম : ঐহাক্লা ?

ফরিদা : পঙশিন্নরিসে য়েংঙো। অজ্জা ! ও সোরি। তামো নহাক বা অমা হায়বিগে, চেকশিঞ্জৌ। অমিজাননা বা অমা হায়বনিকো

স্যাম : করি হায়রিবা?

ফরিদা : ঐখোয় অনি নুংশিনরে হায়রিবা

স্যাম : অদুমক হায়ব্রা ? নহাক্লা করি খুমই ?

ফরিদা : ঐহাক করিমত্ত খুমদে। তুমিন্না লৈ। ঐখোয় অনি জাতি তিন্নরম্লবদিকো

স্যাম : জাৎতি তিন্নরম্লগা কদৌদৌরিবা ?

ফরিদা : খঙদে। জাৎ তিন্নরম্লবদি ফৈদনা। তামো চন্দোল থিনবা তম্বীগেরা?

স্যাম : ঙম্মরোইদবা থবক্তা ইচঙ থৌরক্কনু মেমা!

ফরিদা : হৈনিংইনে । খান অদুল গাফর খান গীতা পাই। মহাভারত, রমায়নগী ৱারী খংই। মাবু মুস্লিম নত্তে হায়বা য়াব্রানে? ঐহাকসু মুহমদকী ৱারি তম্লকই, বাইবলসু পাই, বুধগী ৱারী খংই। ডাক্তর লুথর চাম্মা হাৎতোক্লবসু নেগ্রো হায়বা জাতি অসি ইংলিশ মচাগী মিনাই ওইবা য়ারোই।

স্যাম : ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা মীওইবগী হৌরকফমসি মী অমদগী শন্দোরকপা ওইনা ই। ঈশ্বরসু সংসার অসিদা অমখক্তনি হায়। অদুগা পৃথিবী অসিদা তোঙান তোঙানবা জাতিগী মশিং থিবা ঙমদে। ধর্ম্মনা কয়াদা য়ামখ্রবা? জাতি অমগা অমগা কয়াদা খেন্নরিবা, নুংশিনবগী মহুত্তা হাত্তোক্লরি। নুমিৎ থা ঈশিংনা তাইবং মীওয়বদা মীচং মীখায় নাইদ্রগা, মীওইয়বা ঐখোয়না মীচং শঙ্গন চংনদুনা হিংচাবা য়াইতম্বগী শক্লোন লৌনরিবসিবু করিগীনো?

তামো নংদি নিপা নত্তে। ঐহাক্না নিপা ওইরম্লবদি খংগদবনি।

স্যাম : নহাক্কীদমক ঐনা পাম্বোম তিংলুবদা পাম্বোম অসি ককপ্রগা লোইরে। নহাক্না ঐবু কদায় ফাওবা নুংশি হায়দু উৎলক্লবদতা ঐহাক্কী পাঙ্গল কনগদৌরিবনি। ঐহাক্তি মুস্লিম ওনবসু ঙমগনি। ঐহাক নুপানি। নহাক্না ঐহাক্কী ইনাক্তা লাকফম থোক্রা ?

ফরিদা : মরৈসি অপাজান ঙাইবা ওইনা ইমুংদা চা থক্লগা য়েৎনরুসি। চা ইংখ্রনি, চংলসি লাকও (চংমিন্নখি)।

## ২
## - গোপাল শর্ম্মগী য়ুম, - অয়ুক

(ফৈজোম পুময়াৎ, চন্দোন গোপাল শর্ম্ম (৫০) হিন্দি ফিলমগী ঈশৈ অমা ঙংলগা থোরকই।)

**খান** ঃ অজ্ঞা গোপালবু লৈতব্রা - ও

**গোপাল** ঃ ঐহাক লৈজে। কনা ওইরবনো ? লেংশিল্লকও । এ! খান শাহেপনিনা। কদোমদা লেংউরিনো ?

**খান** ঃ ঐহাক শর্ম্ম থিরকইবনি। টিপাইমুক দামগী লেবর লিশিং অমরোমসিগী রেশন সপ্লাইসি শর্ম্মনা পায়বিদবা য়াদ্রে। শিলচরদগী বরাক তুরেন্দা হিনা পুবিগদবনি। শিলচরদা ঐহাক্কী দুকান্দা ষ্টোক থম্লগে। পেমেন্টনা লেবরগী তলবতগী কক্লগা পিবিয়ু। শিলচরগী বজারগী রেৎতা পেমেন্ট তৌবিয়ু। রেশন সপ্লাইগী শেন্দোংদু শর্ম্মনা লৌবিয়ু। ঐহাক্কী পারসেন্টেজ পিরক্নু।

**গোপাল** ঃ অদুক য়াম্বা খুদোংচাবা ঐঙোন্দা পিবিগনু খান শাহেপ। ঐগী লেবরগী খরা ফংজরগা লোইরে।

**খান** ঃ সিয়ার নত্তে শর্ম্মা। নহাক বরাক প্রোজেক অসিগী ঐহাক্কী পার্টনর ওইরগদবনি। পার্টনরশিপকী চে-চাং শিলচরদা চৎলগা ইরুরসি। শর্ম্মনা টিপাইমুক্ত চৎত্রিঙৈদা থবক মচা অমতংদি পাংথোকপিরম্বা তারে।

**গোপাল** ঃ তাকপিয়ু। করি করম্বা থবক ?

**খান** ঃ মী অমা চাক চারা অমতং পিজবগী বাফমনি। কোরফু খাং ঈশিংগী টেঙ্কী অহনবা ঙাক্তা লৈরগা, কৈথেলসু শর্ম্মনা কাবিগদবা, পুজারিসু ওইবীবা তারে।

**গোপাল** ঃ মী অমখক্কীদমক ওইরবদি হোটেলদা স্পেসিয়েল শিংলুবসু য়াবজাৎনি।

**খান** ঃ য়াবজাৎনি। অদুবু ঐহাক্না য়ুমদা ইমুং মনুংগা পুন্না চাকৌবা পামই। অতৈ কনাসু নত্তেদা, লক্ষিপুরগী অজ্ঞা কৃষ্ণদাসকী মচানিপা শ্যামনিদা। টিপাইমুক ডামগী ঐহাক্কী কোরেসপোন্দেন্স পুন্নমক ইবুংঙো শ্যামনা

ইবীবনি। কোরেস্পোন্দেন্সতা নত্তনা লক্ষিপুর দুকানগী একাউন্সু মহাক্না চেক তৌরিবনি।

গোপাল ঃ ঐহাক ভাব তাজরে। নুমিৎতি কৈদৌঙে।

খান ঃ কলেজগী ছুটি লৈবা নুমিৎতা হেক্তা য়াই।

গোপাল ঃ ঙাগা হৱায়গদা তারেদো

খান ঃ শাদি মহাক চাদবা মাল্লি

গোপাল ঃ খংজরে, এলিশাগা রৌগা, অনোইবা মশক থোকপা অমগা। ঐহাক শিঙ্গরগে। অদুদি লেঙথোক্লসিরা খান শাহেপ।

খান ঃ থোক্লসি। শিলচরদগী কোরফু, খাং, তোটি ঈশিং হাপ্নবা ব্রাইট অচৌবা অমগা, জগ গ্লাশ খরা য়েংলুসি

(থোকমিন্নখ্রে।)

## ৩

### - লম্বী, - নুংথিল

(ওঝা বাবাধন মুরুম মুরুম শোল্লগা শাউনা থোরকই)

বাবোধন ঃ হে হে মাগুম্বা অঙাং পেতুবানা মহাজন্দগী হেল্লেনে চাউরিবা! ঐহাক্না ইবা হিশাপ মহাকুম্বনা লাল্লী হায়রমই হায়বা। মসিগী অঙাং অসিগা খান শাহেপকা তিন্নরিবা মখে ঐহাক্কী খুদোংচাবা ৰাৎকদৌরি। মসিগী বামোন মচাসি চংহনবা য়াদ্রে। বাবাধন ঐহাকসি কনানো হায়বদু খংহনবা তায়।

সুলৈমাননা দুকান্দ ফম্বনি পোৎ য়োনবনি। ঐহাক্না কেরানি কম কেসিয়ারনি। শ্যামগী মবা তারগা আগা খান মচিন্না চেদিং অমদা হিশাপ চত্থখো। কেস বুকতি শ্যামনা চেক তৌরি হায়বা ! অদুদি খংগনিদনা – (কৃষ্ণদাস লাকপা উরকই) লাকইবসি অজ্ঞা কৃষ্ণদাস নত্ত্রনে ?

জয় জয়! অজ্ঞাবু ননাইনা ভক্তি কচ্চরি (মকোক লৈপাক তানা খুরুমই)

কৃষ্ণ ঃ জয় জয়, এ বাবাধন! কি রোগোম চলীসে, ভালোতো -

বাবুধান ঃ য়াইফরী অজ্ঞা! ইবুংঙো শ্যামগুম্বা মশক ফজবা, হায়বা ইনবা, লাইরিক ফবা ছাত্রসি, ঐখোয় লক্ষিপুরসিদদি অতাংবনি অজ্ঞা। মহাক্কী লমচৎ অসিদংগা নহা ওইরিঙৈসিদা নিংথিজনা লমজিংবীরবদি ফরিবসিগী মথক্তা ফগ্রনিদা -

কৃষ্ণ ঃ ইচানুপাগী মরমদা করি পাউ তারবগেনে বাবাধন?

বাবাধন ঃ পাউদি ফনা ফজনা শন্দোরক্লে অজ্ঞা। আগা খানগী মচানুপীনা থোংবা চাক ইবুংঙো শ্যামবু পিজবমাল্লে। লাইরিক ওরাইবগী মহুত্তা পাঙল ইমুংদা থবক শুদুনা লৈরমাল্লে। মনিন্দি থোকহনবিগনুকো অজ্ঞা, আগাখান হায়বসি পাঙল মচানি। পাঙল মহাক্না শেন খরা পায়রগা মী অসুক উশিৎতবদি। শ্যামকাহাই অসি ব্রাহ্মন মচানি, অজ্ঞাগী নাইতোম পোকপা ইচানিপা কলেজগী ছাত্রনি খংনা খংনা ফাবিথ্রবনি। ব্রাহ্মনগী ইজ্জৎনা লৈখ্রা তাথ্রবদি হিন্দু ঐখোয়দি মাংলেদো অজ্ঞা। শ্যামসি আগাখাননা মচানুপী পিশিল্লগা জাৎ তাহনগদৌরবনিকো অজ্ঞা। ঐহাক্তি অজ্ঞাবু নুংশিজবদগী পাউ অসি

তমজবনি। ঐহাক্কী পাউনি হায়দুনা মনিনদি থোকহনবীবা য়াদেকো অজ্ঞা। জয় জয়, ননাই ভক্তি কচ্চরি। (খুরুমই, চৎখ্রে, কৃষ্ণ শাউবনা মৈ হৌরে)

কৃষ্ণ ঃ শাধুনা শোইতান পোক্লবা। হে হে মহাত্মা ব্রাহ্মনবু শিংনবা মতিক লৈতে। আগা খান, আগা খান!! (শাউনা চংঙখি)

## ৪

### - কৈথেল, - নুংথিল

কৃষ্ণ : অগা খান! থোরকউ লাউ। ইচা শ্যামবু করিগী ফাদুনা শিজিন্নরিবনো? শেল কয়ামুক পায়বা মীনো? ইচানিপাবু জাৎ তাহনগে থৌরাংবদি নতিক কয়ামুক লৈবা মীনো নহাকপো। পাংঙল হায়বসিদি অমাংবা জাত্তিনি। হিন্দু ধর্ম্মদা মুস্লিমনা শিংনবগী শক্তি করি লৈ?

খান : অজ্ঞা! লক্ষিপুর থানাগী ওসি লাক্রে। অজ্ঞাগী অশাওবদু অমুক্তা ফাথবিখো। অজ্ঞা জ্ঞান তানা ৱারী শাখিসিদা কদৌগে অজ্ঞা!

কৃষ্ণ : ভারতবর্ষ অসি হিন্দুগীনি। অদুনবু হিন্দুস্থান কৌরিবনি। পুকচেল শেংদবা নখোয়গী নরৈবাক্তি পাকিস্থান। হিন্দু ঐখোয়না ধর্ম্ম লৈমনবদগী নখোয়বু তাংজফম পিবিরগা নখোয়না নিংতৌ শারেনে। অমাং অশেং খংদবা, ঈরুজবগী মথোংসু খংদবা, শা য়েন ঙানু চাবা নখোয়বু ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈহনবসি ঐখোয়গী দোষনি। ঐখোয়না তুম্বদা নোংপোক ওল্লী, নখোয়না নোংচুপ ওল্লগা কুল্লী। ঐখোয়না মায়দা চন্দোল থিল্লি। নখোয়না নকোই থাকই। হিন্দু ঐখোয়না ইমানি খন্না পুজা তৌরিবা ষণবু হাৎপা কাংবু অসি হিন্দুস্থানগী মরুপ ওইবা অফবা মঙ্গল খক ওইরোই। নখোয়দি হিন্দুস্থানগী ওন্ন-তৈনবদা তৌরিবা কাংলুপনি। নহাক্লা ব্রাম্মান ঐঙোন্দা শিংনবগী নতিক করি লৈ? পাকিস্থান্দগী হিন্দুশিংবু শা-ষণ হোইদোরকপগুম ভারতনা মুস্লিম নখোয়বু পাকিস্থান্দা হোইজিনখিদবা অসিমক্লা ইন্দিয়াবু পাকিস্থান্না উশিত্তবনি। শকফম মান্নদবা, ফিজেৎ তিন্নদবা, ধর্ম্ম তোঙানবা, চিঞ্জাক খেন্নবা হায়বসি পুকচেলসু খেন্নফম থোকই। পুকচেল তিন্নদবা মী শঙ্গু অমনা পানবা লৈবাক্লা করম্বা নুমিৎ-থাবালদা চাওখৎকনি? অমনা পন থিংগনি, অমনা হোগায়গনি। হিন্দুস্থান্দা পাকিস্থান লৈহল্লোয়দবনি। আগাখান! নরিল রৈবদি থোরকউ লাউ—

মীয়াম : হাৎলো হাৎলো! ব্রাম্মান অসি মুল্লাহ তৌরসি। হাৎলো হাৎলো)

খান : মীয়াম পুন্নমক! অমুক্তা ঙাইবিখো। ঐহাক্কী ৱা তাবিয়ু। শান্তি, শান্তি!আগা খান ঐহাকপু অজ্ঞা কৃষ্ণদাসনা চৈবা নত্তে। ইন্দিয়াদা লৈরগা পাকিস্থানগী

তরগু বা ঙাংবা পাকিস্থান মুস্লিমশিংবু চৈবনি। (হাৎলো হাৎলো ব্রাহ্মিন হাৎলসে) ঙাইখো। আগা খান ঐহাক্না প্রজাশিংগী মফমদা খুৎ জুর তৌদুনা হায়জরি। ঐহাকথক্কীদমক অজ্ঞা কৃষ্ণদা খুৎ থাবিগনু। অজ্ঞা, হৌজিক্কী মতমদা মীগী জাতি পন্দুনা বা ঙাংবা ফত্তে। য়ুমদা চৎলসি, থিঞ্জরগে - (মীয়াম্না হাৎলো হাৎলো। খাননা কৃষ্ণদাসপু থিন্দোকখি)

## ৫

## - কৃষ্ণগী মুম, - নুংথিল

কৃষ্ণ : ঐখোয়গী ঈরৈবাক অসিদা পাঙলনা নিংথৌ ওইবা য়ারোই। রাধিকা! পাঙল হাৎকে ঐহাক্কী থাঙ পীয়ু।

রাধিকা : ইমাইপেম্মা। ঐহাক্তি অজ্ঞা শিরগদবোই নিংলুরে। পাঙল ময়াম্না চৈ, চৈরোং, কমথী থাঙ পায়রগা য়োমশিনখিবদু উবদা, মীয়ামগী খোল্লাওদু তাবদা, ঐহাক হৌজিক ফাওবা কপ্লাক নিক্রি। অজ্ঞা, শোক্তি শোক্তে কো।

কৃষ্ণ : আগা খাননা ঐহাকপু থিন্দোরকপগী মখোয়গী মরাইবক ফবনি। নৎলমদ্রবদি, কৃষ্ণ ঐগী ইতিক খৎলমগদবনি।

রাধিকা : গীতাগী শ্রী কৃষ্ণগীদি খুদোম্বীদা চক্র লৈ। অজ্ঞাগীদি হিন্দু ঐখোয়গী কর্ম্মদা শিজিন্নবা গোপাল শ্রশনামগী লাইরিক অমনবা খরদমক উরুরে। ব্রাহ্মননা লান চংবদি ঙসিদমক উজেদো অস, মীয়ামদো - য়ামখ্রেদা। আগা খাননা ফৈগাক ফৈন্না লেপ্পগী ফবনি। নৎলমদ্রবদি ঙসি অজ্ঞা হিংবগী ৰাদি লৈতে। ঙসিদি ঐহাক লুখ্রাবী ওইরেদনা হায়না চপ যুংনা খনখ্রবনি। মীওইবা ঐখোয়গী উপকার ওইবীনবা ঈশ্বর অমা লৈ হায়বসিদি চুমইকো। ঈশ্বরনা আগা খানগী শক্তম লৌরগা ঙসিদি অজ্ঞাগী পুন্সি কল্লবনিকো।

কৃষ্ণ : আগা খান! অগা খান! মহাক ঐহাক্কী য়েক্লবনি। মহাক্না ইচা শ্যামবু মাংহন্নবা হোৎনরিবনিনে রাধিকা। মদুগী ৰাহৌনিনে ঙসিগী লক্ষিপুরগী লাঞ্জাও!

রাধিকা : লাঞ্জাওদা শোয়নাইখিবা মী লায়েংবদি অজ্ঞা, ৰাই হায়নৈ। চেকশিনবীবা তারবনিকো।

কৃষ্ণ : হিন্দুস্থানদা পাকিস্থান লৈহন্নোয়দবনি। রাধিকা! মসি ঐহাক্কী ৰাশক্লি। নপুরোইবগী ৰাশক! মপুরোইববু ঈশ্বরনি খল্লগা য়ুম্বুরেনবী অমগী করি থবক পাংথোক্কদগে হায়বদুদি ব্যাখা তৌদ্রবসু রাধিকা! নহাক খৎলবা নৎত্রা?

*(শ্যাম শাউনা চংলকই)*

শ্যাম : ইমা, পাবুংদি -

রাধিকা ঃ নমাংদা লেপইবসিদি। তাইবংশেম্বা মপুনা থৌজানবীবদগী নপাবুং মতু নাম্মা তেক্তে। ইচানা অদুক পাখৎনা হংলরিবা করিগীনো? কনানা করি হায়রকই। ইমাদা তম্মু, খন্নসি।

শ্যাম ঃ করিনো ঙসি পাবুংনা লক্ষ্মিপুর কৈথেলদা আগা খানবু চেলেঞ্জ তৌবিরুরিব্বু? কছার অসিদা পাঙলগা মৈতৈগা নুংশিনদনবা পাবুংনা খোঙ থাংজিনবীরুরিবা, করিগীনো? মীচা ৱারকপগী মহুত্তা নচা ঐহাকপু ৱারকপিবা য়াদব্রা? করিনো ঙসি পাবুংনা লাক্ষ্মিপুর কৈথেলদা আগা খানবু চেলেঞ্জ তৌবিরুরিবনো? মদুনা ঐখোয়গী কয়াম কান্নবা, তোংজবা ফংগদৌরিবনো ?

কৃষ্ণ ঃ চুপ! পুন্নমকসি নহাক্না থোরুবা শিনবনি। ব্রাহ্মন মচানবু অদুক পঙব্রা? গধা অসিদি। নহাক আগা খাননা মচানুপী পিশিল্লগা জাৎ তানবা শিল্লন্নবনি। করিগী খঙদে? ব্রাহ্মন্নবু সোইতান পোকপা হৌনব্রা? ঐহাক কনানো, আগা খান কনানো? ঐহাক্না করিদা পাঙল মাবু উশিংকদৌরিবা?

শ্যাম ঃ অদুগুম্না পাবুংবুসু আগা খাননা উশিংলমদবা য়াই।

কৃষ্ণ ঃ পুন্নমকসিগী মরু নহাক্নি। হাই গধা। নহাক হয়েংমক কছার অসি থাদোক্লগা নহাক্কী মাম্মগী মনাক্তা নবদ্বিপতা চৎকদবনি। রাধিকা। ভাব তারেকো, হয়েংমক নচানিপা শ্যাম অসি নবদ্বিপতা নবুং য়াইমা গোপালনন্দগী মনাক্তা থাখিগদবনি। শ্যামগী বি এ পরিক্ষা থানবা ইবাইনা কলকতাদা শীনগদবনি হায়বা অকনবা চিঠি অমা ইখো। (শ্যামদা) নহাক হয়েংমক নবদ্বিপতা চৎখিদবনি, দরকার ওইবা লুপা নমাদগী লৌখো। রাধিকা! থৌরাং পুন্নমক ঙসি লোইগদবনি। ঐহাক সন্ধ্যারতীগী অজাপুজা তৌবগী মতম ওইরে। (চংখ্রে)

শ্যাম ঃ ঐহাক কলকতাদা কলেজ তম্বা ফংলগনিকো ইমা।

রাধিকা ঃ নপাগী অপাম্বা থবক ওইদবদি য়ারোই। ফরেদা সিলচরদা কলেজ ছাত্র ওইগদবগী শরুক কলকতাগী ছাত্র ওইরুবনা ফৈ। নহাক্কী মামোনা পুন্নমক শোয়দনবা শিন্নবা ইমানা চিঠি ইগনি। লাকও লাকও, নহাক হয়েং নবদ্বিপতা চৎলগদবনি। ইমাগা ৱা খন্নরুরসি। (চংখি)

শ্যাম ঃ পাবুংগী অপাম্বা তুংইন্না ঐহাক হয়েংমক কলকতাদা চৎকনি। অদুবু ঐহাক খান শাহেপপু অরোয়বা ওইনা উন্নরম্বদি ফৈ। পাবুংগী প্রাইচিৎ, মচা ঐহাক্না শ্রীগোবন্দদা থৌনিজবদা করি কায়? খান শাহেপ! ঐহাক্কী পাবুংবু নুংশিবীয়ুকো। ইমা! ঐহাক ইমান্নবা অমা অনিদং উন্নরুখিগে। ঐহাক্কী চৎনবগী ফিরোল অমুক্তা চেক তৌবীরমউ (থোকখ্রে)।

৬

- মহাবলী কবুই খুল, - নুমিদাং

(কবুই লৈশাবী শান্তি, কবুইগী ফিজোল লৈতেং ভাংভাইগী ঈশৈ ঔরাই। খুনগী ধোনগী তান্দা জগোয় শাবা। ফেজোম পুময়াৎ উরৈরোম শঙবা খুদৈ, খাবৈ চেগপ পায়বা গোপাল শর্ম্মা চংলকই।)

গোপাল ঃ ঙসিদি ইচা শান্তিসি কেরমইদা। কয়াদা ফজখ্রবা শকনো? ফজৈ, য়েংবদা নুঙায়। অলুগী হিদাক করম্না কাউবা ঙমগনি? করিগী ধোননো য়ৈরিবসে? লুহোংবা লৈব্রা?

সান্তি ঃ অজ্ঞাসি চহি য়ামশিল্লকপনা করিমতা নিংশিংবা ঙমদ্রমাল্লে। গাংঙাই হৌগদৌরবনে অজ্ঞা।

গোপাল ঃ চুমইনে চৎলিবা থা অসি দিসেম্বরনিকো নখোয়গী ভাংভাইগী মতুংদ ঐখোয় য়াউশং অমুক লাক্কদৌরবনি।

সান্তি ঃ ঙসি নুমিদাং ঐখোয় খুলদা চাক থোংগদবা লৈরবা অজ্ঞা?

গোপাল ঃ লৈতে

সান্তি ঃ খাবৈ চেগপতু য়ুমদা থনস্বা য়াদব্রা?

গোপাল ঃ য়াদে।

সান্তি ঃ করিগী ?

গোপাল ঃ খাবৈ চোগপ অসি ঐহাক্কীদি আইদেন্টিতি কার্দনি। মসি পায়দ্রবদি কম্মান্দো কাংবুনা নখোয় খুলগী কোম্বোংগী নহারোল হোইবদা ঐহাক য়াউরোইদ্রা?

সান্তি ঃ পুলিশনা য়ু থকপা কাংবু ফাবদগী কন্নবা খুলায়নিনে

গোপাল ঃ উম মান্নি। কৈনা চৎপদা খুজিল পুবা, পুলিসনা অমদি শিফাইনা নোংমৈ। ঐখোয়না গেরুবা মচুগী খুদৈ অমদি খাবৈ চেগপ করি করি? আলু! নিপাদি চখোকপদা খুৎলাই থাবা য়াদে।

সান্তি ঃ ঐখোয় নুপীদি?

গোপাল ঃ নুপীগীনা মোদেষ্টি, লু-লুক্কা চৎপা মোং হাদবা। থেংনবা মীপুম খুদিংদগী নুপীগী ইজ্জৎ, ইকায় খুম্নবা লৌনবা হোৎনগদবনি।

সান্তি ঃ অজ্ঞানা য়ু থকপসি লৈকায় মীনা শাউদব্রা?

গোপাল ঃ চৈদ্রবা ফাওবদা ঙাংনিংবজাৎনি। অদুবু মখোয়না ঐগী খরচ হুনবীব্রা? করিগীনো মখোয়না ঐগী চিঙ্গাক কক্কদৌরিবা? মখোয়না মখোয়গী অপাম্বা লম্বীদা চৎচখো। ঐনা ঐগী থোকপা লাকচগে। লমখাং অসিদা ঐখোয় অদুম লম্মাংনবগী বানি। পম্থুংফমদি ঐখোয় পুল্লপ পুল্লগদবনিনে আলু।

সান্তি ঃ হনু ওইরবা অজ্ঞানা করিগীনো য়ু থক্লিবসিবো –

গোপাল ঃ চাহৈদবা চিঙ্গাক চারবদি তৌহৈদবা থবক পায়খৎলগদবনি। চুমই, ঐহাক মী হাৎপা হৌরে। মীশিংসি তুম্না হাৎকদৌরিবনি। অদুবু ঐদি চিঙ্গাক নত্তবা জিবদি খক হিংশা তৌরোয়। ঙসিগী খুনাই অসিদা থৌদাং মচা অমত্তং পাংথোক্কে খল্লবদি হিংচাবগী শক্তম লৌগদবনি। নৎত্রগনা তিন ওনগদবা। য়েৎখায় থুগায়বদা অকিবা পোক্লবা অমদি মথৌ পাংথোক্লবা হোৎনবদা মিৎ নাকোং চেজেৎ উইশিন্দুনা পম্থুংফমদু য়ৌনবগী অখাং কনবগী শক্তি ঝাৎপা মীনা সমাজ সংস্কার করন্না তৌগনি, নোংমা নোংমগী মরায় চায়থরক্লিবা ঐখোয়গী সমাজ অসিগী খুদমসি ঐখোয়রা, পংকোৎ কাংবুরা? খল্লু, খন্ন খন্না ঐগী হৈরকউ।

সান্তি ঃ পংকোৎ হায়বদি কনারা? (হিদাক হৈরগা পিবা)

গোপাল ঃ পংকোৎ হায়বদি ফেনাটিক। চান্দোন চবাক চবাক থিল্লগা লাই নিংবা কাংবু। মখোযনা পাম্বা ধর্ম্ম অদু নত্তবা অতৈ ধর্ম্মবু হুন্দুনা ঙাংবা কাংবু, ফেনাটিক হায়রিবসিনি। মখোয়দগী জাতি অমগা অমগা নুংশিনদবগী, কম্মুনেল ক্লাসেস থোরকপনি। অফগানিস্থানদা তালিবান্না চহি ১০০ হেল্লবা বুধাগী মুর্ত্তি বোম্না থুগায়খি, ঙসিদি তালিবানশিং চীংনুংদা লোৎলগা হিংলি।

সান্তি ঃ ও, তালিবানসি পংকোৎলা?

গোপাল ঃ অযোধ্যাদা রামগী মন্দির থুগায়রগা পাঙলগী লাইশঙ মসজিৎ শাগৎখিবগী ঈরাং ঙসি ফাওবা লৈরী। হিন্দুগা পাঙলগা ঙহাক কাংদনা খৎনরি, গুজরাটতসু হাৎনরি।

সান্তি ঃ ও পাঙনসু পংকোৎ ওইকো অজ্ঞা

গোপাল ঃ বি জে পিসু পংকোৎনি হায়নবা য়াওরি। নবা খালীদা হিন্দুগা পাঙলগা হাৎনখি। মদুদগী ইন্দিয়া পাকিস্থান অনি পোকখি। হান্নদি ইন্দিয়া হায়বা মহাদেশ অসিদা ইন্দিয়া, পাকিস্থান, সিলোন (শ্রীলঙ্কা), ইষ্ট পকিস্থান (বাংলাদেশ) অমসুং বর্মা (ম্যান্মার) য়াওরম্বনি। ইন্দিয়াসি কয়াম চাওরমই?

সান্তি ঃ হোয়নে য়ান্না চাউরমইকো –

গোপাল ঃ হৌজিক্তি ইন্দিয়াদগী শ্রীলঙ্কা, বাংলাদেশ, পাকিস্থান, ম্যান্মার খায়দোকখ্রে। অবাং নোংপোক হায়বদি নোর্থ ইষ্টর্ন ষ্টেট, শম্না সেবেন সিষ্টর, সিক্কিমগা থারগা ঐইট ষ্টেট অসি ইন্দিয়াদগী খায়দোরকপসু য়াই।

সান্তি ঃ অওয়ব্রনে অজ্ঞা ? সে – (হিদাক পিবা)

গোপাল ঃ নাগা হায়বা পংকোৎ অমা পোকখ্রেদনা

সান্তি ঃ কদায়দা ? নাগালেন্দ নত্তবদি কনা ?

গোপাল ঃ আলু নখোয় নাগা নৎত্রা।

সান্তি ঃ নত্তে, ঐখোয়দি কবুইনিনে।

গোপাল ঃ ও অদুদি নখোয় কবুইনা মণিপুরগী মফম কদায়দা নাগা লোৎতুনা লৈ থিয়ু। তাংখুল মরক্তা লোৎপ্রা, অনালনা মরিংগা তান্নরগা য়োকপ্রা, মাউদা শাইদাংদুনা লৈব্রা ? সেবেন সিষ্টর বু মচেৎ মচেৎ চাথোক্লগা ইন্দিয়াদা অনৌবা লৈবাক অমা শাগদবা নাগা পংকোৎ হায়বদু চেকশিল্লুকো আলু, নখোয় কবুই য়োৎচখিনি।

সান্তি ঃ কিজবেদা অদুদি, ঐখোয় খুলদা নাগা পংকোৎতু লাক্লবদি কজিং করাইদা তাক্কনি। অদুগা থৌবৈদা লেশা পাখংনা বিচার তৌগনি। নুমিদাংদা অকিবগী ব্বাবীসি তোকথোক্লসি অজ্ঞা। ঐনা খংদবা পংকোৎকী ব্বারী শাররোইসি। বামোন্না য়ু থকপা মাঙদব্রা ?

গোপাল ঃ ইচানুপী ! কুইরবগী তুংদা নিংথৌ পাল্লীঙেগী কাউনখ্রবা ব্বাফম অমা নপা ঐঙোন্দা হংলকইদা। তাবদা পুক্লিং নুংশিখ্রেদা। ইচাগী ব্বাহংগী পাউখুমদি ইপানা পিগনি। ঐগী নেক্স রাউন্দ (গ্লাসতু লৌরগা সান্তিনা হিদাক হৈরগা পিবা) মাংবা শেংবগী আইন অসিদি ঐখোয়না শেম্বা আইন্নি। ঐখোয়না তম্বীবনি। ঐখোয়দা তালক্কদবা নত্তে। অফবা ফত্তবগী ব্বাদি অঙাংদনি খংদবা। ব্রাহ্মন নৎত্রবসু ব্বাখল খনবা ঙম্বা মীদি খংফম থোকইনা।

সান্তি ঃ অজ্ঞা পাবুং ! ব্রাহ্মন হায়বসিবু কনানো ?

গোপাল ঃ হা ... ব্রাহ্মন ! নহাক ব্রাহ্মনবু খংনিংই অসিরা ? ইপানা শোয়দনা তাকপিনি। ইপাগী চানবদি কদায় ?

শান্তি ঃ এনশা ঙানুদি লোইখ্রে, বোংশাদা ঙাইরে অদুনা নচানা পুথোরক্তবনে। লৈকাইদগী লৌরুগে ? করি পাম্বরা ইপা ?

**গোপাল ঃ** বাহৈদুনা ইচানুপী আলু! ইপা পেল্লে। ঙা থোংলবসু মোরোক মেৎপা অমা য়াওদ্রবদি হৈনদ্রবা লমদম অসিগী প্রজা অমনি ঐহাক। অদুনা হংবনি। খরা থক্লে, বামোন গোপাল ঐহাক পেল্লে। (বাখল খল্লি। ম্যুজিক। মহাক্কী নুপীগী বাহৈ)

**শচীরানি ঃ** মীগী মচাদি মপুকচেল চেৎপনিনা করিসু কাংথোক্লক্রোই। য়ু থকপা হায়বসিদি বা য়াম্না ঙাংই হায়নৈ। করিগুম্বা চেকশিনহৌদবা মিকুপ্তা অজ্ঞানা চিন পুখখিবা থোক্লবদি—হায়বসিগী খনবদা ননাইনুপীদি মীপাইরে। চারম থক্লম খংদনবগীদমক মীগী নিংবা থুংনবা হোৎনবসিদি ঐহাক্তি পামজদে। ঐনা নহান্না কয়ারক হায়জদ্রা? করিগুম্বা খংনরক্তনা বাফংনরকপা তারবদি ঐদি য়ারোইদবনি। (ম্যুজিক)

গোপাল ঃ য়ারোইদবা ময়ামগী মরক্তা ঐদি করন্না য়াগদৌরি? ঐগী বাখলসি ঙহাক্তদি হকচিক লাংহল্লু। অনৌবা বুধি লাকপ্রা য়েংসি।

**সান্তি ঃ** কনাদা করি বারী শাবনো অজ্ঞা। পাবুং নং ঙাওরমাল্লেবো

**গোপাল ঃ** ইপা ঙাওদে। বাখল অমা খল্লুরে। হা ... ব্রাহ্মন? ব্রাহ্মন হায়বা নৎতরো আলু?

**সান্তি ঃ** বামোন হায়বসি নত্তরো ব্রাহ্মন হায়বসিবো?

**গোপাল ঃ** ব্রাহ্মন হায়বসিদি অবাংবা থাক্কী মীনি। সধারন মীওইবগী বুধি চমন্নরক্লবা মতমদা লৌশিং তাকপিবা ঙম্বা, পুক্লিংনা ফংঙমদ্রবা কয়াবু তম্বি তাকপিবা ঙম্বা মী অদু ব্রাহ্মননি। ভিক্ষা চৎতুনা অফংবা খরনা পেল্লোকপা ঙম্বা অমদি মহাক্কী অরৈবদু মীগী কান্নবগীদমক কখোকপা ঙম্বা মহাপুরুস অদু ব্রাহ্মননি। মখোয়বু উবদা কোক নোন্ন ব্যবহার তৌনরিবসি মখোয়দা ঈশ্বরগী শক্তি লৈবগী বা নত্তে। মখোয়না মীয়ামগী সেবা তৌবদা নিংহন্নবা লৈতবা অদুগীদমক্তনি। মীওইবগী সেবা তৌদুনসু পৃথিবীগী অরঙ-অপান অমদি মনা-মথুমগী বাখল থাদোক্রবদি মদুসু অশেংবা ব্রাহ্মন নত্তে। ব্রাহ্মনদি হিন্দু ধর্ম্মগী অবাংবা থবানমিচাক্লি। ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান থিবদা ব্রাহ্মনদগী হেনবা অতৈ জাতি লৈতে। হৌজিক মতমগী ব্রাহ্মন্দি কাক্ক সম্মানং, কাক লৈতবা মফমদসু নোং ঙানদবা লৈব্রনে, আলু?

**সান্তি ঃ** মৈতৈ লৈবাকপু লৈখা তানা মাংহল্লিবসি ব্রাহ্মান্ননি হায়নবসি চুমদব্রা অজ্ঞা?

গোপাল ঃ স্না কোনুংগী ফিদম লৌরিবনি হায়দুনা লৈকাই খুদিংদা ব্রাহ্মন মাংগাইদুনা থমজিল্লুরে। জ্ঞান চংখোল্লবা অজ্ঞানি খন্দুনা লাইগী মিংদা লৌচা, সিধা, ইংখোল, য়ুম, মন্দির, মান্দব পিরে। য়োৎপাক থাংজৌ ফাওবা পায়হন্দনা লাইরিক পানবা থল্লে। অদুগদি শোইতানগী শার্থি ওইরক্লে। স্বষ্ঠি পুজা, য়ুমসেংবা, না-হুৎপা, অষ্টি সঞ্চয়, শোরাৎ, ফিরোই ধাম কয়া শিন্দুনা মৈত্রবাকপু নোংমা নোংমগী লায়রনবা শিল্লী। মী অশিবগী লাইবক্তা শরু মচেৎ লৌবগী আর্থনা করি? মণিপুরদা পোকপা চাউবা মীগী তির্থ ষ্টান বৃন্দবান নবদ্বিপতা ব্রাহ্মান্না লমজিংলগা পুবগী মরম খংলব্রা? অশিবা মীবু লানবিবা, ব্রাহ্মান্না শ্লোক থিরী—নহাক্কী নমিং গোপালদাস কৌরবনি, নবদ্বিপতা চৎলো, পূন্য ফংগনি। ঐহাক্লা লানবীরবনি।

সান্তি ঃ অদুমক হায়ব্রা অজ্ঞা পাবুং? অদুনরা, নহারোলনা ব্রাহ্মানবু শাওবসে?

গোপাল ঃ ঐদি বামোন গোপালনি, ব্রাহ্মন নত্তে। কলকা ব্রাহ্মান কাক্ক সমানং। থবক শুদনা লেমজা চানিংবা মীদি কনানসু নুংশিরোয় ঐনা চুমই খন্দুনা চথখিবা থবক ঐনা চুমই হায়না করিনা প্রামান তৌগনি? অস পাপ! ঐহাক পাপ পুবা তারব্রা? নিপা ঐমক্লা অসুক নিংহন্নরক্রবা অসিদা নুপীমচা নহাক্তি করি ওইরমগনি?

সান্তি ঃ নুপী কনানো অজ্ঞা

গোপাল ঃ লৈ। ইচানুপীনি। নহাক্কা কোন্না শক খংনহনগে

সান্তি ঃ অজ্ঞা পাবুং। ইমাসু লাক্লনি। ঐহাক গাংঙাইগী দাঙ্গকী রিহারসেল য়াওগদবনি। থেংখ্রনি। পাবুংগী দরকার ওইবা হিদাক সিদা লৈরবনি। হৈরেগা থকও।

গোপাল ঃ পৈশাদি?

সান্তি ঃ কোন্না পিরবসু য়াইদা। (চৎখ্রে)।

গোপাল ঃ য়ু সু ঐঙোন্দা শিন্নরম্বা। পৈশাসু কোন্না লৌগে। হুম! নেসা চাবা ঐহাকপু থাজবা মীসু সংসার অসিদা লৈরিবোই (ফুরিৎখাও মাবা) ঐগী চুরুপ মৈখেৎ কদায়দা থনল্লে? ও ঙসাই ঐহাক্লা লিৎপা ফুরিৎ অরাংবদুদা য়াউহৌরেদনা। আলুগী মমা ঙাইবা ওইনা দুকান্দগী চুরুপ লৈরুখিগে। (চৎকে তৌবা)-ঐনা দুকান্দা চৎলিঙেদা কনাগুম্বা মী চংলক্কুনা হিদাক অসি থক্তোকখ্রবদি ঐহাক বদনাম চাবদা নত্তনা পৈশা অরেম্বদা তিংলোইদ্রা? মসি পুখিবনা চুমগনি। (হিদাক গ্লাশকা পায়রগা চৎখি)

## ৭

### - কৃষ্ণগী য়ুম, -অয়ুক

(লাই খুরুমগদবগী কৃষ্ণদাস থোরকই)

কৃষ্ণ ঃ রাধিকা! নহাক্না ইশু লৌহৌরগা ইমৌ চন্দ্রাবলী থাদোরকও। লৈ, কৎকদবা পোৎ-চৈ পিররো হায়য়ু। ঐহাক ফিরোইগী লাইরিক থিরুগদবনি, থেংখ্রনিনে! তারব্রা — ও

রাধিকা ঃ (মনুংদগী) তারে তারে। ইমৌ থোরক্লনি। ঙহাক্তদি ঙায়খোদনা ঙল্লি।

(মৌ চন্দ্রাবালী চন্দোন, শম পুল্লী, ফিরুক খুমই। পুঙৌ ফনেক ইন্নফি। লৈগী শেংগা পায়রগা থোরকই। কাংসিগা য়েনবা চৈগসু পুথোরকই। কৃষ্ণদাসনা লাই খুরুম্নবগী মতুংদা কৃষ্ণবু লাৎপগী ঈশৈ শকমিন্নে। মরক্তা চন্দ্রাবলীনা কাংসি য়ৈ। ঈশৈ লোইরবগী মতুংদা কৃষ্ণনা চন্দ্রাবলীদা নির্মল পিরম্লগা মন্ত্র শোন শোন্দুনা চংখ্রে। চন্দ্রানা লাই খুরুমহৌই। রাধিকা অঙাং পোরগা থোরকই। চন্দ্রাবালী চংখিগে তৌবদু উবদা) চন্দ্রা! ঙাইখো ঙসিদি ইমা ব্রা অমা হংগে। শেংনা খুমউ —

চন্দ্রা ঃ করি ওইরবনো ইমাথৌরানি?

রাধিকা ঃ ইমৌনা অহিং খুদিং কপ্পসে নকুবোকসু খংলবনি। ননেম ঐহাক্লা মরম খংদবা করিগীনো হায়দুনা ঐঙোন্দা অজ্ঞানা শাউরে। শ্যামগা নখোয় অনি ঐখোয়না নমদুনা লুহোংখিবসু নত্তে। নশা নশা য়ানরবগী মতুংদা লুহোংখিবনি। ইমৌ ইবেম্মা, নহাক্লা অহিং অহিং কপ্পসে নমা ঐ তাবা ঙমদ্রে। শ্যাম্লা নঙোন্দা করি হায়? নকুবোক্ত ঐহাক্না নঙোন্দা করি অকায়বা চৎখ্রে? অশেংবদুদা খুমউ, চন্দ্রাবলী।

চন্দ্রাবালী ঃ ইমা থৌরানি, ঐহাক্তি কদৌবগী কপকদৌরিবা? ঐহাকপুমুক নুঙায়না থম্বিবা মৌ লৈকায় অসিদা লৈরমখিগদ্রনে, ঐগী সেবাদা অজ্ঞানা পেন্দবা উৎপিদরি। লমদম অসিগী মৌশিংগী মরক ঐহাক্লা খ্বাইদগী লাইবক ফবনি। ইমা ঠৌরানী ঐহাক্তি কদৌবগী কপকদৌরিবা?

রাধিকা : চন্দ্রা। মদুগী পাউখুমদু নত্তে ইনেমনা পামইবদি। (শ্যাম ছুৎ-অই তৌদুনা থোরকই, চন্দ্রা চংখি) শ্যাম! নহাক কলেজদা চৎকদৌরব্রা? ইমাগী বাহং অমগী পাউখুম পিরমউ।

শ্যাম : করম্বা বাহংগী করি পাউখুম? (চৌক্রিদা ফমই, খোংউপ তোংশিল্লি)

রাধিকা : ইমৌদা নহাক্লা ওৎপা নৈবা য়ারোই। নোংমতসু মনেম মকুগী সেবাদা থওই উশিত্তবা উৎলক্লিবীনি। মহাক্লা নহাক্কী সেবাদা করি কায়খ্রে। ইমুং অমগী মৌগী থবক্তা করিদা পেন্দবা লৈ? শুমাং মাঙ্গোল মন্দিরগী অকোয়বদা পুন্নং লংলিবসি চন্দ্রাবলীগী মপান্না নৎত্রা? মচা কোকহন লাইহনসু নিপা পোক্লি। কুমসিগী চিলদ্রেন দে দা ফার্ষ্ট ওইখিবদুসু ইসু গোপি অসি নত্তব্রানে? মশক হায়রে বাৎতে, লৈকাইসিগী লৌশিংগী ফিদমনিংঙাই ওইবীনি ইমৌ চন্দ্রাসে। নহাক্লা মহাকপু মীরাইবীবা য়ারোই –

স্যাম : ঐহাক্লা কদৌরগে ইমা ?

রাধিকা : নমা ঐহাকসি নাপংবী নত্তে। অহিং খুদিং ইমৌ চন্দ্রাবালীনা হিক্লা হিক্লা কপ্পগী খোঞ্জেল ইমাসু তায়নে নিপামচা। নপাবুংগা ঐঙোন্দা মরম খংদবসি নুঙায়তে হায়দুনা শাউরে। ইমা থব্বায় য়াম্না নুংঙাইতে।

স্যাম : মী কপ্লিংদুনা কপচববু মশাদা হংউদনা

রাধিকা : মরমদু হংলে। অশেংবা পাউখুম পিরক্তে। নত্তে, নখোয় অনি ওংনবগী মরম করিনো স্যাম! ইমাদা মিনমগনু। চন্দ্রাগী করি মরাল লৈ? নহাক্লা ইমৌবু তাথি-তাওইনা তৌবদি নহাক পাপ পুগনিকো নিপামচা। অমদা হংই লোৎলি। অমদা হংই ওইদবা ওইবা শারগা পাউখুম পীরি। নখোয়না মনেম মকু ঐখোয়দা পেন্দবা করি লৈবগে? নখোয় ২ তান্নরগা অশেংবা পাউখুম পিরমগদবনি নিপামচা। (শাউরগা থোকখি)।

চন্দ্রা : (শাউনা থোরকই) অজ্জা! ঐহাকপু অসুম্না কয়া কুইনা ঙৌদুনা থম্বীখিগদগে? ঐহাক্কী পাউখুম পিনিংঙায় লৈরক্তরে।

স্যাম : খাঙবদা কল্লু চন্দ্রা, মতম লাকখিনি। (কপই)

চন্দ্রা : চহি চুপ্পা লাকখিদ্রবা মতমদু পুন্সি চুপ্পসু লাক্লরোই

স্যাম : ঙাইঙমদবা উৎকনু চন্দ্রা। খাঙবা কনবতনা পোলোইদা মায় পাকপনি। মতম অমা লাকখিনি, (রাধিকা থোরক্লগা লোম্না তারমই) মীয়াম্না হায়রক্কনি নখোয় কদৌরি নখোয়নিতমক নতেং পাংব্রিগে, হায়নিংবা হায়ব্রো -

চন্দ্রা ঃ ইশাগী বাফমবু ইশানা ফোংদোকচদনা কনানা ফোংদোকপিরনি? হায়নিংবা বা হায়নবগীদমক চিন পাল্লিবনি।

স্যাম ঃ ঐবু পাঙদবা তাহনগনু চন্দ্রা। হাক্না থৌনা ফবিসু শারকনু। ঐসু নংগী থৌনা যেংনিংলকপা কুইববনি। নহাকসু মচালৈমা অমনি, ঙাইঙমদ্রবদি খ্বাংচেৎ মচি লাঙওদনা -

চন্দ্রা ঃ ঈ নৌরিঙৈদবু খ্বাংচেৎ শেৎপনি। খ্বাংচেৎ শেৎত্রবসু ইচিন পাঞ্জরি।

স্যাম ঃ ফৈ, হায়দোকউ। হায়দোকপা তারবদি মখাক থমহৌবা য়ারোই। হায়দোক্লমদাইদা অসিমদি নিংশিংউ। ঐবু হাৎপদা নত্তনা ঐগী শাগৈ জাৎ তুন্না চিক্কে খল্লবদি হায়দোকপদা করিসু কায়দে, অদুগা ঐনা নংবু নংশিবসি মীবাইবগীদমক্তি নহাক পাপতি শোয়দনা পুগনি।

চন্দ্রা ঃ মীনম্বা ঐনা কয়া কুইনা অচুম্বা শাগনি? ঐনা হায়দোক্কদৌরিবসি অজ্ঞাগীদমক্তনি, নুংশিবগীদমক্নি। অচুম্বগীদমক অশেংবা ঙাংবদা ঐখোয় অসুক কিরিবসিবু করিগীনো?

স্যাম ঃ মদুগী মরম লৈ। অদুনবু মতম ঙাইরিবনি। কান্নবা ফংলোইদবদা থৌনা উৎলুবগী আর্থ করিনো? মতাং চাদনা মৈলৈ লাংউরবদি নং নচা গোপিগা শোয়দনা কায়নরগদবনি।

চন্দ্রা ঃ মরমদি? ঐনা পোকচবা ইচাবু করিগী ঐগা কায়নগদৌরিবা? ঐনা চৎপা তারবদি ইচা পিবিদ্রবসু ঐদি হুরাল্লগা পুখিগদবনি।

স্যাম ঃ ফৈ থোক্লগা খংবা হায়বদুনি। অদুবু বা ওইনা হায়বগা থবক ওইনা পাংথোকপগা অনিসি খেন্নবনিকো চন্দ্রা! (শাউনা থোকখ্রে, চন্দ্রা কপ্লগা ইমুংদা চেনশিনখি। মীপাইরবী রাধিকা থোরকই)

রাধিকা ঃ তাবিরিব্রা মপা। অজ্ঞা! শোমদা অমুক্তা থোকপিরকখো

কৃষ্ণ ঃ কদৌরে মমা? স্যামগা মৌগা নোংমা ফাদোকসু হরাও কুম্নে সিনেমা য়েংবা চৎমিন্নদবা, অহিংদনা চন্দ্রাবলীনা কপ্পগী মরম খংলব্রো-ও ? করিগী ওইরম্মে? (গোপাল চংলকই)

রাধিকা ঃ থাজদবা তৌবিনু। ইমৌ ইবেম্বসি গোপী পুরগা মপামদা চেনখিগদৌরি। ইশুসি চেকশিন্না শেন্নদবা য়াদেকো অজ্ঞা

কৃষ্ণ ঃ মমা নংনা ঙসি ফাওবা মরম খঙবা ঙমদবসি ঐ নুঙাইতে। ইশু সনাবুদি ঐগা শাগোম্নরগে। ঐনা হোটেলদা চৎপদা ইশুগা লোয়নরগনি। মপাগা মমাগা

কায়নদবা য়াদবা মরম লৈদুনা কায়নরবসু, মদুসু ওইথোক্তে। ইশুগা ঐহাক্না কায়নহনবদি ঈশ্বরনদি অদুক ঙমগদ্রা? উম, মখোয় অনিগী লায়নাসি হেনজিল্লক্লে। তপথদনা লায়েংনবা হোৎনসি। কান্নদে, লাও গোপি মফি মরোল শেৎচিনবীরো, হোটেলদা পুখ্রগে। (গোপাল শর্ম্ম চংলকই)।

কৃষ্ণ : ইশেন! লাকইব্রা?

গোপাল : লাকচরি ইবাই! জয় জয় (খুরুমনৈ) অঙাংশিং, ইশু, ইবাইখোয় য়াইফরিদনা -

কৃষ্ণ : অনা অয়েক য়াওদে। অদুবু ইশেন লাকইঙৈদা ঐখোয় ৱা অমা তানদবা য়াদ্রে। খুদাদা লেংশিল্লু। রাধিকা ইশেন গোপাল লাকই। ইমৌ ইবেম্মা চন্দ্রাবলী! পাবুং লাকই, অমুক্ত থোরকখো তারব্রা-ও ?

রাধিকা : (মনুংদগী) তারে তারে -

গোপাল : করম্বা ৱাফমগী ওইরবনো অজ্ঞা ?

কৃষ্ণ : মমাগা ঐহাক্না ভাব তাদবা অমা লৈরে। মরম খংবা ঙমদ্রে। স্যামগা চন্দ্রবালীগা অহিংদা ঙংনরকইবসি কুইরে। ইশেন লাকইঙৈদা মতে মনাও ঙংনবসিগী মরম, লংলা লংজিন অমুক্তা খংনবা হোৎনবীরমদবা য়াদ্রে - (রাধিকানা গোপি পল্লগা থোরকই)

গোপাল : ইশুদি চাওরম্মেদনা। লাউ-ইপু পমগে (পমই)।

কৃষ্ণ : গোপি, পুপুগা হোটেলদা চৎলসি। অহাওবা চারুসি। ইবুংঙো গোপাল! ইশেন লাকইঙৈদা স্যামগা চন্দ্রাবালীগা উংখৎনরিবসিগী মরম খংদোক্তবা য়াদ্রবনিকো। (গোপি পল্লগা চৎখ্রে) হনখিবদা হোটেলদা -

গোপাল : ফনি।

রাধিকা : অঙাংদু অথুম অহাও পংপি পিজগনুকো, ইবুংঙো গোপাল! মপাগা ঐগা কোক ঙাওরে। ইমৌনা অহিং অহিং কপ্পসি ঐখোয় তাবা ঙমদ্রে। ঙসিগী নুমিৎতা মরম খংবীরমদবা য়াদেকো। চন্দ্রা! চাকশঙদু ইমা চংলগে। তারব্রা-ও ? নপাবুংনা ঙাইরে (চংখে, গোপাল ৱাখলদা উংলিঙৈদা চন্দ্রা থোরকপা উদে)

চন্দ্রা : পাবুং! য়ৌরকপা কয়াম কুইরে?

গোপাল : ওহাক ওইরে। নহাক্কী অস্তাপাবুং অমদি নমা থৌরানিনা ঐগোন্দা বাকথলে। নহাক অহিং অহিং কপইবা করিগীনো চন্দ্রা ?

চন্দ্রা : কপ্পা নত্তনা ঐহাক্কী উপায় লৈত্রে পাবুং।

গোপাল : নত্তে ! নহাক পাঙদবী নুপী নত্তে। থৌনা ফনা নশাগী অশোনবা মায়োক্লগদবনি। মদুদনা পুন্সিদা মায় পাক্কদবনি। নহাক্লা কপ্পগী মরম -নমা থৌরানি অমদি অস্তা পাবুংদা ঐদি খংহল্লমদবা য়াদ্রে। মনুংগী কাদা চিক্লা অমুক্তা খন্নরুসি (চংখ্রে)।

## ৮

## - গোবিন্দজি, - অয়ুক

(বাবাধননা লম য়েংলগা থোরকই। গোবিন্দজিগী কাংসি মখোল তাবদা)

বাবাধন ঃ জয় গোবিন্দজি ইবুংঙো! (খুরুমই) ননাই ঐহাক কছার লৈবাক্তগী ইবুংঙো নহাকপু দর্শর্ন তৌবা লাকচবনি। ননাইবু থৌজানবীয়ু। ননাইগী দর্শনগী থোং লাওনা হাংদোকপিয়ু

কৃষ্ণ ঃ (বাবাধন উবদা ঙকই) কনানো? বাবাধন নত্তরনে?

বাবাধন ঃ এ ঃ অজ্ঞা, ননাইনা পুনেমজরি (খুরুমই)।

কৃষ্ণ ঃ বাবাধন! নহাক্তি মফম অসিদা করম্না?

বাবাধন ঃ ননাই ঐহাকী ইচানিপাদু কুমশি মেত্রিক পরিক্ষা পাস তৌরে। মণিপুর সনা লৈবাকসিদা মখা তমথজহন্নিংদুনা মমিং চনবা পুজরকই। গোবিন্দজি দর্শর্ন তৌজগে হায়দুনা সনা কোনুং অসিদা লাকচবনি। অজ্ঞাগী শঙ্গাইবু মাইকৈ অসোমদা –

কৃষ্ণ ঃ নত্তে নত্তে। ঐহাকসু গোবিন্দজি, রামজি প্রভু অমসুং হনুমান থাকুর খুরুম্বা লাক্লম্বনি। ঐগী য়ুমদি খ্বাইরম্বন বজারগী নোংচুপ্তা লৈবা কাংজাবী লৈরক্তনি। নোংমা চখোরকউ, কংজাবী লৈরক্তা আজ্ঞ কৃষ্ণগী য়ুম হায়না থিরকপা বারোই। ইচা স্যামকাহ্নাইসু দি এম কলেজগী ওঝা ওইরেদনা। নচাগী মিং চনবদসু ইচানা মতেং পাংজগনি।

বাবাধন ঃ স্যামবু মৌগকা থিরব্রা?

কৃষ্ণ ঃ থিরেথিরে। বামোন লৈকায়গী অজ্ঞা গোপালগী মচানুপীনি, মমিং চন্দ্রাবলী কৌই। মশকসু ফজে, মরমনা ওক্লিবা ইসুনিপা ফজবা অমা ফংলেনে বাবাধন। নখোয়গী ইম্ফালদা থুংফম খুদোং চাদ্রবসু, মখা দুকান সিনেমা হোল মনাক্তা ঐগী হোটেললৈ। শ্রী কৃষ্ণ হোটেল, জিরিবাম – সিলচরগী মীশিংগী থুংফম চাফমনি। নোংমতং এল্লাং মহাও তংলোনে। চাকী মমলদু কন্দবনি। ঐহাকসু লক্ষিপুর থাদোক্লম্বদগী অমুক্তং লাক্তুনা ময়ামদু উন্নরনিংবনি। অদুবু ভমদ্রি। কছারগী ইচিন ইনাওশিং কমদৌরি, ভালোতো –

**বাবাধন** ঃ কোনোরোগোম অজ্ঞা, ময়ামসু হিংনবা হোৎনরি।

**কৃষ্ণ** ঃ অগাখানগী মচানুপীদুদি কমদৌরে বাবাধন ?

**বাবাধন** ঃ ত্রিপুরাগী হজি অমদা লুহোংখ্রে। চাউনা লুহোংবগী থৌরাং পাংথোকখি। মচানুপীদু এরোপ্লেন্দা অগরতলা য়ৌনবা থিনখি।

**কৃষ্ণ** ঃ পাঙল হায়বা জাৎ অসিনা হিন্দুগী ওন্ন-তৈনবদা থবক তৌবদগী করিসু নত্তবদা খানগা ঐনা লাউনখিবদু বাবাধন নহাকসু খংইবদুনি। মদুগী মলোমলা খংদে। নোংমা খানদু ইম্ফালদা উখি। অদুবু ঐগী হোটেলদদি লাক্তে।

**বাবাধন** ঃ খান শাহেপকী মচানুপী ফরিদা জলালসু ত্রিপুরাদা ময়ুম পানখ্রে। অজ্ঞাসু কছার থাদোক্লমদুনা ইম্ফালদা য়ুম হোংখ্রে। ইবুংঙো স্যামনা কলকতাগী ছাত্র ওইরবগী তুংদা মনিপুরগী দি এম কলেজগী ওঝা ওইরে খংজরে। খানগা অজ্ঞাগা লক্ষিপুর কৈথেলদা খৎনরমদ্রবদি স্যামবু কলকতাগী ছাত্র ওইরমগদ্রা অজ্ঞা।

**কৃষ্ণ** ঃ চুন্নবনিনে, চুন্নবনিনে। বাবাধন নহাক্কী পাউনা পুন্নমকসি ওইরিবনি। নাহাকপু ঐহাক্না থাগৎলী। নহাক ঐগী শ্রীকৃষ্ণ হোটেলদা চাক চারুলাউ। ফ্রি, পৈশা অমত্তা লৌরোয় (ঘড়ীয়েংই) এ। পুং অসিদি। ঐগী হোটেলদা হাও মযাম পাঙলনা চিৎনা চাইনা ঙম্লম্লরোয়। নহাক গোবিন্দজি দশর্ন তৌরুখিগে নওরো, মতম চপ চারে চংঙো। ঐ চৎখ্রগে। কাউরনুকো বাবা, মখাদুকান হায়বদি পাউনা বজারদা ঐগী শ্রীকৃষ্ণ হোটেল, য়ুম্না কাংজাবী লৈরক্তা। (চৎখ্রে)

**বাবাধন** ঃ মতম অমদা অজ্ঞাসি হাও ময়াং পাঙল তাথিরমখ্রবনিদা। ইম্ফালদা খুল হোংখিবদগী হাও ময়াং পাঙলগী মরূপ ওইরম্লেদো। (কাংসি মখোল অমুক তারকই, জয় গোবিন্দজী ইবুংঙো, ননাই লাকচরে, মখুৎ জুর তৌরদুনা চেনশিনখি)।

## ৯

## - শ্রী কৃষ্ণ হোটেল - মোইরাং

(ভিজিটর ২ চংলকই। চৌক্রি চিংথোক্লগা ফমই)

১ ঃ কারগা স্কুটরনবু ইম্ফাল সহরসি ৱাই চাইরে। লায়রবা মীদি লম্বী চৎপা ফংলোইদৌরি।

২ ঃ ফৈ কদৌগে। চাউখৎলকইবনি।

১ ঃ চাওখৎলকপবু নওমাল্লে। চাউথরকপা মাল্লীবনিনে।

২ ঃ করম্না ?

১ ঃ সাহিত্যগী খোঙথাং। প্রজাগী পেন্দবগী খোল্লাও। মৈতৈ মচানা অচৌবা ফম ফংবদা ৱারকপা। চীংমী অমদি সেদুল কাষ্ট কাংবুগী থবক চংবদা ৩৩ পার্সেন্ট প্রমোসন্দগী কাংবুদসু ৩৩% লৌখিবনা হৌরকইবা ছাত্র-ছাত্রীগী থবক ফংদবগী সমস্যা। চান থরুবগী পোৎকী মমল স্বর্গ য়ৌনা তাংখৎলকপা, চেং কিলোদা লুপা ১৫। খুদম অমখক্তনসু অদুম তাকচরবনিদা।

২ ঃ মদুদি পেনবা হৈতবগী ৱানী।

১ ঃ মচা মশুনা খৌবোম থন্না চাবদা মমা মপা ওইবশিংনা পেনবনি। ঐগী শরুক লম্লানবনা চাখিবসিদি অপঙবা ঐদি পেনবা ঙমদে। কার অমদি স্কুটরদা পেনবা তারবদি, বৃটিসনা মিংশেন মচেৎ, চরিক পরেং, য়ুঙাং লিক্রি খরগা শামতু জহাজ মপোৎ মপোৎকা ওন্নবদা পেনখিবা রেদ ইন্দিয়নশিংগা ঐখোয়গা করিদা খেন্নে ? চাকলেম চাবদা হরাওবদি মীনাইদনি। ঙমোক পিজরগা হরাওবদি অঙাংমচাদনি। মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা অবস্থা অসিদা লোনগী কার অমদি স্কুটর তোংলগা মালং ঈচিক থেনবদা কোক শাবনা হেল্লগনিদা। লোন লৌরগা শাবা য়ুম ফুরা দলান্দা হোম স্বইট হোমগী নুঙায়বা ফংলমগদবা মান্দে। লোন করম্বা মতমদা শিংবা লোইবা, করম্না কার অমদি স্কুটরগী ইজ্জৎ ঙাকপা হায়বগী ৱাখলদা অনৌবা প্লান্নিং ছুটি লৌখিরমগদবা মাল্লি। মশাগী মনিং তম্বু মীঙোন্দা পীথোক্লগা ওফিসার ওইরবনি হায়দুনা তাই পুল্লিবা ওফিসারশিং অসি মখোয়না পুল্লিবা টাই অদুনা মশাগী ফাঁসিগী থৌরিনি হায়বসি খঙদবা কনা লৈরমখিগদগেনে ?

২ : সরকারগী অসুক ফজখ্রবা থৌরাং থৌশিন পুন্নমকসি মনিপুরগী নহারোলগী মফমদদি উৎতা ঘি হৈরেদনা –

১ : ঐখোয়বুদা য়েংবিনু। ভারতকী ওইবা অনোক উগ্নিয়ু। নক্সলাইটকী মরূবু করম্বা দুকান্দা য়োনগে? রিভোলুসন হায়বা গুলী অসিবু কনানা শাবনো? দেশ অয়াম্বনা শান্তিগী ৱাফম খন্নবদা ইন্দিয়াগী লিদরশিং কৌনরী, শান্তিগী লৈবাক অসিদা ও-শান্তি অসুক য়ান্না থোক্লিবসি করিগীনো? মসিগী মরমদি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী পোলিসি প্রোগ্রামনা ফজরম্লবদি থৌশিল শোয়রম্লগনি। ঐগী ঐগী ভাষন্দা ঐহাক অফবা মীনি হায়বসি মশানা তাবনি। থৌরমদি লম্লানবনা শিনবসু য়াই, থবক্তি লোকেলমেন্না পাংথোকফম থোকই।

২ : লোকেলমেন হায়ববু কনানো

১ : মনিপুর সিদদি মৈতৈমচা নৎত্রগসু চীংমী ইচিন ইনাওনা লোকেলমেন্নি হায়রক্কনি। ইন্দিয়াগী প্রজা খুদিংমক ঐখোয়গী লোকেলমেন্নি। এম এল এ, মিনিষ্টর তিন্নরগা ক্লাস টু খক্তং পাস তৌবা মীদুনা এল পি স্কুলগী ওঝা ওইবসিদি।

২ : ইবুংঙোগী ৱাফমদুদি সর্ভাবেল ওফ দি ফিট্টেস থবক হৈবা মীদা থবক শিন্নবগী ৱানিনে।

১ : লৈতালনা শাবা ষণবু মো খোঙহনবা থক য়ারোই। কাক মচাবু ৱাহোং মকোন্দা থমজিল্লুরগা কাক মচাদু ৱাহোং ওল্লকদ্রা? মদুদি মশানা অদুম সরেন্দর তৌজরক্কনিনা।

২ : ধমকিনা মীগী মখোয় জয় তৌবদি ঙম্লোইকো।

১ : মদুদি মখোয়না হেন্না জ্ঞান তারবনি। লম্লানবগী হৌনশা, গুইজ্জ ওইথক খরা তাঞ্জবা। চৎলমদাইদা মীগী মপোৎ মচৈ খরা য়েপখিবা হায়বদুদি মশানা তাবনি। ইপোত মশক খংজিনসি। ঐখোয় ইশাদা চেকশিনসি।

২ : চুমমে, ৱাখলদো চুম্মবনি। অদুবু চৎনরক্লিবা ইরাংসিদা ইচানুপী লুহোংবা ঙম্মোয়দৌরে, মসিনা কমদৌবা?

১ : মদু আউনপোৎকী ৱাফমনি। করপতেদ ওফিসারশিংনা শিনফম অমত্তা হৈতবী, মশক য়েংই লৌখৎনিংঙায় লৈতবী, লাইরিক্তা য়েংই এম এ, বি এ, সার্টিফিকেটলা পায়দবী অদুগুম্বী মচানুপীদু আউনপোৎনা লৈতেং ওইরগা ময়ুম পাল্লকপী কন্যাগী ৱারীনোনে? মদুবু অনৌবা ৱাফম্না? আউনপোৎনা

মচা নুপীগী মপুন্সি শান্তি ওইহনগনি অমদি চাওখৎহনগনি খল্লিবা গধা মমা মপাদো –

১ : হান্না হাৎকদবনি। মদুসু মদু ওইরসনু। মফম খুদিংদা নিসাবন্দি নুপী কাংলুপ্না চেকশিন্না শেন্নরবসু য়ু থিংবসি ঙমদ্রি। য়ু অসিদা নেসনেলাইজ তৌরবদি ফগদবনি। সরকারগী ইনকমসু লাক্কনি। রম হুইস্কিসু মঙাওই।

কৃষ্ণ : (চংলকই) ইবুংঙোখোয়গী করি ওর্দর? হে ইচাশা! নখোয়বু ঈশিং পুথোরকউ। অরাকপা মীগী করি করিনো হংবা য়াদব্রানে -?

১ : ঐখোয় বারী চখজরম্বনি অজ্ঞা! চা ২ চানবা ২ দং পিবিয়ু।

কৃষ্ণ : এ! ওঝা সাহিত্যকার নত্তরনে? ওঝাবু, কুমশিদি লাইরিক অমত্তা থাগৎপিদ্রব্রা?

১ : থাগৎলুদুনা করি কান্ননি? অফবা লাইরিক খনবা ওইরবদি থাগৎপসু ময়াবনি। মখোয়গী গ্রুপতা য়াওদবা, হায়জ চৎচবা পাঙদবা ঐখোয়গী লাইরিক্তি খন্নবদি লায়রদনা পাবা ফাওবা পাবিদমাস্রে। ইশাগী মতম ঙহাক লেন্নবা চে কলমগী থবক পায়খৎচগদবা ফাওবা তনশিল্লক্রেদা অজ্ঞা। রাইটর অমা ওইনবগী মাঙগদবা মতম, চে কলমগী শেন অমদি ইনবগী ইনরজি অদুগী মহুৎতা খামেন পাম্বী অমা থাবনা কান্নরে অজ্ঞা।

কৃষ্ণ : অদোমদা ঙাক্তসু খনবীবা য়াদে ওঝা। চুমই, বানোম্বীদ্রবদি ঐখোয় লাইরিকী রিভিয়ু তৌবিনবা মী তাংই। অদুবু তাবুংনুংদা মতমগী লৈরোম্নুংদা লুপ্তুনা লৈরম্লবা লাইরিকসু সাহিত্যগী মচাক্লা চংখোম্ন য়াওরম্লবদা নিংশিংনরক্রি, থিনরি। লৈনুংদা ফুম্নগবু স্নাগী মগুণ মাঙলবদি থাইনগী সাহিত্যাগীসু চন্নফম লৈরম্লোয়। লাইরিক ইবা লেপ্লিগনু। হায় অঙাংশা! ওঝা হোয়গী চাগা চা-নানবগা কদৌরে? সাহিত্য পরিষৎনা সরকারগী মহুৎ শিন্দুনা অফবা লাইরিক কয়াদা মনা মথুম পিরিকো –

১ : পিরি! নোংমৈসু পিগদবগী মীশক মখোয়গা বা তান্নবা হৌরম্লগনি। কাইসন পিথোক্লগা পরিক্ষা থাবা ছাত্র অমগা কোইসন খঙদনা পরিক্ষা থাবা ছাত্রগদি নম্বর ফংবদা খেন্নগনি। লাম্লগদ্রনে অজ্ঞা?

কৃষ্ণ : খঙদবা ঐদি য়েস হায়না খুম্বা তারেদনা? বেকিং লৈক্রবা মীগী জষ্টিস লৈব্রবা লৈবাক অসিদা হিংফমসি থিবদা বাগদৌরিদা –

১ : ইবুংঙো মনুংগী কাদু হাংলব্রা? চাগা চানবগদু অদুগী তেবলদুদা থনমও (১/২ চংশ্রে)

কৃষ্ণ : পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্তা। মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরদি শোয়দনা পেল্লমগনি। (টেলিফোন তৌরকই)। হেলো! কৃষ্ণ হোতেলনি। মান্নিনে ঐহাক কৃষ্ণদাসনিনে। করি, করি হায়বা রাধিকা! পাখৎকনু তপ্না হায়রকউ। উম -ইমৌনুপী, চন্দ্রাবালী লাই খুরুমগনি হায়দুনা চৎখিবদগী হল্লক্তরে। পুঙৌ ফনেক শেৎখি, মাগী উপুদগী ময়েক নাইবা ফনেক লৈরমদে। লাই খুরুম্বা চৎপদা গাড়ীগী ৰা করিমত্ত হায়রমদে? রাধিকা! করিনোনে হায়রিবা ৰাফমদুবো? ইশু গোপিবুদি হোতেলদা লৈনে, তল ২ গা রোসগুলা অমগা চারগা নুঙায়না তুমইনে। করি হায়বা? পাখৎকনু – ময়েক শেংনা হায়রকউ (কেসেত খোংই, ঈশৈ নুঙায়বা) নখোয়গী খোংইবদু মখোল করা পিকথৌ।

টেলিফোনগী ৰা তাবা ফংদ্রে। রাধিকা! নহাকপু করি তৌদুনা লৈহৌবগে? বামোন লৈকাইদা চৎলগা মপামদা লাকপ্রা য়েংউবা য়াদ্রব্রা ও? করি? চৎলুরে! অঙ্গা গোপালগী য়ুম শো লোনহৌই, মখোয় কছারদা চৎখ্রে! লৈরমদ্রে। করিনোনে হায়রিবা ৰা অসিবো? রাধিকা! ঐ লাক্লগে, লৈকায়দগী পাউ লৌরমউ। ঐ য়ুমদা লাক্লগদবনি। য়ারে, টেলিফোনদু থম্মো। (টেলিফোন তৌই) হেলো, দি এম কলেজ প্রোফেসার শ্যামকহ্নাই অমুত্ত উন্নজনিংই

স্যাম : (মনুংদগী) স্যাম শর্ম্মা ওন দি লাইন, করি হায়বীগদবা লৈবগে

কৃষ্ণ : স্যাম! ঐহাক পাবানি। নমানা য়ুমদগী হোটেলদা টেলিফোন তৌরকই। চন্দ্রাবালিদু লাই খুরুম্বা চৎখিবদগী হল্লক্তরে। নমানা বামোন লৈকায়দা চৎলুবদা অঙ্গা গোপালগী য়ুমদু শো লোল্লমই। কছারদা চৎলমগদবা মাল্লী হায়রে। চন্দ্রবালীবু নহাক্কী ননাক্তা কলেজদা লাকপ্রা?

স্যাম : লাক্তে

কৃষ্ণ : ঐসু য়ুমদা লাক্লগে। নহাক য়ুমদা ঙহাক্তং লাকউ

স্যাম : কছার য়ৌরল্লবদি ফরে।

কৃষ্ণ : স্যাম, স্যাম টেলিফোন থমখ্রেনে। করিগীনো চন্দ্রাবালীনা মচা হুন্দোক্লল্লগা কদায়দা চেনগদৌরিবা? য়াম্না লুবা মরম অমদি লৈরে (চংখি)।

## ১০

## -কৃষ্ণ য়ুম, -ইভিনিং

(রাধিকানা অঙাংগা থোরকই)

রাধিকা ঃ অবোক্সী গোপি! ইমা লাক্লনি কপ্লনু। নহাকপু হৌজিক্ত শঙ্গোম থকলিবা নত্তরা-ও ? চাক খরা চাসিরা? ওহোকপা মমা হায়বীদুনি, পিক্লিবা মচা হুন্দোক্লম্লগা কদায়দা চৎখ্রিবনোনে? চন্দ্রাবালী, ইনেমগী ইবেম্মা, নহাকপু লমদম কৈদা চৎখ্রবনোকো। হুম হুম, ইমা ঙাইবা ওইনা ঙহাক্তং তুমথোকওসে গোপি। হুম হুম ...

কৃষ্ণ ঃ কমদৌরে। করি পাউ তারে রাধিকা?

রাধিকা ঃ পাউগা অমত্তা তাদে। অজ্ঞা গোপালগা লোয়ননা কাছরদা চৎলম্লগদ্রা হায়বা পাউসি মঙাইরে। খংজদ্রেদা! ইমৌনা ঐখোয়দা করি পেন্দবা লৈখ্রবনোকো!

কৃষ্ণ ঃ রাধিকা! করিনো নহাক্লা মুরুম মুরুম শোল্লিবদুবো? হৌজিক কপ্পগী মতম নত্তে। মৌবু ফংনবা থিদবা য়াদবনি। ঐখোয়গা পুন্না লৈমিন্নবদা মখোয়দা নুঙায়তবা লৈরবদি ঐখোয় তোঙান্না লৈবা দরকার ওইবনি। অহানবদা মৌবু ফংনবা থিদবা য়াদবনি। ঐহাকসু বামোন লৈকায় য়ৌরুরবনি। নহাক্লা হায়বগুম অজ্ঞা গোপাল মতে মনাও চৎখিরম্লে। ঐখোয়না নহান মখৈ খংদবা অমা লৈরম্লে।

রাধিকা ঃ করিনো?

কৃষ্ণ ঃ অজ্ঞা গোপালদু বামোন লৈকায়দা পোকপা অমদি চাওবা ওইরমদ্রে। মখোয়গী য়ুম ইখ্মোলদু চহি ৫ গী লিজতা লৌবা ওইরম্লে। ভারানা চহি ৫ গী লুপা লিশিং ৫০।

রাধিকা ঃ করিনোনে হায়বীরিবদুবো অজ্ঞা –

কৃষ্ণ ঃ ঐহাক্লা লৌরকইবা পাউসি চুম্লবনি রাধিকা। চুমই, অজ্ঞা গোপাল চাকচা হৈজানবগী মথেল লুকোয় থোং থাকপদা মপা লৈতে। মহাক পৈশা পায়। মহাক্সী শিনফম করিনো কনা অমত্তনা খংলমদ্রে। মহাক মণিপুরগী ৱাংমগী মীনি হায়বা অসিমগা চুম্লে।

রাধিকা ঃ মখাদি অজ্ঞা

কৃষ্ণ ঃ মখা? উম - ঐহাক এয়ারলাইন ওফিস য়ৌরুরে। পেসেঞ্জরগী লিষ্টতা য়েংউবদা অজ্ঞা গোপাল, মাগী নুপী শচিরানি অমদি ইমৌ চন্দ্রাবালীগী মমিং য়াওরম্মী। (এরোপ্লেন্দা পায়খিবগী মখোল) পাইখ্রিবা এরোপ্লেন অসিদা মখোয় য়াওখ্রে।

রাধিকা ঃ কদায়দা?

কৃষ্ণ ঃ সিলচরদা।

রাধিকা ঃ সিলচরদদি করিগী?

কৃষ্ণ ঃ মদুগী মরম নচানিপা স্যামদনা খংগনি।

স্যাম ঃ (য়ু ঙাওরকই, মমাগা মপা লেপ্লগা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্বদুদা জ্ঞান খংতা তাবগুম তৌই) - বোই তুমখ্রবা?

রাধিকা ঃ চাক্কা অমত্তা চাউ হায়বা য়াদে। কপ্লম্বদগী তুমখিবনি

স্যাম ঃ করি হায়নরুবদগী চৎখ্রিনো? অসিগুম্বা মথোং মরম খংদবা থবক অসি ওহোক্লা পামখিদ্রে।

রাধিকা ঃ অদুবু নিপামচা ..

স্যাম ঃ অদু অদা খংদে ইমা! মখোঙ মুন্না খংদবা মীগা ইমাহোয়না করম্না ঙাইশেন ওইরুরিবনো? অজ্ঞা গোপালগী মরমদা কুপ্না থিগৎপিয়ু। চন্দ্রাবালীগী লৈফম শোয়দনা খংগনি। মরম লৈতনা পিক্লিবা মচাবু হন্দোক্রমদুনা মমা অমনা হেক্তা চেনখিবা হৌনদে। হয়েং অয়ুক এন সি সি গী প্রেরেদ লৈ। ঐ পোখারুবগে (স্যাম চংখি)।

রাধিকা ঃ চাক্তি?

স্যাম ঃ চানিংদ্রে -

রাধিকা ঃ স্যাম ঙাইখো। নং গোপিগা মমাগা তশেংনা কায়নহনগে খল্লেদনা। দোসি য়াওদনা মৈ করম্না ঙানগনি? থাউমৈগা মৈঙালগা খাইদোক্লবা হোৎনবসিদি ধর্ম্ম লৈমন্দে। ইমৌগী লৈফম তাকউ। তৌগনু নিপামচা! পুকচেল অদুক খাবা হৌনদে। ইমৌগা নংগা ঙংনরকইবসি কুইরে। নথবায়না খোইদাব্রবসু মা গোপিগী মমানি। ইমুং অসিগী মৌনি। ইমৌগী মঙালমচংকী মপুন্সিদা নংগী পেন্দবা কয়া লৈরম্বদি য়াই। অদুবু ঐখোয়গী ইমিৎনা উদে, ইনাকোংনা

তাদ্রি। ঙসি ফাওবগী মনুংদা ইমৌগী ফত্তবা থেংনদ্রি। মনেম মকুদা ব্যবহার কায়জদবী ইমৌনি। নংনা নিপানি, মাগী মরাল কয়াদু নংনা ঙাকপিফম থোকই। মাগা মচাগা কায়নহনবা - নং পাপ পুগনিকো নিপামচা-

স্যাম : ইমা! মাগা ঐগা খৎনরগা চৎখিবা নত্তে।

কৃষ্ণ : মদু কৈদৌনুংদসু ওইথোক্রোই। পিক্রিবা খোমগী মচাবু হুন্দোক্লগা মমা অমনা চৎখিবা হায়বসি অরায়বা বাফম নত্তে। মরম শোয়দনা লৈফম থোকপনি। মরম অদু নহাক্তনা খংগদবনি।

স্যাম : মরম হায়ববু ইমাগা পাবুংগবু কিবদগী চেনখিবনি।

কৃষ্ণ : মরমদি?

স্যাম : মাদি ইমা অমদি পাবুংগী মৌ ওইবা য়াবা নুপী নত্তে।

কৃষ্ণ : হায়বদি, ইচানিপানা পাম্বীদ্রবা নুপীনি অসিরা?

স্যাম : ঐহাকপুদি খংনা খংনা লৌবনি। অদুনা খাঙবদা থোইনা বানা থোক্তে। মানা মপামদা চেনখিবসিগী মরম খংলকপদা ইমাগা পাবুংগনা মাবু অমুক হন্না নুংশিবিবা ওইথোক্তে। মাবু হু তরেৎতগী হেন্না খারক্নি।

রাধিকা : নংদি তারিরোই, লৈকায়না ঙাংনরিবসে। মচা পোক্নুনা লৈজরবী মমৌ অসিবু মনেম মকু অনিনা ফৎমন্দবদগী হেক খায়নহল্লিদা। ওহ্লোক্লসু ধর্ম্ম লৈমন্দে। মচা ফাওবা হেক মুনবীহৌই। ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা লায়রবা ইমুংগী নিঙোলনা মৌ ওইরুবা হৌনদে। করিগী ঐখোয়বু নংগী পেন্দবা খরগীদমক অসুক থিনা বদনাম তৌহল্লিবনো?

স্যাম : পুন্নমক্তু অমত্ত নত্তে ইমা! মীনা অদুন্না পুথোকপিবা তারবদি ঐখোয়গী লাইবক ফরবনি। বারী মখা অমুক তানরোইসি। চন্দ্রাবু নিংশিংলুরনু ইমা। মাগী মরাল তুংদা খংলক্নি। গোপিবু নুংশিবিরগনা চন্দ্রাগী মরাল কোকপিনবগীদমক শেম শাবিয়ু। ঐহাক্কীদমক্তি পুন্নমক ঐগী ঈরালনি। (চংখ্রে)

পোষ্টমেন : (মনুংদগী) পোষ্টমেন, পোষ্টমেন। চিঠি চিঠি। কৃষ্ণদাসকী চিঠি অমা লাকই। (কৃষ্ণদাস থোরকই)।

রাধিকা : মান্নি মান্নি অসিদনি। (চেহ্লোকখি, চিঠি পায়রগা চংলকই, কৃষ্ণদা পিবা)

কৃষ্ণ : কনাগী চিঠিনোনে? (শেগায়রগা পাবা, চিঠিদু লৈবাক্তা হুন্দোকখিবা) করম্বা মচোংপাক নাইদবা মচানা ইশিল্লকইবা চিঠিনো, অসুন্না করেম কথাইনবা হৌনব্রা? বিষ্ণু বিষ্ণু!! স্যাম, স্যাম! অমুক্ত থোরকউ লাউ -

স্যাম : করি তৌরে পাবুং?

কৃষ্ণ : (চিঠিদুদা খুদোম্বীনা থিল্লগা) চিঠি অসি, চিঠি অসি . . .

স্যাম : (খুনগৎলগা পাবদা শ্বাই লাউই) মসি কদৌরবা?

কৃষ্ণ : ইরিবা পূন্নমক্তু অচুম্বরা?

স্যাম : চিঠি অসি চন্দ্রবালীগী খুৎইনি।

কৃষ্ণ : বিষ্ণু বিষ্ণু। ইরিবা মরোলদু চুম্লেকো –

স্যাম : মশানা হায়জরবনিনা চুম্মমনি (চিঠিদু থাদরম্মগা পাখৎনা চংখ্রে)

রাধিকা : কনানা ইরকইবা চিঠিনো, মরোলবু করিনো অজ্ঞা? ঐহাকপুসু মরোলদু তাহনবীয়ুদনা!

(কৃষ্ণনা চিঠিদুদা কিনা য়েংই। শাউনিংবনা মশা থক থক নিংকই)

চন্দ্রাবালী : (মনুংদগী) অজ্ঞা পাবুং! ইমা ঠৌরানি! নমৌদি ইসলাম চনুনি। পাবুংনসু নিংশিংবীরমগনি। ঐদি লক্ষিপুরগী অগাখানগী মচানুপী ফরিদা জলান হায়বীদুনি - (ইকো)

কৃষ্ণ : ও! লৈশাসু নত্তবা তূমল! জাতিসু মুস্লিম!

(ঝাহুখি, রাধিকানা চিঠিদু খুল্লগা, কোল্লগা পুশিনখি)

## ১১

### - লক্ষিপুর, অগাখানগী য়ুম, - নুমিৎ য়ুংবা মতুং

(অগাখান থোরকই। চৌক্রিদা ফম্লগা ৱাখল খল্লি। গোপালগা ফরিদা চংলক্লগা লেপ্লবদু উরকপদা মহাক শাউবনা লুতোন তাগ্রে, মী কেইয়েং য়েংই)

খান ঃ নখোয় হুরান্দুনা চেল্লকইব্রা? অজ্ঞা গোপাল!

চন্দ্রা ঃ (খুমদে, গোপাল পাখৎনা ভাবক ওইরি)।

খান ঃ করি মরমগী? (ইমুংদা ওনসিল্লগা) বেগম! নং মপান থোরক্কনু। মপুরোইবনা ৱা ঙাংলিঙৈদা মনাইনুবীনা ৱা ঙাংবা হৌনদবনি। মপুরোইবগা ৱারী শান্নরিঙৈদা চক চক ঙাংবী নুপীদু চীনগনবী তাবনি, চোপ্পসু নংবনি। অঙাং য়াওরক্তে। ইমুংদা চংখ্রো। ইমুংদা চংখ্রো। নখোয়না তৌরকইসি করিনো? ঐহাক অসিগুম্বা শাজৎ লমচৎ পামদে। য়ুম পাল্লবী মচা লৈরবী য়ুমগী মৌ অমগী লমচৎপু অসিরা? স্যামনা করি খল্লমগনি, লৈকায়না করি হায়নরমগনি? ঐনা নহান্না হায়খিদ্রা? মসি নংগী থবক নত্তে হায়না। অগাখান ঐহাক্কী ইজ্জৎ সম্মান পুন্নমক নহাকথক্কী মাঙগদৌরে –

চন্দ্রা ঃ তাকপিখিবা পুন্নমক ঙসি ফাওবা কাউজদ্রি। নচা ঐহাক্কী ৱাখলনা তায়োন্নখিবনা ঙসি ফাওবা খাঙদুনা লৈজরকপনি। নচাগী খাঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈরক্তরে অপাজান। ঐহাক ইখোঙনা থোংনা অপা জানগী নাক্তা লাকচরবনি। অজ্ঞা পাবুং গোপালনা ঐহাকপু পুরকপা নত্তে অপাজান।

খান ঃ থাংজিনলুরবা খোঙফমদগী কাংনীং হল্লকপা খান ঐহাক্কী থবক নত্তে। হায়য়ু, কনানা নহাকপু চৎখ্রো হায়দুনা তাহোরকই।

চন্দ্রা ঃ কনানসু ঐবু তাল্লকপা নত্তে। লাল্লুরবী ঐহাক্না ইতোমতা ইকায়জরকই। অচুম্বগী মমাংদা অরানবনা কয়া কুইনা লেপ্পা ঙমগদগে? ঐহাক্না লংজখিবা পাপ অসি করিনা কোকপা য়াগদগে? ঐহাক ঙরাং নুমিদাংদগী চাক চারক্ত্রি। অমিজান, ঐগী গোপীদু কমদৌরমগদগে? (কপই) মাদি নিঙাই য়ান্না চাউবনি। শোয়দনা কপ্লন্নগনি। খেম্বদা য়ারমদ্রবদি ...

খান ঃ চুপ! ৱা মখা তারক্কনু। খানগী মিৎতগী পি তাহন্নবা থৌরাংগনু। থবক হায়বসি থোক্ত্রিঙৈদা ৱাখল তৌহৌগদবনি। হৌখ্রবগীদমক নুংনাংগদবা

নত্তে। নহাকসু নুপীমচা অমনি, লাইবক চাং য়েংলুরবা নথত্রা? নংনা কপশিন লাউশিন্নরগা ঐহাক ফংথগদবা খান নত্তে। নহাক ইমুং অসিদগী চৎখ্রবীনি। য়ুম্নাক শাগৈ হোংখ্রবীনি। অমুকহন্না চংলকপা য়াররোই। (লোন্ন মপি তৈথোকই) অজ্ঞা গোপাল! নহাক্কীদা নত্তে, ঐগীসু শামিন্নগদবা খন্নগদবা খারী কোঙ্গায় লৈ। অদুবু মী অতৈ উদ্রি খংদ্রিঙৈদা নখোয় থোকখ্রো। বোরবীনগী অজ্ঞা বীবীষনগী য়ুমদা লৈরমউ। শামগী টেলিফোন ফংবদগী ঐনা পাউ চেনখ্রবনি। নখোয়গী লৈফম চাফম পুন্নমক মহাক্না থৌরাং লাংলম্লগনি। মনিন থোকপা য়াবা নত্তে। চেকশিন্না লৈরমগদবনি। থেংখ্রনি য়ৌরো –

**চন্দ্রা** ঃ অমিজান অমুক্তং উন্নরম্লগা ...

**খান** ঃ মদুগী মতাং য়ৌদ্রি। নহাক ঐগী ইমুংদা চংবা য়ারোই

**গোপাল** ঃ ইবেম্মা, বোরবীন্দা চৎলসি। মাঙ থারো লাউ (থোকখি চন্দ্র মপা য়েংলগা কপ্পম্লগা চেত্থোকখ্রে)

**খান** ঃ ইপাগী ইবেম্মা ফরিদা। নহাক নপা ঐবু খারৌনুকো নহাক্না চন্দ্রাবালী ওনখিবনা ঐনা নংবু খান ঐগী য়ুমদা চংহনবা ঙমদ্রে। ইপাবু খারৌনুকো ফরিদা। ইচানা মপামদা মমা মপাগী মনাক্তা লাকচবদা য়ুমদা চংহন্দনা হনহনখ্রে। ইচানুপীনা মপি তরং তরং শিন্থদুনা কপ্পগা চৎখ্রিবসে হে অল্লাহ! ঐবু করম্না খাঙলসিগে? (ইমুংদা বেগম কপ্পগী মখোল তারকই)।

- বেগম নংনা কপ্লিবদুনা করিগীনো? মতম অমদা নংগী নচা ওইনা নথানুংদা চাউখিবী ওইরবসু হৌজিক্তি মহাকসু নহাক্কুম্বীনি, মীগী ওইখ্রবীনি, মমা অমা ওইখ্রবীনি। মশক উবা ফংলিবসি নংগী ঐগী লাইবক ফরবনি। অজ্ঞা গোপালগী মচানুপী থৌরানি চন্দ্রাবালীনিনে হৌজিক শুমাংদা লেপ্লম্বীদো, মশক রাশিগুণ চংখোল্দ্রনে হা, বেগম? (মপি তৈথোক্লগা খাখল খল্লগা চংখি)।

## ১২

### -স্যামগী য়ুম -অথেংবা অহিং

(স্লিপিং গ্রাউন্দ শেৎপা স্যাম বাখলদা উংলগা থোরকই। অহিংগী পুং ১১ তাখ্রে। কাংশি মখোল, ফক্লাংগী ঘড়ীগী তারকই)

স্যাম ঃ চন্দ্রাবালী! নহাক্না চারম থক্লম খংদনা কছারগী নুংশাদা খুইথরবা লৈরাং ওইনা তুকথদুনা লৈরিবদু ঐহাক খংদবা নত্তে। লানদি নহাক্না হৌখিবনি। হৌজিক্তি ঐখোয় চেন্দুনা হিংলরোই। মায় পাকপা নৎত্রগা মায়থিবা, ঈশ্বরদা তায়নবা য়ারোই। ঐখোয়গী পোরমগী মখা পোল্লগদবনি। ঐহাক ব্রাহ্মন মচানি, বামোন অমা পাঙলদা জাৎ তাবা তাররো! (তুমথখি)

ভোইস ঃ (ইকো) ঐ যিসু নি, ধর্ম্ম অনিখক্তনা অরোইবা নত্তে। অহমশুবা লৈরী। চন্দ্রাবালীগা নখোয় অনিবু নাউকোনবীগদবা ধর্ম্মদি খৃষ্টানিটিনি। নখোয় অনিবু খৃষ্টানিটিনা খুলাম তোয়না কৌরি। ঐঙোন্দা চংজরকউ। ঐখোয়গী পাপ পুন্নমক কোকপীগনি। নখোয়বু স্বর্গদা পুবিগনি।

খান ঃ (মমিৎ পাঙথোরকই) পুকচেল চাউখ্রবা যিসুনি। হিন্দু মুস্লিম অনিগী চংজফমদি খৃষ্টান ধর্ম্মতনি। চন্দ্রবালী! হিন্দু অমসুং মুস্লিম অনিগী মফমদা চংজফম লৈত্রবা ঐখোয় অনিগীদি ঐহাকসু পাঙলনুপী লৌরবদি পাঙলদা জাৎ তারগনি, নহাকসু নপানা হিন্দু ব্রাহ্মন্দা ওংখ্রবনি হায়দুনা নয়ুমদা চংহন্দ্রে। ঐখোয় অনি কায়নবসু ঙম্লোয়। অনিগী মনাক্তা চংজফম লৈত্রবা ঐখোয়দি অহমশুবগী মনাক্তা ঐখোয় অনি খৃষ্টান ওনবা তায়। অদু ওইরবদি গোপালসু অমেরিকাদা লাইরিক তম্বা চৎপা ফংলগনি। চন্দ্রবালী! ঐনা নহাকপু খৃষ্টিয়ানদা বেপটিস তৌনবা লৌবা লাক্লনি। চিন্তা পোৎলুম থাদোক্লো। অসুক ফবা চংজফম লৈরগবু ঐখোয় অনি করিগী ঙাওচৎনগনি। ঐখোয় খৃষ্টিয়ান ওনবা তারে (হকাম চল্লি। নুঙায়না তুমখ্রে। পুং ২ তাবদদি খোঞ্জেল অমনা স্যামদা হৌদোক্লকই)

-স্যাম, স্যাম ... (ইকো, স্যাম মমিৎ পাংথোরকই। কোইয়েং য়েংই। ঘড়ী য়েংই)

স্যাম ঃ পুং ২ তারে। নোংঙানগদবা কুইদ্রে। কাসু থোং লোল্লি। কনাসু লৈতে, কনাগী খোঞ্জেলনো তাখিবদো? কা অসিদা থেৎলীবা ফোটোসু মহাত্মা গান্ধীগীদনি। (অঙকপা ম্যুজিক শ্রীরামগী ঈশৈ নোংলৈ নুংশিৎকী সাউন্দগা লোয়ননা গান্ধীজি থোরক্লে)

গান্ধীজি ঃ স্যাম! ঐ নংগী বাপুজীনি। হৌগৎলু, ৰা হায়গে

স্যাম ঃবাপুজী!!!

গান্ধীজি ঃ নহৈ নশিং তম্বা লোয়রবনিনা, নপাঙ্গল নরৌশিং লৈরবনিনা ঐহাকপু কাউরা স্যাম? ব্রাহ্মন নহাক্লা ৰাখল অদু শোন্থরীবা করিগীনো? হিন্দু ওঞ্জরক্লবী অগাখানগী মচানুপী ফরিদা জলালবু নহাক্লা খৃষ্টিয়ান্দা শিন্নগদৌরিবা করিগীনো? জুগাই মধাই মচিন মনাওবু সনাতোন ধৰ্ম্ম পীখিবদি ঈ তানরগা পীখিবনি। নংদি নুংশিবনা খুৎলাই ওইরগা ফরিদা জলানবু ইস্লামগী পর্দা নুংদগী হিন্দু ওনহনবনী নহাক্কী ৰাখলোন, মতিক নগুন, তুংগী মীওইবনা শোন্ন শরুহৌরগদবনি। ঐদি হিন্দুগী লাইশঙদা হরিজনশিংবু পুশিল্লম্বদনি। নহাক্তি ফরিদা জলালবু লমচৎ শাজৎ হোংদোকহন্দুনা লাইশঙদা হৈলৈ কৎতুনা খুরুমহল্লবনি। ফরিদা ঙসি চন্দ্রাবালী, থৌরানি চন্দ্রবালী, হরে কৃষ্ণগী মমৌ ইবেম্মা চন্দ্রাবালী ওইরে। স্যাম! নহাক মায়পাকপগা মায়থিবগা খেন্নবা খংদ্রে।

স্যাম ঃ শন্দোক্লা তাকপিয়ু বাপুজী -

গান্ধীজি ঃ মতম লৈত্রে। নোংঙাল্লক্লগনি। নহাক্লা খৃষ্টিয়ান ওনবা পাল্লবদি নশা খৃষ্টিয়ান ওইসু। ইশাগী ধৰ্ম্মবু খুদোংচাবা খরগীদমক ফুরিৎ খোগ্রাউ শিন্দোকপগুন্না ধৰ্ম্ম হেক্তা ওনবা য়াদবনি। স্যাম! নহাক কনানো কনাগী মচা মশুনো? নতোমদা হংউ, পাউখুম পীনবসু হোৎনৌ। খাংউথক্তা নহাক্লা খৃষ্টিয়ান ওইরগা নহাক হেক্তা মুক্তি ফংগদবা নত্তে। ৰাখল খেন্নবগী মতুংইন্না ধৰ্ম্ম য়ামজখিবনি। ঈশ্বরদি অমখত্তনি। হিন্দু, মুস্লিম, খৃষ্টিয়ান মীঙ্গৌ তোঙানজরবসু ঐখোয় পুন্নমক অসে মপা অমত্তগী মচানি। পঙগনু, স্যাম, হিন্দু ধৰ্ম্ম হায়বসি অচুম্বা অমদি অহিংসানা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্বনি। অদুনা হিন্দু ধৰ্ম্মগা অতৈ থৰ্ম্মগা য়ানরোইদবগী মরম লৈতে। ঐ ইশামক সনাতন হিন্দুনি অদুনা ঐহাক অসি খৃষ্টিয়ানগী বৌধনি, ইস্লামনি। খৃষ্টিয়ান ওন্দ্রবদি নহাক অফবা খৃষ্টিয়ান ওইবদি য়াদব্রা? স্যাম! স্বর্গ হায়বসি

খৃষ্টিয়ান খক্তগী রিজাভ নত্তে। ব্রাহ্মণ নহাক্না খৃষ্টিয়ান ওল্লগা স্বর্গদা হেক্তা কাগদবসু নত্তে।

স্যাম ঃ (পাখৎনা) চন্দ্রা! অনিদা পোখাফম থিবদা অহমশুবা পুশিল্লকপগী আর্থ করিনো? সুপ্নগী অমখক্তদা চংজগদবনি। ঐ খৃষ্টিয়ান ওনবগী বাফমদু ঙম্লরোই। ঐদি হিন্দুনি। ইমা, ইমা!! চন্দ্রাবালীদু কছারগী বোরবীনগী অজ্ঞা বিবিষনগী য়ুমদা লৈবনি। কৌশিনবীরু চংজরকপা মীবু তাহ্লোকখিবা হেনদে। (কৃষ্ণগা রাধিকাগা চেন্সিল্লকই)

রাধিকা ঃ লাই খুরুমথোক্তবা য়াদ্রে।

কৃষ্ণ ঃ উম কছারগী মহৈদি হায়নরীবনি।

রাধিকা ঃ নিপামচা! পাখৎকনু। ঐখোয় লৈ। নোং ঙান্দ্রি। ঙহাক্তং জ্ঞান তানা পোখারুলাউ (মপাগা মমাগনা কোল্লগা পুশিনখি)।

## ১৩

### -কছার, -বীবিষনগী য়ুমদা

(চন্দ্রবালী মচা গোপিবু নিংশিংদুনা ঈশৈ শকই। স্যাম এরোপ্লেন্দা লাক্কনি হায়রকপগী খোইরাংনা ঙায়রী। এরোপ্লেন পাইরকপগী মখোল তাবদা হৱাউই। প্লেন য়েংই। ঈশৈ মখা শমথৈ, কার থৌরক্লগা খামখি, স্যাম চংলকই, চন্দ্রানা খুরুমগে তৌবদা স্যামনা ওক্লগা কোনবীবা)

**চন্দ্রা** : গোপি কপ্তরা অজ্ঞা?

**স্যাম** : কপতে?

**চন্দ্রা** : ই! হায়শিন্নরিসে য়েংঙো। গোপী পুবিরকপা য়াদ্রা?

**স্যাম** : কদায়দগীনোদা। মপুগা মবেনবোক্কনা পুং ২৪ শেন্নদুনা লৈখ্রে। পুরকপদি হায়রুন্নু, ঐহাক্কা মিকুপ অমা ফাওবা লৈমিন্নবা ফংদে।

**চন্দ্রা** : ঐদি অহিংদা ঙহাক কাংদনা মিকপ থোকই। গোপি কপ্পবোইদা খল্লি। ঐহাক্কী চিঠিদু অজ্ঞা পাবুংগা ইমা থৌরানিগা পারব্রা?

**স্যাম** : ইমাগা পাবুংগা হঞ্জিন হঞ্জিন পাবদা নত্তনা ঐঙোন্দা চিঠিদুগী মরোলদু চুন্নব্রা হংই।

**চন্দ্রা** : অজ্ঞানা করি খুমই?

**স্যাম** : নহাক্কী হেন্দরাইতিংনি হায়বদগী -

**চন্দ্রা** : শাউবনা মৈ হৌদ্রা?

**স্যাম** : পাবুংনা লৈশাবীসু নত্তবা তুমল, জাৎসু মুস্লিম হায়দুনা য়াম্না লাউ খোংলমই। ঙসি ঙরাংদি বা ঙাংখিদ্রে।

**চন্দ্রা** : গোপি বুদি ফুদেকো?

**স্যাম** : ঐখোয় অনি খাইনরবসু গোপিবুদি নঙোন্দা পিবগী বা লৈতে। অতৈদি লাইরী। গোপিগী মচন্নুপী থা ৪ শুরবী অমা নহাক্লা য়োকই হায়বদু মশক অমুক্তা য়েংগে। কদায়দা লোৎলীবগে, সিরো?

চন্দ্রা : চো-ইকায়দমাল্লে

স্যাম : চন্দ্রা! নং ঐগী পুন্সিসি পলেপফম লৈত্রে খন্দুনা পিক্লিবা নব্বা অসি মাংহনগেদি খনগনুকো। নহাক্লা অদুগুম্বা থবক পায়খৎলবা অদু ওইরবদি ঐহাক্লা নংবু পুন্সিদা ঙাকপিবা ঙম্লোয়।

চন্দ্রা : ইচাসিবুদি মমা ঐনা তুবুম নাম্মা তেকহঞ্জরোইনে। লানবু ঐখোয়না ঙমগদ্রনে?

স্যাম : হায়বা ঙমদ্রি। লানদি হৌবদা ঙাইরীনা। মীয়ামনা কনাদা মিচং চংগদগে খংদ্রি। ঐখোয়না লাইরিক লাইশু হৈবা হেল্লবসু ইমা পাবুংনা নুমিৎ থা উবা হাল্লী, মখোয়না মাঙ থাদুনা চৎপনি, ঐখোয়না মতুং ইন্নবনি। ইনখৎলকইবা নহারোল ঐখোয়গা পাঙ্গল হল্লক্লবা অহল্লোনগা মরি তৎনবসি ঐদি ওম্বোক্লা পামদে। ঐ ইমাগী খোমল্লাং লমন শিংদ্রি। খংদ্রে চন্দ্রা! তাইবং মপুনা করম তম্লমগবা! নখোয় অপাজান্নদি করি হায়?

চন্দ্রা : মতম খরা খাংখো হায়। ইম্ফালদা চৎলুখিনি হায়।

স্যাম : অজ্ঞা গোপালদি

চন্দ্রা : ঐহাকপু বোরবীন ফাওবা থিনবীরম্লগা অদুম চৎপ্রবনি।

স্যাম : কদায়দা?

চন্দ্রা : খংদে, নবদ্বীপতরা ইম্ফালদরা? অপাজানদি খংলমনি।

স্যাম : করিগীনো নহাক্লা ঐ লাক্কবা য়াদে তান্নগদবা অরুবা ৱাফম অমা লৈ হায়ববো?

চন্দ্রা : ৱাফম কোম্ন চিক্লা খন্নরসি। ঐ অজ্ঞাগী চান-থক্লবা থৌরাং হান্না তৌরুখিগে।

স্যাম : ঐগী চাক অরায়বনি। হোরেল নুমিদাং ওইনা চারবসু য়াই। করম্বা ৱাফমগীনো?

চন্দ্রা : চিঠি অমা থুংলরে।

স্যাম : কনাগী চিঠি।

চন্দ্রা : অজ্ঞা পাবুংগী।

স্যাম : করি হায়না ইরকই?

চন্দ্রা : করিমত্তা হায়রক্তে। ১৫ আগষ্ট নুমিৎতা ঐহাক ইম্ফালদা এয়ার লাইনদা লাক্কদবনি অসিখক্তনি।

স্যাম ঃ ইন্দিপেন্দেন্স দে নুমিৎতা নহাক এরোপ্লেন তোংলগা ইম্ফালদা লাক্কদবনি। মদুগী মরমদি ঐঙোন্দা ইমানসু পাবুংনসু করিমত্তা হায়রক্ত্রিনা! করি মরমগী ওইবা য়াই? অমবু ওইরসু অমবু ওইরবসু নহাক লাক্তবদি য়াদবনি।

চন্দ্রা ঃ আগষ্ট তাং ১৫ দা ঐহাক শোয়দনা ইচা গোপিগী মশক য়েংবা এরোপ্লেন্দা ইম্ফালদা থুংলগনি। ঐগী লাংতক্নরবা পুক্নিং অসে ইম্ফাল হেক য়ৌবদা অঙ্গাগী মফমদা শিন্নরগদবনি। ঐহাকপু এয়ারপোর্ট তা ওকপিরমদ্রবদি ঐবু হাৎপা পাপ পুজনি। ফরে, অ্যাফম অসি কোন্না চিক্লা খন্নরসি। ফি হোংদোকপিরো, ঐহাক চাক এথ্বাং থৌরাং লাংলগে। লাকও চংলসি। চারম থক্লম খংদ্রমাল্লে হকচাংদু য়াম্না শোক্লা উরে।

স্যাম ঃ নহাক্কী অ্যাখলনা ওইরিনি। ঐহাক্কী হকচাং করিসু তৌদে। ১৫ আগষ্ট নুমিৎতা নহাক বাই এয়ারদা ইম্ফালদা থুংলগদবনি হায়না পাবুংনা নঙোন্দা চিঠি থারকপা? চাউরবা মরম অমদি লৈরে। (চংমিন্নখি)

## ১৪

## -কৃষ্ণ গী য়ুম, -অয়ুক

কৃষ্ণ ঃ রাধিকা! তারিব্রা? অরিয়ান থিয়েটরদা পাংথোক্কদবা হিন্দু মহাসাভাগী মীতিংদু ঙসিনি। ঐহাক লাইরিক খরা পাগে। স্যামগী কলেজ ছুটি নৎত্রা-ও? হোটেলদা ঙহাক্তা চৎলুচো হায়য়ু। (লাইরিক পাবা) হকচাং অমত্তদগী অংগ কয়াৎ মঙাবু মচিন মনাও ওইহল্লে। পামুরবা থবায়না দ্রৌপতি ওইহল্লে। হকচাং কয়াৎশিং অসিনা থবায় ওই বী দ্রৌপতিবু ঙাকশেনবদা মায়োক্নগদৌরিবা য়েক্নবনা ১০৫। মহাভারতকী ৱারীনি। (খোঞ্জেল অমা তারকই। মনুংদগী) অজ্ঞা পাবুং! ঐহাক্তি ব্রাহ্মন নিঙোল চিংদে ....। মখুৎ অনিনা মনাকোং মেনশিল্লী)

-হনুবী অমনা বোরোইদু অমমম চিক্নুনা মহাও তংলগা অহাওবদুখক্ত খল্লগা শ্রীরামচন্দ্রদা পিজখি। শ্রীরামচন্দ্রনা হরাওনা চাখি। লুখাক পিজবা অমদি চাখিবা কনা পাপ পুখি? রমায়নগী ৱারীনি।

(মনুংদগী চন্দ্রা)- অজ্ঞা পাবুংনা নিংশিংবীরমগনি। নমৌদি লক্ষিপুরগী আগা খানগী মচানুপী ফরিদা জলান্নি।

কৃষ্ণ ঃ (মনাকোং মেশিল্লী, লাইরিক মখা পাথে) - মহাত্মা গান্ধীজীনা পন্দিত জৱাহরলালগী মচানুপী ইন্দিরাবু পাঙল ফিরোজদা, মহাক্কী মমিং গান্ধীনা অউনপোৎ ওইরগা ইন্দিরা গান্ধী, ফিরোজ গান্ধী লুহোংবিখি। ইন্দিরা গান্ধী অমসুং ফিরোজ গান্ধীগী মচানুপা সঞ্জোয় গান্ধী, রাজিভ গান্ধী পোকখি।

(মনুংদগী চন্দ্রাবলী) - ঐদি ইসলাম চনুনি অজ্ঞা পাবুং!

কৃষ্ণ ঃ (মনাকোং মখুৎ অনিনা মেনশিল্লী। লাউরকই) মহাচন্দাল! বামোন গোপাল! নহাক শোয়দনা পাপ পুগনি। (গোপাল নোকমি নোমমি চংলকই)।

গোপাল ঃ জয় হো জয় হো! অজ্ঞা! ভক্তি কচ্চরি (খুরুমই)।

কৃষ্ণ ঃ (গোপালবু উবমক্ত) গোপাল।

গোপাল ঃ তাকপিসি অজ্ঞা!

কৃষ্ণ ঃ নহাক শোয়দনা পাপ পুরগদবনি। নহাক্তি চন্দালনি।

গোপাল ঃ পাপ পুন্যগী বাফমদি শাস্ত্রদা ইরিবনি। খরা কুপ্পা পাবীগনিদো অজ্ঞা!

কৃষ্ণ ঃ চন্দ্রাবালীসি কনানো? অগাখানগী মচানুপী ফরিদা/জলান হায়বীদু নৎত্রা?

গোপাল ঃ করিনোনে অজ্ঞানা তাকপিরিবসিবু? চন্দ্রাবালীদি ইবুংঙো শ্যামগী মনাইনুপী, অজ্ঞাগী ইমৌনুপী নৎত্রানে?

কৃষ্ণ ঃ ফরিদা হায়বী অগা খানগী মচাদু নৎত্রা ত্রিপুরাগী হাজি অমদা লুহোংখিবদো?

গোপাল ঃ খান শাহেবকী মচানুপী অমখক্তনি। মচানুপী অদু ত্রিপুরাদা লুহোংবগী দ্রামা অদুদি খান শাহেপকা ঐহাক্না শান্নবনি। ঐহাক্না ইবা লিলানি। অগাখানগী মচানুপীদি অজ্ঞানা খান সাহেপপু লক্ষিপুরগী মীয়াম মমাংদা থিনা চৈবা নুমিৎতুগী অহিংদা ফরিদাদি শিখ্রেনা। অঙাংগী মবাবু অহন ওইরবা পণ্ডিৎ অজ্ঞানা অচুম্বনি খনবীবা হৌনদেদা। ফরিদা শিখ্রে, চন্দ্রবালিদি হিংলি?

কৃষ্ণ ঃ গোপাল! ঐহাক্না নংবু থিরকপা মশিং য়াম্লবনি। ওসিদি নুংগী নুমিৎ সুরে। রাধিকা! ঐগী লীচৈ!

গোপাল ঃ শান্তি ওঁ শান্তি। অজ্ঞানা চৎপীখিবা লৈখোম থোক্লবা নাম্লবা লম্বী অদুদা চৎপদা তুদনবগীদমক চৈশু অমদি পায়বীয়ু। উপাই ওইগনি। ঐহাকপু থিবিরমই হায়বা পাউ ফংবদগী ইখোংথোংনা লাকচরবনি। পাপ পুন্যগী বারী লীবা লাকচরিবনি। ফরিদা শিখ্রে। চন্দ্রাবালি ইচানুপীনি।

কৃষ্ণ ঃ নত্তে! মদু মীনম্বনি।

গোপাল ঃ বারীসি হান্না অমুক্তা তাবীখো। বারী খংদনা অচুম অরান হান্না লেপথোকপদি বুধি শোইরোম্বা ব্রাহ্মন অপঙবা তারকপা য়াই। অজ্ঞানা খানবু লক্ষিপুরগী মীয়াম মাংদা তাথি তায়োম্না অমাংবা জাতি পাঙলনি হায়দুনা থৌনা ফবা ভাষণ পিবিখিবা নুমিৎ অদুগী অহিংদা খানগী য়ুমদা মীতিং অমা তৌখি। অহিং অদুগী অথেংবদা অজ্ঞাবু লোইশিন্নবগীদমক মুস্লিম ১০ থাং পায়রগা চোংথোরকই।

কৃষ্ণ ঃ পাঙলনা মথৌনা মরিংজেল কয়াম্না লৈরদনা?

গোপাল ঃ খান শাহেপনা মখোয়বু খাম্নমদ্রবা, অজ্ঞাগী ফিরোই লোয়খ্রনি, ঐগা বারী শাবা ফংলম্মোই। অহিং অথেংবদা খান্না মচানুপীগী মচিন হাংবদা মহাক স্যামদা লৈত্রবদি শিগনি হায়না বাশকই। ঐহাক্না ধর্ম্মগী খেন্নবা, জাতি ভেৎ অমদি অজ্ঞাগী বাখল্লোন কয়া হায়দুনা ফরিদাবু থেমই। অরেম্বা ওইখি। মমৈথংদা

মচাগী মনিং থুংনবা ফরিদা হাৎপা তাখি। নুমিৎ অদুদগী ফরিদা শিগ্রে অজ্ঞা। মহাকপু ইচানুপী শক্লা ঐনা নবদ্বীপতা পুরে।

কৃষ্ণ : উম, মদুদগী কমদৌরবা? ৱারী লীরগা চাগদবা মী অমা বুজারী ওইদুনা হেক মাংইদা! শেমজিন শাজিল্লগা লীরিবা ৱারীদুগী মখাদি -

গোপাল : শেমজিন শাজিনবা ৱারী অসিনা অজ্ঞাগী পুন্সি চুপ্পা কপ্পগা লেনগদৌরিবনি। মখাদি। ভক্তি বেদান্ত মহারাজ শঙ্করাচার্য্য গুরুদা ফরিদা শিন্নরে। গঙ্গা তুরেলদা পুথরগা শেংনা স্নান তৌহল্লগা গুরুনা শেঙদোকপিরে, হিন্দু ওলহল্লগা চন্দ্রাবালী থোল্লে। স্যামগা চন্দ্রাবালীগা বৃন্দাবন্দা লুহোংলে। ইম্ফালদা পুরক্লে, গোবিন্দজী দশর্ন তৌহল্লে। অদুগী মতুংদা, ননাইনুবী শচীরানীনা মমা ওইদুনা চন্দ্রাবালীবু থৌরানি অমগী শিচ্ছা তম্বী তাকপিরবগী তুংদা ঙসিদি চন্দ্রাবালী অজ্ঞাগী ইমৌ ওইরেদনা। ফরিদাদি শিখিবা কুইরে।

কৃষ্ণ : লুপা খরগীদমক পাঙলগী মীনাই ওইবা নহাক্তি বামোন গধানী মহাপাপীনি।

গোপাল : বামোন গোপাল ঐহাক্তি ভিক্ষারী নত্তে। কনাদগী পৈশা নিরগা লৌদ্রি। মচানুপীবু শেংদোকপিবগী হিন্দু ওলহনবীবগী অগাখান না দক্ষিনা কৎলকপনি। অজ্ঞাবু য়ুমশেংবা চৎপদা দক্ষিনা লৌদব্রা? মীওইবগী সেবা তৌরিবা ঐহাক্লা বামোন গধা ওইরবদি, মীওইববু অফবা লম্বীদা লমজিংলীবা ঐহাক্লা মহাপাপী ওইরবদি, অজ্ঞানা কনা? ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ৱাশক্লুনা হায়বীয়ু। অজ্ঞাবু পুন্য চেনবা থবক কয়াম তৌরবগে? চুম্না পাউখুম পিবিয়ু। অমুক্তা ঙাইবিখো অজ্ঞা। ইমৌ চন্দ্রাবালী সি পাঙন্নুপী হায়বীবা নত্তরা? পাঙলনুপীনা থোংবা চাক অজ্ঞা চারে। মানা পোকপা মচা পোরে, লৈ হেক্লুনা ঈশ্বরদা কৎখ্রে, মন্দির ৱাই তৈরে। চহি ৩ হেন্না ইমুংদা য়ারেক্লম্মে। অমত্তা পোকচবা ইচানিপা স্যামনা অমাংবা জাতিগী নিঙোল লৌরে। অজ্ঞাবু ব্রাহ্মন ওইরিব্রা-ও? করম্বা তুলসি মচুম থক্লগা, করি ইরাৎ পুজা তৌরগা করি মন্ত্রা শোল্লগা অজ্ঞাবু শেংদোকপা য়াখিগদৌরি? অজ্ঞা জাৎ তারেদো!

কৃষ্ণ : গোপাল!!

গোপাল : হা হা হা .... শ্রী শ্রীযুক্ত ফুরালাৎপম কৃষ্ণদাস ধর্ম্ম জাৎ তাবা তারেদো। হা ... (নোক্লা নোক্লা থোকখ্রে)।

কৃষ্ণ : মসিগী পাপ পুন্নমক নহাক্লা পুগদবনি। নহাক চেল্লগা হিংলোই। গোপাল! ঙাইখো - (তান্নখি)।

## ১৫

## -কৃষ্ণ গী য়ুম, -অয়ুক পুং ১১

(গোপালনা থোকখিবদা শা-লানগী, অগাখানা থোরকপদা সস্পেন্স ম্যুজিক। কৃষ্ণগী য়ুম ইথোল য়েংলগা খান চংলকই। গোপিবু উনিংবনা লাংতক্লনা য়েংই। স্যামসু উদে, ইমুংগী মী অমত্তা উদে। খান ৱাখল খল্লি। অদুবু মশুনিপা গোপিবুদি অমুক্ত ওইরবসু য়েংনিংই।)

রাধিকা ঃ (মনুংদগী) অজ্ঞা অজ্ঞা চংলকইবসিবু লক্ষ্মিপুরগী অগাখান নত্তব্রানে? শোয়দনা মসু লৌবা লাকপা ওইবল্লনি। অজ্ঞা! কমদৌবা?

কৃষ্ণ ঃ (মনুংদগী) মান্নি, অগাখাননি, রাধিকা! গোপিসি পোরগা লৈকায়দা চৎখ্রো। ঐহাক্না থোকপা ঙাংনহৌরগে।

রাধিকা ঃ (মনুংদগী) অজ্ঞা! গোপি পিবিখিবা য়াদেকো। গোপিবু পিথোকপিখ্রবদি ঐহাক্তি য়ারোইদবনি। গোপি! লাকও লৈকায়দা অচাপোৎ চারুসি। ঐহাক গোপি পুরে। গোপি পিথোকপিখিবা য়াদেকো অজ্ঞা (কৃষ্ণ থোরকই, ফৈজোম, অরাংফমগী ফুরিৎ, চন্দোন চৱা)

কৃষ্ণ ঃ খুদাদা লেংশিনবীসি। করি তাকপিগদবা?

খান ঃ ঐহাক শুমাংসিদা অদুম লেপচরগে। কদৌঙৈ ইশু পুজখিবা য়াগদগে?

কৃষ্ণ ঃ ঐহাক্কী ইশুদি কনাগী মফমদসু পিখিবা লৈতেনা

খান ঃ অজ্ঞানা খংবিরিবদুনি। ফরিদা ঐহাক্কী নাইতোম পোকপী ইচানুপীনি। ইচানুপীগিদমক হিংজরিবনি।

কৃষ্ণ ঃ মদুদা করিসু অকায়বা লৈতে। চংবীরকইবা মফমসি ওন্নরমাল্লে।

খান ঃ ওন্নদে। হংলগা খংলবগী মতুংদা চুমদ্রিং চংজরক্লবনি। থা ফাজিল্লক্লে। ঙসি ফাওবা অজ্ঞাগী ইমৌগী ৱাখলদা থৌশাবিদ্রে। মচা লৈরবী ইচানি। ইচাবু হুন্দুনা মীরাইবীবা তারবদি মচাসু য়াউনা থাদোকপিরকপা ফৈ। মমাগা মচাগা কায়নহনবা হায়বসি ধর্ম্ম থোক্তে। ইচাগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা ইখোংনা থোংনা লাকচববনি। অদুঙৈ অজ্ঞানা ঐহাকপু লক্ষ্মিপুর বজারগী মীয়াম মমাংদা কল্লক পেন্না ঙাংবী শকপীখিবা ঐহাক তুমিন্না খাংদুনা লৈজখিবনি।

নহান মখৈসু অজ্ঞাগীদমক ইখোং ইখুৎ তেক্লবা মরোল থোক্তবা মী অমা ওইনা (কম্প্রিংলকই) অগাখান ঐহাক হিংলক্লি। ইশুনিপা পিনবীয়ু। ঐহাক পুন্সি চুপ্পদা তুমিন্না লৈজখ্রগে, অজ্ঞা।

কৃষ্ণ : চুমই খান শাহেপ। মতম অমদা মীওইবা অমা ওইনা ঐহাক্কী অশাওবা মিকুপ লৈখিরম্বা য়াই। অদুগা খান শাহেপসু খুদোংচাবা ঙাইবদা থৌনা লৈবীরম্বা য়াই। ঐহাক্না খঞ্জবদি ৱারী শাবসি থোইদোক্না দরকার ওইদ্রা-

খান : নিঙোল পোকপা মপানবুদি কয়ায়াম থৌনা ফগনি অদুবু ইচানুপীগী মরন মুনবীহৌরে হায়দুনা মপা ঐঙোন্দা ৱাকৎলরবনিনা মপাদো শোল্লবসু শোন্না নিপা ময়ুমদা লেপ্লবা তাবনি –

কৃষ্ণ : ৱাগী ৱা ফজনা ঙাংনসি খান সাহেব। ঐ মীগী মরল-মথুম মুনবা কৃষ্ণদাস নত্তে। ঐহাকপু হুরানবা শীগে থৌরাংলকপদি ঐহাক খাঙবা ঙল্লক্রোই-

খান : ঐহাকসু ৱারী কোথদুনা শাবা হৈনদে। অচুম্বগীদমক মীচংসু খোল্লোয়। খুনুনা মথোংদা চাউবগুম অজ্ঞানা ঐঙোন্দা ধমকী তৌবিরকপদা মায় লৈদুনা চেনগদবা অগাখান নত্তে। ফরিদাগী মরমদা করি খনবীরিবগে অজ্ঞা ?

কৃষ্ণ : ফরিদা হায়বদি ?

খান : অজ্ঞাগী ইমৌনুপী। ইশু গোপিগী মমা।

কৃষ্ণ : ঐহাক্কী ইমৌনুপীদি চন্দ্রাবালিনি। ঐহাক খান সাহেবকী নচানুপী ফরিদাবু মশক খংজদে। ৱারৌবীনু।

খান : ফরিদাবু মশক খংবীদ্রবসু চন্দ্রাবালিগী মপানা মশু লৌবা লাকচরি। করি হায়বীগদবা ?

কৃষ্ণ : ঐহাক্কী ইমৌদি লুহোংলগা লৌবনি। মমা-মপা মফম মরাং খংদবী নুপীদি ঐখোয় হিন্দুদি লুহোংনদে। চন্দ্রাবালী লুহোংবগী বার্ত্তন য়েংবীগেরা ? চন্দ্রাবালীনা মচানিপা গোপি পাল্লবদি মপা গোপাল শর্ম্মা থারকফম থোকই। ফরিদাগী মপা লাকপসিদি ঐহাক্না মরি অমত্তা লৈনদে। ঐহাক্কী ইশুবু মফম মরাং খংদবা লম্লানবা মীদা শিন্নবদি ওইথোক্লরোইদবা ৱাফম্নি। ঐহাক থবক খজিক্তং চিঞ্জে

খান : তানবিদ্রবসু চৎখিগদবা লৈরবা মীনি। মাঙ্গোল ফাওবা কারমদনা শুমাং মতোনসিদগী হনখ্রগনি। ঐহাক্না অজ্ঞাগীদমক্তা থমজরিবা ব্যবহার, অজ্ঞানসু অগাখানগী খনবিবা দরকার ওইরমগনি

কৃষ্ণ : খরা থুনা হনবিখিবা ফৈ। মদুনা লেমগনি।

খান : ঐহাক্না মণিপুরদগী খংনিংবা খংলে। ফরিদাসু হরাওজরনি। মতম খরগী অজ্ঞানা তুমখুন তানবীরিবদু পুন্সি চুপ্পা মিকপ থোক্তবা ওইরসনু। ঐগী ইশু ফংদ্রবসু য়ারে। মায়থিগদবা খনবগী কিরমই। অচুম্বা থবক্কী মহৈ ফংলে। ঐহাক নোক্না হঞ্জখ্রগে। গোপিগী মমাদা করি পাউ চেনবীগদবা?

কৃষ্ণ : খরা থুনা হনখিবা ফৈ মদুনা লেমগনি। লোন্না চেনখিবী নুপীবু হুরানবী কৌদনা মপুনি হায়নদি কনানসু হায়রোই। হুরানবীগী মশক অশেংবা খংলকপদা দন্দি ফংলোইদবগী মরম লৈতে। হুরান পোৎয়াবা মীগীসু মরাল লৈবনি। ঐহাক হৌজিক্তি মপুনি।

খান : ঐহাক ইশুনিপা গোপিগী মশক অমুক্তংদি উনিংবনি। য়েংদ্রবসু য়ারে। ঐহাক হোটেল এক্সলেন্সিদা লৈজরি। ইমৌ চন্দ্রবালীদা পাউ চেনবীগদবা লৈরবদি হোটেলদা পাউ পিবীরকউ। ১৫ আগষ্টতা ইমৌ চন্দ্রাবালীবু কৌবীবা ওইরমগনি। ঐহাক শোয়দনা থাজরক্কে। য়ৌজরে অজ্ঞা। খুদা হাফিস - (হরাউনা থোকখ্রে)।

কৃষ্ণ : অতোংবদা লেপইবা ঐহাক্নি। ইশুনিপাদি শুংপী পিরোই। মচানুপীদু করম্না নোক্কে য়েংগে। মচানা কপ লাউবদা মপা পাঙলনা করম্না নোকপা খংগনিদনা। মানা চন্দ্রাবালীগী গপ তৌরি। ঐহাক্না গোপিগী মমা চন্দ্রজিনি নৎত্রগা দময়েন্তি অমা থিগনি। রাজনিতি! ঐহাক রাজনিতি হৈবা মীনি। লৈবাকসি মচেৎ মচেৎ কায়সনু ঐহাক্তি মী ওইদবা য়াদে। তুংগী বাদি পানজী ফাওবা খংদে। ঐহাক ব্রাহ্মনমচানি, লমদমসিগী প্রজানা ঐঙোন্দা খুরুমইবনি। ঐহাকপু উবদা ঐঙোন্দা প্রজাশিংসি খুরুমহন্দবা য়াদে। (রাধিকা কোয়েং য়েংলগা থোরকই)

রাধিকা : করিদা তানখ্রে অজ্ঞা ?

কৃষ্ণ : ঐনা থিনা চৈখ্রবনি। মমায় ইচপমুক ঙাংনা হনখ্রবনি।

রাধিকা : নুঙায়জরেদা। ঐহাক চাক থাগৎলুরগে। ঙা অমত্তং য়েংবীরুগেরা অজ্ঞা?

কৃষ্ণ : তারিব্রা মমা? ঙাইখো। হৌজিক কমদৌবা?

রাধিকা : মপুবোক্কী বাখল মঙায়রে। মৌ কয়া কায়নরি। মমৌ কয়া কায়নখ্রবী মনেম মকু কয়া হিংলী। ফুরাইলাৎপম মচাবু করম্না অতোপ্পা জাতিদা পীথোক্কদগে? অদু অদা খংদে ইশু গোপিগা ঐহাক্না কায়নবা শুকওম শুম্মোয়কো অজ্ঞা।

গোপি! অবোক লাক্লে। চাক লাম্নব্রো, থোংলগে থোংলগে। অম্ভা! ঙা মচা অমত্তং (চংখি)।

কৃষ্ণ : রাধিকা! নহাক্লদি ঙা হায়রী। ঙা থোংবদুনা ঐবু চাক চাবা য়াখিগদ্রনে? মহাপাপী চন্দাল গোপালনা ঐহাকপু নোরোক্তা লংথরম্লে। অগাখাননা শুমাংদা লেপ্লগা ইশু গোপিবু মশুনি হায়দুনা লাউরম্লগা চংখ্রে। ঐহাক হৌজিক করি থবক পায়খৎপা তায়? ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা পাউতাক পিখি। য়েক্লবা পূম্বা তুম্না হাৎলু। অদুদতা শান্তি ওইগদবনি। বামোন গোপাল, অগাখান, চন্দ্রাবালী হাৎপা তায়। স্যামবুনা পুন্সিচুপ্লগী ইথোকপা। অদু ওইরবদি ঐহাক্কী পুন্সি শান্তি ওইরনি। ব্রাহ্মন কৃষ্ণদাশ ঐগী ইজ্জৎ মাংলরোই (ঙাং ঙাংদুনা কৃষ্ণদাস চংখ্রে। অকি তুজুংলবা ম্যুজিক)।

## ১৬

### -কৃষ্ণ গী য়ুম, -অয়ুক

(ফনেক ময়েক নাইবা ৱাখ্রে ফিনা ফিরুক মতেক খুম্বা, স্না লিককোল ফজনা শিরবী চন্দ্রাবালী চংলকই। কৃষ্ণনা ফৈগাক থংলী)

রাধিকা ঃ (মনুংদগী) গোপিগী মমা নংত্রনে? নিপামচানা কদায়দা চংথোকখ্রবা? হায় তোম্বা, চাউবা? নখোয়গী তামো স্যামদু অমুক্তা থিরুচো –

কৃষ্ণ ঃ হায় তৌওম্বী! খারৌ অমোম নং মফম অসিদা করি তৌবা লাকই? ইচানিপাবু চিকপদা নত্তনা শাগৈ জাৎ ঐখোয় পুম্ববু চিকদবগী লাকইব্রা?

চন্দ্রাবালি ঃ অজ্ঞা পাবুং! নমৌনা খুরুমজরি। ঐহাক্কী ঈরালপুম্বা ঙাকপিয়ু। ঐহাক ইচা লৌবা লাকচবনি।

কৃষ্ণ ঃ করি? অজ্ঞা পাবুংগকা হায়দনা। চীহ্নিবী! পাঙলনুপী নংনা বামোন নুপী শাদুনা হিন্দু ধর্ম্মবু মাংহনগে থৌরাংলম্বগী করি দন্দি ফংগনি খংব্রা? হুরানবী নংগী নশক য়েংনিংদে চংখ্রো চংলু।

চন্দ্রা ঃ অজ্ঞা পাবুং! ঐহাকপু পেন্নবা চৈবীয়ু। ঐহাক মফম অসিদা অমুক হন্না লাকচরোই। ইপাউসু তাহঞ্জরোই। ইচা গোপীগী মশক অমুক্তদি উহনবিয়ু। ইচাগী মশক উদনা লৈবা ঙমজদ্রে। ইচা পিবিয়ুনে অজ্ঞা –

কৃষ্ণ ঃ মসিগী নুপীসি ইকায়বা খংদেদা। হৌদোংগী জাৎনিনে। হায় পাঙলনুপী প্র প্রব চংখ্রো। নংত্রবদি নহাক মথোং চাররোই

চন্দ্রা ঃ ঐহাকপু অদুম্না তাহ্মোকপিগনু। ইচা গোপি লৌবা লাকচবনি। গোপি পীবিদ্রবদি ঐদি হল্লরোইদবনি। ইচাগী মশক উদনা হিংগদবগী শরুকপুদি মফম অসিদা থবায় থাবনা হেন্না ফৈ।

কৃষ্ণ ঃ মসিগী নুপীসি থৌনা য়ান্না ফরমাল্লেদা। নং ঐহাক্না ফজনা হায়রিঙৈদা চংহৌরো। নংত্রবদি -(শাউবনা লুতোন য়ৌরে, লীচৈ থাংগংলক্লে, চন্দ্রাবালী ভৈরীবী ওইরক্লে। অকিবা কাওখ্রে, মাঙ্গোল কাখংলক্লে।)

চন্দ্রা ঃ গোপি! ইমা লাক্লে। নহাকপু কদায়দা লৈবগে? ইমানা নহাকপু লৌবা লাক্লে।

কৃষ্ণ ঃ কদায়দনো নংনা চংগদৌরিবদো? মাঙ্গোল ফাওবা কাখংপা য়ারোই।

চন্দ্রা : করিগী য়াদগনি? ঐহাক ইমুং অসিগী মৌনি। অঙ্গাগী পোৎ হৌরানগে হায়বা নত্তে। ইচা লৌজগে হায়বনি। য়ুম অসিদা মৌ অমা ওইনা ঐগীসু চংকগী হক লৈ!

কৃষ্ণ : নংগী নচা লৈতে মফম অসিদা। নথবায় মাংনিংদ্রবদি চৎখ্রো চৎলো। চৎখিব্রা হৈ পাগুল নুপী।

চন্দ্রা : পাগুল নুপী ঐগী ইচাবু করিগী লোৎপীরি? পুথোকপিরকউ। মচাবু মমাগী মথাদগী মুনবা গুমগদবা কনানো?

কৃষ্ণ : মসিগী নুপীসি লম হেনবা শারেদা (ফুবা)

চন্দ্রা : হো গোপি! হো গোপি! ইমানা কৌবসি তাদ্রব্রা? গোপি নমাগী নাক্তা লাকও

কৃষ্ণ : নহাক্কী গোপিদি অসিনি। (দম দম ফুবা, চন্দ্রাবালীগী মবুক্তা চৈদুনা থিন্দুনা অমদি ফুবদগী চন্দ্রাবালী শ্বর থিংলে। শ্বুর হোনবা য়াদবদগী তুখ্রে।)

চন্দ্রা : অয়ো ইমা! ইমা! অস -ঐহাক করিনো অমা তৌরে। ঐ শ্বর হোনবা য়াদ্রে। গোপি! নহাকপু কদায়দা লৈবগে? ইমাগী মাগুদা অমুক্তদি লেপলোগবা। গোপি, গোপি—ইমাগী ইবুংঙো গোপি! অস ঐহাক শ্বর হোনবা য়াদ্রে। ঐহাক ইচাগী মশক উবা ফংদনা শিবা তারব্রা?

কৃষ্ণ : নহাক হৌজিক ফাওবা শিদ্রি! হায় পাগুল নুপী! নংদি নহান্না শিফম থোক্লবনি। মসিদা হাৎলগা পুন্নমক শান্তি ওইরগদবনি। হে তাইবংগী মপু হে কৃষ্ণ বংশিধারী মুরাবী! নহাক্কী গীতাগী পাউতাক তুংইন্না অর্জুন্না মচিন মনাও ১০৫ অমসুং মাগী খোঙলোয়বু তুন্না হাৎখিবগুম ননাইনা ঐগী য়েক্লবা লিন অমোম অসি হাৎলগে। ননাইবু শান্তি ফংহনবীয়ু। নং হাৎলগা ঐহাক্কী পুন্সিসি শান্তি ওইরগদবনি। (হিংচাবগী শক্লোন, কৃষ্ণনা চন্দ্রাবু ফুবগা কাউবগা লাক্লরবগী মতুংদা মখুদাং পায়দুনা শ্রো শ্রো চিংথোকখ্রে)।

চন্দ্রা : ইমাগী ইবুংঙো গোপি! ইমাগী থবায় অমুক্তদি কল্লোরাউ। অঙ্গা পাবুং, ঐহাক্কী থবায়দদি কনবীয়ু। ইচাগী মশক অমুক্তা উহনবীয়ু।

কৃষ্ণ : গুহা মনুংদা ঐনা নচাগী মশক উহনগনি। নচাদি অসিনি - (ফুবা। কৃষ্ণনা চিংথোকখ্রবী চন্দ্রানা)।

চন্দ্রা : ইমা! গোপি! গুসিদি নচাগী অরোয়বা নুমিৎ ওইরেদো (কপই। খোঞ্জেল মাংখি। ম্যুজিক্তা ঈশৈ শুনো শুনো দুনিয়া বাল্লো, বাপুজীগী অমর কহানি...,

অতোপ্পা মাইকৈদনা — সনা লৈবাক মণিপুর, মণিপুর ... পিক্তক্লা লৈনম চাউবীনি। মনুংদগী স্যামনা লাউরকই)

স্যাম : চন্দ্রাবালী! ঐহাক লাক্লে। ঐবু মীকুপ অমত্তদি ঙাইরমখো। চন্দ্রাবালী। নহাক ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা য়ারোই। শিবা তারবদি ঐখোয় অনি শিমিন্নগদবনি। চন্দ্রাবালী। ঐহাকপু মীকু প অমত্তদি ঙাইরমেখো। (রাধিকা চেঙ্খোরকই)

রাধিকা : নিপামচা। কদৌরগে নহাক্লা লাউরিবদুবো? (কৃষ্ণ চেঙ্খোরকই)

কৃষ্ণ : স্যাম! কদৌরে? হ্লায় মঙলাক্ররব্রা-ও ? স্যাম! মীকপ থোক্রব্রা-ও?

(স্যাম স্লিপিং দ্রেস শেৎলগা, ইঙক ঙক্লা কোইয়েং য়েংলগা অঙাওবগুম থোরকই)

রাধিকা : থাংমৈবন্দ স্কুলদা ১৫ আগষ্টকী খোংলিবা মাইকনি। কদৌরগে নিপামচা?

স্যাম : ঙসিবু ১৫ আগষ্টলনে?

রাধিকা : মান্নি কদৌরগে? ঙসিনিনে ইমৌ চন্দ্রাবালী লাক্কনি হায়বদো। নংবু নিংশিংদ্রব্রো?

স্যাম : ইমা! চন্দ্রাবালী লাক্কনি হায়বদু ঙসিরনে?

রাধিকা : মান্নিনে

স্যাম : চন্দ্রাবু লাক্রিব্রনে?

রাধিকা : ঙসি থুংলগদবনি কদৌরগে?

স্যাম : শোয়দ্রেকো ইমা? চন্দ্রা থুংলদ্রিকো —

কৃষ্ণ : অঙনবগী প্লেন্দা য়াওরক্কদবনি। চন্দ্রবালী ওকপা চৎনবা থৌরাং লোইশিল্লুরো। গাড়ী থৌরাং লোইশিল্লুরো। চৎলো চৎলো। এয়ার ফিলদা চৎনবা থৌরাং লোইশিল্লুরে। রাধিকা! নহাকসু থৌরাং লোইরুরো গোপিসু লোইশিনবীরুরো —

স্যাম : বিষ্ণু বিষ্ণু! ওঙ্খোকপা মঙনিদা (চংখি)।

রাধিকা : ঐখোয়গী চাক চখোম অমত্তং লাংসিরা অজ্ঞা?

কৃষ্ণ : কোলকতাদা ঐখোয় পুং ১ দদি শোয়দনা থুংগনি। কোলকতাদা চারুরসি। ব্রিফকেস সু প্লেন্দা পিরক্লনি। ঐখোয় চৎনবা হোৎনরসি। লাকও লাকও। (চংখি, রাধিকানা ইন্নখি) - স্যাম! চাইথরো। গাড়ী থাউ চ্যেক তৌ। ঙন্না চৎসি।

## ১৭

### -মহাবলী, -অয়ুক অঙনবা

(ফৈজোম, মোজাফুরিৎ লংঙরা, চন্দোন, খাবৈ চেগব গোপাল শর্ম্ম—অয়ুক্তা ঈরুজরুবগী ঈংনা তফিং তফিং চংলকই)

**গোপাল** ঃ আলু -

**আলু** ঃ (মনুংদগী) অজ্ঞা পাবুং

**গোপাল** ঃ খরা চাউরপ্না অমত্তা হৈরকউ। অয়ুক্তা ঈরুজরুবসিদা ঈংবনা লোইরে।

**আলু** ঃ (য়ু গ্লাস অমা পুথোরকই) অয়ুক্ত হিদাক থক্কদৌরিবা করিগীনো, কদায়দা চৎকদবনো? সে —

**গোপাল** ঃ লুহোংবগী মঙানি চাক্কৌবগী চাক থোংলুগদবনি। মৈবুদি য়াইরুরনি, অদুবু অয়ুক অঙনবসিদা ঈরুজরুবদগী খুৎকাসি ইপং পংশিনখ্রে। কদায় -(লৌই, থকই) অস - মিৎ নাসি খরা শিংবগুম খল্লিদা। অমতংগা লৌরুখো। মনম মহাগকা নম্বা য়াবা ইমুং নত্তে। পংকোংকী ইমুংনি। চাক্কৌবগী চাক্তি ঐহাক নৎত্রবদি য়াদবা। ঙা থোংবদা ঙাহিং নমইগা, মচু মরাং কল্লিগা বেরা তৌব্রবা!

(আলু চংখি, ম্যুজিক্তা সুনো সুনো দুনিয়া বালো, বাবুজিকা অমর কহানী ..., সনা লৈবাক মণিপুর ... খোংই) ১৫ আগষ্টকী খোঙলীবা ম্যুজিকসি কয়াদা মনিং তল্লিবা! ম্যুজিক অসিগী হৌরবা খোঞ্জেল অসি নাগা, কুকি, পঞ্জাবী, মরবারী জাতি খুদিং তারম্লোইদ্রা? খোংলীবা ঈশৈ অসিগী সুর ময়েক হিন্দু, ব্রাহ্মন মুস্লিম্না তোঙান তোঙান তারমগদ্রা? খেন্নদবা চপ মান্ননা তারম্লবদি, ব্রাহ্মন মুস্লিম অনিমক মীওইবা ঙাক্তনি চপ মান্নে, অমত্তনি খনবদা অকায়বা করি লৈ?

**আলু** ঃ কনাগা বারী শাবনোনে অজ্ঞা পাবুং? সে - (য়ু পিবা)

**গোপাল** ঃ তাইবং মীওইবগী ঈশৈ অমা ঔরাইরিবনি। নখোয়গী স্কুলদা খোংলিবা ম্যুজিক অসি করিগীনো আলু?

**আলু** ঃ ঙসিসি ইন্দিপেন্দেন্স দে, স্বাধিন্তা পালন নুমিৎনে। ভারতনা মনিং তমখিবা নুমিৎ। অহন ওইশিল্লক্তুনা অজ্ঞা পাবুংগী মাথা পেং চোয়রমাম্লেবো। ঙসিদি ঐখোয়সু নিং তম্না জগোয় ঈশৈ শক্কদৌরিবনে।

গোপাল ঃ নখোয়বু ভারত মচারো ? নখোয়দি বুই আর নোট ইন্দিয়ান হায়বদাইনে ?

আলু ঃ করিনো ঙাংলীবদুবো, ঐখোয়না লৈরিবা মনিপুরসে ভারতকী ষ্টেট অমনে। ঐখোয় পুন্নমক ভারত মচানিনে। চাক থোংউনি হায়বদাই, থেংথ্রনিনে।

গোপাল ঃ হোয়নহে। সে গ্রাশ। ঐ চৎলে আলু। ঙসিদি ঐহাক্কী হিশাপ পাশিল্লমউকো - হোরেল পুল্লপ শিংদোক্লগদবনি - (থুনা চৎপা)

আলু ঃ অজ্ঞাপাবুং। সার্টিফিকেট কাউরল্লে।

গোপোল ঃ ইসে - ওঙ্গোকপনিনা। আইদেন্টিটি কার্দ অসি পায়দ্রবদি কদায়দগী চাক থোংফমদা চংবা য়াগদগে।

আলু ঃ অজ্ঞা পাবুংদি য়াম্না কাউগন্দবনি। ঙসিদি করিনো অমা তৌরে। অজ্ঞা ঙাওরব্রা ?

গোপাল ঃ চুমই আলু, ঐহাক ঙসিদি ইশাসি ইপা পাখৎলে। ঙসি ইচানুপী চন্দ্রাবলী এরোপ্লেন্দা সিলচরদগী ইম্ফালদা থুংলগদবনি। মহাক ওকপা চৎকদবনি, অদুবু চাক্কৌবসি হায়দোকপা য়াদ্রে। থব্বায়না এয়ারপোর্টতা, হকচাংনা মহাবলীদা, করম্না খাঙসিগে গোপাল, চিন্তগী পোৎলুম পুদুনা -(ঈশৈ শক্রদুনা থোকখি) ঙসিসি করি থোক্লগবা ? হে গোবিন্দজী ইবুংঙো, ইচা চন্দ্রাবালীবু থৌজানবীয়ুকো –

আলু ঃ অজ্ঞা পাবুংসি হৌজিক ফাওবা ঙাওবা হন্দ্রিনে (চংখি)

## ১৮

### -এয়ারপোর্ট, -অমুক

(গাড়ী ময়ামগী মখোল, হোর্ন। কার খামখি। শাল ইনবা কৃষ্ণনা ব্রিফকেস অমা পায়; ফনেক ময়েক নাইবা ফিরুক খুম্বা শাল মচা ইন্না রাধিকানা গোপি পন্নগা চংলকই)

কৃষ্ণ ঃ স্যামদুনা কদায়দা অমুক নাম্ভহৌরে। ইবোচৌবা! কার মনিংদগী পোৎচৈদু ঐখোয়গী টিকেৎতু য়াওরক্লবা নৎত্রা? রিপোর্ট তৌরুরো। চৎলমদাইদা হোরেল হোবে হোবে নংহৌররোইদবগুম চরাংনববুদি মাগুজৌননা লাক্লগা ঙাইবনা নুঙাইত্রদো রাধিকা? করিনো ইশু গোপিগী মমায়দা তৈরিবদুনা (রুমাল পুথোক্লগা তৈথোকপিবা) গোপি ঙসিদি নমাগী মশক উরনি। (এরোপ্লেন ঙংলকই, পাইখৎখি)

রাধিকা ঃ পাইখ্রিবা প্লেন অসিদা ঐখোয় তোংগদবা নৎত্রনে অম্ভা?

কৃষ্ণ ঃ নত্তে। হৌজিক পাইখিবা প্লেন অদুনা সিলচর, অগরতলা অদুদগী হৌজিক লাকদৌরিবা প্লেন অসিনা সিলচরদগী গোপিগী মমা পুরক্লগা গুবাহাতি, কোলকতা, দেল্লি চৎখিগদবা। হায়নরিঙৈদা প্লেন পায়রক্লে।

রাধিকা ঃ কদায়, উদেনা . . .

কৃষ্ণ ঃ য়েংউ! লাইমতোন চীং অসি উরেদনা অসি লাল্লগা পায়রক্লনি।

রাধিকা ঃ ও উরে উরে (প্লেন পায়রকই, কোয়না পায়রুরগা তারকখ্রে। মখোয় য়েংই। স্যাম পাখৎনা চংলক্লগা প্লেনদগী কুমথরকপা পেসেঞ্জর য়েংই। কৃষ্ণগা রাধিকানা চন্দ্রাবলী উদবদগী মিপায়বা পোকই।) করিগুম্বা গোপিগী মমা লাক্রবদি কমদৌবা অম্ভা?

কৃষ্ণ ঃ (মীপাইনা খুনিং কাংখৎতুনা য়েংলবগী মতুংদা) আদা ফিরুক খুম্বী অমা কুমথরকইবসিবু চন্দ্রাবালী নত্তরনে?

রাধিকা ঃ অসিদি নত্তে। লাক্ররোইদ্রনে? করিগুম্বা চন্দ্রা লাক্রবদি কমদৌবা অম্ভা ?

কৃষ্ণ ঃ শোয়দনা লাকনি। খুদোংচাদবা লৈরবদি টেলিফোন তৌরকনি।

স্যাম ঃ (খোইরাংনা প্রেনদগী কুমথরকপা মী য়েংই, মখুৎ থাঙ্গৎলগা) চন্দ্রা! ঐহাক সিদা লৈরে

চন্দ্রা ঃ (ময়েক নাইবা ফনেক, খাঙ্খে ফিনা ফিরুক, লিক-কোল চন্দোন মশম পুল্লী) অজ্ঞা, গোপি পুবিরক্করা?

স্যাম ঃ লাকই। তু ইমানা পমইবসিদি। পাবুংসু লাকই

রাধিকা ঃ গোপি! নমা লাক্লে। (চন্দ্রানা কিদুনা লেপই)

কৃষ্ণ ঃ ঙক্কনু চন্দ্র কিগনু। ঐখোয়সু মীওইবনি। মতমগী য়াওনগী মনাই ঙাক্লি। ইচাশিংগীদমক ঐখোয়সু হিংবা তাবনি।

রাধিকা ঃ তেক্ত কায়দনা য়ৌরকপা নুঙাইরে। নশা থোইদোকপা তৌদেদনা? (চন্দ্রা তপ্পা চংশিল্লগা খুরুমই।)

কৃষ্ণ ঃ নুপীমচা চন্দ্রাবালী! নহাক ঐগী লুহোংদুনা লৌবী ইমৌনি (স্যামনা ঙক্লা য়েংই। অগাখান চংলক্লগা থাপ্লপ্পা য়েংই) নহাক জগৎনা শেৎনা খায়নহনবা য়াররোইদবা ইশু গোপিগী মমানি। নপুরোইবা লৈনা লৈনা নপামদা করিগী লৈফম থোকই? নিপামচা স্যাম! লাউ ইপা খা হায়রমগে। পুন্সি হায়বসি লানফমনি। মায়থিবা অমসুং মায় পাকপা পোরমদা লৈবনি। খোঙফম চেৎনা থাংনবা হোৎনৌ। মতম চুপ্পদা তাইবং শেম্বা মপু ঈশ্বরবু থাগোম্নৌ। নমাগা ঐহাক্কা মতম কুইনদগী নিংজবা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লৈরব্রগে –

স্যাম ঃ পাবুং? ইমা! পাবুংনা হায়রীবসে –

রাধিকা ঃ নপাবুংগী অপাম্বনি। নমাসু তুং ইনবা তারে –

(খান অমসুং স্যাম ঙক্লা, খাখলদা উংদুনা কৃষ্ণগা রাধিকাদা য়েংদুনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈ)

চন্দ্রা ঃ ইমা থৌরানি! ঐহাক্তি করিসু থংজদ্রিবীনি। ঐবু হন্দোকপিরব্রগা লেঙবীখিগে থৌরাংবিরিবা করিগীনো (কপই, শ্যামনা গোপি লৌই) পংলবী নমৌনি। অমুক্তদি নাওকোনবীরমখোনে ইমা থৌরানি। অজ্ঞা পাবুং! ইচা গোপিনা চাউদ্রিবা ফাওবদং ঐখোয়বু নুংশিবীয়ু (কপই, খুরুমই)

স্যাম ঃ পাবুং! তশেংনা লেংবিগদৌরব্রা? বেদিংদি –

কৃষ্ণ ঃ বুকিং তৌখ্রে। নিপামচা! নমাগা ঐহাক্কী নিংজরকপসি কায়হল্লগনু। নখোয় নুঙায় য়াইফনা পানবা ওইসনু। অদুগনে স্যাম! (কপ্পকই) ইমৌ চন্দ্রবালীগী

মমিৎতগী পিরাং শিন্থহনগনুকো নিপামচা - (মপি তৈথোক্লগা য়েংথোরকপদা খান লেপ্তুনা লৈরম্বদু উরকই। কৃষ্ণগা খানগা মিৎচানৈ) ইশেন। শেন্নৌরেন, নহাকসু লাকই। ইশেন লাকপা য়াম্না নুঙাইরে (খান বাখলদা উংই)

কৃষ্ণ : ঈশৈনা!

খান : (ঙহাক চমন্নরুরগা) ইবাই! য়ুম থাদোক্লগা লংফৈদা পুন্সি লেনবীরুবা তারব্রা ইবাই?

কৃষ্ণ : মায়থিরবা লান্মী অমা ওইনা লংফৈদা থবায় হিংনবা চেনগদবা নত্তে ইশেন। মতম খরা বনবাস/তীর্থ কোয়রুগে। ঙসি মীওইবা খুনাইনা ঙাংন শক্লরিবা তাননবা নাকোং পাল্লী। শেঙ্গাও পায়বা অচৌ অশাংশিংনা ইনাকখুনবা লায়রবা, অশেংবা অমাংবা, চাউখৎপা চাওখৎতবগী য়েক্লিবা শক্লোন কয়া উনবা মিৎ তাংদ্রি। মীওইবা অমা ওইনা অচুম অরানগী বাখল খন্নবা ঐগী কোক পাল্লী। মীওইবনা মীওইববু মীওইবা ওইনা খন্দবদগী, নুংশিবা ঙমদবদগী ঙসি মালেম অসিদা ও-শান্তি থোক্লিবনি, কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা হিংচা য়াইতম্বগী শক্লোন লৌনদুনা হাৎতোক্লরি। ঐহাক ঙসিদি মীকপ থোক্লে।

(মনুংদগী - গুবাহাতি, কোলকতা চৎপিগদবা পেসেঞ্জর পুন্নমক এয়ারফিল্দা চংবিরো, প্লেন থাগদৌরে। Your attention please, passengers for Guwahati, Kolkata and Delhi are requested to proceed to the Aircraft. Plane is ready for departure)

কৃষ্ণ : রাধিকা! প্লেন থাগদৌরে। চংলসি -

চন্দ্রা : ইমা থৌরানি। অঙ্গা পাবুং (কপই)

রাধিকা : গোপি! সনামতুম। নহাক না-য়েক্কনুকো। ইচাশা, নখোয় নকোক ফাওবা চিক্কনুকো। ইমা য়ৌরে (কপ্লগা থোকখ্রে)।

কৃষ্ণ : স্যাম! ইশু না-য়েকহনগনুকো। ইমৌ চন্দ্রাবালী মমিৎতা মপি তাহনগনুকো নিপামচা। ইপা য়ৌরে –

খান : ইবাই!

কৃষ্ণ : ইশেন! ইশেন্না ইচা অমদি ইমৌবু লাপ্না চেকশিন্না শেন্নবীয়ুকো। হৌখ্রবা বারী কাউথোক্লরগা অমুক্তদি কোন্নসিদনা ইশেন।

খান : ইবাই। (চেৎনা লেংগোম্লে, কপমিম্লে) ইবাই।

কৃষ্ণ : ইশেন।

খান : নমৌনুপীসি মশা লুম্লবীনি। নমৌ নুপীগী মমিৎ মমায় পাণ্ডবা নুমিৎতা মকুবোক্ক মনেমগদি তণ্ডাইফদনা লেংবীরক্কনিদনা? ইবাই!

কৃষ্ণ : ইশেন! পাউনা বজারদা লৈরীবা শ্রীকৃষ্ণ হোটেল, ইবুংঙো গোপালদা শিন্নবীয়ু। চিঠি অসি গোপালদা পীবীয়ু। হৌখ্রবা ঘতনা খরগীদমক বারৌনররোইসি হায়য়ু। মচানুপী চন্দ্রাবালী ইমৌনি হায়বীয়ু। ইশেন।

খান : ইবাই - (অমুক্কসু কোনবা।)

(ভোই - কোলকতা অমদি গুবাহাতিগী পেসেঞ্জরশিং এরোপ্লেন পায়গদৌরে। কৃষ্ণ খান অমদি চন্দ্রদা য়েংলগা চৎখ্রে।)

স্যাম : (গোপিবু পল্লগা) পাবুং! ইমা —

চন্দ্রা : অজ্ঞা পাবুং! ইমা থৌরানি। ইরাল পুম্বা ঙাকপিয়ুকো (খুরুমই)। পিক্লিবা ইচা গোপিগা নমৌ, করম্না হিংগদৌরিবনো পাবুং। ইমা থৌরানি। (কপই। এরোপ্লেন ষ্টার্ত তৌখ্রে। পাইখ্রে)

খান : কপ্প্রগনু ইবেম্মা। অনৌবা য়েনিং হুন্নবগীদমক অরিবা উনা কেন্নবা হৌনশানি। অরি-অনৌ শিন্নবগী পুংফমদা —নহাক অজ্ঞা কৃষ্ণগী মমৌ চন্দ্রাবলী, ঐহাক্লা নখোয়গী কিয়ারটেক্কর অগাখান, অজ্ঞা গোপালনা নপাবুং!

(এরোপ্লেন পাইখৎখ্রে। পাইখ্রে। খান, চন্দ্রাবালী কপ্পা কপ্পা পাইখ্রিবা এরোপ্লেনদা তোংখ্রবা কৃষ্ণ অমদি রাধিকাদা বাই বাই তৌই।)

— ০ লোইরবা ০ —

